ময়াংলম্বম কান্দেশকী

# শম্বল (৩মঠন)

(অহানবা শরুক)




# শম্বল

(মণিপুরী উপন্যাস)


| | | |
|---|---|---|
| অইবা | ঃ | ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ |
| লৈফম | ঃ | শিংজমৈ চীংঙা মখোঙ চোংথাম লৈকায়, ইম্ফাল মণিপুর, টেলিফোন ঃ ২৪৪৪৬১১ |
| ফোংজবী | ঃ | ময়াংলম্বম ওংবী রাজকুমারি থোইবীস্না দেবী |
| অহানবা ফোংবা | ঃ | ১৬/১২/২০০৫ ইং, পোইনুগী ১৬ নি পানবা ইরাই নুমিৎ। |
| কোপি মশীং | ঃ | ১০০০ (লিশীং অমা) |
| মমল | ঃ | লুপা ৯০/- |
| লাইরিক ফংফম | ঃ | অইবগী য়ুম, শিন্দম বুক স্টোর, অমসুং রাজেস বুক স্টোর, গভনর্স মনীং। |
| প্রুভ রিডর | ঃ | অইবা |

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।।

ঐগী অহুমশুবা উপন্যাসকী লাইরিক "শম্বল"

লমদমসিগী মমা-মপা লৈজদ্রবা,

তোম্ল-তারবশিংগী মফমদা কৎথোকচরি।

# অইবগী ৱারোল

ঙসিগী ঐখোয়গী সমাজসিদা থেংনরিবা মখল-মখা কয়াগী পুন্সি মহিংশিংসি উরুবগা ঐগী থম্মোইদা চাংয়েং অমখক তৌনীংবা পোক্লকখি। হন্দক ফোঙজগদৌরিবা ঐগী অহুমশুবা উপন্যাস 'শম্বল' নুপী-নুপা অনীগী নুংশিগী অয়ৌবা থাক্কী চাংয়েং অমখক উৎচগে হোৎনজবনি। চাংয়েং অসি মায় পাকপা অমদি পাক্তবা অনীগী লাইবক্তি অপাবশিংনা লেপ্লীগদবা ওই। পুন্সিদা মায় পাকনীংদবা মীওই লৈবা হৌনদে। উপন্যাস অসিবু ইজরিবা ইশামকসু মায় পাকনীংদুনা ইজরিবনি। পুন্সিগী অঙম্বা চীংদোল লোম্নবা কাবদা খেন্নবা পাঙ্গল কয়াগী মতুংইন্না চীংদোল লোমখিবা, তংখায়দা তোকখিবা, চীংখোংদগী খোঙকাপ অমা-অনী থাংবা হৌরম্লগা ঙমদদুনা তোকখিবসু কোঙ্গাইনি। চীং কাবগুম অইবশিংসু চীংদোলদি লোম্না কানীংবা ঙাক্তনি। কাগেদি খল্লি অদুবু পাঙ্গলনা শক্তি য়ৌনা পুথোকপা ঙমজদবনা অকনবা কয়ানা থুনা প্রপ-প্রপ কাখিবগুম কাবদি ঙমজদে। পুন্সিসে অসুম্না-অসুম লোইখিবসু তম্বা ঙম্বদি নত্তে। পাঙথোক্লীংবা থবক্তি মপাল নাইদে। অদুবু পুক্নিংদা খঞ্জরগা পাঙথোকপা ঙমজদ্রবসু থম্মোইনবু শেংলবদি মপু মানদি চানবিফমদি থোকপ্রা খল্লি। অইবনা মালেমসিদা হিংম্নিরিবা মীওইবা জাতি, শা-ঙা, লৈ-শু, মখল-মখাগী পাম্বীশিংবু লোইনমক নুংশিজে। হিংলিঙে মতমসিদি ঐখোয় মশেল খৎনা-চৈনা য়াওদনা নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নবা পাম্মী হায়বা ৱাফমসিমতং অপাবশিংগী মফমদা থম্মোই শেংনা ফোংদোকচরি।

লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা চাউনা মতেং পাংবিখিবা মীওইশিংগী মনুংদা ঐহাক্না লমন তোনশিঞ্জরবা মীশকশিংদি মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী স্টাফ ওইনা পুন্না থবক তৌমিন্নরিবা ঐগী ইনাও বীরেন হৈথম্বা (ঈশৈ ইবা) কোংবা নান্দেম্বম লৈকাইদা লৈবসিসু অমনি। ইনাও

অসিনা লাইরিক অসিবু খুৎই ওইনা লৈরিঙেদা পাবীদুনা অফ-ফত্ত, অচুম-অরান কয়া মতাং-মতাংদা খন্নবগী খুদোংচাবা ফংখিবা অসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি। মরুওইবা মীওইশিংগী মনুংদা লময়ানশ্বা প্রিন্টর্স কোনুং লম্পাক, ইম্ফালগী মেনেজর ইনাও ইবুংঙো শ্রী তাওরেম মঙ্গী সিংহসু অমনি। মহাক্না অহানবা প্রুভ লৌবদা চাউনা মতেং পাংবিখি।

অরোইবা ওইনা লাইরিক অসিবু কম্পুটরনা নম্বগী থৌদাং লৌবীখিবা শ্রী ককচিংতাবম জয়প্রকাস শর্ম্মা অমদি নোংমাইথেম ওজিৎ সিংহগীসু চাউনা লমন তোনশিল্লবনি। মখোয়গী মতেং য়াওদনা ঐ ইতোমতনা অসিগুম্বা লাইরিক অমা নমলগা পুথোকপা হায়বসি ওইথোক্লরোইদবা ৱাফমনি। অরোইবদা অশোয়-অঙাম য়াওখিবা পুম্নমক অপাবশিংনা ৱারৌবীদনবা অমুক্কা হন্না নোল্লুকচরি।

অদোমগী

**ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ**

# শম্বল

ফাইরেন থাগী পানখৎলকপা মতম্নি। মণিপুরগী ওইনা মতমসি থৌদোকবাথোক য়াম্না কুংনা থোকপা থানি। পাম্বীশিংদা অরীবা মনা কেল্লগা অনৌবা মনা শিল্লক্নে। হৈরাং-লৈরাংনা পাম্বীদা অনৌবা য়েন্নীং হুল্লক্কুনা পোন্নম্বা লৈরাংশিংনা কুমগী অহানবা নোংজু লাকপদা নংহৌররোই মতাগুম তান্নদুনা শাৎলি। খোইমু কয়াসু অপাম্বা লৈরাং খল্লগা মনীংতম্না লৈহি চুপ্লি। লৈরাংখোইমুশিংগী খ্বাইদগী চান্নজবা থাসিবু খল্লগা মৈতৈ তম্পাক্কী লমদমদা শাবীশানৌ কয়াগী নুংশি ৱাইথুংনবা থা ওইনা খন্নে। মমাঙৈঙদগী হৌনা লুহোংখোঙদোং মবাং কায়না পাঙথোক্নে। মবম অসিদগী চহী অমগী মনুংদা ফাইরেনলমতা অনীসি মৈতৈশিংগীদি য়াম্না মরুওইবা থানি হায়বা য়াই।

ফাইরেন থাগী নিপান্নি পানবা যুমশকৈশা নুমিৎনি। হাওবম মরক্কগী কলেজ প্রিনসিপাল কুবেরগী মচানুপা রতনগা থুম্বুথোঙ ৱাংমদা লৈবা বামোন লৈকাযদগী ফোরেস্ট দিপার্টমেন্টতা চিফ কঞ্জার্ভেটর ওইবা থম্বালগী মচানুপী বৃন্দাগা হায়ন-শীংনদুনা ঙসি লুহোংবনি। লুহোংবা লোইবগা মৌ থিল্লক্কুনা নুপা ময়ুমদা কৈন্যা য়ৌরক্নে। নুপা ময়ুমগী ইমুংদা রতনগী কাদা বৃন্দাবু পোৎলোই শেৎপীনা পোৎলোই থোকপিরি। শুমাং-মাঙ্গোল মৌ থিল্লকপগী মীনা পিক থন্না ফম্মী। কুবেবগী মনাওনুপা উদোয়গী মমাঙ শঙ্গোয়দা রতনগী বর চৎলুবা মমান্নবা ময়াম পীজ-পীথক তৌবগী ইবাং লাংই। তাঞ্জাদুদা উদোয়খোযগী খোঙ্গাল মপাদা পুলিস গাড়ী অনীখক লাক্কুনা খাম্মী। রতন পুলিস লাকপগী শাহুম ফংবদগী মনীংলোমদা ফাওদোক্লগা চেনখ্রে। পুলিসনা মাবু থিরক্লিবদগী মরম রতন মশানা হান্না খঙজবগুম তৌই। পুলিস ও সিদুনা ফল্লিবা ময়ামদুদা ওনশিল্লগা — "নখোয় ময়াম মরক্কগী রতন করম্বনো হাযয়ু?"

কনা অমত্তনসু পাউখুম পীদে। পাউখুম ফংদ্রবদুদা পুলিসশিংদু কোইয়েং কোইয়েং য়েংলম্লগা মখোইনা লাকপা জিপ্তুদা অমুক হনখ্রে। পুলিস লাক্লম্বদুদা রতনগী মমান্নবা অয়াম্বসু কুইনা ফম্বা তল্লক্লমাল্লে। মথং মথং থোক্লখ্রে।

শুমাং-মাঙ্গোল অমদি ইমুংদা তিল্লম্বা মৌ থিল্লকপগী নুপী ময়ুমগী মী অয়াম্বসু চাবা-থকপা, দাক্ষিনা তৌবা লোইদুনা থোক্লবা হৌরক্লে। বৃন্দাবু পোকপা থম্বাল পুলিস গাড়ী অনী লাক্লগা রতন থিরম্মী হায়বদুদা পুলিস উনগে খন্দুনা উদয়খোয়গী শুমাংদা চংলকই। অদুবু পুলিসশিংদু চৎখিবনা হাল্লম্মে। রতনবু পোকপা কুবেরদা ওইথোকপা য়াবা করি মরম লৈবগে হংই। কুবেরসু থোইনা খঙবা লৈতে হায়না খুম্মী। থম্বালগী পুক্নিংদা নুংঙাইফম ইখঙ খঙদনা ময়ুমদা হনবা তাখি।

মী মথং-মথং চৎনখ্রবা তুংদা লৈকায়গী লৈশাবী খবা চংলক্তুনা বৃন্দাগী মনাক্তা ফম্লরে। লৈশাবীশিংদুসু ঙাইহাক ফাগি-জোগাই তৌদুনা লাংলম্লগা থেংজিল্লক্লবদুদদি ময়ুম-ময়ুমদা ঙ ন্না হন্নখ্রে। চাকশঙদা চাক লোইরে হায়দুনা শিলানা বৃন্দা চাক চাবা হৌবা চংলকই। বৃন্দা মপুরোইবা হল্লক্লগা চারগে হায়বদগী চাক চাবা য়াওদে। ইমুংগী মী অতৈদি চাবা হৌখ্রে। চাক চাবিঙৈদা রতন হল্লকতবগী মরমদা ৱারী শানৈ। বৃন্দা চাকশঙদা চংলক্লগা মকুবোক্না চারম্বা লুখাক-চগুম শেংদোকই। ময়াম চাবা লোইরবনিনা শিলাগা বৃন্দাগা ময়াম চাবগী লুখাক-চগুমদু পুন্না লোইশিনমিন্নৈ। ৱাইরম তৈবা লোইরগা কোল-লিক অমুক পুথোক্তুনা ফেংমিন্নরে। ইমুংগী থবক-ইনখাং লোইরবনিনা বাথরুমদা চংলগা মখোঙ-মখুৎ হামদোক্লুরে। বৃন্দা লুহোংবা নুমিৎকী নান্না শেমদুনা থম্লবা কাদুদা চংলকই। ফমুংদা ফম্লগা ঙাইহাক ৱাখল তৌদুনা লৈ। হৌখ্রবা পুন্সিগী থৌদোকশিং মতেক-মতেক ওইনা নীংশিংলকই। রতনবু পুলিসনা করিগী থিরম্লিবনো হায়বগী মরমদসু অমুক চিংনজে । খল্লুবা ময়ামদুগী মরক্তা মাগী থম্মোইনদি হৌজিক ফাওবদা রোমেনগীদমক ৱাজবি। থম্মোই মশক মুন্না খঙবা, পুকচেল ফজৈ হায়না খঞ্জবা, মাগী ওইবদি ফংলরোইদবা রোমেনগীদমক মিৎলুদগী পিরাং শীঙ্খজবি।

অহীংগী মতমদি অসুম-অসুম থেংজিল্লক্লি, রতনসু হল্লক্তে। ইবেচাউবী চংলক্তুনা বৃন্দাবু মচানুপা হল্লক্তবগী থোইনা খল্লুদনবা থেমজিনবী।

— "রতন্দবু কদাইতানা চৎখ্রিবনো? কোক হল্লক্কে হায়দনা কনাগীদা লৈথোক্লিবনো? ইবেম্মা! থেংলে ইমৌসিদি চাক চাথোক্লগা তুম্নবা তৌরো! করিগী অমুক কপ্লিবনো?"

বৃন্দা — "ইমা! ঐ চাক চাজখিরোই। মহাক হল্লকপা ফাওবদংদি ঙাইজখিগে?"

— "অদুদি ইমা তুম্লুরগে?"

ৱাহৈদু হাযরল্লগা মনেম ইবেচাউবী তুম্বা চংখ্রে।

ইমুংগী মী অতৈদি হান্না লোইনা তুম্নখ্রবনি। মী পুম্নমক নুংঙাইনা তুম্নখ্রবা তুংসিদা বতন তুমিন্না শোৎ-পেক লাওহন্দনা কাদুদা চংলকই। বৃন্দা রতন উবদা ইঙক ঙকই। বতন ৱা অমত্তা ঙাংদনা বৃন্দাগী মখুদাং তাপ পাযবগা মপান্দা থোক্লবা সাইন তৌই। বৃন্দানা ৱা ঙাংজগে তৌবদু বতন্না মখুৎনা সাইন তৌদুনা ঙাংহন্দ্রে। তপ্না বৃন্দাবু মপান্দা পুথোকপীবক্রে। মতমদো মপান্দদি যাম্না চিক্লল্লে। নিপান্নি পানবগী থাজসু চীংযা পক্না হাইথখিগদৌরে। শঙ্গোই মচিদা থাল্লিবা বল্বকী মৈঙালদুনা থোঙ্গাল যৌনা পারপ্না উবগুম তৌই। বৃন্দা ফনেক অঙাংবা মচুগী অমা শেৎলি। ফি মতেক হঙ্গামপাল মচুগী অমা ইল্লি। ফি মতেক্কুনা মকোক্কু খুমজৈ। বতন্না মখুৎ পাঃ বগা পুথোরকপনা শুমাং য়ৌরে।

বৃন্দা — 'ইমুংদা চাক শেমদুনা লৈহৌরে। মীসু লোইনা তুম্নখ্রে, ঐ চাক থাংদোকচরল্লগে, চাক চাথোক্লবা তৌরসি!"

ৱাহৈদু হায়বল্লগা বৃন্দা ইমুংদা অমুক চংগে তৌই।

রতন — "মদু য়াদে, ঐ চাক চাররোই। নংঙোন্দা অরুবা ৱাফম অমখক্তা শিন্নরমগে তৌবনি। সে লাকও।"

অমুকসু মখুৎ পায়রগা চিংই।

— "তল্লি কৈসু, ঐ কিজৈ, কদাইদনো অমম্বসিদা।"

রতন্না মখুৎ পায়রগা চিংবদুদা বৃন্দা যাদবা ঙমদরে। রতন্না হায়বা ইন্দুনা শুমাংগী ৱাংমদা খারিবা শম্বলদু লিৎলগা মখোয় অনী পুখ্রি মপাল যৌখবে। পুংজা খবগী মমাঙদা ঙকশমদা কুন্দো পবেং হুক্কুনা মীযাম মমাঙদা মাগী

নুপীনি মশক তাকখ্রবা তুংসিদা করি নিংঙাইনো বৃন্দানা তৌজরুগদবা? রতন্না হায়বা ইনবা নত্তনা অতৈ উপাই লৈজদে। বৃন্দা পুখ্রি মপালগী লৈহাউ মখোঙ য়ৌরবদা থম্মোইদু তনিক-তনিকপা হৌরকই। ৱাদি মচেৎ অমত্তা ঙাংখিদরে। রতন্না পুন্সিগী মপু হায়বদু ওইরবনিনা মানা হায়বা খুদিংমক ইনবনা বৃন্দাগী মথৌ ওইবা তারি। রতনসু বৃন্দাগী মশক-উখিবা নুমিত্তগী পামজবা অনীংবা অমা পাংথোক্কে খন্না তাঞ্জাসিতবু ঙাইজরকপনি। বৃন্দাগী ৱাখলনদি পুংফম অসি য়ৌরফাওবদা রোমেনবু মমিত্তা উবগুম তৌরি। মাগী ওইজরম্বা মমল য়াম্লবা পোৎ অমখক পীনীংদবা মী অমগী ওইখিদৌরে খল্লুবদা হেন্না-হেন্না ৱাজরি। বৃন্দাগী পুন্সিদো মিকুপ্তুদা শিঙ্গারৈ কৌবী লৈরাংনা নোংঙাল্লমদাইদা কেনগদবগী ঙাইজবদুগা পাংখক ওইররে।

তঙাংলবী চিম্বাল, মুরবা য়াম্লবা শম্লাং, পোৎলোই শেৎপীনা নীংথিনা য়েকপীরম্বা মুরবা পীশুম, তুমতক তারিবী নাতোন, হাইথরকপা খদাংগী মখাদা থুংলিবা পকচবী নীনি পানবগী অমুবা থাজ মাল্লবা চা মচেৎ, থম্বৌ মতা ঙমজনা পূম্বুম তারিবা পাম্বোম অনী, কোইরাওনবী মিৎস্না অনীদুসু রতনগী লোইনা ওইখিদৌরে। মথোৎ কারকপী নুপীমচা অমগী ফজবা পুম্বা থেন্দুনা য়োল্লম্বা দুকানগী লাইধীবীগুম ময়ামদুগী মরক্তগী থৱায়না তাবা অমা মতিক-চাবা মমল পীদুনা লৈরগা পামজবা মপুদুগী ওইখ্রবদা মরোল থোকচদবী লাইথিবীদুবু মপুদুনা অপাম্বা মওংদা শান্নবীখিবদা করিবু হায়জরুবা ঙমগনি?

মিৎলুদগী পিরাংনা অতৎ-অখম লৈতনা শীঙ্গদুনা কল্লবা শাফু অমগী অহানবা চৈনাখোল খাংজবা তাখি। রতনদি উট কৌবা শাদুনা তিংখং পাম্বীবু পামজনা শাযরগা চাবদা চিম্বালদগী থোরকপা ঈদুগা তিংখং পাম্বী শায়বগী মহীদুগা অনী তিন্নবগী মহাওদু হন্ন-হন্না থৱায় তানা অমৃত থকপগুম থক্লি।

বৃন্দা মাগী থম্মোইনা চানীংদে হায়না খঞ্জরম্বদো রতন্না চিম্বাল মনুংদা হন্না-হন্না অমৃত থন্না হৈজিনবীরবদা অমৃতদুগী মহাওদুনা মিকুপ খরা পঙথরুদুনা পামদ-পামদ য়োৎশিনখিবা অমৃতনা থম্মোই মনুং য়ৌখি।

মিকুপ খরদি সংসারগী অনৌবা মঙলানগী ঈপাক অমদা মফম ইখঙ-খঙদনা বৃন্দা অমদি রতন কনা উদ, কনা খঙদ চিক্লবা অহীংদুদা খুৎপায়ফম য়াওদবা হিনাও অমদা কোইলৈ-লৈ, কোইতাও তাওদুনা ঙাইহাক লৈরুরে।

জ্ঞান লাকপদা মখোয় অনীগী হিনাওদু তোর্ব্বান্দা তপ নপশিন্দুনা লৈরম্বগুম তৌখি।

বৃন্দা মফি-মরোল শেমজিল্লি। মশমদি ইফা ফারে। শেৎলিবা ফিদুসু ইমোৎ মোৎলে।

ইমুংদদি ঙন্না থাল্লিবা ইলেক্ট্রিক্কী মৈঙালদুদা মরাইবক থীরবা নৌনা উল্লকপা নাল্লবা মোন্দুম-মোনতেকশিংদুনা মখোয় অনী লাক্তুনা তুম্বীরদ্রে হায়না ব্বারৌজবগুম তৌরি।

রতন ইমুংদা চংলগা চাক চাবা, বৃন্দাগা পুক্নিংগী অথুপ্পা ব্বারী শাবা পামজরবসু পুলিসনা ফারগদ্রা কিব্বদগী মখোয়না খঙলোইদবা মফম থীবা তাখি। অমরোমদা মাগী মতম কুইনদগী নীঙজরকপা পুক্নিংগী অপাম্বদুমদি অকিব্বদুনা থিংবা ঙমখিদে। মাগী অপাম্বদুদি মপুং ফানা পাঙথোক্লে।

ঙসিদগী চহী অমরোমগী মমাঙদা নোংমা তর্পন হৌবা নুমিত্তা রতন্না দিল্লিদগী ছুটি থোরক্তুনা য়ুমদা লৈরিঙৈদা মচে রাধাখোয়গীদা কোয়বা চৎলুবনি। মচেখোয়গী লম্বী মচিন্দা বৃন্দা মমান্নবী গীতাগা গোবীন্দা খুরুম্লুবা হল্লকপদা রতন্না উখিবনি। রতন বৃন্দাগী ফজবা শকফম, শেৎলিবা ফিজেৎ, খদাং মখাগী চা মচেৎ, মখুত্তা পায়রিবা থম্ব'ল, মঙক্তা য়াল্লিবা চুনি উরুবদা খঙহৌদনা বৃন্দাবু পামজবনা পুমঙাও ঙাওখি। বৃন্দাগা গীতাগা চংখিবা লৈরক্তা মাগী গাড়ীদু থৌদনা ইল্লগা মখোঙনা লাপ্তুক ইন্নরকই। কোন্নথংদা বৃন্দানা চংখিবা থোঙ্গালদু খঙহৌরে। য়ুম খঙলবনিনা বৃন্দাগী য়ুন্নাক শাগৈ, মপাগী মমিং মথং-মথং হংদুনা লায়না খঙখি।

মী থাজিন্দুনা বৃন্দাবু হঞ্জিন-হঞ্জিন থেম্বদা বৃন্দা রতন্না হায়বা অমদি থেমবদা শুকয়া য়াখিদে। মাদি মতমদুদা রোমেনগা কন্না নুংশিনরিবনি। মতমদুদা রতন্না বৃন্দাবু 'চাথুংবী' নৎত্রগা বামোন লৈকায়গী চাথুংবী হায়রগা খঙই। মানা ঙাওজরুবসু বৃন্দাগী খদাং মখাগী অমুবা চা মচেত্তুদনি। বৃন্দাবু লুহোংদুনা লৌবা ফংলবদি মাগী নীংথিবী মায়থোংগী চা মচেত্তুসু রতনগী ওইবদি শোয়দ্রে খঞ্জরুবনি।

ইকায়-ইকি খঙদনা হোৎনরকপনা মচে রাধা, মপাবুং কুবের অমদি মমা ইবেচাউবী লোইনা বৃন্দাবু মচানা পামজৈ, মচানুপা রতন্না বৃন্দাগী ব্বাখলদা তুম্বা-

চাবা খঙদ্রে হায়বসি খঙলকপনি। কোন্নথংদা থিনরুবদা বৃন্দাবু পোকপা থম্বাল কুবেরগা জোনস্টোন স্কুলদা ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নখিবা ক্লাসমেট ওইরম্লে। কুবেরে লাক্কুনা থম্বালদা হায়রবা মতমদদি থম্বালনা মরূপকী মায় ঙাক্তবা য়াব্রা হায়না খুমদোকখ্রে।

পাউসি বৃন্দা অমদি রোমেনগী নাকোং য়ৌরকখি। মমা লঙ্কোনিনা বৃন্দাবু রোমেনগা পুন্না-পুন্না গাড়ী অমদা চৎমিন্নবদু তৌরনু হায়না থিংলকখি। মদু হায়রুবদা বৃন্দা মমাগা খৎনখি। কাযনথংদা মমানা রোমেন্দা মচিন্না থোক্লা হায়খি — "নখোয় অনীনা নচিন নৌপ্পাগুম তিন্নরবসু অউবশিংনা চিংনখিগনি, বৃন্দা রতনগা লুহোংগদৌরে নং মাগা তিন্নবসে তোক্লো!"

ৱাহৈদুনা রোমেনগী থম্মোইদা তাশোন্না থিনবমুক নাখিবনি।

অসুন্না ঙসিগী বৃন্দা অমদি বতনগী লুহোংবসি ওইরকখিবনি।

মতম কয়াগী মমাংদগী অমুক্তং চাগে খন্দুনা ঙাইজবকপা চানীংবা য়েঙ্খাংগী মথেলদুনা মমাঙদা থেন্দুনা থল্লরবদা য়েঙ্খাংদুবু চাদনা করম্নদি তোক্কনি?

খোইথুম্নরবা লৈরাংগী লৈহিবু মবুক থন্না চুপ্পীরগা খোইমুনা থুনা অমুক পাইনীংলক্লিবসিগী মরমসিনা করিগীনো?

লাইজগী ঈচেলবু পন থিংদুনা থল্লবদি ঈশিংদুনা পন্দু শোযদনা পারক্কনি। ঈশিংনা পন্দু পারক্লবদা নীংখায়বা য়াবা মফম থিরকই। পনগী অহেনবা ঈশিংনা ঈবম শেমদুনা চেন্থখি। পন কায়খ্রবা তুংদা ঈশিংগী ঈচেল অমুক তপথরকই। অসিগুম্না ইনখলকপা নুপাশিংসু পুক্লিংগী অপাম্বগী পনদু ঈশিংনা পাবগুম পারকই। অহেনবা থম্মোইগী ঈচেলনা পন নমখায়দুনা চেন্থখ্রবা তুংদা পুক্লিংগী ঈচেলসু অমুক তপথরকই। অপাম্বগী ৱাখল ঙাইহাক্কী ওইনা তুংওইনরকপগুম তৌরকই।

অমরোমদা খোইমুনা লৈবাংগী লৈহীনা মবুক থল্লবদি লৈরাংবু থাদোক্লম্লগা থুনা হেক্তা পাইখিনি। নুপা ওইবগী পুকচেলনা মশানৌ ওইবী লৈরাংগী লৈহী লোকপা লোইরগা মশানৌবু কাউথোকপীরকপা চৎনবী ওইবগুম তৌরকই। লৈহীনা মবুক থল্লগা খোইমুনা থুনা পাইখিবদা লৈহী

চুপ্লীখ্রবা লৈরাংদুগী মবুক পেনবা অমদি পেন্দবা করিসু খনবীরমদে। মসিদনি লৈরাংশিংনা মথম্মোই য়াম্না শোক্লিবা! খোইমুনা মবুক লাম্লকান্দা অমুক হল্লকপদনা ঙরাংগী লৈরাংদুবুদি হন্না য়েংবীনীংদবগুমসু তৌই। কয়াদা ফথখিদ্রবা খোইমুগী অমদি নুপাগী মান্নবা পুকচেলনো?

মসিদনি নুপীগী মপোক্তা পোকচনীংদ্রে হেক-হেক হায়বা তারিবসি।

রতন মাগী পুক্নিংগী অপাম্বা অমদি ফংলবনিনা মফমদু থুনা থাদোক্লীংলক্লে।

চৎলমদাইদা বৃন্দাদা হায়রকই — "বৃন্দা! ঐ ইরাল অমা লংজরুরে। ইরালদুনা মরম ওইরগা ঐখোয় অনী মতম খবদি কায়নবা তারে। ঐনা নংবু পামজরবসু নংগী নুংশিবা শকফম্বু য়েংনীংলবসু মতম খরদি ঐখোয় অনী উনবা ফংলোইদৌবি। ঐ মফমসিদা কুইনা লৈবা যাগদবা মান্দ্রে। ঐ মফমসিদা লাক্লগা নংগা লোন্না উনখি হাযবসে কনাগুম্বনা খঙখ্রগসু নংগী ফজগদবা মান্দে। নংসু ইমুংদা চংখ্রো, ঐসু চৎলগে? অদো থোকখিবা ঐখোয়'নীগী থৌদোকসে মী খঙদনবদি হোৎনৌকো।"

রতন য়াম্না থুনা মফমদু থাদোক্লগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখি। বৃন্দা মপুরোইবগী মফমদা ৱাহে অমত্তসু ফোংদোকচনবা তাঞ্জা পীবীরমদ্রে। তুমিন্না লেপ্পুনা লৈহৌবা তাখি।

ঙাইহাক্কী তুংদা ইমুংদা নৌনা উল্লকপদা ঙাযরিবা বৃন্দাগী মথৌ খঙবী কাগী ফক্লাং ঘড়ীদা নোংয়াইগী পুং তরানিথোই তাবগী কাং - কাং লাওবা মখোল তরানিথোইরক হন্না য়ৈরকখি।

ইবেচাউবী তুম্লম্বদগী ইফিং-ফিংনা হৌগৎলকই। মচাগী কাদা তফিং-তফিং চংলুবনি। কাদুদা মচাসু-মমৌসু অনীমক অমত্তা লৈরমদ্রে। থোংসু পুনা পাল্লমদে। ইপা-পাখৎনা মপান থোবক্লগা কোয়েং-কোয়েং য়েংই। থোঙ্গাল্লোমদা নুপা অমা পুখ্রিরোমদগী থোকখিবা ইবেচাউবীনা উহৌরে। মতমদু বৃন্দাসু ইল্লিবা ফি মতেক্তু শেন্নদুনা হাথু-হাথু শম্বল লিৎলগা শুমাং যৌনবা চংলকই।

তাঞ্জাচানা লোদ সেদিংগী মৈসু বারোগী পুংফমদা মুৎথোকখ্রে।

ইবেচাউবী চিংনরপ তৌনা — "ইবেম্মা ! নংদি পুথ্রি মপান্দদি অহীংসিদা করি তৌবা চৎলুরিবা ?"

বৃন্দা ৱং লাউনা মকোক্তা কোকচাউবী কাখ্রে। মিকুপ অমগী মতমদো করি খুমগদবনো খনফম খঙদ্রে। ফুম্বংননা লেপ্পী। ৱাখল অমা লাক্লমাপ্লে তোইলেৎলোমদা চংখ্রে। তোইলেত্তগী থোক্লকপদা ইবেচাউবী মফম লেংদনা বৃন্দাবু শাওনা মখ্বাং মেৎলগা য়েংদুনা লৈরম্মী। বৃন্দাদি ৱাহৈ অমা ফাওবা খুল্লমদনা ইমুংগী মাগী কাদা চংখ্রে।

ঙাইহাক্কী মমাঙদা মৈ ঙাল্লিঙৈদো ইবেচাউবীনা উখিবা বৃন্দাগী মশমমনা ফাবা, শেৎলিবা ফিদা মওং তাদবা, নুপা অমসু থোঙ্গাপ্লোমদা থুনা থোকখিবা, কয়াদুনা মরম ওইরগা পুক্লিংদা চিংনবা অসুম হেল্লকই।

ইবেচাউবীনা খল্লি —"মাদি অতোপ্পা নুপা অমগা হান্না মফমসিদা লাকউ উনশি হায়নখ্রবজাৎ ওইরবোইরে। লাকপদা ঙাইবিঙৈসিদা অসিগুম্বা লুজদবা লিচৎ চৎপা ঙম্লরবা। অসুক তৌবা ঙম্বী নুপী অসিবু কমদৌনা ইমুংসিগী মৌ ওইগদৌবিবা। ঐদি পুম্মাং মাংজরেদনা। ইচা নুপাসু অনী শুবা নত্তে। ঐ ঙমলোই, মাবু ইমৌ ওইবা শুকঙম ঙম্লোই।" ইমুংদা যাম্না শাউনা প্রপ-প্রপ চংখ্রে। মচানুপী বাধাবু হৌদোকই। বাধা হৌগৎলক্তুনা মমা-মচা বাধাগী কাদা মুকুম-মুকুম ৱা তানৈ। বাধা হান্না অসিগুম্বা থৌদোক্তা খবা হৈশিংবীনি। বেস্টুবেন্ট কযাদা চংদুনা নুপা-নুপী ফাবগা কৈন্যা কৎপগী থবক্তো হকথেংননা যাওরুববনি। মদুগী হেঞ্জিনবা মবম খবদগী মপুবোইবনা মাগী ঈজৎ শোকই তৌগনু হাযরুবদগী খৎনবক্তুনা মপাম য়ৌরকখিবনি।

বৃন্দাদি ইমুংদা চংলগা মফি অমোৎপদু খঙনরকপা তারে খন্দুনা থুনা হোংদোক্লগা ফিয়ানখোক মখোঙদা তাশিল্লগা থম্মী। অমুক ফমুংদা ফমদুনা মখা করি তাবক্কদগে খন্না ঙাইজরি।

বাধা বৃন্দাগী কাগী থোংদা লেপ্লগা থোংবাদা পায়রগা কাদদি চংদনা বৃন্দাদা ৱা হংলকই, — "বৃন্দা ! ৱা অমা হংগে ? নংগা পুথ্রি মপান্দা উনরুবা মীশক্তো কনানো ?" গীৎ হেক্তা নমদুনা হংলকপনি।

— "ঐ কনাগসু উনরুদে ইনম্মা ?"

— "হায়! ঙাইখো, নং ঐঙোন্দা ইনম্মা কৌরকখিনু! ঙসিদি ইনম্মা হায়দোক্লগদৌরি। নং ওইদবা ঙাংগনু। ইমানা নুপা অমা থোঙ্গান্দা থোকখিবা উহৌই হায়রিবসিদি?"

— "ইমানা উহৌরবসু ঐদি উজহৌদে।"

— "অদুদি নংনা পুখ্রি মপান্দগী শম্বল লিৎলগা চংলকপগী মরম, লুহোংবা নুমিৎকী অহীংসিদা ইমুংদা লৈতনা মপান্দা লৈরুবগী মরমদি করিগীনো?"

— "ঐদি মহাক হল্লকপা ঙাইজবনি। মাগী য়াথং .....?

— "করি! মাগা করি ....? ঙল্লোইয়ে! অরানবা তৌরুরবা মীনা অশেংবা পাউখুমদি কদাইদগী পীবা ঙমগনি? ফরে, নং তশেংনা নুপাদুবু খঙদবা অশেংবনিকো?"

বৃন্দাসু রাধাগী ৱাঙাংদুদা শাওরপ্না — "ঐ খঙদে, ইনম্মা!"

— "ঐনা হৌজিক্তসু হায়খ্রে, নং ঐঙোন্দা ইনম্মা কৌরকখিনু। ঐ নংবু ইচন্নুপীগা ওইবা ঙম্লরোই। অশেংবা অমা খঙনখিবা তারি। থৌদোকসে লৈকায় লোইনা খঙহনবা তাবনি। মচানুপী শিলাদা "শিলা! নংসু হৌগৎলকউ! মখা থংবগী ইন্দোমচাসু কৌরকউ!" মখাতানা — "বৃন্দা নং মপান থোরকউ! নংনা হৌজিক শেৎলম্বা ফনেক্তো অঙাংবনি, ইমানা উহৌবনি। মদু পুথোরকউ য়েংগে?"

বৃন্দা রাধাগী ৱাহৈদুনা মকোক ঙাওরে। লৈমায়দা হাইথদুনা তুখ্রে।

রাধা —"নংগী তাৎতু খঙজরে ইবেম্মা! নংনা অদুম্না ৱাষ্ণশিন্নরগা ঐনা য়াগদবা নত্তে।"

মমাগী ৱাদু তাবদা শিলা চেনশিল্লক্তুনা বৃন্দাবু ফমুংদা তপ্না থাঙ্গৎপীরে। মকোক্তা ঈশিং অয়িংবা খরা থাবদগী বৃন্দা জ্ঞানদি তারে।

বৃন্দা মাগা পুখ্রি মপান্দা উনরুবা মীশক্তো রতম্নি হায়রসিরা খল্লকই। অদুবু মানা মদু হায়রুরবসু রাধানা য়াগদবদি মান্দ্রে। মাগা উনরবদি করিগী ইমুংদা থেমদুনা পুশিল্লগা চাক পীজখিদ্রিবনো, অমোৎপা, পামদবা লিচৎ অমা

ইমুংদা মোন্দুম-মোনতেক থাদুনা থন্নগা করিগী পুশ্নি মপান্দা চৎলুরিবা। থৌদৌদুদি লমচৎ নাইদবীগী লিচৎনি শোয়দনা হায়গনি।

রাধা তুমিন্না তোকত্রে। — "নংনা ফিদু পুথোবকউ হায়বা য়াদ্রিবসিনা তাকপদি নং নুপা অমগা নত্তবা লিচৎ চৎলুরে হায়বনি। নুপাদো ঐসু মশক মুন্না খঙবা জাৎনি। মাগা নংগা হৌজিকমক ফারগা কৈন্যা কৎপা ঙম্বজাৎনি। নুপাদো নখোয়গী য়ুম্লোন্নবা থৌবালদগী হোংগৎলকপা রোমেন্নি। বৃন্দা হন্দকমুক্তি খুন্নক্লে। — "নত্তে, ইনম্মা! মদু হায়বীগনু?" —"করি চিঙ্খিবী! মানা ঙসাই নংঙোন্দা লুপা চামঙা চৎপী অমা পীবম্বদুদা করম্বা অরোনবা চিঠি নপশিল্লম্লবগে? হায়য়ো! নংগা মাগা হান্না নুংশিনৈ হায়বসি মী কয়াগী মচিন্দগী ঐনদি কয়ারক হন্না তাথ্রবনি। ভাব তাউ, ইবেম্মা! ঐসু লৈকায়দুদা লৈবনিনা লোইনা তায়, লোইনা খঙই। অদুবু ইপ্পা রতন্না নংবু পাৎ-তৎপমখৈ পামজৈ হায়বদুদা ইমা-পাবুংনসু ইচানবু পামজরবদি মপাসু মরূপ্পি হায়বদুদা নংবু লুহোংদুনা য়ুমসিদা পুরকখিবগী ৱানি। ঐদি হান্নসু বেরা লাক্কনি পামজদে হায়খিবনি। ৱাফমসি রতন মশা তারগদি নংবু শোযদনা হাৎনীংগনি।"

— "ইনম্মা! ঐ মঙোন্দা য়ানবা হাযনজগে?"

— "হে! করি হায়বা? ইপ্পাদুবু নংগী মোইথেন্না ফারগা শুম্বীগে অসিবা? মদুদি মচে ঐ লৈরিমখৈদি শুকয়া য়ারোই। মপোকসিমগী খল্লুরনু! য়েংউ! অনীশুবা নিংথৌগী ইমুংগুন্না পাল্লিবা য়ুমসে নং অমা হেক লাকপদগী নোংমা ফাওবা ফাদ্রিঙৈদা মথক-মখা ওল্লে। দষা মনম-মনম তাবা হৌরে। মসিনা তাকপদি নং ও-মঙ্গলনি। ইপ্পাদুসু পুলিসনা মরম শুক্লে লৈতনা থিরকপদগী য়ুমদা হঞ্জিল্লক্রে। ফাখ্রবা হায়বসু খঙদে। নংনা নপুরোইবা হল্লক্ত্রিঙৈদা লুহোংবা নুমিৎকী অহীংসিমক্তা অতোপ্পা নুপা অমগা য়ান্না হৈ-শিংনা নংগী হান্নগী য়ুমদা হৈনরকপা শাজত্তু মফমসি য়ৌনা পুরক্লবা! সি সিঃ সিঃ, বীষ্ণু বীষ্ণু! ইমুংসিগী ইজ্জৎ লোইনা লৈখা তাহল্লবা? ইবেম্মা! নং নোং ঙান্দ্রিঙৈসিদা য়ুমসি থাদোক্লগা চৎপিখ্রোবা? নত্তগদি নংগীসু ঐখোয়গীসু অফবা অমত্তা ওইরোইদৌরি।"

শিলা — "ইমা! তপ্না ঙাংউ, ইনে, বৃন্দানা উন্নরুরিবা নুপাদো মাম্মা ওইরম্নদি কমদৌবা?"

— "ওইরোই, মদু নত্তে ইবেম্মা! মরোল চুমদ্রিবসি য়েংউদনা?"

তপ্না অসুম ঙাংনরম্বদগী খোন খর-খরা ৱাংখৎনরকপদুদা কুবেরসু তারে। থোকখিবা থৌদোক্কী অকুপ্পা পাউদু ইবেচাউবীনা মপুরোইবদা মরিকচুন্না তম্বদগী কুবেরসু মবমদু খঙলে। মাদি মুন্না খল্লুরগা থোঙ্গালদা থোকখি হায়রিবা নুপাদু মচানুপা রতন ওইরমগদ্রা হায়না হাইফেৎ চিংনবগুমদি তৌই। অদুবু বৃন্দাগী হেক যুন্নোন্নবদা মাগা হান্না নুংশিনবা থৌবালদগী হোংগৎলকপা অমা লৈ, মদু ঙসাই মৌ থিনবা লাকপদা য়াওরক্নগা চৎলমদাইদা বৃন্দাগী মখুত্তা লুপা চামঙা চৎপী অমসু পীরম্মী; বৃন্দাসু মা উবদা কপ্পুনা লৈহৌই হায়বা পাউদুদা পুন্নমক্কী থৌরাংসি বৃন্দাগা রোমেনগা য়াম্না হৈশিংনা শীন্নরগা থোকহনবনি হায়না ভাবনা শারিবা ৱাফমদু ঙাইহাক্তূদদি মুন্না খঙ্গুরুদনা নুপী ৱাদা চুম্বগুম খল্লুরে।

ইমুংদুগী মী-মখৈ পুনশিল্লগা লৌবা খুদক্কী ওইবা ৱারেপ্তা হয়েং নোং হেক ঙানবগা বৃন্দাবু মপামদা পাউ থারগা লৌরনবা হায়বা হায়না লেপ্নরে।

মখোয়না লৌরিবা ৱারেপ্তু বৃন্দাবুদি করিমত্তা খঙহনবীদে।

বৃন্দা অহীং চুপ্পা মিৎশেল খাংলগা তুমদনা ৱাখল অমদা উংলগা কাদুদা কপ্পুনা লেল্লি। মাগী তুংগী ওইরক্কদবা পুন্সিগী খল্লুবদা অমুকসু ৱাজৈ। রতনসু মতম খরদি য়ুমদা হল্লক্লোই হায়বম্মী। রতন য়াওদনদি ইমুংসিদা মাগী মীচং কনামত্তা লৈরোইদৌরি। কপ্পা নত্তনা অতৈ উপাই অমত্তা ফংদরে। হু লৈরবদি চাদুনা শিরশিরা হায়বা মতাংদু য়ৌনা ৱারে। ফনা জ্ঞান লৈরবসু বৃন্দা মশাগী থৌদোক ওইরুবনা ৱাখল অমত্তা থোক্লে।

শোমদা ইমুংদা কন্না নৈনরিঙৈদা অশোমদা লম্বীদা পুলিসনা রতন থিবা লাক্লে। রতনগী মরাইবক্না শুম থোকউ তমখিবনা থোঙ্গালদগী প্রপ-প্রপ থোরকপদা লম্বীদা পুলিসকী গাড়ী উবদা চেল্লুবদগী চিংনদুনা তান্নবদা পুলিসনা ফারগা অদুম পুখ্রে। মাবু পুলিসনা হঞ্জিল-হঞ্জিল থিরকপগী মরমদি দিল্লিদা মানা ভারা লৌরগা লৈবা ফ্লেটতা মণিপুরগী মমিং লৈবা লালহৌলুপ অমগী অরোন-অথুপকী চে-চাং কয়ামরুম ফংবদগীনি। অচৌবা শেনফম অমসু মাগী মিংদা কায়থোকখিবা থেংনরে। মণিপুরগী লালহৌবা অমা খুৎলাইগা কোন্ননা ফাবদগী মথং-মথং খঙনরকপনি। মাসু পাউদু অয়ুক্কী পুং তরেৎমখায়গী পাউদা দিল্লিদা মণিপুরগী লালহৌবা অমা খুৎলাইগা কোন্ননা ফারে হায়বগী পাউদু তাবদগী কন্না চিংনরম্বনি।

মাগী লুহোংলিঙৈদা পুলিস হেদ কাটরসতা টেলিফোন তৌদুনা খঙহল্লকপনি।

নোং ঙাল্লে। পাউচেশিংগী হেদিংদা কলেজ প্রিনসিপাল কুবেরগী মচানুপা রতন হাওবম মরক কৈসাম লৈকায় মচিন্দগী ঙরাং অহীং অথেংবদা ময়ুম মনাক্তগী ফারে। মহাক লালহৌবগা শন্নরম্বদগী ফাবনি। পাউসি থম্বালসু তারে। মাসু পুলিসতা রতনবু ঙরাং থিরম্বগী মরম হংগে খল্লম্বনি।

তাঞ্জাসিদা বৃন্দাবু রতনগী ইমুংগী মীওইশিংনা বৃন্দাগী মপামগী অহল-লমন্দা পাউ থারক্তুনা মচানুপী লৌররো হায়ররে।

লুহোংবা নোংঙানবগা মীনা তৌনদবা, চৎনদবা ৰাঙাং-শাঙাং কযাদু তারগা থম্বাল শাওবনা মনা পায়বা য়াদ্রে। মাদি শঙ্গসু ফনা য়াম্না তৌজরকপা মীনি। মচানুপীবু মমৌ ওইজনীংবা মরূপ-মপাং কয়া-কয়ানি মঙোন্দা ৰা হৌদোকপা ঙমদবদগী তোক্লখিবা। মচানুপীনা চৎলম্মী হায়রিবা লমচত্তু মানা ফনমক য়ানীংদ্রবসু মীনদি প্রমানগা কোন্ননা মফি-মরোল ফাওবা পল্লগা ঙাংলকই। ৰাহৈশিংদু থম্বালগী নাকোং হেক য়ৌখিবদা মচানুপীবু শাওনীংবগী খোঞ্জেলনা মনাকোংদা ঙংবগুম তৌরকই।

থম্বাল গাড়ী থাদুনা লম্খোনিবু চৎহল্লগা মচানুপী লৌহল্লুরে। থম্বাল মচানুপী উবদা অশাওবনা মৈ হৌরে। ৰাফমদু চুম্না হায়বসু হংবা ঙমদ্রে।

মচাগী মনাক্তা চংলক্লগা — ‘ইপাগী ইবেম্মা! নংবু ইপানা ফনা লুনা-চান্না য়োকচরকপ্রা খনবনি। অদুবু চাউনা শোয়বা অমদি লৈরম্লেদনা! মসি ইপানা নংবু লুনা-চান্না য়োকচরকপগী মহয়নিকো! নংদা কদাইদনো ইপা-ইচা পুন্সিগী অমুক হন্না উনররোইদবা মফম অমদা চৎখিবনা ফরগদ্রা? ইপা নংগী নশকসে উরগা থম্মোইসে পুবা ঙমদ্রেনহে। লৈকায়সিগী, ইমান্নবশিংগী মমাঙদা মায়সে থমফম লৈরোইদৌরে।”

থম্বাল থম্মোই পুবা ঙমদদুনা মখোল থোক্না কপ্লক্লে।

মীনা হায়বদি হায়বনি, অপোকপা মপামক্লা মচানুপীগী মফমদা অদুক কনবা ৰাহৈনা চৈবীরবা?

ঙরাংদনি, ব্রাহ্মন্না মান্দোব ময়ায়দা মন্ত্র শোল্লগা পুজা তৌদুনা মচাবু দান পীবীখিবা। "পুন্সিচুপ্পা নকোকমক্তা চিক্তনা নচা নুপা-নুপী পোক্তুনা নুংঙাই-য়াইফনা পাল্লুকো" হায়বীখিবা।

ঙসিনা "নংদা শিজখ্রোবা" হায়বগা চপ মান্ননা কল্লবা বাহৈনা চৈবীরবা!

বৃন্দা মমিৎ অনীদো ইচপমুক ঙাংশিনখ্রে। শকফম পুরা ওনখ্রে। শিরগে হায়না পুক্লিংদা চপ য়ুংখ্রে। অদুবু রতনগী ইমুংনা চিংনরিবা বাফমদুমদি অরানবনি হায়বসি মখোয়গী ইমুংদা কমদৌনা খঙহল্লমসিগে খল্লি।

মানা খল্লুবদি রতন্না ময়ুমদা লাক্লগা মমাদা অরোনবা বাফমদো ইবাংনা-ইঙ্গিৎনা তম্লগদ্রা অসিনি। অদুবু মদুদি ওইররোই। মরমদি রতন পুলিসনা ফাখ্রে। বৃন্দানা হৌজিক বাফমদু থৌনা পুম্বা পুথোক্তুনা হায়জরুরবসু কনা অমত্তনা থাজবীররোই, মতম হেনখ্রে। রতন্নদি বৃন্দা মপামদা হনখ্রে হায়বদি খঙলমগদবা মান্দে। অদুগা মখোয়না য়ুমথংনবা, লাঞ্জদবা রোমেনবু বৃন্দাগা নুংশিনরম্মী হাযদুনা মরাল শীবীবদা পকচবগুম তৌরিবসিনা করিগীনো?

রোমেনসু বৃন্দা ময়ুমদা হল্লকপগী পাউদু তারে। মানা খল্লি, "করিগীনো বৃন্দানা ঙরাং লুহোংখ্রগা ঙসি অমুক খৎনদুনা মপামদা অসুক থুনা হল্লক্লিবসিবো?"

মাসু বৃন্দাগী মরাল করিনো হায়বগী মতাংদা খঙনীংদুনা বৃন্দাখোয়গী য়ুমদা ইচম চম্না চংলকই।

থম্বাল অমদি মচানুপা কান্তা রোমেন উবদা শাওনীংবা পোকই। রোমেনবু শংত্রিক য়েংলম্লগা থম্বাল শাওনা য়ুমদগী থোকখি। কান্তদি রোমেন উবদা খৌদেম্লগা মতিন ফাওবা শিংখি। রোমেন্দি থোইনা মদুদা খন্থরুদে। রোমেন চংলক্লগা লঙ্কোনিদা, — "ইনে! ঐনা তারিবা পাউসিবু চুল্লব্রা? বৃন্দাবু য়ুমদা হাল্লক্লে হায়নরিবসিবু?"

লঙ্কোনি পাউখুম পাক হেক পীদে। মবুক্তদি খল্লি, করিনো ইকায়খঙদবা অসিনা তৌরক্লিবসিবো?"

মখা তানা রোমেন্না, — "ইনে! তাকপীয়ু! বৃন্দাগী মরাল করিনো? ঐনা পাংবা ঙম্লবদি ইচনগী মতেং ঐ পাংজগে?"

— "ইবুংঙো! নংবু মীনা ঙাংনরিবসি অমত্তা তাদবরা?"

— "করি হায়না ঙাংনরিবনো, ঐদি তাদে ইনে!"

— "ইবুংঙোবু তাবা ঙমগদ্রনে?"

— "ঙমগনি ইনে, তাকপীরো!"

অদুদি তারো ইনে হায়রগে — "ঙরাং ইবুংঙোনা অহীং অথেংবদা বৃন্দাগী মনাক্তা চৎলগা মাগা উনরুবগী মরম করিনো?"

ৱাহংদু ইমুংদগী বৃন্দানা তাবদগী মমাবু হায়দনবা খামগে চেঙ্গোরকপদা থোংজিন্দা তুশিন্দুনা ৱাঙ্খ্রে।

রোমেন ইকায়বকা খঙদনা বৃন্দাগী মনাক্তা চংলক্লগা বৃন্দাবু কোনখৎপীরম্মী। বৃন্দাগী মকোক্তা মমানা ঈশিং থাদুনা ঙাইহাক লাক্লরে। শ্বর ফুন্দুনা শ্বরদু য়াম্না ৱানা-ৱানা হোল্লি। রোমেন য়াম্না থুনা ওটোরিক্সো অমা পুরগা লাক্লে। ৱাখলদি লম্কোনিগী ৱাহৈদুনা মাগী থম্মোইদা য়েবগুম তৌরি।

অশাওবা পূন্নমক ফাজিল্লগা বৃন্দাবু ওটোরিক্সোদা তপ্না থাঙ্গৎপীরগা হোসপিতালদা মমাগা লোইননা মখোয় অহুম লাকমিন্নরে। ইমুংসিদা মমা লম্কোনি নত্তনা বৃন্দাগীদমক খনবীনবা কনাসু লৈতবগা মান্নরে। অদুবু রোমেন্দি মীনা মাবু থীনা ঙাংনবীরে হায়বা মনানা তারবা ফাওবদা হনবা লৈতনা বৃন্দাগীদমক হোৎনরি। মাদি বৃন্দাগী অশেংবা থম্মোইবু মশক মুন্না খঙই। অদুগী মথক্তা মাগী মরালসু থোইনা লৈরুদবনা করিসু চিংনবা লৈতে। মাবু মীনা চিংনরিবদুসু অশেংবা খঙলক্লগা নোংমদি তোকচখিগনি খল্লি। হোসপিটাল য়ৌরগা কেজুএলটিদা ফমুং অমা ফংলে। ডাক্তরনা হায়বা মতুংইন্না হিদাক কাপ্নবা ড্রিপ্নচিংবা রোমেন্না চেন্দুনা পৈশা পুথোক্তুনা লৈরুরে। ড্রিপ কাপ্পা হৌরে। জ্ঞান খরা তারকপদা বৃন্দা মমিৎ অনী তপ্না পাংথোক্লগা রোমেনবু য়েংজে। পুক্নিং নুংশিরক্তুনা কপ্পী। মাগী ওইরিবা শকফমদু উরুরগা রোমেনসু বৃন্দাবু হেন্না-হেন্না নুংশিরকপগুম তৌরকই।

অহীংনা য়ৌনা থেংজিল্লক্লবা মতমসিদা বৃন্দাগী মমা লম্কোনিনা রোমেন্দা য়েংলগা —"ইবুংঙো রোমেন! থেংলে, ইচা ৱারম্লগনি, য়ুমদা হন্নবা তৌরোদনা?"

— "ইনে! ঐ সুম লৈগেদা!"

হোসপিটালগী মী অয়াম্বা ঙন্না তুম্নখ্রে। রোমেন ঙাইহাক্তং মপাল থোরক্লগা হোসপিটালগী পিল্লর অমদা ঙাথরগা ফম্মী। মতমদু বৃন্দাদি ড্রিপ কাপ্লগা ফমুংদা হিপ্লি। রোমেন বৃন্দানা মপামদা লুহোংবা নোংঙানবগা অমুক হল্লকপগী মরমদু রতন পুলিসনা ফাখিবদুগা মরী লৈনরমগদ্রা খল্লুবনি। অদুবু মানা অশেংবা মরমদু খঙনীংদুনা কুপথনা লঙ্কোনিদা হংলুবা মতমদদি বৃন্দাগা মাগা অহীং অথেংবদা বৃন্দাগী মনাক্তা চৎলগা উনদুনা জগৎকী মীওইবনা তাবদা হঙ্গোইরবা থৌদোক অমগী ৱাহৈশিংদু তাবা ফংখিবনি। মী অতোপ্পা ওইরম্লবদি বৃন্দাগী ইমুংবু হন্না ফাওবা য়েংলমদনা শাওদুনা অথীবা খোন্না চৈরমগনি। মানা খল্লি, — "মসিবু করম্বা মী অমনা য়াম্না হৈ-শিংনা ভাবনা শারগা পুথোরকপা ৱাফম ওইরিগবা? উহৌবা মী, চিংনবা খরদি শোয়দনা লৈরম্বা তাই। অদুবু বৃন্দামক্তা লুহোংবগী অহীংদা মাগী নুপা নত্তবা অতোপ্পা নুপা অমগদি করম্না পুখ্রি মপান্দা উনগদৌবিবা? মদু শুকওই ওইথোক্লোই। অদুগা বৃন্দানা মরোল থোক্তবীগুম লৈবিবসিনা কবিগী? মীনা ঐগা মাগা উনবনি হায়বফাওবদা মানা নত্তে হায়দ্রিবসিনা তাকপদি ঐবু মানা হৌজিক ফাওবদা তশেংনা কাউবা ঙমদ্রবজাৎলা? অতাবা মীপুম খুদিংমক্তদি ঐখোয় অনীবু উরগা হঙ্গোইনা উগদৌরি, তিন শিৎনীংগদৌরি। অসুম খল্লুরগা রোমেন্না থাজবা অমদি লৈরে। মদুদি করিগুম্বা রতন্না পুলিস কিন-কিনা লোন্না ময়ুমদা হল্লক্লগা বৃন্দাবু কৌথোকপীরগা মফমদুদা উনবা ওইরমগদ্রা? মরমদি রতনদি পুলিসনা ফাগদবগী থিরম্বদুদা কিব্দগী ময়ুম চংলকপা ঙমদদুনা লৈরিবনি। অচুম্বা লম্বীদা চংলকপা ঙমদদুনা মখোয়গী ইংখোলগী মচি-মরুমদা লুমদুনা তাঞ্জা ঙাইরিঙেদা বৃন্দানা মপাল থোরকপগা মপা চানরুদুনা ইমুং চংবা কিজবা রতন্না বৃন্দাবু মফমদুদা কৌথোকপীরম্বা শোয়দনা ওইগনি। রতন্দি বৃন্দাবু লুহোংদুনা লৌরবা মীশক্লি। বৃন্দাদা মানা মফমদু তানা কৌথোক্লবগী হকশু চাউনা লৈ। মানা হায়বদা বৃন্দানসু য়াদবা ঙল্লোই। মা নত্তবা অতোপ্পা মীশক অমনা হাইজিল্লক্তুনা হান্না অমুক্তসু লাক্তুনা লৈরুদ্রিবা ইমুংদুগী, ইংখোলদুগী, পুখ্রি মপালদুগী মরমদা মুন্না খঙফম থোক্তে। রতন্না শোয়দনা ওইগনি। অদুগা বৃন্দানা থৌদোক্তু রতনগা মাগা উনবনি হায়দ্রিবসি করিগীনো? মাদি অদুক য়াম্না অপংবী নুপীদি নত্তবনি। মীনা তোয়না ঙাংনবা ৱাফম — "নুপীনা নোংমদা অহল্লক পঙই" হায়নবদুবু বৃন্দাগী মফমদসু

থোক্লুরবজাৎলা? মসিবু মাগী নহানমুক্কী মপোক্তা তৌজরকপা পাপকী মহয় হায়বদুরা? দন্দিসিমক্তি মঙোন্দা পীবীবদি কনমন্দ্রা?" ৱাখল অসুম খল্লম্বদগী রোমেন উইবা হৌরকই।

মতমদো মী পুন্নমক তুম্নখ্রবনিনা য়াম্না চিক্লে। বৃন্দা মমিত্তা রোমেন উখিদবদুদা য়ুমদা হনখ্রবোই নীংলুরে। অমুক হল্লক্কদবসু মাল্লক্লে। মমাগী অকনবা ৱাহৈদুদা মা শোয়দনা শাওরম্লগনি খল্লুরে। বৃন্দাদি অপোকপা মপাগী অকনবা ৱাহৈশিংদুদা শিরগে চপ য়ুংনা লেপখ্রবনি। মমানা মাগী খুয়াদা তুমথখিবা তাঞ্জা ঙাইরগা দ্রিপ কাপ্লিবদু মতোমতা শৎতোক্লগা তপ্না ফমুংদগী হৌগৎলগা মপাল্লোমদা থোরকই। মানা থোরক্লিবা লম্বীদুদা বোমেন পিল্লরদা ঙারগা উইদুনা লৈরম্বদো বৃন্দানা উরুরে। রোমেনবু উবদা পুক্লিংদা নুংশিবা অমদি পাম্মুবা অনীমক পুনশিন্নখ্রে। মাগী অৱাবদু রোমেন্দা পুন্না পুমিন্নসি হায়নীংবগী ৱাখল ফাওরকপগুম তৌররে। করি অমত্তা খন্থরুদনা নুংশিবনা ইকায়-ইকি ৱাংমা লান্না তারোমেন হায়না কৌরগা রোমেনগী মনাক্তা চংশিল্লগা রোমেনবু চেজেৎ কোল্লগা মখোল থোক্লা কপথোরক্লে।

লঙ্খোনি নুপীগী খোঞ্জেলদা কপ্পা তাবদুদা মিকপ খংথোক থোক্লকই। ফমুংদা ইফিং-ফিংনা হৌগৎলকপদা বৃন্দা লৈরমদ্রে। প্রপ-প্রপ চেনথোরকই। বৃন্দানা রোমেনবু কোল্লগা পুক্লিং নুংশিনা কপ্পুনা লৈরম্বদু হেক উরুরে। লঙ্খোনি বৃন্দাবু নুংশিবদি পোক্লগা মীনা মচাগী মফমদা ঙাংনেরিবা অরানবা পাউদু অচুম্বা ওইবা শোয়দ্রে খল্লকই।

কপ্পা তাবা মী অতৈসু হৌগৎনরক্কুনা মখোয় অনীগী মতৌদু উরুরে।

নর্স অনী থোরক্কুনা বৃন্দাবু হান্নগী ফমুংদা পুশিনখ্রে। ফমুংদা হিপহল্লগা দ্রিপ্তু মখা তানা অমুক কাপ্পী। তুম্নবা হিদাক অমসু য়ানশিল্লগা কাপ্পুনা বৃন্দাবু তুমহনখ্রে। বৃন্দানা থোক্লকপদু শিজরুরগে খন্না থোকচরকপনি। অদুবু রোমেন্না মীনা তুক্কৎচনরবী বৃন্দাবু অহীং মিৎশেল খাঙদুনা ময়ুমদা হন্দনা হোসপিটালগী পিল্লরদা ঙারগা উইদুনা লৈরম্বদু উরুবদা বৃন্দা শিবা ঙমদবনি। বৃন্দানা শিখিবা থোক্লবদি রোমেন্না মাগী নুংশিবা শকফমদো অমুক উররোই খল্লুবদগী রোমেনবু কোল্লগা কপচখিবনি। মী কন্নানসু মাগী অৱাবদুবু খঙবীদ্রবসু রোমেন্নদি মাগী অৱাবা অসিবু অয়ৌবী থাক য়ৌনা খঙবীবগুম তৌরি। মসি ওইবা তাই নুংশিবগী অশেংবা মরী হায়বদো। মিৎলু পিরাং মরক্তা তুমদ-চাদনা নোং ঙাম্লে।






বৃন্দা ময়ুম অনীমক্তা মাবু নুংশিবা মী অমত্তা লৈরক্তবসিনা হোসপিটালদগী য়ুমদা হল্লগা নুংঙাইগনি হায়বগী আশা থোইনা উদে। চৎনীংবসু পোক্লুদে। ময়ুমদনা মানা মপামদা হল্লকপগী পাউ তারগা মরম হংবা লাকপা মীগী মশীংনসু অতৎ-অথম লৈতে। মপাসু মীগী ৱাহং ময়ামদু খুম্বা ইকায়দুনা ঙসিসু ঙন্তানা য়ুমদগী অমুক থোকখ্রে। রতন উনবা ফংলগদি মরোল খরসু খঙবা য়াবনি। অদুবু রতনসু মী অমত্তা উনহন্দ্রি। রতন্নদি বৃন্দা মখোয়গীদা হৌজিকসু লৈরমগনি খল্লি। রতনবু কোর্টতা পুথোক্লমল্লগা পুলিস রিমান্দ লৌথদুনা মখা তাবা ৱাহং চৎথরি।

বৃন্দাগী মশাদু খরদি ফগৎলে। ডাক্তরনা য়ুমদা চৎপা য়ারগনি হায়রে। য়ুমদা চৎনবা মমানা মফি-মরোল লোইশিল্লি। মচাগী মশমদু নীংথিনা পুনশিনবীরে।

শোমদা রোমেন ওটোবিক্সো অমা ৱাইরুরগা পুশিল্লক্লে। বৃন্দাগা মমাগা পুন্না তোংহল্লগা হান্না চৎহনখ্রে। রোমেন্না কোন্না মতোমতা লাকহৌরে।

য়ুম য়ৌরগা বৃন্দাবু পোকপা থম্বাল অমদি কান্তা অনীমক লৈরমদে। ইমুংদুগী শুমাংদনা বৃন্দা লুহোংখিবগী মান্দোব ফাওবা শীদ্রিবনি। অসিগুম্বা মতাংসিদা থোকহন্নীংদবা থৌদোক থোক্লকপসিদা কনানবু বুদ্ধি-লৌশিং থোক্কদগে?

মঙানি চাক্কৌবগী মতাংদদি থম্বালনা খবরদা চত্তুনা খুদোংচাদবা মরম অমদগী য়েথোকচরে হায়না পাউ ফোংদোক্লুরে।

বৃন্দা য়ুমদদি হল্লক্লে হায়ববু নুংঙাইফম ইখঙ-খঙদে। মমান্নবী গীতাখোয়সু অমত্তা লাক্কুনা মাগী অৱাবা পাউ হংলদে। হান্নদি মমান্নবীশিং তোয়না লাক্রম্বনি। অদুবু ঙসিদি মাগী অরানবা পাউ শন্দোকপীবা ঙাক্তা ঙাইরে। মানা রোমেনবু অদুক য়াম্না হান্নদগী পামজরগদি রোমেন্দা কোক চেল্লম্বা য়াদ্রা? মাবু অদুক পঙলিবা করিগীনো? খুঙ্গং মচা অসিসু মতৌ ইমান্দি মান্দনা "মোন্না শেঙ্গাও লাকই" হায়নবদু চুম্বগুম হেক তৌই। অসিগুম্বা ৱারী শানরগা নোক্লর্বাবসু কোঙ্গাইনি।

ৱানা-ৱানা ঙসিগী নুমিত্তি অমুক তাখ্রে। মী কয়াগী মফমদদি নুংঙাইবা নুমিৎ ওইরবসু বৃন্দাগী মফমদদি ঙসি নীনি হুন্নিসি অথবা নুমিৎ অফবা থাবান

হায়বদো অমত্তা হেক থোক্লে। খুবাক ময়ি, কুঠিনচিংবদনা করম্নবু তম্নক্লিবা? সন্ধ্যাগী ধুপ-থাওমৈনা কনানা থাবীগনি, চাক্না কনানা থোংবীগনি, য়েঙ্খাংনা করি থোংগনি কনানসু খল্লুদ্রে। ইমুং মান্দ্রে থম্বালগী য়ুমদো। বৃন্দানা লুহোংদ্রিঙৈদদি নুংতিগী মাসু মথৌদাং খরদি তৌজরম্বনি। মৌপ্পা কাস্তনা খরা থেংনা হল্লক্তুবা য়াওবদা মমাদা তত্তনা ইমা কাস্তদুবু হৌজিক ফাওবা হল্লক্তে, মতম ফত্তবসিদা হায়না তত্তনা হায়জরম্বনি। ঙসিদি ইমুংসিগী অবাৎপা, অশোয়বা পূন্নমক মানা খঙউ-উরুরগসু মাগী হক্তি লোইনমক মাংখিবগুম তৌরে। হিংবগী অর্থ লৈত্রবী, মচিন-মবা চৎলরোইদবী নুপীমচা অমগী পুন্সিগুম তৌরে। নুপীগী পুন্সি হায়বসে য়াম্না লুখ্রবা অমদি তোনখ্রবা পুন্সি অমা ওইনা মণিপুরী সমাজসিদা উবীরি। মসিবু চুম্লিব্রা নত্তগা লাল্লিব্রা হায়বদি কনানসু মনুং হঙ্জিন্না থিবীরুদে। লোইনমক্না লালহনবীবগুম তৌরি। অচুম্বদু থিরগা শেমদোকপীগে নত্তগা পুখৎপীগে হায়বগী ৱাখলদি কনা অমত্তনা খনবীরুদে। সমাজসিনসু অচুম্বদু লোৎশিল্লগা থম্বদা মতেং পাংনীংবগুম তৌরি। লোন্না কনা খঙহন্দনা তৌবা অরানবা থবক কয়াবুদি অশেংবগুম তুলসিমনাগী মশক ওইনা লৌনবি। মিৎয়েংদা অরানবা ওইনা উবা থৌদোক্না অচুম্বা ওইরবসু, অইন্না য়ারবসু প্রমান পুথোক্তুনা পীদ্রগদি সমাজগী য়েক্লবা ওইরি। বৃন্দানা লুহোংবা অহীংদা মা অমদি মাগী মপুরোইবা রতন অনীনা লোন্না উনজখিবা মিকুপ্তু খবরদা রতন্না ফোংনা হাপ্তুনা ঐনা তৌখিবনি হায়বা ঙম্নবদি সমাজসিনা বৃন্দাবু য়াবীগদৌরিব্রা? মনেম মকু অমদি মনম্মা অহুমদুনা মাবু সতিনি অমুক হায়বীগদৌরিব্রা? মতমদুদা মানা হান্না চাখিবা অথীবা খোনফম অমদি বদনামদুগী ক্ষেত্রিপুরোনদি বৃন্দানা পৈশা ওইনা ফংলগা কোক্কদৌরিব্রা? লৈবাক সরা সন্না লান্না পাউথোকপিখ্রবা ইকায়বা মপৈ অমা নংখ্রবসু পাউদু অরানবা ওইরম্লে হায়রগনা হেন্না ফজফম লৈখিগদ্রা? পূন্নমক ফজফম খঙদনা, চন্নফম লৈররোইদবা চনৈনবা পুন্সিগী ফজদবা ৱারী ওইহৌরগনি।

অরূবা ঈশিং স্নাবুল অমা অনৈবা পুখ্রিদা হৈজিনখিবদা মশানা অদুম মোৎখ্রগদবনি। অনৈবা ঈশিংগা তিন্নখ্রবা হান্নগী অরূবা ঈশিং স্নাবুলদো করম্না পুখ্রিদুদগী হান্নগী মওংদা শোকপা য়াগদগে?

নুমিৎ থুনা তাখিবনা বৃন্দাগী মফমদদি হেন্না পামজবা ৱাখল ওইরকই। মঙালনা মাগী য়েক্লবা ওইবগুম তৌরি। চাও-থকউ হায়বসু য়াদে। ৱাখল অমদা

উংদুনা, য়েংখিবা পোৎ অমদা মমিৎ কুপ্তুনা য়েংদুনা অদুম লৈরি। হোসপিটালদদি রোমেনগী নুংশিবা মশক-উজরগা ঙাইহাক্তং ওইরবসু পোৎথারম্মী। হৌজিক্তি রোমেনগী শাকফমসু ঙাইহাক্কীদা নত্তনা পুন্সিগী ওইনা উগদবসু মাল্লে। মা শোয়দনা ময়ুম থাদোক্কুনা চৎখ্রগদ্রা খঞ্জরুই। অথীবা বদনাম চারবা মীশক অমনা সমাজসিদা কয়াম কুইনা মশক উৎপা ঙমগনি।

রোমেনসু ময়ুমদগী মপাল থোক্লে। মীনা মাবু উরগা মুশুক-মুশুক ঙাংনগদবদু খল্লুবদা থোক্তবনি। নুংথিলদু চাক খরা থোঙদুনা চারগা ঙাইহাক তুম্লুরে। মাসু য়ুম থাদোক্লগা মফম অমদা চৎলগে খল্লক্লে। অদুবু মানা খনবদা বৃন্দা শোয়দনা শিগে হায়না খল্লমগনি নীংই। মানা ঙরাং নুমিদাং অথেংবদা হোসপিটালগী ফমুংদগী থোরকপদু শিগে খনবদগীনি। রোমেন্না মাগী লম্বীদা লৈরমদ্রগদি বৃন্দা শোয়দনা শিরম্লগনি। ঙসিসু মা অহীংদা ইমুংদগী লোন্না থোরক্কদ্রা হায়না কন্না চিংনকই। বৃন্দগীদমক থম্মোই শেংনা, মনুং য়ৌনা খঙবা মীশকসি রোমেন্তমক ঙাইবগুম তৌরে। মাগী ৰাখলদা বৃন্দাবু লম্মখাংদা শিহনবদি চুমদে খল্লি। অদুগী মথক্তা মানা হিংলিমখৈদি বৃন্দাগী নুংশিবা শক্তম মরক-মরক্তা উজনীংই, মাগী মতেংসু পাংনীংই। বৃন্দানা মতম চাদনা মাগী নীংথিবী অমদি নুংশিবী শক্তমদু অশিবনা পুবীখিবদি রোমেন্না য়ানীংদ্রি। মা তশেংনা বৃন্দাবু পাম্মুজরি। খঙদে, মসিরা অশেংবা নুংশিবা হায়বদো? রোমেন বৃন্দাগী ৰাখলনা তুম্বা য়াদনা অহীংদা পুখ্রি মপান্দা থোরক্লগা মতোমতা হাওফি অমা ইল্লগা বোরা অমদা ফমদুনা করিগুম্বা বৃন্দানা অহীংদা থোরক্লবদি শিবা য়াবা লম্বী সোয়দনা থিরক্কনি অদু ওইরবদি মানা কনবীগে খন্না ঙাইজরি।

ফাইরেন থা ওইজরবসু অতিয়াসি লৈচিল অমত্তা থাংদে। তরানি পানবগী থাজনা চীংয়া পক্লা মাগী নোংমগী থৌগাই লোইদুনা য়াম্না থুনা হাইথখ্রি। শাবী-শানৌশিংগী মফমদদি হেন্না-হেন্না পুক্লিং নুংশিরকপা অহীংগী মতম্নি। অয়িংবা নুংশিৎসু মরক-মরক্তা শাহুম হাইফেৎ কন্না হুম্লকপা য়াওই। থাবল্লে লৈনমসু নাতোন্দা য়ৈররি। রোমেনদি থবল্লে লৈনম্না নাতোন্দা চংলক্লবসু মনমদুগী মরমদা থোইনা খল্লুদে। মাগী নাতোন্দদি বৃন্দাগী মনমতনি ফাওরিবা!

রোমেন্না খঞ্জরুবগা মপা চানরুদুনা বৃন্দা ইমুংদগী তুমিন্না অহীংদুদা থোং হাংদোক্লগা মপাল থোরক্লে। মতুংদা থোং তপ্না ঙাশিল্লম্মী। মাগী থম্মোইনা

খল্লুবা খুদিংমক বৃন্দানা মথং-মথং পাংথোরক্লিবসিনা করিগীনো হায়বা ঙমদে। থম্মোই মশক মুন্না খঙনবা হায়বদুবু মসিরা ? নত্ত্রগা খল্লুবদা মপা হেক্তা চানরুব্বনি খল্লসিরা ?

বৃন্দা মী ফত্তবা, লাই-তিনকা অমতা কিদবগুম তৌরে। অশিবতবু খৌরাংনা পামজবগুম তৌরুবমাল্লে। মাবু লৌবা লাকপা অশিবগী দুটনা কদাইদা ঙাইরিবা ? কবম্না মাবু পুগদৌবি ? বোমেন্নদি পুদনবা থিংগদৌবি।

হাথু-হাথু থোবক্লগা ইন্নফি অপাবদু মরৈ-মবৈ তাশিল্লগা মঙকশমদা কোঙোয় থাদুনা পুনশিল্লে। থোঙ্গাল মযাগী শাবেপ ফানা চাউববা হৈনৌ পাম্বীদুদা লাইবক অহুল্লক কৎলগা — "ইপা ইবুংঙো ! ঐবু অশিবগী মনাক তানা পুবীবদা ইপা ইবুংঙোনা তেংবাংবীয়ুকো !" মখুৎ অনীদুনা হৈনৌ পাম্বীদুদা চেৎনা পায়বগা মখোঙনা হৈনৌদা নেৎলগা কাখৎপা লাক্লে। মাদি অঙাং ওইরিঙৈদা কেনা হৌরকপনা নোংমতসু উ কাবা তমহৌদে। বৃন্দা উকাবা ঙমদ্রে। পুক্লিং নুংশিনা শুৎ-শুৎ কপ্পকই। রোমেন ফম্লস্বদগী মশাদু মুন্থরক্তুনা ঙাইহাক উইরুরমাল্লে। মঙওই-হাওই মী অমা শুৎ-শুৎ কপ্পগী মখোল তারকই। মমিৎ পাংথোরকপগা লৈনা-লৈনা য়েংলকই। বৃন্দানা অমুক্কা হন্না হৈনৌদা পায়রগা কাখৎপা ঙম্নবা হোৎনরিবদু রোমেন্না মুশি-মুশি অমম্বা মরক্তুদা উরুরে। প্রপ-প্রপ বৃন্দাগী মনাক্তা চংশিনখিদুনা বৃন্দাবু মখুৎ ফাদুনা খাম্মী। বৃন্দা রোমেন্নী খঙবদা রোমেন্দা ওনশিল্লগা চেজেৎ কোল্লগা মবুক পেন্না কপচরে। রোমেনসু বৃন্দাবু নুংশিনা লাইবক্তা চুপ্পীখি।

— "তা রোমেন ! ঐ য়াম্না ৱারে, ঐ হিংনীংদ্রে, করিগীনো তারোমেন্না ঐবু অসুম শেন্নদুনা লৈরিবসিবো ? তারোমেন নং ঐবু হন্দকমুক্তি খাম্বীরগনু, ঐবু শিহল্লো ! সংসারসিদা ঐগী ওইবা মী কনাসু লৈত্রে। মথংগী মপোক অমদা ঐখোয় অনী শোয়দনা অমুক উনশিকো ! মপোক থীনা তম্লক্লবী ঐগীদমক তাবোমেন্না অমুক ৱাবীরুব্বগনু।"

রোমেন, — "ঐ লৈরিবসিদি। বৃন্দা ! নং নুপী থোকউ ! নর্ংদি লাইরিক-লাইশু মতিক-চানা হৈরবীনি। নংনা অশেংবা নশাগী থৌদোক ফাওবা মীয়ামদা ফোংনা খঙহনবা ঙমদ্রবদি নং য়াম্না পাংমন্দ্রে। হৌজিক্তি য়াম্না চাউখৎলবা যুগনি, হায়য়ু ! মীনা ঙাংনরিবা ৱাফমদো লাল্লি, নংগী লুহোংবগী অহীংদা

রতনখোয়গী পুখ্রি মপান্দা নংগা লোন্না উনখি হায়রিবা মীশক্তু অতে কনাসু নত্তে 'রতন্নি'। নং রতনগী নুপীনি, মানা নংবু য়াম্না পামজনা লুহোংদুনা লৌখিবনি। ঐনা হায়বিবসিদা নংনা চুম্মী হায়রগদি রতনগী মমা-মপাদা ঐ চৎলগা ৱাফমদু শেংদোক্লুগে। অদু ওইরবদি মখোয়না নংবু শোয়দনা নুংশিরক্কনি।

বৃন্দা খুমদে। মরোল থোক্তবীগুম কপ্পুনা অদুম লৈ। — "অদুদি নংগী ননেম-নকু অমদি রতনগী মচে মপামদা হল্লক্তুনা লৈবী রাধানা, নখোয়গী ইমা বাবানা, কান্তনা, লৈকায়সিনা, সমাজসিনা চিংনরিবা নংগী নমাংদা লেপ্লিবা ঐসে নংগা হান্না নুংশিনরম্মী, কোইনরম্মী, তোয়না গাড়ী অমদা চৎমিন্নরম্মী অদুনা রতনখোযগী পুখ্রি মপান্দা নংগী লুহোংবা নুমিৎকী অহীং অথেংবদা নত্তবা লিচৎ চৎলম্মী হাযনা উহৌদবশিংনা মখোল হৌনা মমিৎমক্লা তশেং-তশেং উহৌবগুম মণিপুব শিন-থুংনা তান্নবা ঙাংনরিবসিদা নংগী নচিন্দুনা ঐগী ইমা মকসিদা থৌদোক্তু অচুম্বনি অমুক্তং হায়রোদনা?" রোমেন ৱাদু ঙাংনা-ঙাংনা থম্মোই শোক্লা কপ্পি।

রোমেনগী ব্রজ চাম্মদগী হেন্না কল্লবা ৱাহৈশিংদু তাবদা বৃন্দাগী শিরগে খন্না থোকচরক্লিবা থম্মোইদুবু হেন্না থৌনা পীবগুম থোকখ্রে।

রোমেন্না হায়রক্কদবা মা'দবা ৱাহৈশিংদুনা মঙোন্দা চৈরম্বগুম তৌবদুদা রোমেনবু উরগা বৃন্দা ইকাইজবনা মমায় পুবা ঙমজদরে। বৃন্দা থোঙ্গাল্লোমদা লৈজবী থাদুনা কন্না চেনখ্রে। মঙক্তা মরৈ-মরৈ তাশিল্লিবা ফি মতেক্তুসু য়েৎশিল্লি। রোমেনসু বৃন্দাগী মতুং ইন্দুনা কন্না তান্নে। বৃন্দা থুম্বুথোং মাইকৈ তন্না চেনখ্রে। অদুবু নুপানা য়াংবা হেনবনা রোমেন্না বৃন্দাবু অমুকসু ফারে। বৃন্দা য়াম্না শাওনা মখুৎ অনী চংদুনা রোমেনবু থাদোকউসে হায়রগা ফুবা হৌরকই।

মানা শাওনা ফুরুরবা রোমেনবু অমুকসু মঙকশমদা চেজেৎ কোনশিল্লি। "তা বোমেন, তা বোমেন"। কৌরগা মখুৎ অনীদুনা মমায খুল্লগা ফমথরগা অঙাওবীগুম কপ্পুনা লৈখ্রে।

রোমেন, — "ফরে, নংনা অদু য়ৌনা থম্মোই শোক্লবদি হৌখিবনা হৌখ্রসনু, ঐখোয় অনী নংগী মীৱা-মৈশা লাংলরোইদবা অরাপ্পা মফম অমদা মতম খরা পুন্না অৱাবা খাংমিন্নরুরসি! ঐসু নংগীদমক্তা পুন্সিসে কৎথোক্রুল্লগে।"

বৃন্দা রোমেনগী অর্থ চেল্লবা ৱাহে কৎথোকপা হায়বদুনা মাবু ৱাখল অমদা হুমদুনা ঙাইহাক পুবীবগুম তৌরকই। খঙহৌদনা পুক্নিংদা অনৌবা আশা অমগী ময়োন চোংলকই।

বৃন্দা রোমেনগী ৱাদু য়ানীংবগুমসু তৌরে। মা কপ্পা তোকখ্রে। অদু পুন্নমক্কী মথক্তা মানা অহীংসিদা থোরক্লিবসিসু য়ুমদা অমুক হঙ্জিনবগী ৱাখলদি য়াওদ্রবনি। ৱাদি শুকঙাং-ঙাংদনা রোমেনবু থম্মোই শেংনা নুংশিজরুবনা রোমেন্না মাগী মনাক্তা লেংদনা লৈবীরগদি মাগী হিংবগী আশাগী মৈরিদি মুৎখিদবসু য়াই। অহীংদুদা রোমেন মাংলোমদা মখোঙ থাংবা হৌরে। বৃন্দাসু রোমেনগী তুংদা তপ্না-তপ্না ইল্লক্লে। মানা মতুংদা ইল্লকপদুদা রোমেন বৃন্দাদু মানা হায়রিবা ৱাফমদুদা য়ানীংলে হায়বা খঙই। লম্বী চৎনা-চৎনা মাগী মরৈ-মরৈ তাশিল্লুরবা ইন্নফিদু হন্দোকই।

ৱা অমত্তা ঙাংনদনা অৱাং পাংনা অসুম লাকপনা অৱাং বী ও সি নকশিল্লক্লে। নোং ঙানগদবসু কুইরক্লে। যেন খোংবা মখোল তারক্লে। অয়িংবা নুংশিৎসু শিৎলক্লে। রোমেন্না ইল্লম্বা হাওফি অথাবদু বৃন্দাগী মনঙ্গন্দা কুপ্লীবে। বৃন্দাসু ফিদুনা মকোক খুম্লগা রোমেনগী মতুং অসুম ইল্লকপনা অৱাং বী ও সি য়ৌরে।

গোবীন্দগী মঙ্গলার্টিগী শরিক মখোল মরক্তা মসজিত্তগী অল্লাহু অকবর লাউবগী খোঞ্জেলসু তারক্লে। নোংঙাল্লমদাই মতমসিদা শোংলবা অসাম রাইফলসগী উমংদগী অহীংগী উচেক মকুনা কু-কু হায়না তান চানা-চানা খোঙলি।

টাটা গাড়ী অনীখক মান থন্না হাপ্লগা মখারোমদগী লাইট কাপ্লগা লাকপদু অৱাং বী ও সিগী টর্নিংদা খরা তপথরগা মমায় লৈগদবগী তাঙ্গাদা রোমেন চেনশিল্লগা মখুৎ থাঙ্গত্তুনা খাম্মী। তুং থংবগী গাড়ীদু ব্রেক ফারগা লেপ্পী।

— "দিমাপুর ফাওবা মী অনীখক্তা য়াওজগে?"

— "য়ানি, য়ানি কাখৎপীরো!"

রোমেন গাড়ীদা লাইবক কৎলগা হান্না কাখৎলি। বৃন্দাসু-লাইবক অহুন্নক কৎলগা কাখৎনবা হোৎনবদু টাটাদু ৱাংবদুদা রোমেন্না মখুৎ পায়রগা চিংখৎলি।

গাড়ী মথক্তা কাখৎলগা সিত্তা হেক ফমথবগা ভ্ভান খরা তাবগুম তৌই। বৃন্দাগী পুক্নিংদা মমা লৈবাক মণিপুর থাদোক্লগনি খল্লুবদা পুক্নিং নুংশিরকই।

লাইবক ফবনা মী অয়াম্বা হৌনদ্রিঙৈদা মখোয় অনী ট্রক তোংদুনা চৎখিবনা অবাং সেকমাই লানথোকখ্রে। পুং নিপালমখায় তাবদা লাইরৌ য়ৌরে। ড্রাইভর হেন্দিমেন্দি লাইরৌদা চাক চাখিনি, নখোয়সু চানীংলবদি চাক চারো মাওদদি কুইনা খাম্লরোই হায়রে।

রোমেন বৃন্দাবু ঙাইহাক্তং কুমথরগা মায়-মিৎ তাথোক্লুসি হায়না হৌই। বৃন্দাসু তপ্পা গাড়ীদগী কুমথরগা মায়-মিৎ তাথোকপা, অমা-অমা লোইরে।

রোমেন্না মখোয় অনীসু চাক খরদি চাথোকখ্রসি হায়বদা বৃন্দানা মাদি চাররোই হায়রে। চা কপ অমখক্তং থক্কে হায়বদগী রোমেন্না চা কৌদুনা থকমিন্নরে। শিংহারা অনী অমগা লৈদুনা চামিন্নরে।

ড্রাইভর হেন্দিমেন অনীমক চাক চাবা লোইরগা গাড়ীদা কাখৎলক্লে। ড্রাইভরদু ঙসাই মখৈদি ব্বা কয়া ঙাংলমদ্রবসু চাক তোক্লবা মতুংসিদদি ব্বা ঙাংবা হৌরক্লে। মা অশাবা খজিক্তং গাড়ী থৌবা নুংঙাইনবা পায়রুরমাল্লে, মমায় কনখৎলক্লে। রোমেনগা বৃন্দাগা অনীগী মরমদা হংবা হৌরক্লে।

"ঐখোয়গী ইনাওগা ইচনগা করি লম য়ৌনবা চৎপীগদবনো?"

রোমেন — "তাদা, ঐখোয় গুবাহাটি ফাওবদং চৎচগে তৌবনি।"

— "গুবাহাটিদদি করি থবক্কী চৎপীগদবা?"

— " আ... সুম ... থবক অম-'ম য়েংলুসিরা তৌজবনি।"

— "করি থবক্লো ইনাওনা তৌবীগদৌরিববো? মণিপুরদা তৌবদি য়াদবজাৎলা?"

— "তম্বা ঙম্বজাৎ নত্তেদা। কোইথি থিরগা তৌরুগদবনি।"

— "হায়রিসিবু ইনাওবু গুবাহাটিদা খঙন-চান্নবা মরী-মতা লৈবীব্রা?"

— "কদাইদগীনো তাদা, হন্দক্তা অহানব্বা ওইনা চৎলিবনি।

— "এ! ইনাওগীসিদি য়াম্না মোন্দা নুংঙাইনা থবক অমা হেক্তা ফংগনি খন্না লাকলিবনিনে?"

বোমেন ঙাইহাক্তং তুমিন লৈখ্রে।

ড্রাইভর হাযবসিমক্তবু খুদোংথিবা, অৱাবা কয়া থেংনদুনা লাক্লবনি। হিংনবা উপাই খরদি পুন্সিদা মথং-মথং থেংনরক্লবনি।

রোমেন অমদি বৃন্দাগী ফিভমদুদা ড্রাইভবদু মখোয় অনী লোন্না চেল্লকপা ওইরমগনি হাযবসি ভাবনা লাম্বা ফংবগুম তৌরে।

ড্রাইভরদুনা মথং-মথং মখোয় অনীগী মরমদা ৱাহং কয়া লম্বী লমশাং লাকপদা লম্বী তেন্নবা হংখি।

রোমেন্নসু মতৎ-মতৎ হায়বা যাবা, যাদবা যেংনা-যেংনা পাউখুম পীখি।

মখোয় অনীগী পাউখুমদগী মখোয় অনী শোযদনা অৱাবা মাযোক্লরগনি হায়বসি ড্রাইভবদুনা খঙবগুম তৌবে।

— "য়েংউ ইয়াম্বা ৱা অমা হাযগে, ঐগী মানসে গুৱাহাটিদা থাগদবনি নখোয় অনী গুৱাহাটি য়ৌবদি ঐখোযগী গাড়ীদা যাওবা য়াগনি।

রোমেন — "তাদা য়াম্না নুংঙাইজরে, ঐদি দিমাপুর য়ৌরগা গুৱাহাটি করম্না চৎকদবনো খনবদা য়াম্না ৱারুরবনি।"

মাগী মবুক শেংবা মতৌদুদা ড্রাইভরদু অমুক্কা হেন্না মখোয় অনীবু নুংশিরুরে। মাসু মহৌশা মাগী নুপী চেনবা হক্তক্তা য়াম্না ৱাখি।

ড্রাইভর — "ঐ লাংথবান্দগীনি। ঐগা মুন্না খঙনবা মণিপুরগী লাংথবান্দগী ইমুং অমা গুৱাহাটিগী বেলটোলাদা লৈ। মখোয় ঙসিদগী চাউরাক্লা চহী তরারোমগী মমাঙদা হোংলকখিবনি। ঐনা নখোয় অনীবু মখোয়গী য়ুম মনাক্তা থাদরমগে। মখা তাবদি নখোয় অনীনা থোকপা য়ান-য়ানবা ঙাংনহৌগদবনি। মাগীদা লৈরগা মাগী নুং চপখায়বগী মেছিনকাদু পানদুনা কলভর্ট হৈরিবকাদু য়েংশিন্দুনা লৈরগদি হিংবদি অদুম য়াগনি। মীদি য়াম্না ফবজাৎনি। মাগী হায়ববু মচিন থীবা, তনবদি য়াদ্রে। নখোয়না মাগী অপাম্বদু মনীংথুংনবা তৌবীরবদি মতম শাংনা তিন্নবা যাগনি।

ঐসু মাগী নুং চিংবগী গাড়ী থৌদুনা ঐখোয় অনী হৌদোকমিন্নরকপনি। মণিপুবদা ঐগী নুপী কেন্সরনা নারকপদগী লায়েংদুনা লৈবা তাখি। খব-খরদগী

চহী অমা হেন্না মাগী থবক লেপ্পা তাখি। ঐনা য়ুমদা থোকপদা মঙোন্দগী লুপা লিশিং তরাথক পুরগা পুখি। মতম খরা নারম্লগা ঐগী নুপীদো লৈখিদ্রে। ঐ মাগী পৈশা শিংবা ঙমদবগা মাগী মনাক্তা চংবা অদুম ঙমখিদবনি। গুৱাহাটি য়ৌবগা ঐ মাগী য়ুম তাক্কে। অদু নখোয় অনী ঐনা তাক্লগা চংলকপনি হায়রুগনু।"

রোমেন অমদি বৃন্দা ড্রাইভরদুনা হায়বীরিবা ৱাফমদু পুক্লিং চংনা তারি। মখোয়গী উপাই অমদি লৈরগদবগুম খঞ্জরুই। মী হায়বসিদি খঙনরবা, ৱারীবু তৌনরবদি কান্নবা অমদি হেক্তা লৈরম্মী।

ড্রাইভরদুনা লমশাং লাকপদা গুৱাহাটিদা মণিপুরদগী মতম চুপ্পগী ওইনা য়ুম হোংদুনা লৈখ্রবা গীরিধাবিগী ইমুংগী থোকথিবা থৌদোক্কী মরমদা অশাংবা ৱারী অমা লিদুনা তাহনখি।

## (অনীশুবা)

ঙসিদগী চহী তরারোমগী মমাংগী ৱানি। লাংথবান লেপ্তা লৈবা লাইশ্রম গীরিধারি মরম মোকপা, থবক শিঙ্খোং ফজনা খঙবদগী মাগী থবক্তা মপা চুম্লুদুনা পৈশা জর-জর পায়খৎলকই। থিকা খরা খরা তৌরম্বা তোক্লগা নুং চপখায়নবা মেছিন অমা লৈরগা নম্বুল মপালগী খাসলেন্দ লমপাক অমদা খিল্লি। মাগী হান্নগী টাটাগাড়ী অনী লৈবদুনা নুং চিংলগা কংক্রিক তকখায়রগা য়োল্লি। লন্নাই য়ুম শাবগী, সরকারগী, থিকাগী লোইনমক পী। পৈশা পায়রবনিনা ময়ুম-মকৈ চাউনা ফজনা শারে। মনাও নুপা লোবঙ্গো হান্না সিফাই খল্লম্মী। ময়ুমদা ছুটি থোরকপদা ময়াম্বগী থবক য়াম্না চাউখৎলম্বদুদা ময়াম্বগী থবক য়েংশিনবীনবা মী ৱাৎলে হায়বদগী সিফাইগী শিনফম থাদোক্লে। ময়াম্বগী থবক পান্নবা হৌদুনা থৱায় য়াওনা য়েংশিল্লে। মাদি হান্না আসাম রাইফলসকী সিফাই ওইনা হৌরকপনা মীশু কয়া কিদে।

গীরিধারি শামুরৌদগী পাকপীগা লুহোংদুনা য়ুম পানবা চহী তরেৎলোম শুরে। মচা নুপী অমখক পোকই। খরা থেংনা ময়ুম পানবদগী মচানুপী অমদগী হেন্দে।

লোবঙ্গোসু ইন্দিরাগা লুহোংদুনা মচানুপী অমগা মচানুপা অমগা লৈরে। ইন্দিরা চুং-ফিরাল চানা ৱাষি লৈনা ফজে, কুচুসু পাল্লি।

মণিপুরদা পৈশা পায়বা থিকাদার, ডাক্তর, ইঞ্জিনীয়র নহারোলগী থাগী শেনখায় য়াম্না কনখৎলকপদগী য়াম্না কিনবা মতম্নি। অশেংবা পার্টি, শেংদবা পার্টি হায়দুনা মথং-মথং মশীং য়ামখৎলকই। ঙরাং পার্টি অমগী পীখি, ঙসিনা পার্টি অমগী লাকই। হয়েংনা অতোপ্পা পার্টি অমগী তৌদুনা গীরিধারি শেন তানবা ইঙম-ঙমদবা মতম্নি। ঙরাং পার্টি অমগী লুপা লিশিং য়াংখৈ পীখিবতা ঙাইহিরি। খুত্তা পৈশা অমত্তা লাক্তবা নুমিৎসু ওইরে। ময়াম্বসু অরাপ্পা খুঙ্গং অমদা শোরাৎ চৎখিবদগী লৈতে। লোবঙ্গোনা থবক পানহৌবা নুমিৎনি। পার্টি অমা

লাক্লগা নহান ঐখোয়না পীরম্বা লুপা লাখ অমা পীয়ু হায়বগী চিঠিদু ঙসিদি অবোইবা থানখিবা নুমিৎনি পীদবা য়ারোই হায়ররে।

লোবঙ্গো ময়াম্বসু অরাপ্পদা শোরাৎ চৎখি, ঙসি নোংমা নীনিসি পোৎসু কয়া শিত্তবনা পৈশা লৈত্রে, নোংম-নীনি লৈরগা লাকপীরো হায়রুবনি। ঙসিমক পীদবা য়ারোই, নুপীগী সনারা করিনো থিরগা শুনবা পীগদবনি হায়রে।

লোবঙ্গোনা নখোয়না হাৎকে হায়রবসু পৈশা লৈতবনিনা কদাইদগী লৌরুরগা পীগদৌরিবনো হায়না খরা কন্না মরৈ য়েৎলুবদগী লোবঙ্গোবু নোংমৈ নম্লগা ময়ুম তানা পুশিল্লকই। মাগী নুপী ইন্দিরাগা মতৈমগা খায়জিন্নবদা লুপা লিশিং তরাদি শুরে। লুপা লিশিং তরাসি লৌবীরো হায়বদা সনা অরৈবা লোইনা পুথোরকউ অমুক হাযবে।

লোবঙ্গো য়াম্না শাওনা নখোয়গীসিদি ইমা লৈবাক্কী সেবা তৌগে হায়বা নত্তে, ইমা লৈবাক নুংশিবগী নমাদা পৈশা তানবনি। মীগী মপোৎ নমদুনা মুনবনি অশেংবা ওইরম্লোই হায়রুরে।

লাক্লিবা কাংবুদুগী মরক্তা খরা শাথিবা ঙাংনবা য়াদবা নুপা অমা য়াওই। মসি হান্নসু আসাম রাইফলসকী সিফাই ওইরম্মী হায়, নোংমা নত্তুগা নোংমদি আর্মিদা পাউ পীদুনা ঐখোয়বু ফানবা শীল্লকপসু য়াই। মসি লোইশিনবনবু ফরেদা।

মাগী ৰাঙাংদুদা লোবাঙ্গো শিবা তারবদি অমদি কোন্নরমগে খনবদগী হুৎ লৈরগা নুপাদুগী নোংমৈদু মুম্লে। মখোয় অনী কন্না মুন্নরিঙৈদা অতোপ্পা অমনা নোংমৈ মরু অনীখক কাপশিল্লক্তুনা লোবঙ্গোগী থবাক্তা মরু অনীমক পাল্লে।

মখোয়দি পৈশা খবদু পুরগা খোঙলৈ থুনা চেনখ্রে। লোবঙ্গো লৈমায়দা লোংনা তাদুনা ঈহিং-নাহিং শানা লৈহৌরে। পুলিস লাক্লগা অশিবদু পোস্ট মোর্টেমগীদমক পুখ্রে। অসুম্না ময়াম্বা হল্লক্লগা নুমিদাং অথেংবদা লোবঙ্গোগী সংস্কার তৌবা লোইখ্রে।

থম্মোই শোক্লবা ময়াম্বা গীরিধারি মনাও নুপাগী থৌদোক্তুগী মতুংদা মণিপুরদা মখা তানা হিংবা পাল্লক্লে। মাগী মখুত্তা হৌজিকসু লেটর হেদ অহুমগী

পৈশা পীগদবা ৱাৎলি। মনাও নুপাগী শোবাৎ-কর্ম্ম লোইবগা ইন্দিরানা হাযজবদগী মংদা ফুবা অমা কৎলে। অদুগী তুংদা গীবিধারি গুৱাহাটিদা লম থিবা চৎলি। গুৱাহাটিগী বেলটোলাদগী খবা চৎলগা লৈবা বেদকুষিদা লম বীঘা অনীথক ফংলে। মমল ঙাংনবদা যানবে। অদুবু মফমদুদি লমহাং ওইনা তৌবদুদা মাগী থবক মফম ওইনবা লৌবগা যুম ওইনা লৈবা যাগদবা মফম অমমুক থিরকই।

কছাবদগী নৌনা লাকপা মৈতৈগী যুম অহুমখক লৈকায অমা শেমগদৌবিবনি হাযবা মফম অমা থেংনবে। মাসু মফমদুদা মণিপুবদগী ইমুং-মনুং পুন্না হোংলক্কদবনি হাযবদুদা মযামদুসু হবাউবে। ইংখোল অহাংবা অমা ফংদনা মযামদুনা শীনবীদুনা মমল ঙাংনবা পুন্নোই লোইবে।

গীবিধাবি মণিপুবদা থুনা থোবক্লে। মাগী যুম, ইংখোল, লৌ লোইনমক যোল্লে হাযনা খববদা হাপলে। যাইস্কুলদগী ডাক্তব মতৈ-মনাও অনীনা শোবোক মপাল ওইবদুদা ক্লিনিক ওইনবা লৈহৌবগে হাযবা লাক্লে। অসুন্না যুম, ইংখোল, লৌ মথং-মথং যোনবদা লুপা লাখ কুনমাঙাবোম শিৎলে। পৈশাদু পুন্না ড্রাফ ওইনা কল্লগা গুৱাহাটিদা পুরগা লাক্লে। বেলটোলাগী লম মচাদুগা বেদকুষিগী বীঘা অনীদুগা রেজিস্টাব তৌরগা লৈরে। য়াম্না থুনা লৈবাক থাদুনা মফম অনীদু শেম্লে। নীংথিনা কমপাউন্দ ফেনসিং খাবা লোইশিল্লক্লে। বেলটোলাগী ইংখোলদুদা নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা যুম শাননবা যাত্রা হুল্লে। মথং-মথং লেপ্তুনা চৎন-থোক্না তৌদুনা শারকপা যুমদু থা তকক্কী মনুংদা কা তকক গ্রাউন্দ ফ্লোবগীদি শাবা লোইরে। থোং-থোংনাও হাপ্পা লোইদুনা মৈ-ঈশিং ফিৎ তৌবসু লোইরে। মমাঙ শঙ্গোই অশাংবা অমসু উনা শারগা জিংঘনা কুপ্পা পুন্নোই লোইবে।

বেদকুষিগী থবক মফম ওইনবা জগাদুসু মেচিন থমফম, গাড়ী অনীগী গেবেজ, চৌকিদার লৈনবা য়ুমনচিংবসু শেম-শাবা লোইশিল্লক্লে।

কুঠি ককা য়েংলগা মাইকৈদুদা কালমির্টু, থাশি মাইকৈ থোক্রে হায়বা খঙলবা কান্দা মনাও নুপা লোবঙ্গো লৈখিদবা মতুং থা নিপাল ফাবকপদা মাগী পুবা য়াবা পোৎচৈ পুন্নমক পুরগা গীরিধারি মাগী ইমুং মনুংগী মীপুম খুদিংমক্কা লোইননা গুৱাহাটিগী বেলটোলাদা যুম হোংলক্লে।

অসুম্না পিরাং মরক্তা গীরিধারিগী ইমুংদো শা তানবশিংনা নুংতিগী কাপকদবগী তান্নবদা কিজরবা সজিগুম্না, কাইদোংফম অমদি য়াইরেকফম উরক্লুবা চেক্লাগী মতৌগুম্না নুংশিরবা মরমদম, য়ুম ইংখোল, হৌমিন-কামিন্নরকপা মরুপ-মপিজা ঙম্নমক থাদোক্লম্লগা উচেক্লুম্না চীংলোন মাপন লান্না পাইখ্রে।

কনা অমত্তনা নংনা তৌরিবদু ফত্তে, নং চৎখিগনু হায়বা ঙমখিদে। মসিনি মণিপুরদা মতমদুদা শিৎখিবা অকনবা নুংশিৎ। গীরিধারিবু পোকপা অহল নোয়োন্না মণিপুরদগী য়োংচাক চারা তরুকখক পুরক্লুনা বেলটোলাগী নৌনা লৈবা ইংখোলদুদা মফম চাবা য়েংলগা থাজে। অদুবু অহুম অমদি নোংম-নোংমগী কংশিল্লক্রে। অহুম অমদি মনা অনৌবা চোংদুনা তগৎ-তগৎ তেক্রে।

মীসু পাম্বীসু জিব ঙাক্তনি, গুবাহাটিগী লৈহাওদু হৈনদবা য়াওরি। গীরিধারিবু পোকপী মমা ইবেমহলসু য়োংচাক পাম্বী খুইথরকপগুম মচা লোবঙ্গো মণিপুরদা লৈহৌরে অমুক হন্না উররোই খল্লুবদা নোংম-নোংমগী শোঙ্গিল্লক্রে। গুবাহাটিদা লৈরকপা থা ফারকপা মতমদা মাসু সংসার থাদোকখ্রে। গীরিধারি মমাগী মথৌ-মঙম রাধা কুন্দদা চত্তুনা পাংথোক্লুরে। মমাগী মথৌ-মঙম পাঙথোক্লুরবা তুংদা মাগী মরুওইবা মথৌসু তৌদবা য়াদবনা গীরিধারি মী খরা থিবগা মাগী থবক হৌনবা হোৎনরে। মাগী নুং চপখায়বগী থবক অমুক হৌবে। মফমসিদা থবকগুবা মীগী খুৎশুমন হোংই, শেনখায়সু লৈত্রে। মাগী থবক্তুদা কনা মত্তগী কল্লক-মীহৌবগী মিৎয়েং চংদ্রে। নীং তন্না চলাইবা য়ারে। অদুবু মা মণিপুব অমদি মমা লৈবাকপুদি নুংতিগী নীংশিংই। মচানুপী ফজবীবুসু মনাক নকপা ইংলিস স্কুল অমদা মিং চনবীরে। পাকপী হান্নদগী ফনেক লোনবগী থবক তৌরকপদু মফমসিদসু অদুম তৌরি।

ইন্দিরাদি মাগী য়াওরকপা ফি শানবা কোন্দা, ফি হৌনবা মপোৎ-মচৈ লোইনা লৈবনিনা ফি হৌদুনা কোন্দা ফি মখল-মখল শাবা হৌরে। য়ুমগী অহল নোযোন ইংখোল শংবল খব-খবা কোইরি। অসুম্না মাগী-মাগী শিনফমদা থবক অমমম পায়নদুনা লৈবকপনা ঙসিদি গীবিধাবিগী ইমুং গুবাহাটিদা লৈরকপা চহী তরা হায়রক্রে। মখোয়গী লৈকায়দু হৌজিক্তি মৈতৈগী কোল্লুপ অমা মপুংফানা ওইবা ঙমলে। বামোন ইমুং অমসু লৈরে। লাই লাৎপদি হৌরগসু

মন্দির ফজবদি শাবা ঙমদ্রি। মন্দোব হান্না শাবা পংচাউ-চাউদবা অমদি লৈরে। অনৌবা শানবসু খন্নবা হৌরে। কছারগী, ত্রিপুরাগী, হোজাইগী, জিরিগী, শিলচরদগী হোংলকপা মীনা ইমুং কুম্থারোম শুবে। মৈতৈ ঙাক্তগী তোঙানবা স্কুল অমসু লৈজরে।

মতম অমদা য়ুমগী অহল নোয়োন্না থাজবা য়োংচাক পাম্বী অহম্মক মহৈ পান্দুনা চাবা চহী অনীরোম শুরক্নে। মশুশিং চাউরক্তুনা মখোয়দি মণিপুরবু মখোয়গী পোক্লফম লমদম্নি হায়বা ফাওবা কাউরক্নে। গীরিধারিগী মকোক্তা মশম অঙৌবা হৌবা উরক্নে। পাকপীসু মমায়দু ময়ি চৎপা হৌরক্নে। মীনবু কয়াম কুইনা ফজবা য়াগনি। ইন্দিরাদি খরা নহানিনা য়েংবা অদুম নুংঙাইরি। জ্ঞান লৈবী মমা অমা ওইনা মচা চাউবা ঙাইবা নত্তনা করি উপাইদি লৈরী। মতৈনদি মাবু অমদি মচাশিংবু চিককোন-নাওকোনবীরি। ইন্দিরাগা পাকপীগা মীরমদা লৈবনিনা মীবা ঙাংননবা মতম লৈতে। য়াম্না নুংশিনা ইচে-ইনাও হায়না লোইনৈ। পাকপী মনা খজিক্তং তাবা ৱাৎপনা অতোপ্পা মীগদি ৱা কয়া ঙাংনদে। মাগী তৌগদবা মথৌদা পুক্নিং চংদুনা অদুম লৈবা উই।

ৱারী শানা-শানা থৌরকপা টাটাগাড়ীদু গুৱাহাটি য়ৌরে। ঙসাই ড্রাইভরদুনা হায়খিবা বেলটোলাগী গারিধারিগী লৈকায় মপাদা গাড়ীদু ঙাইহাক খাম্মী। নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌরকপা মতম্নি। মী অয়াম্বা হৌনদ্রি। ড্রাইভরদুনা গাড়ী মনুংদগী গীরিধারিগী য়ুম মপাদু তাকই। রোমেন ড্রাইভরদুদা — "য়াম্না নুংঙাইজরে ইয়াম্বা! ঐ ইয়াম্বগী মতেং পুন্সিগী কাউজরোই। অদো ভারাদি কয়া লৌবীগদবনো?"

— "ইনাওসিদি লুপা চাহুমদং হেক পীরম্মো!"

রোমেন ফুরিখাউদগী লুপা চাহুম লৌথোক্লগা পীরে। রোমেন্না পৈশা পীবদু উবদা বৃন্দা ঙরাংদি পৈশাগী মতাংদা করিমত্তা খল্লমদ্রবসু ঙসিদি পৈশাগী মরমদা খনবা হৌরক্নে। মাদি অসুন্না ওইরক্কনি হায়বদি খঙজদবনা শিরুরগে থোরকখিবনিনা পৈশা মরিসু য়াওরক্তে। মসিদনি শিবগা হিংবগা চাউনা খেন্নরিবসি। হিংবদদি পৈশা য়াওদবা য়াদে। রোমেনসু পৈশা য়াম্না য়াওরগা লাকপা নত্তে। ঙরাং বৃন্দাবু হোসপিটালদা ওটোরিক্সো ৱায়রগা পুবা অমদি হিদাক লৈবদা চংবা পৈশা মানা লোইনা পুথোকখিবনি। মদুদগী লেমহৌবা

লুপা চানিপাল খক্তং য়াওরগা লাইবক য়েংবীদা লাকখিবনি। ৱাদি অমত্তা ঙাংনদনা মখোয় অনী গাড়ীদগী কুমহৌরে। ড্রাইভরদুগা নুংশিনা বীদাই তৌনরগা মফমদুদা লেপ্তুনা লৈহৌরে। মখোয় অনী ড্রাইভরদুনা তাকপীখিবা মতুং ইন্না লৈকায়দুদা চংলক্তুনা য়োংচাক হৌবা ইংখোল য়েংলকই। হায়গুম্মদনা ইংখোল অমদা য়োংচাক চরোং খরা পাল্লগা লৈবদু বৃন্দানা হেক উরুরে।

— "তারোমেন! য়োংচাক পাম্বী হায়বদু সিদা হৌরিবসি ওইরমগদ্রা?" য়ুমদু ওইরম্বা তারে হায়দুনা মখোয় অনী থোঙ্গাল য়ৌনবা চংলকই। থোঙ্গালদা লেপ্লগা য়েংবদা শাৎ মথক্তা ফনেক অমসু ফৌদুনা লৈবা উরে। মৈতৈগী য়ুমনি হায়বদি শোয়দ্রে খল্লি। অদুবু গেট শো লোনবনা চংবদি ঙমদ্রে। অমুক থোরক্লগা লম্বী ময়াদা লৈবা বস স্টেন্দ অমদা ফমদুনা ঙাইহাক লৈরে। পুংখাইমুক লৈরগা ঙসাইগী গেটতুদা অমুক লাকই। হন্দকমুক্তি গেটতু শো হাংলম্লে। গেটতু হাংলগা তুংথ-মাংথ চংমিন্নবকই। শুমাং য়ৌরগা মাঙ্গোলদা অহল অমা চৌক্রিদা ফমলিবদুদা তিঙক-তিঙক লেপ্লগা য়েংদুনা লৈ। অহন্দুদি মমিৎ কয়া ফত্তবনা মখোয়বু মৈতৈরা আসামিরা হায়বসু শেংনা খঙলমদে।

রোমেন — "ইপু! করিগুম্বা অমত্তা হাংজগে, ইপুবু মণিপুরদগী সিদা য়ুম হোংলগা লাকখিবরা?"

— "হাও! মানি। করি তৌরবা? নখোয়দি কনানো? কনা হংবনো?"

— "ইপু ঐখোয় মণিপুরদগী লাকচবনি। লৈফম অমত্তা থিরকপনি। লৈফম ভারা অমত্তা ফংগদ্রা হংজগে চংজরকপনি।"

— "ইচানুপা লৈতে, ইচা লৈতবনিনা ঐদি করিসু খঙদে। মখোয়দি মণিপুর থোকখিবনি। অদু ইবুংঙো নংনা মণিপুরদগী ওইরবদি ইপু মণিপুরগী মরমদা ৱা অমত্তা হংহৌগে? মণিপুরগী পাউবু কমদৌহৌবগে? ইরাং ময়ামদুবু খরা নেমহৌরব্রা? কাখৎলকউ লাও মথক্তা, ইপুগা ফল্লগা ৱারী ঙাইহাক শাখিসি!"

রোমেনগা বৃন্দাগা মখোয়না তোংলকপা শেন্দল লৌথোক্লগা দারি মথক্তা কাখৎলকই। অহন্দুনা ফম্মু-ফম্মু হায়। ফান অশাংবা অমা থারিবদুদা পুন্না ফম্মী।

রোমেন — "খঙদে, করি হায়না খুমগদবনো ইপু! ইরাংদি নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লি হায়বা তাই। নুংতিগী মরম অমা নত্তগা অমদগী মী মরি-মঙাদি শুকলেপ-লেপ্তুনা হাৎলি, শিবদি লেপ্পা লৈতে ইপু।"

— "শিরিবদুদি মরাল লৈবা ঙাক্তরা, মীচন্না?"

— "ইপু! মরাল লৈবা, লৈতবা অমত্তা মফম-মরাং খঙবজাৎ নত্তে। পাঙহাত্তা হাৎলি, পঙশিদা শি, অকক্লবা মরম নিতি-নিয়ম লৈতে। শিরিবা মীদুগী ইমুংদুসু সরকারনা এক্স গ্রেসিয়া ওইনা লুপা লাখ অমা পীরবদি তুমিন হেক্তো লৈনখি। শিবগা হেক্তা নোংম-নীনিদি অশিবদু সংস্কার তৌদনা থমগনি। জে এ সি শেম্লগা সরকারদা আইন ঙাকপা ঙমদ্রে, লুপা লাখ মঙা অশিবগী ক্ষেত্রিপুরোল পীয়ু হায়না দিমান্দ তৌগনি। লুপা লাখ অমা পীরবদি অদুম হেক্তে নেমথখ্রে। মণিপুরদা মী অশিবা অমগী মমলসি লুপা লাখ অমগা মান্নরে ইপু।"

— "ও! মণিপুর লোইরেদো"। অসি হায়রগা অহন্দু মকোক পায়।

— "ইপুখোয়বু হান্না করি লৈকায়দা লৈবীরম্বগে? সিদা হোংলকপা চহী কয়া শুবীরবা?"

— "ইবুংঙো! ইপু লাংথবাল ফুরা মখোঙ য়ৌদ্রিঙৈদা কোনা অমা লৈবদো অদুদগীনি। মণিপুর হেক পল্লকপদা মিত্তগী পি তাখিবা খঙহৌদে। ইচা নুপাদো, ইমৌ অনীগা ইশুনুপা চহী তরাগী অমগা পুন্না মারুটি কার অমদা মণিপুর থোকখিবনি। ঙসিদি মখোয় য়ৌরক্কদ্রা খনবনি।

ইচানুপা অতোম্বদু শিবদগী নখুরা হায়গদ্রা ঐগী ইচানুপা গীরিধারিনা মণিপুরগী য়ুম, ইংখোল, লৌ লোইনা য়োল্লম্লগা মণিপুরদা লৈবা ঙম্লরোই হায়দুনা সিদা হোংলকপনিনে। চহী তরারোম শুরে। মতম হায়বসি খঙহৌদে, ঙরাংদা ওইরবোই নীংলুই। তু! য়েংউ অসিদা হৌবিবা য়োংচাক পাম্বী অহুমসে ইপুনা য়ুম হোংলকপা কুমদা মণিপুরদগী চারা পুরক্লগা থাখিবনি। হৌজিক্তি য়োংচাক চরোং পান্দুনা চারেদনা।

ইশু নুপীসে মাসু চহী তরাহুমদোই চংলক্রে। মানা চহী অহুম শুরকপদা লাকখিবনি: মণিপুবদা নহারোল কাংলুপ অশেংবা, শেংদবা ময়াম অমা লৈবদায়, মদুগী শেনখায পীবা ঙমদবগী ইচাদো ইমাংমক্তদা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখিবনি। মসিগী বারীসে শাবদা লোইররোই। অহন্দু মমিত্তগী তারক্লিবা পিরাংদু ফিজিনা তৈথোকই।

— "হায় ! ইবেম্মা, বালা ! নংগী দাদাগা ননম্মগসে মণিপুরদগী লাকপনি হায়। সিদদি মখোয়গী মরী-মতা লৈরম্লোই। ফি-রোল হোংদোক্লবা পুথোরকউ !

ইবুংঙোখোয়গী পোত্তি কদাইদা লৈহৌরবা ? হোটেলদা থনম্লব্রা ?"

অহন্দুগী ৱাহৈদুদা মখোয় অনীনা শেৎলিবা ফিশিংদু য়েংলগা ইকায়বা পোক্লকই।

বৃন্দা ফনেক অমগা ফুরিৎ অমগা, থৌরি য়ানবদা শিজিন্নরুবা ফি মতেক্তুগদনি। রোমেনসু নহান হোসপিটাল চৎপদা শেৎলুবা ফিদুগা শামতুগী ইন্নবা হাওফি অদুখক্তনি।

— "ইপু! ঐখোয়গী ইয়ারবেগ অমা য়াওজরকপনি। ট্রেন্দা মীনা থাংথহৌরমাপ্লে, কুপ্লমদাইদা য়েংলুবদা লৈরমদ্রে।"

"ওহো ! ওম্ভোকপনিদা, তুম্লিঙৈদা হুখিবা ওইরমগনি।"

বালানা ইমুং চংখ্রগা খুদৈ অহনবা অমগা ফনেক অহনবা অমগা পুরগা থোরকই।

অহন্দুনা — "ইবুংঙো, মীরমদা লৈবসে ফন্না নুংঙাইরবসু ইরৈবাক ইরমদম মণিপুরগদি হেক মাপ্নৌ য়াদেদো ! চেং-চাক, ঈশিং-নুংশিৎ মণিপুরগীনা অদুম হেনবগুম তৌই। সনা লৈবাক্লি হায়নরিবদো অচুম্বনি। লাইনা থাবা লমদমনি হায়রিবদো চুমখ্রবা ৱানি। অদুবু শুনীংবা মী ৱাৎলকপা, ৱাদনা নুংঙাইবা পাম্বা, লেমজা চানীংবা মী য়ামখৎলকপা, নুমিৎ চুপ্পা মীঙোন্দগী মুল্লগা, ফোইরগা চাগনি হায়বঙাক্তা ঙায়রকপসিদগী ইমা লৈবাক্তো ঙসিদি মথক-মখা ওল্লেদো। ইপুদি শিবদি মণিপুরদা শিগে খল্লি অদুবু তম্বদি ঙমদ্রে।

য়েংউ ফক্লাংদা থেৎলিবা ফোটো অনীসে অমনা ইচানুপা লোবঙ্গোগী ফোটোনি। অমা অসিনা মমাগীনি। মমাদুসু গুৱাহাটিদা লৈরকপা থা ফাবগা অদুম মচাগী মনাক্তা চৎখ্রেদনা।" ৱাহৈশিংদু হায়রম্লগা অহন্দু অমুকসু মমিত্তগী মপিদু তৈথোকই। ইশুশিং ৱারম্লগনি। চৎলো-চৎলো নফি-নরোল হোংদোকচরুরো ! ঙসিদি হাউবা-হাউতবা সিদা চার-থক্লগা পোৎথাদুনা লৈরো।"

রোমেন্দু ইকায়জদুনা — "য়ানীদা ইপু ! ঐখোয় লৈনবা য়ুম অমত্তা হান্না থিজরুখিগে ?"

— "ঙসিদি সিদা লৈরগা নখুবা-নন্দোনখোয় লাক্লগা কোন্না লৈফমগী মতাংদা খন্নবো। ইচানুপাদো শিনবা য়াম্না হৈবনি। মী লোইনবা, মী শেম্বা য়াম্না হৈবনি। মবুক শেংবা, মরম মোকপা মীদি মাগা তিন্নবদা মী হেক্তা ওইগদবনি। মণিপুরদগী লাক্লগা খঙনবা লৈবা লমসু নত্তনা মফমসিদা কন্নাগীদা লৈফম থিরুগনি? মসিদি মণিপুরগীগুম্না পঙচা-চাবা, পঙলেম লেমহনবা, উৎসব তোয়না তৌবা, চাবা হোংবা লম নত্তে। চীংলোন মাপল হায়বদো নখোয় লাম্থোরক্লবনি, কাউগনু। মী কন্নাদগী পৈশা মরি পুরুবা ফংলোইকো। য়াম্না চেকশিনগদবনি। নপু ঐসু ঙসি নোংমদি ইশু অনীবু চাক-চারা অমদি পীজবা ঙম্মীদনা।" অহন্দুগী ফজবা বাহৈদুদা মখোয় অনী ঙসিসিদি লৈরসিরা খলহল্লে।

বালানা পুথোক্লগা থন্নম্বা ফিদু লৌরগা রোমেন মফি হোংদোক্লে।

বৃন্দাসু ফনেক অহনবদু পুশিল্লগা বালাগা কাদা মফি হোংদোকপা চংখ্রে। খঙদে, কয়াম কুইনা তিন্নবা য়াগদৌরিবা? ঙসিগীদমক্তদি ড্রাইভরনা তাকপীরকপা ইমুংসিদা চংদুনা অৱাবা খরমখৈদি কোকচরে। মখোয় অনীদি চিন-য়া শেংনবা ব্রশ ফাওবা য়াওবা নত্তে। পাংন-শানবা অদুম হোৎনরে।

বৃন্দা রোমেন্দা পৈশা কয়া য়াম্না য়াওরকপগে হংনীংলবসু হংবা ঙমজদ্রে। মঙক্তা শিরিবা লিক মচা অমগা মখুত্তা শিরিবা খুদোপ অমগা খুদাংগী খুজি, মনাদা য়াল্লিবা নানপ্পী অনীদু নত্তনা অতৈদি নৌনা লুহোংলকপগী লৌথোক্লগা নুপা ময়ুমদা মাগী উল্লকপা অউনপোৎকী গোদরেজ উপুদা লোইনা য়াওহৌরে। বৃন্দা মাগী মশাদা কোম্নরিবা সনা খরদু কায়থোক্লগে খল্লকই। ঈরুজবা লোইরগা নুপীমচা বালাগী মনাক্তা চংশিল্লগা

— "ইবেম্মা! ইচেবু করি পাঙঙুগে?"

বালাদি চাকখুমদা চা লোন্দুনা লৈবনি।

— "য়ানি ইচে! ঐ অসুম লোঞ্জগে?"

য়ুমগী অহল নোয়োনসু মচিন-ময়া শেংবা লোইরগা মঙ্গোলগী চৌক্রিদা অমুক হঞ্জিল্লগা ফমদুনা চা ঙাইরি। ইমুংদুগী মী অনীদুনদি মখোয় অনীবু মতৈ-মনাওনি হায়না খল্লি। খনবসু তাবনি। মখোয় অনীনা মীগী য়ুমদা লৈবা তারবদি মতৈ-মনাওগুম্না লৈবা নত্তনা পঙলৈ-লৈবদি ওইথোক্কবা মান্দে।

অদুবু মখোয় অনীগী হকচাংবু পুরিবা থম্মোই অনীদুনদি তোঙান্না হকচাংদগী মপাল থোরক্লগা ঐখোয় অনী মতৈ-মনাওগুম লোইনরসি হায়না হৌদোক্লরকপা ঙাইখিসিরা?

রোমেন্নদি বৃন্দাবু মাগী মনাক-নক্লা লোইনরগনা হেন্না লাপ্নবগী ব্যবহার অমা উৎনীংবগুম তৌরি। য়াম্না কোইনা, হঙ্গোইনা লোইনবগুমসু তৌরি। লৈশারিঙৈদা মখোয় অমত্তা ওইনা লোইনরম্বগী মতৌদুদি ঙসিদি উদবগুম তৌরে।

বৃন্দা লুহোংলবীনি। নুপা অমগা লুহোংবা লোইদুনা নুপাদুগী য়ুমদা অহীং অমা লৈরক্লবীনি। মীগী নুপী ওইরক্লবীনি। অদুগী মথক্তা লুহোংবা নুমিৎকী অহীংদুগী থৌদোক অমগী বাহৌদগী বৃন্দা অবাবদা তাখিবনি। মরাল কয়া'মসু শীবীখ্রবনি।

বোমেন্না খঞ্জবদি অদুগুম্বা মীয়াম্না চিংনরিবা বাফমদো অমুক্তং তপ্না-তপ্না কাউহল্লগা বৃন্দাবু ময়ুমদা অমুক থিনবীরগা রতনগী মফমদা শিন্নগে হাযবসিনি। মানা বৃন্দাবু মাগী নুপী ওইনা করামচাউবগী বাখল অমনা খুদোংচাবা লৌগে খন্না পুরকখিবদি নত্তে। মাদি বৃন্দাবু থম্মোই শেংনা নুংশিজবনা মাবু অশিবগী খায়াত্তগী কঞ্জরকপনি। খঙদে, মানা খঞ্জরিবশিংসে সমাজসিনদি য়াবীগদ্রা? অমবোমদা থবক অসি ইরাই-লাইনা হেক্তা পাংথোকপসু ওইথোক্তে।

বৃন্দাদি নুপীনি, নুপীনা নুপা অমগী মফমদা করি হায়জরুবা ঙমগনি মাদি রোমেন্না লাপ্না পুবীরক্লবীনি। রোমেন্না হায়বা খুদিংমক ইল্লুরগে খন্না মতুং ইঞ্জবক্লবীনি। রোমেন্না হায়বকপা, হৌদোরকপা বাফম খুদিংমক্তা হোয় হায়জবা নত্তনা অতৈ য়েৎচরুনবা পাঙ্গলসু লৈজদে। মাগী পুক্নিদি য়াম্না তোল্লবী অমগী মতৌনি। মাদি হান্নদগীসু মীঙোন্দা অকনবা বাহে অমত্তা ঙাংবা হৈজরক্তে। মতোমতা কেনা হৌজবক্লবসু মশাগী তোপ-তোপ্পা মওং অমা অদুম লৈজে। অদুবু মানা হায়হঞ্জনীংবা, হৌদোকহঞ্জনীংবা থৌওংদি শাংলবা লম্বীগী খোঙচত্তা রোমেন্না বাফম অমত্তসু ঈঙ্গিৎ ওইনা ফোংদোরকপা তৌদবসিনা বৃন্দা পাঙবাদা বাজে। বালানা চা লোনবা লোইদুনা চা পুথোরক্লে। ইপুদা কপ অমা হান্না পীরে অদুগা রোমেন অমদি বৃন্দাদা কপ অমমম পীরে। চা থক্লা-থক্লা অহন্দুনা হায়রকই, — "ইশু অনীবু লুহোংবদি কয়াম কুইরবা?"

অহন্দুগী ৱাহৈদুনা রোমেন অমদি বৃন্দা অনীগী থম্মোইদা লুহোংদ্রিঙৈ নুমিৎ খরনিগী মমাংদা অহীংদা মখোয় অনী-পুত্থি মপান্দা অরোইবা উনখিবগী মতাংদু নীংশিংহল্লে। থম্মোইদা জিং-জিং লাউনা য়ৈরকপগুম তৌনৈ। কদোমদগীনো রোমেনগী মমিৎনা বৃন্দাদা, বৃন্দাগী মমিৎনা রোমেন্দা য়েংনদুনা মশাদি অনীমক খঙজদবগুম তৌরল্লে। খুমদবসু য়াদ্রি তৌরিবা। পাউখুমসু য়াম্না লুরি।

রোমেন্না — "আ ... কুইদ্রি ইপু!" রোমেন চাদু হাগে তৌই।

— "অঙাংদি য়াওদ্রিবনিনে?"

— "হোয় ... ইপু।"

— "চাদু তপ্না থকউ হা-লাক্কনি।"

বৃন্দা অহন্দুগী ৱাহংদু তাবা ঙমদ্রমাল্লে ফম্নম্বদগী হৌগৎলগা বালাগী মনাক্তা চংখ্রে। ৱাহংদি মাগীসু তোঙান্না পাউখুম ফংবা ৱারগদবা ময়াম অমা মতোমতা হংজরি। মানা খল্লুই, — "তারোমেন্না লুহোংবা কুইদ্রি হায়রিসিবু মানা ঐগী পাউখুম খুম্বীরিবরা? মাগা ঐগদি লুহোংবসু নত্তে। অসিগুম্বা ৱাহংদি লাকখিদৌবা য়াম্না ৱাৎলিদা। মসিদি ইহান-হানবা ৱাহংনি।" ৱাখলশিংদুনা মিৎলুদগী পিরাং অমুক চিংথোকপীগে তৌরকই।

ঙাইহক খল্লম্লগা বৃন্দা রোমেনগী মফমদা ৱা অমা তাননীংবগুম তৌরকই। হৌদোকপদি ঙমজদে। মানা হংনীংলিবা ৱাফমদি রোমেনগী মখুত্তা পৈশা কয়া য়াম্না য়াওরিবগে হায়বসিনি। ৱাহং হংবদি ঙমদ্রগা মখুত্তগী খুদোপ, মনাদগী নানপ্পী, মঙক্তগী লিক মরীদু লৌথোক্লগা চে অমদা য়োম্লগা রোমেন্দা পীগে খন্না তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈ।

অহন্দু ইংখোলদা য়েঞ্জাং য়েংবা চংখ্রে।

বৃন্দা, — "তারোমেন! সে! সনাসি কদাইদনো অমা কায়থোকপীরুরো।"

— "য়ানিদা!"

— "তারোমেন্দবু পৈশা কয়াম য়াওরিবগে?"

— "নং মদু হংলক্কনু! ঙম্ন-ঙম্নবা হোৎনরগা লোইরে।"

— "অদু ওইরসু হৌজিক্কী তঙাই ফদবা খরগী শীজিন্নবা সনাসি কায়থোকপীরো!"

বৃন্দা সনাশিংদো চে অমদা য়োম্লগা রোমেনগী মনাক্তা থনম্লগা অমুক বালাগী মনাক্তা ইমুংদা চংখ্রে।

রোমেনসু বৃন্দানা মনাক্তা থল্লম্বা সনাশিংদো লৌদি-লৌশিল্লে। রোমেন সনা ময়োমদু ফুরিংখাওদা হাপচিল্লগা গেটলোমদা থোকখ্রে। অসুম মথং-মথং চংখ্রগা কৈথেল অমা লৈরম্লে। চেং-হবাই, মনা-মশীং আলুনচিংবা খরা লৈরগা খাউ অমদা হাপচিল্লে। মখোয় অনীগী শীজিন্নবা টুথ ব্রশ, টুথ পেস্ট, শাপোন শরপ্নচিংবা লৈবগা তোঙানবা প্লাস্টিক খাউ অমদা অমুক হাপ্লে। থুনা য়ুমদা হল্লক্লগা লৈরুবা পোৎশিংদু বৃন্দাদা শিন্নবে। পোৎ-চৈ শিন্নবা লোইরগা সনা কায়ফম ফংব্রা য়েংগে খন্দুনা অমুক থোকখ্রে।

শোমদা বৃন্দা বালাদা য়াংকোক হংদুনা লৌথোকহল্লগা চেংদু খৈদোক্লে।

অহন্দুনা মখোয় অনীনা তৌরিবদু উবদা, — "করিগী ইশুনা চেং বাল্লুবিবনো?"

বৃন্দা — "ইপু। ইপুবু ঐনা থোংবা চাক চাবা হঙ্গোইগদ্রা?"

— "হেরা। করিগী হঙ্গোইকনি। ইশু অনী তান্নরগা হাউনবা হেক থোঙউ! মাদি অঙাংনিনা কয়া হৈত্রিবনি।"

— "ইপু অদুদি ঐখোয় অনী চাক থোঙলুরগে?"

নুমিৎ খরনি চাক চারক্লবসু ঙরাং ফাওবদি বৃন্দাদো বাখল নুংঙাইতবদুনা অরাম্বা ফাওরমদে। অদুবু ঙসিদি খোঙ্গুল খরা তারকপসিদা অরাম্বা ফাওরকপগুম তৌবক্লে। মশাদুসু চাদবনা কুচুসু তাইফেৎ তাইবগুম তৌরক্লে। বৃন্দানা খল্লি — " ঙসিদি ঐ চাক যেঙ্খাংসে হাউনা থোঙলগা তারোমেনবুসু মবুক থন্না অমুক্তংদি পীজগে। সিবু ঐনা অহীংদুদা শিরম্লবদবু ফংলমগদ্রা?"

অশোমদা সনা কায়বা চৎখিবা রোমেনসু লম্বী চৎনা-চৎনা খল্লকই — "ঙসিসিমদি লাইবক ফবদগী মৈতৈগী ইমুং অমদা লৈবা ফংলে। অদুবু ইমুংদুগী মণিপুবদা চৎখি হায়বিবা গীবিধাবি অমদি মাগী ইমুংগী মীশিংদু লাক্লগদি কবিবু হায়রগবা?" অসুম বাখল তৌনা-তৌনা হং-হংদুনা লাকপনা সনা শাবা দুকান অমা থেংনরে। অদুবু সনাদি লৌবা ঙল্লোই ফেন্সি বজারদা সনা বন্ধান লৌবা,

কায়বা অনীমক য়াবা দুকান অমা লৈবনি মদুদা চৎলু হায়রক্লে। রোমেন সনা কায়বা য়াদ্রবনিনা য়ুমদা অমুক হল্লক্লে।

ইপুসু ঈরু মাইথজবা, লাই খুরুম্বা লোইদুনা মশু বালানা চাক শেন্নগা পীজরে। মখোয় অহুমসু মাগী-মাগী পুখম তোঙান থিরগা পুন্না চামিন্নরে। বৃন্দা ঙসিদি পুক্লিং চংনা থোঙজবা চাক য়েঙ্খাংদু হাউনা মবুক থন্নবা চারে। চারিঙৈ মরক থৎনা — "তারোমেন চাক-য়েঙ্খাং য়ারদ্রা?"

রোমেন — "য়ারে, য়াম্না হাউই, ইচন বালা থেংনরমদ্রবদি ঐখোয় চাক চারম্লোই।"

বালাসু নোকই।

চাক তোক্লগা ইপু নোয়োন্না মণিপুরগী মরমদা ৱাহং কয়া মথং-মথং লেপ্তনা হংজে। রোমেন্নসু ৱারী লি-লিদুনা তমজে।

বৃন্দাদি বালাগা ইংনা চিক্লা ফম্মিন্নদুনা বালাগী অমদি মৌপ্মা বীমোলগী মরমদা হয়েং চাউরগা করি ওইগদগে হায়বনচিংবা হংই। বালাদু অহানবদা খরা কোইরম্বদু মখোয় অনী পুন্না চাক থোঙমিন্নবা, কোন ফেংমিন্নবা কয়া তৌবদগীদি হেন্না নকশিন্নখ্রে।

বালাদু বৃন্দাদা — "ইচে নং ঐখোয়দা শুম লৈমিন্নরসি" হায়বা হৌরক্লে।

মাদি ঙসাই অহানবা বৃন্দানা মখোয়গীদা অয়ুক অঙনবদা চংলকপদগী হংনীংবা ৱাহং অমখক লৈরি। মা হংগে খল্লুরগা ইকায়দুনা হেক্তা ঙমদবা। অদুবু বৃন্দাগী তপ্পা-ইংবা, হাজদবা মতৌদুদা হংলগে খন্দুনা হায়রকই — "ইচে, ইচে করিনোমা হংগে য়াগদ্রা?"

— "হংউ ইনাওসিদি।"

— "তল্লিদা তোক্লগে হংলরোই।"

— "করিনো নংনা অমুক ইচেদা ৱাহল্লিদুবো?"

"করিসু নত্তেদা! ইচেগী ইশাদা য়াওবা পোৎনি।"

"করিনো ঐঙোন্দা য়াওবা পোৎ হায়রিসিবো? ঐঙোন্দা করি পোৎ য়াওরবগে?"

"অদুবুরো, ইচেগী খদাংগী ওইরোমথংবা নাকন্দা থুংলিবা চা মচেৎতো, ঐদি য়াম্না চাকইবো! ইচে নংশে নশক য়াম্না ফজে। অদু খদাংগী চাদুনা অমুক্কা হেন্না রাষি লৈহনবৈ ৱানি।"

জগৎসিদা শক ফজে হায়বদা হরাউরোইদবা কনাবু লৈরমগদগে? শক থীখ্রবা মীদুদা রাষি লৈ হায়রুবদা নোকফেৎ তৌরম্লগা চৎখ্রগা মিংশেল মমাঙদা চংলগা রাষি লৈফম থিজরিবনি। অমরোমদা অমুক শক খরা থীবা নুপা অমনা খরা ফজবী নুপী অমা পামজে হায়রুবদা নুপীদুনা নশক্তু মিংশেল অমুক্তা য়েংঙুখো হায়রুবদগী ইকায়খিদুনা পুন্সিচুপ্পা নুপী কৌবদা য়েংখ্ররোই খনখিবসু য়াওদবা নত্তে।

বৃন্দাসু মনাও নুপীগুম্বী বালানা মশক ফজে হায়খিবদুদা থোইনা নুংঙাইবা পোকচে। অদুবু বালাগী ৱাহৈদুনা মাবু করিনো অমসু নীংশিংহনবগুম তৌহল্লে। মদুদি রতন্না মাবু "চা থুংবী, চা থুংবী" হায়খিবা মতমদা মানা য়াম্না শাওনীংখিবা, শাওনীংদুনা ইমুংদা চংলগা কপখিবা অদুগা মাদি তশেংনা চাদুদা ঙাওজরুবা ওইরমখিবা। মখোয় অনী উনখিবা অহীংদুদসু রতনগী মখুত্তুনা হঞ্জিন-হঞ্জিন চাদুবু থিরকখি। চাদুদা মাগী মচিন্দুনা হঞ্জিন-হঞ্জিন ....। ঙসিদি রতনগী মিংগৌ চাথুংবী ঐবু উশিত্তবা, নোক্লবা ওইরমদ্রে। তশেংনা মাদি চাদুদা ঙাওজবা মীশক্নি।

শোমদা অসুম্না গুৱাহাটিদা নুংঙাইনা ঙাইহাক লৈরিঙেদা অশোমদা মণিপুরগী বামোন লৈকায়দা ঙরাং নোংঙাল্লকপদা বৃন্দা মাংখ্রে হায়দুনা লাংনরকই। থংনবা য়ুমগী রোমেনসু লৈতে, ময়ুমসু থোঙ লোল্লমদে হায়নৈ। মখোয় অনী শোয়দনা চেল্লম্লগনি হায়নবসু য়াওদবা নত্তে। বৃন্দাবু পোকপী লঙ্খোনিসু মীনা ঙাংনরিবদু চুম্লমগদ্রা খল্লকই। মাদি রোমেনগী অশেংবা মতৌ মাগী মোং-হাদবা লমচৎ, মীনা মাবু থীনা ঙাংনরবসু করিমত্তা কিদনা মায়রোং য়ানা থেংনবা ঙম্বা মতৌদুদা লঙ্খোনি রোমেনবু নুংশিবসু পোক্রকই। অমুকসু খল্লি, — "মচানসু পামজবগা মখোয় অনীবু থুংনজখ্রবদি ফবু ফরেদা। অদুবু মানা চিংনরিবদি বৃন্দা অম্বাঘাট তৌদুনা শিরম্লগদ্রা হায়বসিনি। ঙসিদি থম্বালসু মচাগী মশক উরত্ত্রবা মতমসিদদি নীংঙমদবা ফাওরক্রে। মচাদা মানা হায়খিবা ৱাহৈ — "ইবেম্মা! নংদা পুন্সিসিদা ইপা-ইচা অমুক হন্না উনররোইদবা মফম অমদা চৎচখ্রোবা।" অকনবা মাগী ৱাহৈদুনা মচাগী থম্মোই য়ৌনা শোকখিদুনা

শিবা-নাবা থোক্লমগদ্রা চিংনবা হৌরক্লে। জগৎসিদা মচা নুংশিদবা মমা-মপা লৈবা হৌনদে। মচানুপীদি রতন্দা লৈয়ু হায়বদা য়াম্না কন্না য়াজখিদবনি। অদুবু মপা থম্বালনা মাগা অঙাং ওইরিঙৈ স্কুল তল্লিঙৈদা তিন্নরম্বা মশক মুন্না খঙবা কলেজ প্রিনসিপাল কুবেরগী মচানি হায়বদুদা পীখিবনি। অদুবু খঙহৌদনা রতন্না নহারোলগী সংসথান অমগা শম্নরগা অচৌবা রোল অমা লৌরম্মী হায়বগী পাউ তারুরগা হান্না খঙজরম্লবদি মচানুপীনা পামজবা রোমেনগা থুংনহনবীরম্বসু ময়াবনি খল্লকই।

রোমেনগী হৌরকফমদি বৃন্দাখোয়গী লৈকায়দু নত্তে। মাদি থৌবালদগীনি। অঙাং ওইরিঙৈদা লৈকায়দুদা ভারাদা লৈরগা লাইরিক তম্লকপনি। লৈকায় অমদা লৈমিন্নরবনিনা মী অম-অমা মথং-মথং খঙনরকখি।

নোংমা বারুনি নুমিত্তা রোমেন লৈকায়গী মনাওশিং খরনা দাদা বারুনি কাবা চৎশি খরা পুবীয়ু নংদি হাকুমসু কারুরবনি হায়দুনা অয়ুক্তগী হৌনা রোমেনগী মনাক্তা অঙাংশিংদু লাংবা উই।

বৃন্দাসু বারুনি চীং অমুক্তা কাদ্রি য়াম্না কানীংই কারুগে হায়না মমাদা হায়জৈ। মমানা কনাগা চত্তৌরিনো চৎমিন্নবা মী লৈতে হায়। অঙাংশিং ময়াম অমা ঐখোয়গী কান্তসু য়াওগনি, তারোমেন্না পুগনি হায়বা তাই, ইমানা তারোমেন্দা অমুক্তং হায়বীয়ু হায়রে। মমানা রোমেনগী মনাক্তা চংলগা মচানুপী বৃন্দাবু শিন্নদুনা বৃন্দাসু বারুনি কাবা চৎহনখিবনি। লম্বীদা চংগদবা ঈশিং-মাইশিং, চানবা তল-নুং ময়াম অমা পুরগা চৎখি। অদুগদি লম্বীদা লমহেনবা পাখঙ খরনা বৃন্দাগী মশক-মতৌ ফজবদুদা মখোয়সু রোমেনখোয়গী মরক্তা য়াওশিল্লক্তুনা নুপীমচাদুদা মশা শোক্তুনা কারন তাগে তৌরকখি। ৱাহৈসু তাবা নুংঙাইতবা ঙাক্তা ঙাংবা হৌরকখি। লোইনমক্তি নত্তে, লম হেল্লিবদু মী অমখক্তনি। মখোয় মমান্নবা খরা য়াম্বদুদা মানা মী কিদবগী ৱানি।

রোমেন্না মখোয়দুদা — "মরুপ য়ারগদি অদুগুম্বা ফজদবা ৱাঙাং শীজিন্নরোইসি, লাকমিন্নরিবশিংসে ঐগীদি ইচন-ইনাও ঙাক্তনি" হায়রুবনি। ঙসাইগী লমহেনবা নুপাদুনা — "ওইদবা ঙাংগনু! নচন পুরগা বারুনি কাব্রা? নংনো চা থুংবী, মশক ফজবীসি নংগী নুপী ওইগদবগী পুরকপা নত্রা? অফাওবা শাদুনাগসু তৌরিয়ে। নং হাৎতোকপীয়ুরা" হায়রগা খঙহৌদনা বোমেনগী

মমায়দা কিন্না অনীরক থিঞ্জিল্লকই। নুপাদুগী ৱাহৈদু তারুরগা বৃন্দা মৌপ্পাসিংদুগী মমাঙদা থোইনা ইকাইজে, কিজবসু পোকই। বৃন্দা ৱাহৈদুনা থম্মোইদা হঞ্জিল-হঞ্জিল য়েবগুমসু তৌই। মশাদা খঙজদনা রোমেনগী মখুৎ ফারগা নুপাদুগা মান্নরুদনবা খামজে। মাদি পাখৎপনসু মতা অমা তৌখ্রে। শ্বর তনিক-তনিকই। মখা করি তৌরক্কদগে খনবদা হেন্না ৱাজে। নুপাদুসু মাগা লাকমিন্নরিবা কাংবুদুনা খাল্লগা হেন্না থৌনা ফবা হেনগৎলক্নে। শোমদা রোমেন্না খুৎ হন্দবদুদা নুপাদুনা রোমেনবু য়াম্না পাংদবা ওইনসু উবীরে। অমুক্কা হন্না রোমেন্দা চোংখক্তুনা কাওবদা রোমেন তুশিন্দুনা মকোক্তা শোক্তুনা ঈ থোক্নে। মী ময়াম অমসু চেনশিল্লক্তুনা নুপাদুবু ফারে। করি তৌরে, করিগীনো, কন্নানা লাল্লি হংনরকপদা নুপাদুনা লানবনি, মাদি য়ুসু খরা ঙাওবনি হায়বা তারকখি। ময়াম্না নুপাদুবু ফারগা স্কাউট কাংবুদা শিন্নখ্রে। স্কাউট কাংবুদুনা মতুংদা পুলিসতা পীখ্রে।

বৃন্দা মাগী রুমালনা রোমেনগী অশোকপদগী থোরকপা ঈদু মেল্লি। ঈশিং অয়িংবা খরা রুমালদা লুপ্পগা থম্বদগী ঈদি খকখ্রে। মাগী রুমালদুনা পুনশিল্লগা অমুক চৎপা হৌরে।

বৃন্দা মাগী ৱাহৌদগী রোমেন মকোক শোকপদুনা মরম ওইরগা মাগী পুক্নিং পোৎথাফম খঙজদ্রে। রোমেনঙাক্তা উবগুম তৌরক্নে। নুপাদুনা হায়খিবা ৱাহৈ "নংনা চা থুংবী মশক ফজবীসি নংগী নুপী ওইগদবগী পুরকপা নত্ত্রা?" হঞ্জিল-হঞ্জিল নীংশিংদুনা মাগী ৱাখলদগী হুন্দোক্লম্বা ঙমদবগুম তৌরে। ৱাহৈদু মাগা পোকমিন্নবা মৌপ্পা কান্তসু য়াওবনিনা তশেংনা তাখ্রবনি। কান্তদি চহী তরাহুমদোইমুক্তমক ঙাইরিবনি, মানদি করি তৌজরুবা ঙমগনি? খরা চৎলগা লাইফম মথং-মথং য়ৌদুনা লাইখুরুম্বা হৌরে। মীয়াম কন্না ইন্নরকপদুদা বৃন্দা কিজদুনা রোমেনগী মখুত্তু চেৎনা পায়জে। কবম্বা লাই অমনা শীল্লক্তুনা মখোয় অনী ঙসি বারুনি খুরুম্বা লাকমিন্নরুরিবা। বৃন্দাগী পুক্নিং অমদি ৱাখলদা খঙহৌদনা রোমেনগী জগা অমা চাউনা কন্দুনা থম্বগুম তৌবা হৌরক্নে। খরা অমুক চৎলগদি চীংয়াং য়ৌদুনা লম্বীগী মতাই অমদা ফমদুনা পোৎথারে। পোৎথারিঙৈদুদা বৃন্দা য়ুমদগী পুরকপা চান-থক্নবা ময়ামদু পুথোক্লগা অঙাংশিংদুগা চামিন্নে। বৃন্দা মানা পুরকপা তল অমদি অথুম-অহাউদু রোমেন্দা খরা য়াম্না হাপ্পী। রোমেন তলদু অঙাংশিংদুদা মানা অমুক পী। মাদি ইচাবু চাদ্রে।

হন্দকমুক্তি বৃন্দানা লম্বীদা অঙম্বা কাবা য়াওরকপগা রোমেনগী মখুৎ হেক-হেক থিদুনা পায়নীংলকপগুম তৌরক্লে। পুক্লিংদা মহৌশা অমুক্তা খল্লমদবা ৱাখল অনৌবা অমনা রোমেনবু নুংশিবগুম্বা তপ্না-তপ্না ফাওরকই। রোমেন কন্নানো, কন্নাগী মচানো হায়বনচিংবগী ৱাখল অমত্তা মকোক্তা খন্থরুদনা পুল্লিগী অহানবা ওইনা শাবী-শানৌ অনীগী খুৎনা অহীংগী অমম্বা লম্বীসিদা মীয়াম মরক্তা খঙহৌদনা লান্নদুনা পায়নবা হৌরুবদুনা মরম ওইরগা নুংশিগী মপাউশু পীনবগুম থম্মোইদা জিং-জিং লাউবা তত্তনা পোক্লকপগুম তৌরক্লে। খর-খরদগী খুৎ অনীদো পায়নরম্বদগী অমুক থাদোক্লুরবসু হঞ্জিন্দুনা পায়রুবদা হঙ্গোইরক্তবগুম, মাগী ওইবা পোৎকুম খল্লক্লে। খুৎ অনীদুগীসু তোঙানবা ৱারী অমা পামজনা শানজবগুম তৌরক্লে। অসিনা ওইবা তাই "উরীনা মনাক্তা হৌবা উপালদা য়েৎলি" হায়নরিবসি।

বৃন্দা রোমেন্না মনাক্তা হৌবা উপাম্বী ওইরগা য়েৎকদবগী হৱাই মতোন মকোইগুম রোমেনলোমদা পৈথবা হৌরক্লে। মরম ইরৈ-লৈতনা গুন্দাদুনা রোমেনবু ঈ থোকপমখৈ কাওদুনা ফুখিবদুনসু মখোয় অনীবু হেন্না নকশিন্নবগী ৱাখলগী ইথিল হেন্না পীবা ওইরম্বসু য়াই। মসি তাইবং মীওইবশিংগী ইনখৎলকপা মতমগী চৎনবী ওইনসু তৌনমাল্লে। অঙম্বা কাবদা অমদি কুম্বদা তোয়না মখুৎ শন্নদুনা চৎমিন্নখিবদুনা মরম ওইরগা মখোয় অনীগী তুংগী নুংশি লম্বীদা তোয়না নীংশিংনবগী, কাউনদনবগী মরম ওইরকখি।

অমুক্কা হেন্না বৃন্দানা রোমেনবু পামজরুবদি রোমেনগী ঈং তপ্না, শাউগন্দবা, মীনা খোঙপাক্না কাওরবসু খাংবা ঙম্বদুদা হৌজিক মতমগী খুৎলায় পায়দবগা খুৎলায় পায়বশিংগা লাম্থেংনবদা মায়পাক্কদবা মীনি হায়না খঞ্জরুই। রোমেন্না মাবু ফুবা নুপাদুবু খুৎ হল্লম্বা থোক্লবদি বৃন্দাবুসু নুপাশিংদুনা শোয়দনা ওন্ন-তৈনবা কয়া থোকহল্লম্বসু তম্বা ঙম্বা নত্তে। মরমদি মখোয়গা চৎমিন্নরিবা কাংবুদি চাউবা শারেপ ফাজদ্রিবা অঙাং ঙাক্তনি। অঙাংশিংদুসু মবুক্তদি শাওনিংবা, খাঙবা ঙমদবা য়াওরবনি।

অসুন্না বারুনি কামিন্নরুরবা মতুংদগী রোমেন বৃন্দাগা তোয়না চামিন-থকমিন্নবা অমদি চৎমিন্নবা কয়া তৌরকই। প্রমান-পাম্থে ওইনা কোচি-কোৎপা ৱাঙাং, মিৎয়েং-নায়েং, নুংশিগী তাৎ, মরৈ কয়া তৌনবা হৌরকই। বৃন্দা রোমেনগী

চৎথোক-চৎশিন, থেংনা হজিল্লকপা, য়াওশঙ থাবল চোংবা ফাওবা পানরকই। চিঠি, রুমাল কয়া লোম্না-লোম্না পীনরকই।

মতম খরা লৈরগদি বৃন্দাখোয়গী থংনবদা মতম কুইনা হাংদুনা লৈরকপা ইংখোলদু রোমেনগীদমক থৌবালদা লৈবা মাগী অপোকপা মপানা থম্বীরম্বা ইংখোল অচৌবদো য়োল্লগা মমা-মপানা লৈবীরে। মমা-মপা, মচিন-মনাওশিংদি থৌবালদা লোইনা লৈহৌরগা বোমেন মতোমতা বামোন লৈকায়গী য়ুমসিদা লৈবনি।

হৌজিক্তি রোমেন অয়াম্বা মতমদা বৃন্দানা কলেজ চৎপা, থবক ইনখাং চৎপদসু বৃন্দাগী গাড়ী মচাদুদা পুন্না চৎমিন্নরে। বৃন্দাগী মমা মপানদি মচিন-মৌপ্বাগুম লোইনবনি খল্লি। মখোয অনীনসু মনুংদা চেল্লিবা ৱাখলদুদি খক উৎথোক্তে। মীনসু মচিন-মৌপ্বাগুম খল্লি। অদুবু খঙহৌদনা বৃন্দা রতনগা লুহোংবা তাবে খঙলবদা মখোয অনীমক য়াম্না ৱানখি।বৃন্দানা রোমেন্দা কয়ারক হন্না চেল্লসি হায়জবদা রোমেন্না য়াবীখিদে। বৃন্দা য়াম্না কপচখিবনি। বৃন্দানা বোমেনবু নুপা থোক্তে হায়নসু কযারক চৈবীরমখি।

মচানুপীগা হৌখিবা মতমদা রোমেনগা লৈনরম্বা মরী মুন্না খঙলবা থম্বাল পুলিসতা পাউ পীদুনা বৃন্দা মাংখ্রে হায়না রিপোর্ট তৌখ্রে। খবরদসু ময়েক শেংনা ফোটোগা কোম্ননা য়াওবা থেংনরে। লঙ্খোনিনা য়াদদুনা রোমেনগা পুন্না মাংখিবনি হায়বগী মতাংদদি হাপহন্দে। ঈ-পাউ কয়া থাদুনা মণিপুরগী মফম পুন্নমক্তা থিবা য়াবা, হংবা য়াবা কয়া তৌরে। কনা অমত্তনা মখোয় অনীগী মবমদা খঙই হায়দ্রবদা থিবগী থবক নোংম-নোংমগী হঙ্গরক্লে। বৃন্দাগী মমা লঙ্খোনিদা ঙাইহৌরে মচাগী ৱাখলদা মিৎলুগী পিরাং কংদ্রিবা। লঙ্খোনি মচাগী ৱাখলদা চাদবনা নোংম-নোংমগী ময়াং কংশিল্লক্লি।

গুৱাহাটিদনা বৃন্দা অমদি রোমেন নুমিদাংগী চাক চারগা তুম্বা মতম য়ৌরক্লে। ইমুংদুদা কনাগুম্বা মীতোপ থুংলবগী তুম্নবা ফমুং দববল বেট অমদি তোঙান্না কা অমদা থাদুনা লৈ।

বালা — "ইচে! ইচেবু দাদাগা পুন্না তুমিন্নবা য়াগদ্রা?"

বালাগী ইচম-চমজবা ৱাহৈদুনা বৃন্দাবু ৱাহনবগুম তৌরুরে।

বৃন্দা — "ইচেদি ইনাওগা পুন্না তুম্লবসু কায়দে।"

— "ইচে! ঐগীদি তোঙানবা ফমুং লৈতেয়ে, ইমাগী ফমুংদা ইমাগা পুন্না তুম্মী।"

— "অদু ওইরগা ইচে মখাদা থারগা তুম্লবসু কাইদে।"

নুপীমচা বালানা খঞ্জরুব্বনা মখোয় অনী মতৈ-মনাও ওইবনিনা পুন্না তুমিন্নজবনা ফগদ্রা খল্লুবনি।

বালা ফমুং অমা থানবা ফক, কাম্বা, ফিরোল, কাংখলনচিংবা পুথোরক্কুনা থম্মী।

বৃন্দাগা মখোয় অনী দববল বেটতুগী মনাক্তা ফমুংদু থারে। ফমুং থাবা লোইরগা বালা তুম্লুরগে তাক্লম্লগা তুম্বা চংখ্রে। ইপুসু তুম্বা চংখিবা ঙাইহাক ওইরে। রোমেন্দি তুমফমগী খনবদা মকোক ঙাওদুনা অশ্বাইফাওদং থোকখিবনি। বৃন্দাদি বালানা তুম্লুরগে তাক্লম্বদা মচিন খুম্লগা নোকখিবগী মরমদু খল্লগা ঙাইহাক্তুং লৈ। বৃন্দানা উংদুনা লৈরিঙৈদা রোমেন তুম্বগী মরমদা খন্না-খন্না চংলকপনা কাদু য়ৌরক্লে।

রোমেন চংলকপগা বৃন্দা ফম্লম্বদগী ফুক হৌগৎলকই।

— "তা রোমেন! ফমুং অচৌবসিদা তারোমেন তুম্বীরো!"

— "য়ানি, ঐ মখাদা থারিবসিদা তুমগে" হায়রম্লগা মখাগী ফমুংদুদা কাংখল হাইগৎলগা রোমেন তুম্বা চংখ্রে। রোমেন্না মানা হায়বা তাবীদনা মখাদা তুমখ্রবনিনা বৃন্দা উপাই লৈতবনা দববল বেটকী ফমুংদুদা মাসু কাখৎখ্রে। ঙরাং অহীংদগী মখোয় অনী লাকমিন্নরগা গুৱাহাটি য়ৌরক্তুনা য়ুমদুদা থুংলগা অহীং তুম্লবা মতম অসি ফাওবদা মখোয় অনী খোঙ্গুল তানা ৱাবী অমত্তা শানবা ফংদ্রি। শানবা থৌবাংসু অমত্তা তৌনদে। অমনসু হংদে, অমনসু হৌদোক্লদে। ৱাখল্তমক খন্নরগা ভাবনা অসি ওইরম্বা য়াই হায়বদু পাংথোকপগুম তৌরি। মসিদি পুন্সিদা য়াম্না ৱাবগী মশক্নি। ফমুংদা তুম্বা চংখি হাযবদনি মখোয অনীমক তুম্বদি অমত্তা য়ানদে।

অচৌবা সহরনিনা নিল-খোংবা, লাংবা মখোল মরক্তা লাপ্পা থৌরকপা রেলগাড়ীনা স্টেসন য়ৌরমদাইদা হেক-হেক মখোল হৌনা খোংলকপসু তারি।

ঙসি নুমিৎ নীনি-হুন্নিসিদা থেংনরক্লিবা অবাবা মথং-মথং অসুম নীংশিংলম্বদগী বৃন্দা তপ্না-তপ্না তুমথখ্রে। রোমেন্দি বৃন্দানা হৌজিক খল্লমগদবসি করিনো, মখোয় অনীনা গুৱাহাটিদা তৌগদবা থবকসিনা করিনো, করম্না মখোয় অনী কয়াম কুইনা মফমসিদা লৈগদবনো খল্লিঙৈদা পুং বারো তাবগী ঘড়ীগী কাটানা তরানিথোইরক য়ৈরক্লে।

মী লাংবগী মখোল অমা থোঙ্গালদা তাবগুম তৌরকই। রোমেন মপালদগী কৌবকপা তাবদুদা হৌগৎলগা থোং হাংই। বালাসু মমাখোয় মণিপুর চৎখিবা হল্লক্রমাগ্রে খন্দুনা হরাউনা হৌগৎলকই। গেট ফাওবা প্রপ-প্রপ থোক্তুনা শো হাংদোকই।

রোমেন য়ান্না ইকাইনা তৌফম খঙদনা গেট ময়াদা লেপ্তুনা লৈ।

গীরিধারি — "ইবুংঙো নংদি কনানো?"

— "খুরা ইবুংঙো। ঐ মণিপুরদগীনি।"

— "ও! ঐখোয়গী লাংথবাল্লোমগী মরী-মতারা?"

— "নত্তে, খুরাইবুংঙো।"

— "ও। অদুদি করি থবক্কী?"

গীরিধারিনা মারুটি কারদু গেরেজদা থৌজিল্লি। গাড়ীগী মনীং হাংদোক্লগা পোৎ মথং-মথং থাংদোরকই।

রোমেন চংশিন্দুনা গাড়ীদগী থাংথরকপা পোৎশিংদু পায়দুনা ইমুংদা থাংজিনবা য়াওই।

গীরিধারি — "য়ানিদা ইবুংঙো ঐখোয় অদুম তৌজগে?"

বৃন্দাসু ইকাই-ইকাইনা হৌগৎলক্তুনা পোৎ মচা-মগু থাংজিনবা য়াওররে।

— "ইবেম্মসিনা ইবুংঙোগী লোইনবীরা? নখোয়বু সিদা করি থবক্কী লাকপনো?"

— "থবক অমত্তং ফংলবদি হায়দুনা থবক থিবা লাকচবনি।

— "থবক্তি করি করম্বা থবক্লিনা?"

— "অফংবা অমা হেক্তা তৌজগে খঞ্জবনি।"

— "নখোয়বু লোম্না অহল-লম্মন তাক্লমদনা চেন্নকপা জাগুরা? ঐবু মণিপুরদা মী মাংবগী পাউ, মৌ লুহোংবা নোংঙানবদা মাংখিবা, হু চাদুনা শিবা, মচা মরি হুন্দোক্লম্লগা পাখঙ মচা অমগা চেনখ্রে হায়বা পাউ জাৎ-জাৎ য়াম্না তারকইদা"। মাগী ৰাহৈদা চান্নবদি খরা য়াওবগুম তৌই।

"ফরে, হয়েং নোং ঙাল্লগা ঙাংনরসি, তুমজরুরো তুমজরুরো।" রোমেন অমদি বৃন্দা অহন্দুনা হায়খিবা ৰাহৈ খরদুনা পুক্লিংদা মখোয়গী মরমদু অহন্দুনা মণিপুরদগী খঙলগা লাক্লবরা হায়না কন্না চিংনবা পোকই।

মাগী-মাগী ফমুংদা চংদুনা অমুক তুম্বা থেমখ্রে। রোমেন্না খল্লি — "অস! নুমিদাং ওইরম্বগী ফবনিকো! ইকাইখ্রেদা! হয়েং নোং ঙানবগা মফম অমা য়েংবা হায়বদুনি।"

## (অহুমশুবা)

গুৱাহাটি অচৌবা সহর ওইবনা অহীং চুপ্পা লাংবা, নিল-খোংবগী খোঞ্জেলনা পীক থল্লি। নোং ঙানফাৎত্রিঙৈদগী হৌনা শুবা-নোম্বা কনবা কাংবুদি ঙস্তা হৌগত্তুনা থেলা ইনবনা ইনবা, রিক্সো থৌবনা থৌবা মাগী-মাগী মথৌ অয়াম্বা হৌনখ্রে।

রোমেনগা বৃন্দাগসু ঙস্তা হৌগত্তুনা মচিন-ময়া শেংবা লোইশিল্লুরে। বৃন্দা রোমেন্না তুম্লম্বা ফমুংগী ফি-রোল হৌগৎলগা থুপচিল্লগা মথং-মথং লোন্নদুনা থম্মী। মানা তুম্বা ফমুংদুসু শিং-নান্না থারগা থল্লে। তৌফম খঙদনা ফমুংদা ঙাইহাক ফমদুনা লৈ।

রোমেন কাদুদা চংলকই।

রোমেন — "ঐখোয় অনী লৈনবা মফম অমা থিদবা য়াররোই। মীগীসিদা কুইনা লৈহন্নীংঙমদবসু কনানা খঙগনি। ঙরাং নুমিদাং খুরাইবুংঙোনা হায়খিবা বাদা ঐখোয়গী মরম মুন্না খঙবা মানবা মতাং অমা য়াওখি। ঐ মদু চিংনৈ। ঐখোয় অনীদি পোৎ-চৈ, ইয়ারবেগ ফাওবা য়াওরকপা নত্তে। মীনা য়ান্না ফত্তনা খনবীদ্রিঙৈসিদা চৎহৌরসি!"

বৃন্দাসু রোমেনগী বাহৈশিংদুদা চুম্মালে খল্লকই। চৎননবা মফি শেৎচিল্লে। বৃন্দা নহান য়ুমদগী থোরকপদদি অশাওবনা মরম ওইদুনা শেৎলিবা ফি-রোলদু ফজব্রা থীব্রা থোইনা খনখিদে। অদুবু ঙসিদি মানা ফিদু শেৎলগা লম্বী শোরোক্তা চৎপদু মীনা করি খনখিগদগে হায়বগী বাখল খনবা হৌরক্লে। করিগীসু খন্দনি, মাদি মমা-মপানা নিংঙোল অমগা পিবা অমগা পোকপদা মানা মচানুপী অহন্নি। মনীং তম্না হৌজরকপনি। অদুবু ইকাই হায়দুনা করমদি তৌনি, মতাং মতম চাদবনা রোমেন্দা বাহৈ অমত্তা হায়বা ঙমজদে। অমরোমদা রোমেনসু বৃন্দাদগী হেন্না খঙ্গরিবনি অমদি নুংঙাইজদ্রিবনি।

মখোয় অনীনা চৎনবা খন্নরিঙৈদা গীরিধারি মাগী নুপীগা ৱা তানৈ। কদাইদগী লাক্লিবনো অনীসিবু? করি করম হায়না ঐখোয়গীসিদা চংলক্লিবনো। হৌজিক কান্দা অফবা ঙাক্তা খল্লুবসু য়াদ্রি। লৌন-লৈনবা য়াদবা অনী চেল্লক্লগা মফমসিদা লোৎপা লাকপা ওইরল্লো ঐখোয় করম তৌগনি। য়ানরবদবু অসি য়ৌনা লাক্লমগদ্রা? হয়েং থিরকপদা ঐখোয়দা থম্লুবগী অৱাবা তারবদি কমদৌবা? মখোয়দা ৱা অমত্তা ঙাংলুদ্রবদি মরাইনা মফম অমা থিজখ্রগনি।

বালা বৃন্দানা লৈবা কাদুদা চংলুবদা মখোয় অনী চৎনবা থৌরাং তৌবা লোইরম্লে।

বৃন্দানা — "ইবেম্মা! ইচেনা তুম্বদা শেৎলুবা ফনেকসে শুরমদ্রে, ইনাওদি মরম য়াম্না মোকই। লাইবক ফরবদি অমুক উনখিসিকো"। অসি হায়রগা নুংশিনা কোনবী।

রোমেন — "ইবেম্মা! দাদাখোয়না খরা য়েৎলমলে, ঐখোয় অমুক চৎলগে ইচনবুদি পুন্সিগী কাউরোইদা। ইচন্না য়াম্না ৱাবীখ্রে।"

বালা মমাগী মনাক্তা প্রপ-প্রপ চংখ্রগা দাদাখোয় চৎখিদৌরে তম্লুরে।

পাকপী অমদি ইন্দিরা পুন্না থোরকই।

রোমেন — 'ইন্দোন'বেম্মা! ঐখোয় অমুক চৎলুখিগে?"

— "চৎলো, চৎলো ইবুংঙো।"

নোয়োম্না বৃন্দাগা রোমেনগা মপাল থোরকপা উবদা —

— "ইশু অনী চৎপা তারব্রা? কনাগীদা লৈবা তারবা? লৈফম ফংলব্রা?"

— "ইপু! অসুম মথং-মথং থিরুবা হায়বদুনি।"

— "ফরে, ফরে, মঙ্গোল ওইয়ু।"

বৃন্দাগা রোমেনগা অহন্দুবু চংশিল্লগা খুরুম্লম্লগা থোরকই। ইন্দিরাগী পুক্লিংদা বৃন্দাগী মশক, মানা শেৎলিবা, ইল্লিবা ফিদু উবদা নুংঙাইতবা ফাওরকই। করিগুম্বা খরা হংনীংবগুম তৌনা লেপ্পগা য়েংদুনা লৈহৌই। গীরিধারি থোঙ্গালদা মারুটি কার চামগদবগী থৌদোরকই।

— "ইচাসিং অমুক চৎলব্রা? য়ৌরো য়ৌরো!" হায়রগা লৈহৌই।

মখোয় অনী চৎখ্রবা তুংদা নোয়োন্না মচানুপা গীরিধারিদা — "অঙাং অনীদো পুকচেল শেংলমগদবা মাল্লি। মখোয় অনীদি নংঙোন্দা লৈফম অমখক্তা থিবীয়ু, থবক তৌবা য়াবা লৈরবদি মদুসু তাননীংই হায়জরম্বনি।" হায়না তম্মী।

গীরিধারিনা — "বাবা! হৌজিক কানসে য়াম্না লুরে, অফবা ঙাক্তা খল্লুবসু যাদে। হয়েং ফত্ত-নুংদা থোরক্লবদি মৈতৈ মচানি হায়দুনসু হেক্তা থাজরুবা য়াদ্রি।"

রোমেনগা বৃন্দাগা খোঙনা পুবা মায়কৈদা অসুম লাকই। বস স্টেন্দ অমদা মী খরা লেপ্তুনা বস ঙাইহরি। কদোমদা চৎকদবনো হায়বসু খঙদে। হৎশিরা হায়না লৈরিঙেদা মৈতৈ পাখঙ অমনা বৃন্দানা ফনেক শেৎপা উবদুদা মৈতৈনি হায়বা খঙলমাল্লে। মখোয় অনীবু মানা মীনৌনি হায়বসু খঙদুনা — "শোম্ব মণিপুরদগী ওইরব্রা?"

রোমেন — "হোয়, মানি।"

— "কদাই চৎপিগদবা?"

— "ফেন্সি বজারদা চৎসিরা হায়না খল্লিবা। অদুদা ঐখোয়দি গুৱাহাটিদা অহানবা লাকপা ওইবদুদা লম্বীসু থোইনা খঙদবা।"

— "য়ানি ঐ তাকচগে, ঐসু ফেন্সি বজার য়ৌগদবনি। ফেন্সি বজারদা করি লৈবীগদবা?"

— "লৈগদবা নত্তে, সনা অমখক্তা কায়রুসিরা খনবগী ৱানি।"

— "ও! পৈশা খুদোং চাদবা য়াওরব্রা?"

— "হোয়! পৈশা খরা ৱাৎকদবা অমা লৈরবা।"

— "য়ানি, গাড়ী লাকএ, অসিদা পুন্না চৎলসি।"

নুপাদুনা হায়বা মতুং ইন্না সিটি বস তোংলগা লাকমিন্নরে। অসুম কোইরগা লাকপনা ব্রহ্মাপুত্রা মপান্দা খাম্বদা কুমথরে। গাড়ী তোংবগী ভারাসু নুপাদুনা হান্না পীখ্রবনি। খরা চৎলগা হোটেল অমদা চা থক্লুখিসি হায়না অমুক পুশিল্লে। মখোয় অনীসু অদুম য়াদুনা হোটেলদা চংদুনা চা থকমিন্নরে। তল অমমমসু কৌদুনা অমুক চারে। ময়ামদুগী পৈশাসু নুপাদুনা অদুম পী। মখোয় অনীসু মৈতৈ মচাগী গোব-শোবসি গুৱাহাটিদসু অদুম তৌবোইরে খল্লি। চা থকফমদগী

থোরক্লগা সনা কায়বা য়াবা দুকান অমদা পুন্না চংলকই। করম্বা সনানো কায়বীগদবদো পুথোকপীরকও হায়রকই। বৃন্দা মখুত্তগী সনা খুদোপ্পু লৌথোক্লগা রোমেনগী মখুত্তা শীন্নে। রোমেন্না অমুক নুপাদুদা পীরে। নুপাদুনা সনাদু দুকান্দারদুগা ওন্দুনা য়েংবদা সন অমা মখাই ফায়-ফাদে হায়না মরৈ খরা তৌনে। লুপা লিশিং অমগা চামগা থোক্লে হায়রকই। ঙসাইগী নুপাদুনা খুদোপ্পু দুকান্দারদগী লৌরগা — "মরুপ নুপাসি খদ্রক খরা তৌরে। ঐ সনাসিগী অরুম্বসি থংনবা দুকান অমদা অমুক্তং ওল্লগা য়েংলক্কে, মাগী মবুক শেংদবসি খঙদোক্লগা ফাগে। শুম লেংদনা ফন্নগা লৈবীরম্মু।" মানা হায়রম্বদু মণিপুরী লোন্দনি। নুপাদুনা খুদোপ্পু পুরগা থোকখ্রে। দুকান্দারদুনা রোমেন্দা হিন্দিনা হায়রকই — "নংগা লাকমিন্নবা নুপাদু হান্না খঙনব্রা? মানা করি হায়রম্বনো?"

রোমেন — করি খুমগদবনো ঙাইহাক্তং খঙ্গানৈ। পুং অমা ঙাইরবা ফাওবদা নুপাদু লাক্লে।

রোমেন বৃন্দাগী মমাঙদা ইকাইবা অমসু য়াওরে। "অস! ওষ্ঠোক্না থাজদনা খুবাক ময়ায়দা শাগুন তৌই হায়বদু হেক থোকইদা! মৈতৈ মচাগী খদ্রক মফমসি য়ৌরবোইরেকো! ঙরাংগী ইপুদুনা হায়বদু চুম্মীদা।"

উপাই লৈতদুনা বৃন্দা মনাদগী নানপ্পী অনীদু লৌথোক্লগা রোমেন্দা পীরে। মদু অমুক ওন্দুনা য়েংবদা লুপা লিশিং অনীদা য়ানরে। হন্দকমুক্তি মা পৈশাদু লৌশিল্লে। দুকান্দারদুনা ঙসাইগী খুদোপ্পুগী মরমদা চিংনদুনা হিন্দিলোন্দা অমুক হন্না হংলকই। রোমেন জাতি চেষ্টগদবা ৱাফম ওইবদুদা মা ঐগী মরুপ্নি, মানা খুদোপ্পু লৌরগে, হোরেন পৈশা পীররগে হায়রম্বনি হায়না হিন্দিদা খুমখি। অশেংবদু দুকান্দারদুনদি ময়েক শেংনা খঙবগুম তৌখি।

পৈশাদু পুরগা মফমদুদগী থোরক্লে। নুপাদুবু শাওনীংবদি অসুম-অসুম হেনগৎলকই। অদুবু চেকশিনবগী পারা অমদি তমহৌরে। খরা চৎলগা পান বাজার য়ৌরে। লাইবক ফবদগী 'মণিপুরী হেন্দলুম' থাবা দুকান অমা থেংনরে। মদু উবদা বৃন্দাগী পুক্লিংদা য়াম্না হরাউজখি। অদুবু ফি য়োল্লিবদুদি মৈতৈ নত্তে। মফমদুদগী ফনেক-ফিরোল অয়ুক নুমিদাং চংগদবা মকুপ-মতা খরা লৈরে। ইয়ারবেগ অমসু লৈরগা পোৎশিংদু মদুদা হাপচিল্লে। পোৎ চৈ লৈবা লোইরবনিনা লৈনবা হোটেল অমুক থিরকই। মখোয়গী শেন-থুমগী ফিভম ফত্তবনিনা

হোটেলসু মমল অতাংবদা লৈবা ঙম্লোই। মমল কয়া য়াম্লোইদবা হোটেল য়েংলগা লাকপদা "কমাক্ষ্যা হোটেল" থেংনরে। মনুংদা চংলগা ফমুং অনীগী কা অমদা কয়া তাবনো হংলুরে। লুপা চানিদা ফার্স্ট ফ্লোরদা কা অমখক উচিন-নাচিন্না ফংলে। কাদুগী শো হাংলগা ফমুং-ফিরোল নীংথিনা শিনবীরম্লে।

বৃন্দা মশাদু ওমচাক্নবা অমা য়াওদুনা বাথরুমদা ইরুজবা চংখ্রে। ফি-রোল হোংদোক্নবা লৈরবনিনা মাগী নহান য়ুমদগী শেৎলকপা ফিশিংদু হোংদোক্লগা শুদোক্লে। রোমেন্দা মাগী ফুরিৎকা মোজা ফুরিৎকদু শুদোকে হায়জবদা য়াবীদ্রে। মদুগীসু মবুক্লিংদা ৱারৌজে। রোমেন্না ফমুংদা উংলগা লৈরিবদো ঙসাইগী মৈতৈ পাখঙদুনা তৌখিবা চলাক্তুগী ওইরমগনি খঙলদুনা বৃন্দানা রোমেন্দা হায়রকই — "তারোমেন হৌখ্রবা থৌদোক্তুগীদমক্তা খল্লুরনু! মানা তাকপীরমদুনা ঐখোয়সু সনা কায়ফম খঙদুনা পৈশা খরদি ফংলেদনা!"

রোমেন্দি থৌদোক্তু কাউগে হায়বা শুকয়া য়াদ্রে। খন্দবা য়াদবা অমনা মখোয় অনী হোটেলসিদা নোংমদা লুপা চানি পীরগা চাবগা করিগা লুপা চাহুম পীদবা য়ারোইদৌরি। করি থবক শুরগা নোংমদা মানা লুপা চাহুম তানগনি? মসিনি খন্দবা য়াদ্রিবসি।

মখোয় অনী অয়ুক্কী চাক চামিন্নরে। নুমিদাংৱাইদু বৃন্দাবু মপাল থোক্নু হায়রম্লগা রোমেন থবক থিবা থোরকই। মা বুদ্ধি মমশিল্লকই, ৱাখল অমত্তা খনবা থোক্রে। থবক ফংগদবসু মাদ্রে। নীংবা কায়না অমুক হল্লক্রে। রোমেন্না অহীং তুমখ্রবা তুংদা মাগী মফি মরোল মোৎপা উবদুদা বৃন্দানা লোন্না রোমেন খঙহন্দনা শুদোক্লে। মতাংসিদা রোমেন্দি নুংশি-নুংঙোনগী ৱাফমদি য়াম্না লাপ্না লৈখ্রে। ৱানা-ৱানা অহীং অমা লেপ্লে।

নোংঙানবগা বৃন্দানা অহীংদা শুরম্বা চোৎলি-মালি তৌরিবা খোঙগ্রাওদু অনী শুদবনিনা শেৎলগা থবক থিবা অমুক চৎখ্রে। অসুম মথং-মথং য়েং-য়েংদুনা লাকপনা য়ুম অনৌবা শাবগী পিল্লর হৌনবা কোম তৌবা কুলি খরা থবক শুদুনা লৈবা মফম অমদা চংলুরে। মাসু থবক থিরকপনি, মখোয়না শুরিবদু খরা য়াওজগে হায়রুরে। অদুবু থবক্তু শুবা য়াওবদা মখোয়না ফংলিবা শেনফমদুদি রোমেন্না ফংবা য়ারোই। নোংমদা লুপা চাম্মা পীবা য়ারবদি য়াওবা য়াগনি হায়রে। রোমেন লুপা চাম্মা ওইরবসু য়াওরগে হায়রে। মখুত্তা য়োৎপাক পায়দুনা কোম

তৌবা হৌরে। নহানমখৈ থবক শুরক্তবনা মখুত্তু থবক খরা শুবা হৌরকপদা পোকথোকপা হৌরে। ঈশিং হাল্লক্রে। ৱানা-ৱানা শুবনা নুমিৎ তাশিল্লক্রে।

বৃন্দাদি কা মনুংদা পুন্সিগী থোকখিবা থৌদোক কয়া হঞ্জিল-হঞ্জিল খল্লগা অমুক কপ্পী অমুক ঙাইহাক উই তৌদুনা ৱানা রোমেন হল্লকপা ঙাইজরি। অয়ুক্কী চাকসু রোমেন হল্লক্তবনা চাদ্রে। চাকপুদি থোইনা লাম্বসু পোক্তে। অদুবু অয়ুক অঙনবদগী মাবু কাদগী হেন্দোক্কনু হায়রম্লগা থোকখিবা মানা সন্ধ্যা মতম য়ৌরবা ফাওবদা য়ৌরক্তবদুদা পুক্লিং নুংশিরকই। খল্লকই — "তারোমেন্দুবু ফত্ত-নুংদা থোক্লবজাৎলা? নত্তগা কনাগুম্বনা ফাখ্রবরা? নত্তগা ঙরাংগী সনা খুদোপ পুখিবা নুপাদু অমুক থেংনদুনা খৎন-চৈনা থোক্লবরা?"

কাদু ধুপ অমখক চল্লগা থাগৎলি। নীংজবদুনা কনখিবনা রোমেন থোংদা কাক-কাক তৌরকই। "ঐনে, ঐ হল্লক্লে থোং হাংদোকউ।"

বৃন্দা মিৎলুগী পিরাংদি কংদ্রি। থোংদু তপ্পা হাংদোরকই। রোমেন মশাদু ঈরুলুজরগা লাক্লবনি। অদুবু মশাদু লৈহিং মনম নম্বগুম তৌই। শেৎলিবা ফি-রোলদুসু লৈখোম চোংবগী মতৎ-মতৎ ৱাউবদু বৃন্দানা উরে। মবুক্তা খল্লি, "করি থবক ওইরিগবা মানা শুরুরিবসে?" রোমেন মানা শুরুরিবা থবক্তো বৃন্দানা শোয়দনা খঙনীংলমগনি খল্লগসু বৃন্দাদদি তাক্লে।

চাক চারুরসি হায়দুনা মখাদা কুমথরকই। বেশিন্দা মখুৎতু হাম্মী। মখুৎ অনীমক য়োৎপাক পায়বগী পোকথোকপদু কায়দুনা ঙাংশং-ঙাংশং ঙাংলে। শাবনসু খাংবা ৱারে। অদুবু নাদবা শানা খাংই। বৃন্দা উদনবসু কন্না হোৎনরি। খুৎ হাম্বা লোইদুনা চাক চাবা হৌগদবগী ফমথরে। অহানবা য়েঙ্গ্লাং হৈরগা চখোম অমা থাঙ্গৎলকপদা মখুত্তু থুপ্পনা চাবা য়াদ্রে। চামচ অমত্তা পীবীয়ু হায়রকই। বৃন্দা রোমেন্দা য়েংলগা — "করি তৌরে তারোমেন?"

— "করিসু তৌদে।"

— "খুৎ সোক্রব্রো?" ৱাহৈদু হায়রম্লগা বেসিন্দা চংদুনা মখুৎ হামদোক্লুরে।

রোমেনগী মনাক্তা চংশিল্লগা মখুত্তু পায়রুরে। খুবাক অনীদো লোংথোক্লগা য়েংলুবদি পোকখায়খিবা মফমশিংদু পুমঙাং-পুমঙাং ঙাংনা লৈবদু উবদা বৃন্দা মমিত্তগী খঙহৌদনা পিরাং শিম্বরক্লে। "অস! তারোমেন নংনা শুরুরিবদুবু করি থবক্লো? হয়েংদি ঐসু নতুং ইল্লগা শোয়দনা য়াওজগে?" মা চাক চাবা য়াদ্রে।

ঙসাই অয়ুকসু চাদনা রোমেন হল্লকপা ৱানা ঙাইজরম্বনি। বৃন্দা লৌশিং অমা তৌরকই। রেটরদা চাকসে ঐখোয়গী কাদা পুরগা চারুরগে হায়রকই। চাক্তু মানা থাংলগা পুখৎলকই। মখোয়না লৈবা কাদুদা পুরগা চংখ্রে। মানা হায়বদুদা রোমেনসু য়াদুনা কাদা চংমিন্নখ্রে।

বৃন্দা মখুৎ শেংনা হামদোক্লগা চাক্তু মানা ইনগে তৌই। অদুবু অৱাবদি রোমেন্না য়াবীদ্রে। বৃন্দা নীংবা অমুক কায়রে। মানা খঞ্জরুবদি মানা চাক ইনবদা রোমেন্না হরাউ-হরাউ য়ারক্কনি হায়বসিনি। মতোমতা মবুক মনুংদা ৱাহং কয়া হংজরুই। — "করিগীনো তারোমেন্না ঐখোয় অনীখক্তা অশুক লুবা তানফম অমদা লৈমিন্নরগা মীনা উগদবসু নত্তবা, মানা ঐনা চাক ইনবদা য়ানীংদ্রিবসিবো? ঐবু রতন্না লৌদুনা অহীং অমা রতনখোয়গীদা লৈরুরে অসিরা? নত্তগা রতনগা ঐগা অরোনবা মতৈ-মনাও ওইবগী মরীদা নকশিন্নরুরে হায়রিব্রা? মদুদা মানা ঐবু হিন্দুগী চৎনবীদা হঙ্গোইরিব্রা? অদু ওইরগদি মানা ঐবু মফমসি তান্না করিগী পুবীরক্লিবা? ঐগী থৱায়সিবু হিংনা-হিংনা অশিবগুম লৈয়ু হায়রিব্রা? ইকাইবগুম, ৱারৌবগুম বৃন্দাদো তৌফম খঙজদ্রে। রোমেন থবক ৱামনখিবনা চাক্তু নীংথিনা চাবসু য়াদ্রে। থেংজিল্লক্লবদা রোমেন্দি ৱারুরবনিনা তুমখ্রে, বৃন্দাদি তুম্বা য়াদনা অহীংচুপ্পা কপ্পা-কপ্পা লেপ্লি।

রোমেন ৱামনখিবনা অহীংদা মখোল থোক্লা "অয়ো, অয়ো ইমা" হায়রকপা য়াওই। মদু তাবদা বৃন্দা মঙোন্দসু রোমেনগী অনাবগী চৈনাখোন্দু ফাওবগুম তৌই। ৱানা-ৱানা নোং অমুক ঙাপ্লে।

রোমেন অয়ুক্তু মশাদু চোকথবনা হৌগৎপা ফাওবা ঙমদ্রে। অদুবু উপাইদি লৈতবনা অমুক চত্তুনা অনৌবা থবক থিরুবা তারি। চৎলমদাইদা বৃন্দা লুপা য়াংখৈখক লৌথোক্লগা — "তারোমেন ফার্মাসিদগী এন্টিসেপটিক মোলোম অমত্তংদি লৈরগা পোকথোক্লিবা খুবাক্তুদা তৈবীয়ু।"

— "য়ানিদা! মী কুলি ময়াম অমদি করিসু নাচুংবীদে। হয়েংদি অদুম ফজখ্রগনি। অসি হায়রগা পৈশাদু পুদনা চৎখ্রে। বৃন্দা মানা হায়জবদা রোমেন্না ইয়া য়াদবসিনা পুক্লিংদদি হেন্না মৈচাক হাপ্পীরে।

রোমেন ঙসিদি ৱাখল অমা তৌরকই। মদুদি নাহান ট্রক ড্রাইভরদুনা হায়রম্বা "লাংথবালদগী গুৱাহাটিদা হোংলগা বেলটোলাদা লৈখিবা গীরিধারি

পুকচেল চাউবনি, মীনুংশি খঙবনি, তিন্নবা হৈরবদি মতম শাংনা লোইনবা য়াগনি; অদুগা ঐনা মঙোন্দা ৱাহৈ অমত্তা হংলমদনা তোক্লুবা। ঙসিদি ঐ মাগী থবক মফমদা শোয়দনা চৎলগা মাগা উনরগে।"

রোমেন গীরিধারিগী বেদকুষিদা লৈবা নুং চপখায়ফম, কলভর্ট শাফম তানা বস তোংদুনা লাকই। মফমদু য়ৌরমদাইগী বস স্টেন্দ অমদা কুপ্লে। খোঙনা চৎলগা মফমদু তানা ৱাখল তৌনা-তৌনা লাকই। চংবসু হেক ইকাইবা, করি হায়রুগদবনো খল্লুবদা চংবা অমুক ঙমদ্রে। অসুম লেপ্পুনা লৈরিঙৈদা মৈতৈ নুপা অমখক মাগী নুপীদুনা — "লুপা চাম্মদা পীরম্মু, অঙাংগী লাইরিক লৈনবনে, সে পীরম্মো" হায়না ইন্নরকই। নুপাদুনা য়াম্না থীবা খোনফমদা — "সে নং লোইনা লৌহৌরো" হায়রগা লুপা চাম্মখক থাদরম্বদু হেক উরুরে। নুপীদু লুপা চাম্মা চৎপীদু খুল্লগা ময়ুমদা চংখ্রে। রোমেন্না মৈতৈনি খঙলবদা তপ্না ইন্নরগা — "তাদা! করিগুম্বা অমত্তা হংজগে?"

— "করি ওইরবনো?"

রোমেন লেপ্না-লেপ্না নুপাদুগা ৱারী শানৈ। নুপাদুদি গীরিধারিগী টাটাগাড়ী থৌবা ড্রাইভর ওইরম্লে। রোমেন্না মাগী অৱাবা ৱারী অশাংবা অমা লীরে। মখুৎকী অশোকপকাদু উৎলগা মতেং খরদি পাংবীয়ু, ঐ নুং হাপ্পা খরা য়াওজগে কন্না হায়রে। মী অমনা অদুক কন্না থম্মোই শেংনা হায়জরবদা করিগী য়ারোইদগে? অদুগী মথক্তা মখোয় অনীমক মৈতৈ মচা ঙাক্তনি। উনরিবসিসু মীরমদনি। মানা হায়জবদু য়াবদগী রোমেন নুপাদুগী মতুং ইল্লগা মাগী টাটাদা তোংদুনা নুং হাপ্পা য়াওবা চৎখ্রে। মাগী মরম মোকপা থম্মোই শেংবা মতৌদুদা ড্রাইভরদুনা রোমেনবু নুংশিরক্লে। অদুগী মথক্তা ড্রাইভরদুদি লাইরিকসু হৈতে, রোমেন্দি বী এ নি। অহানবা নুমিৎকী খুৎশুমন ওইনা লুপা চাম্ময়াংখৈ খক ফংলগা হোটেলদা হল্লক্লে। ঙসিদি রোমেন ঙরাংগুন্না য়াম্না চোকথবা উদ্রে। ৱাখলসু খরা নুংঙাইবগুম তৌরে। মীওইবগী মায়থোংনা পুক্লিংগী মরোল খঙই হায়নৈ। বৃন্দাসু খরদি হরাউজরে। নুমিদাংগী চাক চারিঙৈদা বৃন্দানা — "তারোমেন হয়েংদি ঐসু থবক মফমদা চৎলগা তারোমেনগী মতেং খজিক্তা ওইরবসু পাংজগে?"

রোমেন্দু মানা শুরিবা থবক্তু খল্লুরগা বৃন্দাদা য়েংলগা নোক্লুকই। পাউখুমদি পীরক্তে।

গীরিধারিন্দি রোমেন মাগীদা থবক য়াওরে হায়বা খঙদ্রি। মথংগী নুমিত্তা বৃন্দানা কন্না হায়জবদগী অদুগী মথক্তা হোটেলদা ইনখৎলকপী নুপীমচা অমবু মতোমতা নুমিৎ কয়ানি মী অতোপ্পা খঙহন্দনা থম্বদা ফরক্লোই খনবদগী রোমেন বৃন্দাগা লোইননা থবক মফমদা লাকই। শোরোক্তা ঙাইহাক ঙাইরগা ড্রাইভরনা গাড়ী থৌদোক্তুনা গাড়ীদা মখোয় অনীমক য়াওরগা ক্বারি তানা লাকই। ড্রাইভরদুনা খল্লি — "মাগী নুপীসিদি মশক ওম্থোক্লা ফজখ্রেদা! মসিবু থবক শুহনগদৌরিবজাৎলা?"

ক্বারি য়ৌরগা নুং হাপ্পবা নুপা-নুপী লোইনমক মফি-মরোল শেম-শাখ্রে।

বৃন্দা হৈত-হৈত কোকশেং অমা শেৎচিল্লে। নুং খর-খরা পীকপা খল্লগা নুং হাপ্পা য়াওরে। মানা থবক শুবা য়াওবদুনা নুপী অতৈদুবু পুক্লিং থৌগৎপগুম থোক্লুরে। গীরিধারিগী গাড়ী থৌরিবা ড্রাইভর সোভাদু বৃন্দাগী মতৌ উরুবদা নুংঙাইতবা পোক্লুরমাল্লে।

রোমেন্দা — "ইনাও নং হোটেলদা লৈরগা মসিগী থবকসি তৌবদা হোটেলগী ভারা ফাওবা পুবা ঙম্লরোই। হয়েংদগীদি ঐগী য়ুম মচাসিদা ভারা তিংদনা মতম খরা খাংমিন্নরসি হায়বীরে। রোমেন অমদি বৃন্দাসু ড্রাইভরদুবু য়াম্না থাজনা মথংগী নুমিত্তা হোটেল থাদোক্লল্লগা সোভাগী য়ুমদা লাক্লে। সোভাগীদা লৈরগা পুন্না চামিন্নরে। তুম্বসু সোভাগা রোমেনগা পুন্না তুম্মী। মাগী নুপী সনাহনবীগা বৃন্দাগা মচা অনীগা তুম্মী। অসুম্না নুমিৎ হুন্নি শুরকপদা সোভানা গীরিধারি উনবা তাঞ্জাদা রোমেন অমদি বৃন্দাগী মরমদা শুগায়না ৱারী তৌরুরে। রোমেন্নদি গীরিধারিদা মানা অসিগুম্বা থবক শুরি হায়বসি খঙহনবীগনু কন্না হায়জবনি। অদুবু সোভানা তম্বা পাউদগী গীরিধারি মথংগী নুমিত্তা মাগী নুং চিংলিবা ক্বারিদা কার তোংদুনা লাক্লে। মানা কারদগী কুমথরকপা উবদা রোমেনগা বৃন্দাগদি ইকাইদুনা লোৎলি। সোভাদি নুংথাবা চৎখিবনা মফমদুদা লৈতে। গীরিধারিনা মখোয় অনীনা ইকাইদুনা লোৎলিবদু উবদগী মনাক্তা চংশিল্লগা — "ইচা অনীগী পুকচেল ইপানা মুন্না খঙহৌদ্রে। নখোয় অনীনা অসিগুম্বা থাকসি য়ৌনা চংশিল্লম্লবা। তনৌ-তনৌরিবী অসুক-ইং তপ্পী ইচাগী কোক্তা কোকশেং শেত্তুনা খ্বাংদা খ্বাংচেৎ মচি লাংদুনা গুৱাহাটিগী নুং হাপ্পা কারিদা ঐনা থবক শুহনখ্রবা? ইপা নীংঙম্লক্রে। নখোয় অনীনা ঐগী য়ুমদগী

থোকখিবদা ইপানা নখোয় অনীবু চৎখিগনু ঐগীদা লৈরসি হায়হৌদ্রে। ঙসিদগী ইপাগীদা পুন্না অমুক চৎলসি। ইপাগীদা নখোয় অনীগী লৈফম অমদি নখোয়না তৌগদবা থবক ইপা লোইনা শীনবীরগে।

গীরিধারিনা হায়বা মতুং ইন্না বৃন্দা মখোঙ-মখুৎ হামদোক্লে, মমায়-মমিৎ তাথোক্লে। থবক শুমিন্নরম্বা ময়ামদুদা মখুৎ হাইবল্লগা গীরিধারিগী কারদা তোংলগা গীরিধারিগী যুম যৌখ্রে। থবক শুফমদা ঙাংনহৌই। "মশক অসুক ফজবী অসে অচৌ-অশাংগী মচা শোয়দনা ওইরমগনি হায়বদো ঐখোয়গী মহাজোনগী মরী মতা ওইবল্লেনেসে।"

বোমেন্না সোভাগী যুমদা চৎলগা মাগী ইয়ারবেক অমুক লৌরুরে।

গীরিধাবিগী যুমদা বৃন্দা অমুক হল্লকপদা বালাদু কয়াম হরাউজে। হান্না লৈবল্লবা ইমুং ওইবনা থোইনবুদি কোইরুদ্রে। নোযোন্না -- "ইশু অনী অমুক হল্লক্রবা?"

"হোয় ইপু! ইপুনা হায়বদো য়ান্না চুম্মী।" মখোয় অনীমক চংশিল্লগা অহন্দুগী মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী। মথংদা পাকপীগা ইন্দিরাগা মখোয় অনীবু য়েংলিবদুদা চংশিল্লগা অমুক মথং-মথং খুরুম্মী। ইন্দিরানা নহান বৃন্দানা শেৎখিবা ফিরোলগীদমক ব়াজখিবদো ঙসিদি মদুগী মরম হংবা য়ারগনি। অসুন্না ব়ারী-ব়াতাই কয়া শানদুনা মখোয় অনী নহানগুম্না গীরিধারিগী য়ুমদা লৈরে।

নোংঙানবগা মখোয় অনী মঙ্গোলদা কৌথোক্লগা ইন্টর্ভিউ লৌবগুম গীরিধারিনা মথং-মথং ব়াহং কয়া হংলকই।

— "ইবুংঙোগী মিংদুবু করি ...?"

— "রোমেন হায়বনি খুরাইবুংঙো।"

— "য়ুম্নাক্তি?"

— "ওইনামনি।"

— "শোয়দ্রেকো?"

— "শোয়দ্রে খুরাইবুংঙো।"

বৃন্দাদা অমুক ওনশিল্লগা

— "ইবেম্মগী মিংদি?"

রোমেন্না — "আনন্দি কৌই খুরাইবুংঙো।"

— "মাবু মরোল থোক্তব্রা? মা ওইনা খুমজসনু! খুমও ইপা তাগে?"

বৃন্দা — "আনন্দি কৌজে পাবুং।"

"য়ুম্নাক্তি?"

"লোংজম্নি পাবুং।"

— "হায়, অদুদি ঐখোয় ইমাগী মপামগী য়ুম্নাক্নিনহে।" মখা তানা গীরিধারিনা — "অদুদি নখোয় অনী অহল-লম্মল য়ানদবদগী লোন্না চেল্লকপা শোয়দ্রেনেকো?"

রোমেন অমদি বৃন্দা ইকায়রপ তৌনা মমিৎ অনীদু য়েংখৎপা ঙমদদুনা মরু লুক্না লৈনৈ।

খুমদ্রবদুদা গীরিধারিনা — "ফরে অদুদি ইপাদি সৎ-সৎকী মীনি তুমিন লৈবদি হৈনদে। থবক মফমদা চৎনবা তৌরসি। ইহে, হংগদবা অমা ৱাৎহৌরে। নখোয় অনীদি লাইরিক্তি কয়াম তমহৌবা?"

রোমেন — "পাবুং ঐদি বী এ ফাওবদনি। আনন্দিদি এম এ মণিপুরীনি।"

গীরিধারি — "ইচা এম এ অমবু ঐনা খঙদবদগী নুং হোনবা যাওহল্লুরবনিনে। ফরে, ইচাদি অৱাবা খাংবা হৈরনি। অদু ইবুংঙো রোমেন নংবু ইপাগী থবক মফমদা থবক শুরিবা ময়ামদুগী নোংমগী খুৎশুমন, থাগী তলব, পোৎ য়োনবগী, শোৎখিবগী হিসাব শুবদু ঙমগনিকো?" আনন্দিদা অমুক ওনসিল্লগা — 'ইবেম্মা আনন্দি! ঙরাংদি ইপানা ইচাগী কোক্তা নুং পুহন্দুনা অৱাবা খাংহনখিবদো ইপা খল্লুরগা য়াম্না নুংঙাইরক্রে। চহীদা নংনা খরদি হনগনি, ঐগী ইচানুপীদো দিল্লিদা মহৈ তম্বগী লৈখিবনি। নংনা ঙরাং নকোক্তা কোকশেৎ অমা শেৎলগা ফৈজা অমা শারগা নুং হোন্দুনা লৈরম্বদো ইপাদি ননাও নুপীদো ওইরবোই নীংলুদুনা য়ুম য়ৌরকপগা ৱারী পুন্নমক নমাদা তম্লিবনি। ইচাবু ৱাহল্লরোইদা! ইচা হয়েংদগী মৈতৈ লৈকায়গী স্কুলদা মণিপুরীগী ওজা ওইনবা ইপা শীল্লগে।"

বৃন্দা মোমোন নোক্লগা, — "পাবুং" হায়না কৌজে।

— *"য়েংউ, মমাঙ শঙ্গোয়সিদা কা অমা নখোয় অনীগী খারগা শেম্বীরগে। লাকও ইবুংঙো, নফি শেৎচিন্নকও থবক মফমদা য়ৌনবা তৌরসি!*

*গীরিধারি মারুটি কার থৌদোরক্লুনা রোমেন পুরগা থবক মফমদা চৎমিন্নখ্রে। লম্বী চৎনা-চৎনা গীরিধাবিনা হায়বকই* — "অদু, ইপাদি নখোয়গী হৌজিক্কানগী ময়াই-কাবা চিঙ্গাক চাবদি য়াবোইকো।"

— "খুরাইবুংঙো ঐদি পোকপদগী অদুগুম্বা চিঙ্গাক চাজরক্তে।"

"নংনা হায়রগা হেক্তা য়ারোই, থবক্লা পূন্নমক উৎকদবনি। হয়েংদা ঙাইরে খঙগদবা। ঐদি নংগী চহী মতাংসিদা মণিপুরদা য়ু থক্তে হায়বসিমদি কয়া থাজবা ঙমদে।"

— "খুরাইবুংঙো ঐ থবক্লা উৎচগে?"

— "অদু নংগী ইবেম্মা আনন্দিসিবু মশক ইং-তপ্না ফজেনহে। ইপা হোরেন হনখিবদা সেক্রেটরিদু উন্নরমগে। লাপ্পা নত্তে ঐখোয়গী অবাংদা য়ুম মরি-মঙা চৎলগা লৈবনি। মমিংনা রামধন কৌই, কছারগী মৈতৈনি। অদুগা বাফম অমনা মখোয়গা হেক থংনবদা বামোন ইমুং অমসু লৈরে। লাইগী মন্দির অমা শাবগীসু খন্নরিবনি। মন্দিরদি ইপানা লৈখিদ্রবী ইমাগী মিংদা কৎলগে খল্লি। বামোন অমা য়াওদ্রবদি লুহোং-খোঙদোং, মীশি-মীনা থোক্লকপা মতমদা য়ান্না তঙাইফদবা লাকই। জাতি অমগী চৎনবী, ধর্ম্ম কর্ম্ম হায়বসি য়ান্না লুবা জাৎনি। ঐখোয়দি হান্না মণিপুরদা লৈরিঙৈদদি পূন্নমক ইনাক্তা লৈকায়দা শুনা লৈবনিনা থোইনা খল্লুদে। মীরমসিদা লৈকায় অমা শেন্নগা লৈরবনিনা পূন্নমক অমত্তা বাৎপা য়ারমদ্রে। অতোপ্পা জাতিশিংগী মমাঙদা ঐখোয়গী চৎনবী, থৌরম — পোকপগী, শিবগী নাহুৎপা, লুগুন থাংবা, লুহোংবা, অজা-পুজা লোইনমক অমত্তা চিৎথদনা পাংথোকপা তারকই। মদুতদা মীনা ঐখোয়সিবু কিনা অমদি ব্যবহার তৌনা অবাংবা জাতিনি খল্লিবনি। মখোয়গা ঐখোয়গা চাংদম্নবদা, অহেনবা তান্নরকপদা মসি চংই। মদু তৌদ্রগদি ঐখোয়সিবু মীনা ধর্ম্ম লৈজদবা, ময়েক লৈজদবা, চৎনবী কয়া খঙদবা পঙচা-চা পঙথক-থক্লগা লৈবা জাতি অমা ওইনা উখিগনি। মসি পূন্নমকসি অমত্তা কায়হন্দনা ঙাক্লুনা মফমসিদা

ঐখোয় হিংদবা য়াদে। নখোয় অনীসু কনানা তম্বা ঙম্মী; নরাইবক্লা তম্লক্তুনা মফমসিদা পুল্লি চুপ্পা লৈনীংলকপসু। চহী অমগী চৈরাউবা, য়াওশঙ, কাংচিংবা, ঝুলোন, কৃষ্ণ জন্ম, থৌরানি জন্ম, হরি উথান, লাংবনগী তর্পন, মেরাগী দুর্গা পুজা, নিংঙোল চাক্কৌবা লোইনমক মশীং শুনবা অমত্তা ৱাত্তনা পাংথোক্তুনা অতোপ্পা জাতিশিংগী মমাংদা উৎপা চংই। নখোয়না ইম্ফালদা উরকপশিংদা মরৱারিশিংনা "মহাবীর জয়ন্তি", "হনুমান জয়েন্তি", পাঞ্জবীশিংগী "গুরুনানক্কী মপোক নুমিৎ" চাউনা-চাউনা পাংথোক্লিবদু মখোয়গী জাতিগী চৎনবী, ধর্ম্ম, গুরুশিংগীদমক অতোপ্পা জাতিগী মমাংদা উৎতুনা মখোয়গী জাতিনা পুমহেন হেল্লি হায়বা উৎপা ঙম্নবা হোৎনরিবনি। অদুনদি ঐখোয়সু মীরমদা লৈরবনিনা ঐখোয়গী ধর্ম্মগী চৎনবী লৈজবা লোইনমক উত্তুনা মখোয়বুসু উহনবা তাবনি।"

গীরিধারি মখা তানা — "নখোয় অনীবু চহীসু অঙাং অমত্তা নত্ত্রে, লাইরিকসু মতিক চানা হৈনরবা ঙাক্তনি। অহল-লম্মন খঙনা লাকপা নত্ত্রো?"

— "খুরাইবুংঙো ঐবু ঐখোয় অনীগী ৱারীসি মতম খরা লৈরগা লীজরগে?"

— "ঙসি লীবনা করি কায়বা, খরা লৈরগা লীরগনা কায়দবা, ইচাগীসি মনুংদা করিনো ৱা অমদি ইরৈ হেক লৈরি।"

"খুরাইবুংঙোসু নোংমদি শোয়দনা খঙবীরক্কনি। কায়ববুদি কায়দে হায়ববু ৱারীসি লীজরুবদা ৱাখল অমরোমদা লোইনা চৎখিগদ্রা খঞ্জবনি। ৱারৌবীগনু খুরাইবুংঙো!"

— "অদু, নখোয়গী অশেংবা ৱারম অমা খঙদনা লৈমিন্নবদি খরদি লুদ্রনে? হয়েং ফরবদি ফৈদো, ফত্তুবদি ইপা-ইচা ঐখোয় অমুক কোন্না নুংঙাইনরোইদ্রা খল্লুবগী ৱানি। ফরে নংনা তাক্লিংদ্রবনিনা ইপা য়ারগে, অদু অকায়বদি থোক্তনবা শীল্লুকো!"

থবক মফম য়ৌদুনা গীরিধারি গাড়ীদু গেরেজদা থৌজিল্লগা থম্মী। গাড়ীদগী কুমথরগা — "তু উরব্রা? অসিনি ঐগী থবক মফম হায়বদো। খারিবা কমপাউন্দ থবক শুরিবা ময়াম, ঙরাংগী নুং চিংবা টাটাগাড়ী অনী পুন্নমকসে নংনা পুক্লিং চংনা চেকশিন্না পান্নবা তাবনি। থবক শুরিবা ময়ামসিগী হিসাব,

নোংমগী খুৎশুমন পীবা ইপানা ঙসিদগী নংঙোন্দা তম্বীরগনি। হয়েংদগীদি নংগী থবক ওইরগদবনি। অদু নংদি থবক মফমসিদা অয়ুক্তগী লাক্লগা নুমিদাংবাইদা হনবা তাবনা আনন্দিগদি নুংথিলগী মতমদদি উনজবা ফংলরোইদো। ফরে, ইপা অমুক চৎলগে, হোরেন পুং বারোদা ইপানা লাকপদা নংগী চাক পুবীরক্লগে? নং থবক শুরিবা মীস্ট্রিশিংসিগা শক অমুক্তং খঙনরো।"

গীরিধারি রোমেন পুরগা থবক শুফমদা চংলকই। থবক শুরম্বা ময়ামদু ঙাইহাক্তং কৌশিল্লগা রোমেনবু মেনেজরনি হায়না শক তাকই।

রোমেন কিজবগুম, ইকাইবগুম তৌদুনা —

"খুরাইবুংঙো ঐবু থবকসিবু ঙসিদগী ....।"

— "ঙসিদগী নত্তে, হৌজিক্তগী হৌরগদবনি। ঐদি সৎ-সৎকী মীনি, হান্নসু হায়খ্রবনি।"

"আই! দাস এই মনুহ অপুনর বন্ধু হোবো! মেনেজর পোস্ট দি অসু! কাম থিকসে করিবা!"

অসুম্না মী খবা খঙনহল্লম্লগা গীরিধারি অমুক য়ুম্লোমদা হনখ্রে।

তশেংবসু মণিপুরদা লৈরম্বা নুং চপখায়নবা মেছিন, টাটাগাড়ী লোইনমক মণিপুরগী মী উরগা মনাক্তা কৌশিন্নীংবগুম তৌরুরমাল্লে। রোমেন মেছিন অমদি টাটাগাড়ীশিংদুবু থম্মোই মনুংদা মরুপকুম্না খুরুমজে। অমরোমদা অহাংবা অতিয়াদা মান্ন-মান্নবা উচেকশিংনা পুন্না পুন্না পাইমিন্নে, চাকতামিন্নে। মরোল খঙনবা কাউরেন ষণশিংনা পুল্লপ-পুল্লপ ষণজাবুংদা শাজিক চামিন্নে। মরোল-তিন্নবা, মশক মান্নবা জাতিশিংসু মাগী-মাগী জাতিগী মী অরাপ্পা লমদা উনরগা থম্মোইদা ঐগী মী লৈরে হায়না চাউথোকচৈ। ঙসিদি রোমেন জাতি পুনবা মৈতৈগী ইমুং অমা গুবাহাটিদা থেংনরুদুনা চৎনবী, ধর্ম্মা, চিঙ্গাক্লা মরম ওইরগা জাৎ হায়বদু পুনবনিনা ইমুং অমগী মীগুম নকশিন্নখ্রে। মসি মান্নদবা জাতি অমগীদা হেক্তা ওইবা য়ারোই।

য়ুমদনা বৃন্দা ইমুং-মনুংগী মী লোইনা শক-খঙনদুনা চাক-ঈশিং থোঙবদু মাসু য়েঙ্খাং শেম্বা য়াওদুনা মতেং পাংলি। ইমুংগী পাকপী, ইন্দিরা অনীমক্লা বৃন্দাবু মশক-মতৌগা ফজবা, ইং-তপচবদুদা লুনসু তৌবীরে। মসিমদি শক

ফজবগী তোংজবা, পূন্নমক্লা পান্নবা ঋাখল্লি। অয়াম্বা মফমদা মখোয়গী চন্নফমগী জগা য়াম্না পাক চাউই।

বালানা স্কুল চৎলমদাইদা বৃন্দাগী মনাক্তা চংলক্লগা ইচে হায়না কৌরম্লগা বৃন্দাগী খদাংগী চা থুংফমদুদা মখুত্তুনা পায়রগা মচিন্দা চুপচৈ।

“ইচে ঐ স্কুল চৎলুখিগে, হোরেন হল্লক্লগা চারা ৱানমিন্নসি!”

বালাদু স্কর্ট ব্লু মচুগী অমগা ফুরিৎ অঙৌবা অমা লিৎলগা স্কুল চৎখিবদু বৃন্দানা নুংশিনা য়েংলগা লেপহৌই। বীমোলদি ইকাইবগুম করিগুম ৱা কয়া ঙাংদে। মাসু মচেগী মতুং ইল্লগা চৎখ্রে।

গীরিধারি য়ুমদা হল্লকপগী লম্বীদা স্কুলগী সেক্রেটরি রামধন উনদুনা বৃন্দাগী ওজা ওইবগী মতাংদা ৱারী অমুক শানরুরে। য়ুম য়ৌরকপগা পাউদু বৃন্দাদা মরিক-চুম্না তম্বীরে। বৃন্দা গীবিধারিনা অপোকপা মপাগুম্না থম্মোই শেংনা হোৎনবীবদুদা কয়াদা হরাউজরিবা।

বৃন্দা ঙরাংদি অৱাবা শংবাই অমনা কোকথক্তা ননবগুম তৌরম্লবসু ঙসিদি গীরিধারিনা পোৎলুমদু মফম চানা থাবীবগা চপ মান্নখ্রে। অদুবু অৱাবগী চৈথেংদুদি পুন্সিগী মরুওইবা ঋারী ওইহৌরগনি। মানা অদু য়ৌনা ক্বারিদা নুংহোনবা য়াওখিবদুদি রোমেনগী নুংশি চাংয়েংগুম্বনি। মদু মানা রোমেনবু থম্মোই শেংনা নুংশিরুবনা ঙমখিবনি। মী অমগী পুন্সিদা খম থেংনবু ৱারবা নুংঙাইবা অমদি থুনা লাকপা শোয়দ্রবনি।

গীরিধারি য়ুম য়ৌরকপগা মী অনীখক থিরুদুনা মমাঙ শঙ্গোয়দু ফক লৈরুরগা খাহল্লে। থোং অমসু পানবীরে। ফমুং-কাংথোন অনীখক শীজিন্নদদুনা লৈবদু নৌনা শেম্বা কাদুদা থাংজিল্লগা মফম চানা থাবীরে। কাম্ব্রা, ফি-রোল পুথোক্তুনা ফমুং অনী ইন্দিরাগা বৃন্দাগা পুন্না শেম্মিন্নবা লোইরে। নৌনা শেমবা কাদু বৃন্দা ৱাই-রম শিৎ নান্না শিৎপা-শেংবা লোইরগা তৈথোক্লে। ধুপ লৈরুদুনা কবোক-হৈ-লৈনচিংবা খরসু কৎলে। মদু হেক লোইবদা নুংথিলগী পুং বারো তারক্লে। রোমেনগী চাক শেম্নবা হায়রকপদা বৃন্দা চাক-য়েঙ্খাং টিফিন কেরিয়ার অমদা নীংথিনা হাপ্লগা থমলে। গীরিধারি টিফিন কেরিয়ার পুরগা থবক মফমদা চৎখ্রে। থবক শুফমদা ময়াম চাক চাবগী মতম পুং অমদি হাপ থায়। হাপ

থারিঙৈ মতমদুদা রোমেন চাক চারে। গীরিধারি রোমেন্না অনৌবা রেজিস্টারদা থবক শুরিবা মীগী মমিং, থাগী, নোংমগী তলব, ফংগদবা পুন্নমক মচা খায়না-খায়না ফজবা খুৎইদা ইরগা শেম্লম্বদো উবদা — "মসি হান্নদগী খরা হিরমসিদা খঙলকপাজাৎনি" খল্লি। লেপ্তুনা শুবা থবক্তো মতম খঙহৌদ্রে। নুমিৎ তাগে তৌরম্লে। অসুন্না অহানবা নুমিৎকী থবক লোইদুনা নুমিৎ তারকপদা গীরিধারিগী কারদা পুন্না তোংলগা য়ুমদা হল্লক্লে।

য়ৌরকপগা বৃন্দা অমদি মাগীদমক শেম্বীরবা কাদু য়েংহল্লি। রোমেন পুক্লিংদা হরাউবগুম কপ্নিংবগুম হায়ফম-তৌফম খঙজদে। ঙরাংগী ফিভম, ৱাখল, ঙসিগীসিনা কদোমদগী? অদুবু মা অৱাবা খরদু থেংননবা মাঙলোমদা হান্না চংশিল্লমদ্রবদি ঙসিগী নুংঙাইবসি ফংলম্লোই।

ঈরু-মাইথজবা লোইরগা নুমিদাংগী চাক্তু ঙসিদি কা অনৌবদা মখোয় অনী পুন্না চাজনবা হায়দুনা বালানা থাংজিল্লক্তুনা থম্লরে।

রোমেন বৃন্দা পুখম অমমমদা চাক চানবা ফমথখ্রে। বৃন্দানা মাগী চাক শরুক্তুদগী চাদ্রিঙৈদা রোমেনগী পুখমদা চাক খরা লৌরগা হাপ্লী।

— "বৃন্দা! নংগী চাক্তু ঐঙোন্দা লোইনা হাপচিল্লিবসি করিগীনো? য়াম্মল্লি, সে খরা হাপ্লকে?"

"য়ানি, তারোমেন! ঐদি ইমা'বেম্মনা ঙসাই নুংথিন্দা শিংজু শুদুনা বালাগা চারা খরসু ৱাল্লবনি।"

চাক চাবা হৌরে। মখোয় অনী ৱা অমত্তা হৌদোরুদে। ঙসাই নুংথিল চুপ্পা উনবা ফংলুদ্রবনি। নুমিদাং হল্লক্রগসু ৱারী হৌদোরুবা ঙম্লদে। বৃন্দানদি চাক্তু হাপ্পদা ৱা খরা হৌদোরকদ্রা খঞ্জরুবনি। অদুবু ৱাহে অম'নিখক ঙাংলগা তোকখ্রে। থাঙ্গৈশেংনা মতৈ-মনাও ওইবগী মরীদুনা পুল্লগদি বৃন্দা হৌদোকপা হেক্তা ঙম্লগদবনি। অদুবু মখোয় অনীগীসিদি ইমুং অমদা মনাও নুপীগা মতৈগা লৈমিন্নবগী মওংদুদা তারে। শুপ্নগী বৃন্দানা রোমেনগী মমাঙদা মকোক খুমদবগী ৱাতমক ঙাইরে। থম্মোই অনীদু য়াম্না ৱানরমগদবা মাল্লি। অসুন্না কয়াম কুইবা পুন্সি অমা লেনমিন্নবা তারিবা? চাক চাখোম অম'নী হুক্রগা বৃন্দা মশাদু ৱং-ৱং শাগৎলকপগুম তৌই। ফুক হৌগৎলগা মপান থোকখি। মকোক্তা ঈশিং খরা থারগা অমুক চংলকই। মশাদু লাইহৌ খরা লৈবগুম তৌই।

রোমেন — "নংবু নশা ঙমদ্রব্রা?"

— "করিসু তৌদে, লাইহৌ তৌগে তৌরকপনি।"

— "অয়িং-অশা ওন্নবা লমনি, অচোই-অপা পংচা চারুখিনু।"

বৃন্দা চাক মখা তানা চাদনা রোমেন্না চাবদু লোইবা ঙাইদুনা লৈরে। রোমেন চাক-চাবা তোক্লে। লুখাক্সু মতোমতা শেংই। বৃন্দাদি ঙসাইদগী রোমেন্না চাক তোকপা ঙাইদুনা লৈজবনি। লুখাক্সু মানা শেংগে খঞ্জদুনা।

"তারোমেন! ঐ তৌরগে থম্বীরম্মো।"

— "নং নশাদু নুংঙাইত্রবদি পোৎথজরুরো, ঐ অদুম তৌরগে?"

— "য়ানি সে! মীনা উরগা করি খন্দোইনো?" বৃন্দানা লুখাক্সু নমদুনা শেংবা লোইরগা কোল-লিক অমুক ফেংলুবে।

ঙসিদি ফমুংসু অনী থারবনিনা তোঙান-তোঙান তুম্বা য়ারে। নহান গুৱাহাটিদা থুংলবদগী মফম হোং-হোংদুনা অৱাবা খাংলকপনি। মফম-মরাং শুকখং-খঙদনা নুমিৎ তরেৎনি হৌখ্রে। ঙসিদি বৃন্দানা রোমেনগী তুমফমগী কাংখল থাগে তৌজে। বোমেন — "য়ানি, ঐ থাজগে" হায়রল্লগা রোমেন্না কাংখলদু থারগা তুমখ্রে।

বৃন্দা মখোয় অনীগী মরীগী মরমদা খল্লুরগা কপ্পিংবা পোক্লকই। কাংখল থাগে য়াদবগীসু ৱারৌজরি। নহনমখৈদি খোঙ্গুল তাদবগী অৱাবনা পুল্সি মথোং খঙদ্রবসু ঙসিদি থম্মোইগী অৱা-নুংঙাই খরদি ফোংদোক্লবা মতাং চপ চারবনি। গীরিধারিনা শীনবীরিবদুসু মদুমক য়েংলগা শীনবীরকপা ওইরমগনি। অদুবু বোমেন্না করিগুম্বা ৱাফম অমত্তসু হৌদোকপীরক্লে। বৃন্দানা খল্লি — "তারোমেন্না ঐবু মাগী নুপী ওইরগে হায়না খনবগী থৌনা ফুদোকপসু উদে। মানা ঐবু মফমসি য়ৌনা পুবক্লিবসিবু মাগী করি কান্নবগীনো? ইমুংসিগী মীপুম খুদিংমক্লদি ঐখোয় অনীবু মতৈ মনাওগুম্না খল্লি। ঐনদি করম্না ইচিল অসিনা তারোমেন্দা ঐসিবু নংগী লোইনবী ওইনা লৌশিনবীরো হায়জবা ঙমগনি। অমরোমদা তারোমেন্না ঐগীদমক নুংশিবা ময়ুম-মকৈ, মরুপ-মপাং লোইনমক থাদোক্লল্লগা ঐবু শংবীরি, শেন্নবীরি। মাদি মীগী অথীবা ৱাহৈগী বদনাম কয়া অমসু চাদুনা লাক্লবনি। অদুগা মানা ঐবু নহাল মণিপুরদগী লাকপদগীনা ঙসি ফাওবসিদা

য়েংলিবা মিৎয়েং অসিদি মবুং অমনা মচল অমদা য়েংবা মিৎয়েংদুনি। নরুরুবদগী মচলগুন্না লোইনরম্বী লৈকায়গী ইনখৎলকপী নুপী কয়া অমা লৈকায়গী নুপা নহাশিংগা নুংশি মরী লৈনরক্তুনা পুন্সি লৈপুল শেন্নখিবা কয়াসু লৈখ্রে। অদুবু মীনা মতৈ-মনাওনি হায়না ঙাংনরুরবা কয়াবুদি মচিন-মৌপ্পা অমুক ওল্লোরকপগী ৱারীদি তাখিদ্রি। ওইথোকপদসু য়াম্না ৱাগদবা মাল্লি। ঐখোয় অনীগী মরীসিনা করম্বা মরীনো? ঐনদি মাবু তশেংনা নুংশি, মাদ নত্তনা মাগী ওইজবা পোৎ খুদিংমকপুসু মাগুন্না লোইনা নুংশিজৈ। মাগীদমক ঐ শিবসু ঙমগনি। মানদি ঐগীদমক শিবা ঙমগদ্রা। মাসু শোয়দনা ঙমগদবা মাল্লি। মানা অহীং তুমদনা ঐবু শিখিগদ্রা হায়না পাম্মুজবদগী শোয়দনা ওইরমগনি মখোয়গী ইংখোলদা লৈরমখিবা। হোসপিটালগী পিল্লরদা ঙাদুনা ৱানা ঐবু শেন্নদুনা অহীং লেনখিবা। খুদোপ পুরগা চৎখিবা নুপাদুদা মানা শাওখিবা, থবক শুরুবগী খুবাক পোকথোক্তুনা ঈশিং হাল্লম্বদু কায়খিবগী অৱাবা কয়া খাঙখিবদো মাগীদমক নত্তে, ঐগীদমক্তনি। মানসু ঐবু তশেংনা নুংশি, ঐনসু নুংশি অদুনবু ঐসু কোক্তা নুং হোনবা য়াওজখিবনি। ঐনা মাগী মফমদা ৱাহং ওইনা পুথোক্তুনা ঐবু মানা নুংশিবগী চাংদু কয়াম ৱাংবগে হংলুবসু ঙমজরোই। অদুবু খঙদে, হায়বসু ঙমদে, মানা ঐবু নুংশিবসিদা অপাম্বা হায়বা পোৎশক্তুমা য়াওদ্রবা জাৎলা? নংশিবনা করিনো, অদুগা অপাম্বনা করিনো, অনীগী খেন্নবসিনা করম্না তৌবজাৎনো? অমরোমদনা ঐনা পামজদবা পুলিসনসু ফাগদবগী কোইতান তান্নবদা কিদুনা চেনখ্রবা রতন্নদি অহীংদুদা লোন্না ইনাক্তা লাক্লগা ঐবু ইমুংদগী চিংথোকপীখি। ঐবু মানা লুহোংদুনা লৌরবনি, মাগী নুপীনি, মানা হায়রিমখৈ য়ারগনি খনবদগী ঐবু অচিকপা অহীংদুদা লৈহাউ মখোঙদা পুশিন্দুনা নংহৌররোই মতাগুম, হৌদোঙনা উচি সরাক তম্বগুম য়াম্না কল্লকচবা ফংজদা চাকচাদা ঐবু লুখাক তাহনবীখি। মদুগী বদনাম্না তারোমন্না চাখি। হৌজিক্লা তারোমেনগা ঐখোয় অনী পুন্না কা অমদা ৱাসু ঙাংনদনা লৈরি। ঐনসু মাবু থম্মোই শেংনা নুংশিজবা, পামজবা, মানসু ঐবু চপ মান্নবা নুংশিরিবা, অদুগা মাগী অপাম্বদি কদাইদা মাঙখ্রবা? ঐসে রতনগী লুখাক তাহৌরবনি খন্দুনা মানা ঐবু তশেংনা হঙোইরব্রা? অদুঙৈ ব্রজ বৃন্দাবন্দদি রাধানা মবুংঙো শ্রী কৃষ্ণবু ৱানা ঙাইজবদগী ঙাইবগী পম্খে লোইরমদাইদা হেক-হেক লেংবীরক্তুনা রাধাগী নীংবা থুংহনবীখি তাজখি। মখোয়দি লাইগী মপোক্তা পোকখিবনিনা অদুম ময়াবরা? রাধানা ৱাবদুনা ঐগী

বাবসিদগী য়াম্না শক্তি হেল্লবরা? পামজনা ঙাইজবা পোৎ ফংদবগী অবাবসিসু চাংদম্নিঙাই লৈতবোইরে। মসিনা ওইবা তাই, ঈশৈদা শ্রীমতি রাধিকানা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু বানা লাক্কদ্রা খন্না ঙাইজবগী অবাবদুবু থারগা ঙসিগী শৈরেংবশিংনা ইরগা ঈশৈগী ময়েক ওইনা তোয়না শক্করিবা। রোমেন্না য়েন্নীং হুন্দ্রবা উপানগুম, লৈহিনা থল্লবা লৈরাংগী লৈনম্না নাতোন্দা চংলক্লবা ফাওবদা তুমিন্না মমু য়াওদ্রবা খোইমুগুম্না পাঙ্গল থোক্লক্লবদুদা বৃন্দাগী মিৎলুদা পিরাংগী লৈরাংনা চোইজাইননা মোল্লাং থক্তা কেঞ্জরিবা!

মথোৎ কারকপগী নুংশিগী ইথক-ইপোমদু থম্মোইনুংদা মথি ফোঙবা ঙমজদনা তুমিন্না শাৎতোকপা ঙমজদ্রবা লৈরাংগুম্না মদোম লৈমন চন্দুনা চংখিদৌরে, পাম্মুইদা। অতোপ্পা ফমুং অমদা রোমেনসু খল্লি — "ঐনা বৃন্দাবু থম্মোই শেংনা নুংশিরি। ঐ মাগী মশক-উদবদা বাবগুম তৌই। থবক শুফমদা মা উনীংবদগী নুমিৎ থুনা তাহন্নীংই। মানা ঙরাং মকোক্তা কোকশেৎ অমা শেৎলগা ফৈজা অমা শেম্লগা নুং হোনবা যাওবগী ফজবদো উবদা ঐ মিত্তগী পি তাগে তৌখি। মী ময়ামদুগী মিৎয়েংফমসু মঙোন্দা লোইনা ওইখি। ঐ খঙই, মানা নুং হোনবা য়াওখিবদো ঐবু নুংশিবগীদমক্নি। মানা ঐগী চিম্বালদা ঐগী খুৎনা চাক চাবা য়াদবা মতাংদা চাক ইনগে খঞ্জখি। ঐনা ইলহনখিদে। করিগুম্বা ঐনা মানা ইনবা চাক্তু চারম্বা থোক্লবদি ঐগী পুক্নিংগী শম্বলসে পয়া শোয়দনা কোমথোরক্কনি। অদু ওইরবদি নোংম-নত্ত্রগা নোংমদি পুক্নিংগী শম্বলগী অর্থ য়াওরক্লোই। মঙোন্দা ঐবু নুংশিবগী অচেৎপা বাখল লৈবদুনা মানা ঐনা হায়বা ইন্দুনা ঐখোয় অনী পুন্না লৈমিন্নবা ফংলি। অদুবু ঐখোয় অনীগী পুন্সিসিবু করম্বা পুন্সিনো? অবাবা লিলা ড্রামাগী পার্ট অমমম কুমদুনা ঐখোয় অনী য়াম্না নক্লনা লৈমিন্নরগা তুরেলগী তোর্ব্বাল বাংম-বাংমদা লেপ্লগা খুৎ তিংথোক্লরগা লাম্বা ফংনদবগী মওং অমদা হিংমিন্নবা তারবা!"

"হে, বীথি! নোংদম্বা মপু! ওম্ভোক্লা থীনা তম্লম্মীদকো ঐখোয় অনীগী লাইবকসে! মানা লুহোংলমদাই নুমিৎ খরনিদা ঙাইরবা মতমদুদা ঐগী ইনাক্তা লাক্কুনা থাবল ফরবা অহীংদুদা ঐবু হৈনৌ মখোঙদা পুথোক্কুনা অরোইবা বারী শানসি হায়জখিবা। ঐগী ইখোঙ পায়দুনা কপ্পুনা ঐবু কদাইদনো অমা ঙসিমক পুবীরো হায়খিবা। ঐখোয় অনী ফিজেৎ-ফিগায় শেৎলুরবসু, চারা

নাম্মত চাবা তারবসু ঐ খাংবা ঙমগনি হায়জখিবনি। মতমদুদা মানা হঞ্জিন-হঞ্জিন কপ্তুনা হায়জবদা ঐনা তাবীখিদে। ঙসিনা মানা লুহোংদ্রিঙৈদা হায়জখিবা মওংদুদা অমুক তাররে। বাবা য়াবসু বামিন্নরে। অদুবু ঐখোয় অনীদি মতৈ-মনাওদি নত্তে। ইমা-ইপাগী য়াথং ঙাকপনা তুংগী য়াইফবনি, নং ঐবু লান্না লৌগনু হায়রুবদগী মানা ঐবু অহীংদুদা য়ান্না শাউনা — "নং ঐবু হাৎপা পাপ পুকো!" হায়রম্লগা ঐখোয় অনী অমুক হন্না উনখিদবনি। মাগা ঐগা ঙসি লৈমিন্নরিবা মওংসিনা মানা লুহোংদনা ঐগা লাকমিন্নবা ওইরম্লবদি মাসু ঐসু নীংবা থুংদবগী অবাবা লৈরম্লোই। শোয়দনা মতৈ-মনাও হায়বদু ওইরমগনি। মদুমদি ঐনা হান্না অমুক্তা খনখিদে। মতম খরা থৌবালদা লৈরগা ঐনা মাগা উনদনবা হোৎনখিবনি। অদুবু লুহোংবা য়াওদ্রবদি য়ান্না ফজররোই খনবদগী ঐবু মানা য়ান্না পাংদবা নুপা অমা ওইনা পুন্সিগী খনথ্রগদ্রা খল্লদুনা লুহোংবা হয়েংনী হায়বদুদা অমুক লাকখিবনি। থবক অম-'ম য়াওশিন্দুনা মাগী লুহোংবা য়াওখিবনি। লুহোংবা নোংঙানবদা মাগী বদনাম লৈবা বাফমদুদা ঐবু অমুক চেন্নরম্বনি। মীনদি শোয়দনা হৌজিকসু ঙাংনরমগনি, মদুদি রোমেন্না বৃন্দা পুরগা লোৎখ্রে।

বৃন্দাগী মপুরোইবা রতন্দি হৌজিক জেলদা লৈরম্লগনি। মানা বাফমদুবু মাগী ইমুংগী মীশিংদা খঙহল্লম্লগদ্রা? মানা মদু খঙহল্লম্বা তারগদি মাসু বৃন্দাবু শোয়দনা নুংশিরকখিগনি। মমা-মপা অমদি মচেদা মানা শোয়দনা বারৌগনি। করিগী বৃন্দাবু মরাল লৈতনা তাম্বোকপীখ্রিবনো? মা কদাইদা চৎখ্রে, নখোয়না মাবু ফংনবা থিরু? মখোয়না মথং-মথং থিরকপদা নোংমা তাঞ্জা অমদগী বৃন্দাবু ফংবা থোক্রবদি ঐখোয় অনীবুদি মখোয়না য়ান্না তুকৎচগনি। য়ান্না লান্নসু উগনি। অদুবু ঐনা বৃন্দাবু অহীংদুদা শেন্নদুনা গুবাহাটি তানা পুরক্রমদ্রবদি বৃন্দাদি শোয়দনা শিরম্লগনি। ঐনা বৃন্দাগী থবায়বু অমদি মাগী নুংশিবা মায়থোং পুবী শক্তমসিবুদি তশেংনা নুংশিরি। নুংসু নুংশিখিগনি। পুন্সিগী ঐ মা উদনা হিংবা ঙমগনি থাজদে। অদুবু ঐনা তাইবংগী নুপা ওইবশিংগী অপাম্বনা পীবা অমোৎপা বাখলদুমদি মাগী মফমদা পীগে খনথ্ররোই। মদুগী ফজবা বাখলদুমদি খঞ্জবা ঙমহনবীয়ুকো হে-ঈশ্বর। ঐদি মালিগী পুন্সি ওইনা লেল্লগে। মালিগী মথৌদি লৈখোঙ শেংবা, লৈ-ঈশিং চাইবীবনি। মালিনা মাগী লৈকোলগী লৈ হেক্তুনা নাদা চিনবা হৌনদে। মীগীদমক শেম্বীফম থোকপনি। লুনা তৌজবা লৈকোলগী লৈরাংশিংনা মনীং

তম্না লৈশাৎ তম্বা উরগা নুংঙাইজবা, খোইমু কয়ানা পামজবা লৈরাং খল্লগা লৈহি চুপ্পা য়েংজবনা মালিগী অপেনবা ওইফম থোকই। লৈরাংনা শাৎপা লোইদুনা মহৈদা মরু পাল্লক্তুনা লৈখোঙদা মরু কেল্লগা অনৌবা চারা নৌনা হৌরক্লবসু মফম চাবা য়েংলগা চারাদুবু থাজগে।"

ঘারমাল্লে, রোমেন্দু ফমুং অমদা বৃন্দানা খৌরাংনা লাংতক্লনা ঙাইজরম্বা আশাদু থুংহনবীরমদনা নিদ্রা লাইরেম্বীনা মাবুসু তপ্না-তপ্না শুম্বীখ্রে।

## (মরিশুবা)

মণিপুরদা রতন মানা তৌরুবা মরালগী মতুংইন্না জেলদা লৈরে। মাগী মমা ইবেচাউবীগা মপাবুং কুবেরগা জেলদা মচা উনবা লাকই। রতন্দি থা মখায় অমগী মতমসি ইন্টরোগেসন মথং-মথং চৎথদুনা লৈখিবনা ময়ুমগী অমদি নৌনা লুহোংলগা লৈহৌবী বৃন্দাগী মপাউদি করিত্তা তাদে। মমা মপানা মাবু উনবা লাকপদা মানা উজনীংবা মাগী-নুপী বৃন্দাদি য়াওরকপা উদবদুদা বৃন্দাবু হংই। মমাদু খুম্বা ঙমদে।

রতন — "ইমা! বৃন্দা সিদা ঐ উনবা চৎকে হায়দব্রা?"

ইবেচাউবী — "মাদি ....। বৃন্দাদি মপামদা চৎখ্রেনে ইবুংঙো।"

"হা! করিনো ইমা, ইমাখোয়না করি হায়রুবগীনো? নত্তগা ঐবু পুলিসনা ফাখিবদুদা মানা ঐবু পাল্লক্তবগীরা?"

— "ঝাসে জ্ঞান তানা তপ্পা ঙাংনসি। নং মাগী ঝা তারগা নুংঙাইরোই।"

— "করিগীনো মানা করি অকায়বা তৌরম্লবগে? শেংনা তাকপীয়ু ইমা।"

— "ইমাগী ইবুংঙো, মা মরমচৎ ফজরমদ্রে।"

— "হা! করম্না, করি তৌরম্লবা?"

— "ইচানা তাবা ঙম্লোইদবা থৌদোক্তুগী ঝাদুবু ইমাবু করম্না ইচিনসিনা তম্লসিগে?"

রতন চিংনরপ তৌনা —

"ইমা! তম্বীরো, বৃন্দানা করি তৌরম্লবগে? ঐ তাবা ঙমগনিয়ে।"

কুবেরনা মমা-মচা শানরিবা ঝারীদু তারদুনা মমাদা তমথোকখ্রো হায়না ঈঙ্গিৎ তৌই। মা মশাদি খরা চৎথোক্লগা তাদবা শানা লৈ।

ইবেচাউবী — "লুহোংবা নুমিত্তুগী অহীংদু ফনা থেংলবনি। ইমানা মাবু চাক চাথোক্লগা তুম্লুরো হায়রম্লগা ইমাদি ফমুংদা তুম্বা অদুম চংলবনি। অদুবু

মাদি নং লাকপা ঙাইবা শারগা মপালদা অদুম লৈরবজাৎনি। ইমাদি ঙাইহাক তুমথরুরে। ফক্লাংগী ঘড়ীদা পুং বারো তাবগী কাং কাং য়ৈরকপা মখোলদুদা মিকপ থোক্লে। ইচা হল্লক্লবা য়েংগে হায়না নংগী কাদা চংলুবনি। নখোয় অনীমক অমত্তা লৈরমদ্রে। থোংশু পুনা থারমদ্রে। ইমা মপাল থোরকপনি অদুবু ...?

— "মখাদি ইমা?"

— "বৃন্দা মশম-মনা ইফা-ফানা, শেৎলিবা ফিদু ফিভম চাদনা ইন্নফিদু চিংলগা হাথু-হাথু শম্বল লিৎলগা শুমাংদা ফাওদোরকখি। ইমানা মতমদুদা নুপা অমসু বল্ব মণ্ডালদুদা থোঙ্গাল্লোমদা য়াম্না থুনা থোকখিবা উহৌই। ইমানা চিংনদুনা মরমদু হংবদা মা খুম্মু হায়বা য়াখিদে। ইমুং চংলগা অমোৎপা মফিদো হোংদোক্লগা ফমুংদা ফল্লগা কপশিন্নদুনা অমুক লৈখ্রে। নচে রাধানা মাগী কাদা চংলগা তপ্না-ইংনা হংবদসু মা খুম্মু হায়বা শুকয়া য়াখিদে। মাদি মনুং য়াম্না কনবী নুপী ওইরম্লে। নুপাদু মখোয়গা থংননা লৈমিন্নবা থৌবালদগী রোমেন হায়বা অমা ওইরমখি। নোংঙানবগা মমা-মপাদা মী থাদুনা বৃন্দাবু লৌরনবা কৌবদগী মমা লাক্কুনা মচানুপী পুখি। মপোৎ-মচৈদি অমত্তা য়াওখিদে। হৌজিক ফাওবা লৌবসু লাক্কে। ইমানা নংগী কাদু শো লোনশিন্দুনা থম্লি।

নুমিত্তুদা ময়ুম য়ৌরগা বাহুদুনা হোসপিটালদা পুখত্তুনা য়াম্না লাক্লে হায়না তাখি। মপাসু মৌপ্পাসু অমত্তা মাগী মরমচৎতুনা মাগী মনাক্তা চৎখিদে হায়। অদুবু থংনবগী নুপাদুনা ওটোরিক্সো বায়রুবগা বৃন্দাগী মমা লম্ফোনিগা পুন্না হোসপিটালদা অহীং অমা লৈমিন্নরুই হায়না মখোয়গী লৈকায়গী মী লাক্কুনা ইমাদা তম্লবনি। মমাদুসু হান্নদগী ইখঙ-খঙবজাৎনিদা! ময়ুমদা অমুক পুথরক্কুনা থম্লে হায়। নুমিত্তুগী অহীংদুদা বৃন্দা মফম খঙদনা অদুম মাঙখ্রেদনা! মশাগী মরালদুনা মপোৎ ফাদুনা সমাজসিবু কিজরকপা মাম্লি। থংনবগী নুপাদুসু নুমিত্তুদগী ঙসি ফাওবা য়ুমদুদা হল্লকখিদ্রে হায়নৈ। মমা-মপানদি মচানুপীদো শোয়দনা শিরম্লগদ্রা হায়না খনখি। ইমাসু মাদি শিজখিবনবুদি ফরবনি খল্লি। মমাগী বারীদো মথং-মথং তারম্বদগী রতন মমিত্তা মপি লেপ্তুনা শিষ্টরকই।

"ইচানা ওক্তবী লমচৎ নাইদবী মাগীদমক পি শিহ্নদুনা করিগী কপচরুদগে? ফজবী নুপী চাম্ম-চাম্মা লৈরি। ইচানা হেক থোরকপগা ইমানা অমুক ইচাগী চাউনা লুহোংনবা শীল্লগা লোইরে। ইমা লৈরিসিদি।"

— "ইমা! বৃন্দাগী মরাল লৈতে। লাল্লিবদি নচানি। নচানা অহীংদুদা মাবু কৌথোকপীরগা মাগা ঐগা লৈহাউ মখোঙদা উনদুনা ৱারী শানখি।"

"হা!"

"ইমা! মা মবুক লুবীসু নত্তে, মা মবুক চেৎপীনি। মপুরোইবগী য়াথং হিক্তোরক্লীংদবদগী মানা ঐনা মী কনা অমগী মফমদা খঙহন্নীংদবা থৌদোক্তু তমথোক্তবদগী মানা অদু য়ৌনা ৱাজখিবনি। মা হৌজিক কদাইদা লৈরমগনি? ও! ঐসি ওন্থোক্লা ৱাখল য়াওদবা পাংদবা, অয়স্বা মীশক অমা ওইরবা!"

রতন ফক্লাংদা মরাইবক্লা হঞ্জিল-হঞ্জিল দং-দং থেংজিন্দুনা লাইবক্তু কায়দুনা ঈ থোক্লে। পুলিস অমা চেনশিল্লক্তুনা খাম্মী।

মচাগী মতৌদুদা মমাসু-মপাবুংসু অনীমক মপি তানা কপ্লী। মমাসু-মপাসু মখোয়না লান্না খল্লুবা খুদিংমক অমত্তা ওইরমদবদুদা বৃন্দাগী মফমদা মখোয়না লানখিবা মাবু পোকপা লুনা তিন্নরকপা থম্বাল অমদি লন্থোনিদা হায়খিবা ৱাহে লোইনা নীংশিলক্লে। ঙসিগী অচুম্বা ৱারী খঙলক্লবা মতমসিদা য়াম্না ইকাইরকপগুম তৌরে।

শোমদা পুলিসনা উনবা মতম লোইরে হায়দুনা রতনবু পুশিনখ্রে। মমা-মপা অনীদু ৱাখল নুংবংননা ময়ুমদা অমুক হল্লক্লে।

ময়ুম য়ৌরগা মমানা মতম কুইনা থোং লোল্লুরবা মচানুপাগী কাদু থোং হাংলগা চংলকই। ফমুং অনীদি ঙসিসু মচা-মমৌ অনীবু খৌরাংনা ঙাইজবগুম তৌরি।

হাংদোক্লিবা মঙানি চাক্লৌবগী নুমিত্তা হাংদোক্কদবা উপুশিংদুসু তুমপক-তুমপক লেপ্লি। শীজিন্নদ্রবা ড্রেশিং টেবলগী মিংশেলদুসু মমায়দা অৱাওবা মচু কাবগুম তৌরে। মমৌ-নুপীনা কিজদুনা হাথু-হাথু অহীংদুদা হোংদোক্লম্বা অঙাংবা মচুগী ফনেক অদুসু ফমুং মনীংগী ফিয়ানখোক মখোঙদা তাশিন্দুনা মফম লেংদনা লৈবা উই। পুন্নমক্তু উরগা ইবেচাউবী বৃন্দাগী মরাল লৈতে মচানুপাগী পেন্নবা মচানা হায়বা ইল্লুবগী দষা তাখিবনি খল্লুরগা বৃন্দাবু ঙসিদি নুংশিরকপগুম তৌরে। বৃন্দাগী ফজবা শকফমদু উরক্লবা মতমসিদদি মরালসু লৈরমদ্রে খঙলবনিনা হেন্না পাম্মুরকপগুম তৌরে। মা তশেংনা মমা অমা ওইবনিনা মমাগী থম্মোইদা হঞ্জিল্লকপগুম তৌরে।

কাদুদগী মপাল থোরক্লগা মচাগা-মমৌগা উনখি হায়বা মফমদুদা অমুক চংদুনা মথৌ লৈতনা কোয়েং য়েংই। অদুবু মফমদুদি কুইরবনিনা করিগুম্বা খুদম অমত্তা ফংখিদ্রে। ইবেচাউবীগী ৰাখলদা ইমুংদুগী মমল য়াম্নবা মণি মতুম অমা মফমদুদা মাংখিবগুম কোইথি থিজরুই।

মচানুপী রাধাসু মরমচৎ কয়া ফজদবদগী মনেম-মকুনা কয়া য়ানীংদবগী মপুরোইবনা য়াদবা থবক্তা থৱায় কন্না য়াওরুবদগী মপামদা হল্লক্তুনা লৈবনি। মানা বৃন্দাদা থাখিবা ফজদবা খোনফমদু ঙসিদি মচা শিলানা মতমদুদা হায়জখিবা "বৃন্দানা উনরুবা মীশক্তু মাম্মা ওইরমদুনা" হায়খিবদু চুল্লমলে। মাদি মতমদুদা খন্থবগী চাং ৰাংদবনা অদু য়ৌনা ফনা থনবা ঙমখিদবনি। অচুম্বা মরম খঙলক্লবা মতমসিদদি মী কৌবনিনা নুংঙাইতবা ফাওরকই।

নোংমা রাধানা বৃন্দা মাংখ্রে, শিরম্বা য়ারে হায়বগী পাউ তাবগা বৃন্দাগী উপু হাংলগা লৌথোক্লুবা বৃন্দাগী নেক্লেস অমদি লৈ জুরাদু ঙসিদি মশা অমুক লাক্লবদি কমদৌবা হায়না পাখৎপা পোক্লকই। "চফু কায়রগা ৰাক্লা হরাউই" হায়নবদো বৃন্দাগী দষা তাবদুদা মাগী উল্লকপা সনাগী লৈতেংদু রাধানা পামখিবনি। ইমুংগী মীপূম খুদিংমক্লা বৃন্দাবু হান্নদি মাংজখ্রসনু, শিজখ্রসনু হায়নরুবদো ঙসিদি মা শিদনা মফম অমদগী হিংনা ফংলবদি নুংঙাইগনিদা হায়নরক্লে।

ইবেচাউবী ধুপ-থাওমৈ থাদুনা মমৌনুপী বৃন্দাগী য়াইফ মঙ্গোল নিজবা হৌরক্লে।

মাইবী, পঞ্জি চৎতুনা তান্নরুই! য়াম্না নুংঙাইনা মফম অমদা হিংদুনা লৈরি হায়রকই। অচুম্বা ওইরম্নবদি নুংঙাইগনি খঞ্জরুই।

অমরোমদা মানা নুংঙাইনা লৈরি হায়রিবদু মাগা পুন্না মাংমিন্নখিবা য়ুম্লোন্নবা রোমেনগা লৌন-লৈনবা ওইরম্নবদি কমদৌবা হায়নসু অমুক খল্লকই। ঙসি-ঙরাংতমক মাংখিবগুম খবরদা অশি-অনাগী ফোটোনচিংবা ঈ-পাউ পুক্লিং চংনা য়েংবা হৌরকই।

রতনখোয়গী য়ুম্লোমদা অসুম খর-খরা ঙাংনরম্বদগী বৃন্দাগী মপামলোমদসু পাউদু তানবক্লে। বৃন্দাবু লমচৎ-নাইদবীনি খল্লুদুনা থম্বালনা

মচাগী মশক য়েংনীংদে হায়খিবদো ঙসিদি মচাগী মরাল অমত্তা লৈরমদ্রে তাবদা থম্বাল মচাবু উনীংবনা লাংতক্লবা পোক্লকই। থা অমগী মতমসি মচাগী মরমদা বা অমত্তা পন্নদনা লৈনরুবদো ঙসি মচাগী অশেংবা লমচৎকী পাউ তারুরগা মতমদুদা মানা অশেংবা বাফমদু ইমুং অনীগী মীওই অমত্তদা ফোংদোক্লমদনা মতোমতা অবাবা খাংজখিবদো করিগীনো হায়না মরম থিরকই। মুন্না খল্লুরগা বৃন্দা লমচৎ চুমদবী নত্তে, মনুং কনবীসু নত্তে, থম্মোই চেৎপীনি, মপুরোইবগী য়াথং ইনবীনি হায়না ঙাংনবা হৌরক্লে।

অশেংবা অফবা মীগী অচুম্বা মশক খঙনবা হোৎনবদা মতম চংই। ফজবা মীয়াম্না পান্নবা পোৎ অমা শেম-শাবদসু মতম চংই। ফজবা পোত্তু থুগায়দুনা মাংহনবা অমদি ফজবা লমচৎপু বদনাম পীদুনা থীহনবদদি য়াম্না থুবা য়াই। বৃন্দাগী অশেংবা লমচৎকী মশক, মশাগী শক্তম উরক্লবা মতমসিদা নোংম-নোংমগী ফজবা হেনগৎলকপগুম তৌরক্লি।

মপামলোমদগীসু অচৎ-অওক থেংনবা মীপূম খুদিংমক্তা বৃন্দা অমদি রোমেন উনবা য়াওব্রা হায়না লেপ্তনা থিরকই। থৌবালগী রোমেনগী ময়ুমদসু রোমেনগী পাউ অমত্তা খঙলমদে।

জেলদা লৈরিবা রতনসু মাগী মীয়াৎকী মতম লোইদুনা জেলদগী থাদোক্লবদি বৃন্দাবু ফংনবা থিগে হায়বসি মাগী অরেপ্পা বাখলনি। মানা রোমেনবুসু পুকচেল চাউবা মীনি খল্লি। মানা পামজবা বৃন্দাগী মশক, অহীংদুদা মাগা অরোইবা ওইনা উনখিবা লৈহাউ মখোঙগী দৃশ্য অনীমক্তা মাগী মিৎমাংদা ঙসিসু বৃন্দাবু শং-শং উরকই। মাগী খদাংগী চা মচেত্তুনা রতনবু হন্না-হন্না কৌরকপগুম তৌরি। নকশিন্নরম্লগা লাপ্নখিবদুনসু হেন্না বাবগী মরম্নি।

শোমদা অসুম্না অবা-নুংঙাই অনীগী লাংদাই অমদা লৈখিসনু।

অশোমদা গুবাহাটিদা লৈবা বৃন্দা অমদি রোমেন অহানবা থাগী তলব মচেৎ ফংলে। গ্যাস, স্টৌপ, পুখম-তেক্কোৎ, বক্কেৎ মশীং শুনা লৈদুনা তোঙান থোঙদুনা চানবা হোৎনজরে। ঙসি ফাওবদি গীরিধারিগী কুপ্পা য়েংবা মিথয়েংদা মখোয় অনীগী মওং-মতৌদা য়ানীংদবা অমত্তা উদ্রি। ইমুংগী মী অতৈগা লোইনবদসু থোইদোকপা য়ানীংদবা অমত্তা ফাওনদে। বৃন্দাসু মাগী বাখলদা মখোয়না অহানবা থুংঙুবা নুমিত্তা হরাউ-হরাউ তৌবীখিবা য়ুমগী ইপুবু নোংমতসু

কাউজদে। নোংঙানবগা নুংতিগী ইপুগী হায়দুনা চা কপ অমদি শোয়দনা পুরগা পীরে। লুনা তৌবীবা মীবু করিগী অতোপ্পদুনদি লুনা তৌরোইদগে? অহন্দুনা তগুনা হায়বা ঝাহে — "ইশু অনীসে ফৈকো"। মদু বৃন্দানসু কাউজদে। থাগী তলব ফংবসিদা বৃন্দানা ইপুগী মোজা ফুরিৎ খুদাং য়াওবী অমা লৈরগা খুরুমদুনা কৎলি। মদুদা ইপুনা কয়াদা হরাউই। ইশু অনীনা তৌরুবা খুদিংমক মঙ্গল ওইয়ু হায়বীরকই।

গীরিধারি রোমেন্না মাগী য়েৎথংবা পাম্বোমগুম্না থবক পূন্নমক ফৈগাক ফৈনা পুখ্রে। গীরিধারি মাগী মেছিন অমগা'মুক লৈরশিবা খল্লকই।

বৃন্দাসু মশানা এম এ মণিপুরী লৌরকপনা অঙাংশিংবু মণিপুরী, মৈতৈ ময়েক য়াওনা তম্বীদুনা হৈনবা কন্না হোৎনরি।

অঙাংশিংনা ঙাংনবা খর-খরা তাবদগী ঝারী শানবা য়াওশিন্দুনা বঙ্গালি, আসামি লোনসু চাক চারব্রা? "ভাট খায়সে?" চাদ্রি "খোঝানাই" হায়বনচিংবা ঙাংবা ঙমলে। য়ুমদা পুন্না লৈমিন্নরিবা মনাও বালা অমদি বীমোলগী লাইরিকসু বৃন্দানা তাকপী। বালানদি বৃন্দাবু মচেমক্লি খঞ্জরি। বৃন্দাগী মথৌ খরা চিনবা নুমিত্তা বালানা চাক থোঙবী। অসুন্না মরক-মরক্তা চাকসু চামিন্নে।

মরকসিদা দিল্লিদা লৈবা গীরিধারিগী মচানুপী ফজবীনা মৌপ্পা বীমোলবু দিল্লিদা মিং চন্নবা হায়বদু ফংলে, মিং চনবা য়ারগনি থিনবীরক্লো হায়রকই।

গীরিধারি মনাও নুপাগী মচা বীমোল থিনবা দিল্লি চৎপা তারে।

ইন্দিরা মচানুপা চৎলমদাইদা মিৎলুদগী পিরাং শিন্থখি। বীমোল চৎলমদাইদা ইপুবু খুরুম্মী। মমাবোকপুসু খুরুম্মী। অরোইবদা মমানা মচাবু নুংশিনা কোল্লগা খুদাংদা ময়ানা চীকপীরগা চৎহনখ্রে। বীমোলগা মপাবুং অহনগা দিল্লি চৎখ্রবা মতুংদা ইমুংদো পুমচিক চিকপগুম তৌহৌখি।

মথংগী অয়ুক্তা বীনোদ দাস "মিস্ত্রি" ওইবা গীরিধারিগী থবকতা খরা হৈশিংবা নুপাদু রোমেন উনবা লাকই। রোমেন উবদগী শঙ্গোয়দা কাখৎলকই। রোমেন্না দাসপু মোরা অমদা ইমুংদা ফমহল্লি।

বৃন্দাদি মতমদুদা মাগী নুংতিগী হৈনবী বাথরুমদা ঈরুজবা চংখি।

মতাং চাদনা ৱারী শারিঙেদা রোমেন মনুং চংনীংবা ফাওরকই। দাসতা ঙাইহাক্তা ফম্বীরম্মু ঐ তোইলেট চংলুখিগে হায়রল্লগা মনীংলোমদা চংখি। বৃন্দাদি ইমুংদা মী অমা ফল্লি হায়বদি খঙহৌদ্রে। ঈরুলুজবা লোইরগা মৈতৈ নুপীগী ফিজেত্তা ফনেক অচোৎপদু ফিদোল চিংখৎলগা মী কন্নাসু লৈতবদুদা ফুরিৎ লিত্তনা কাদুদা চুমদিং চংলকই।

বঙ্গালি মচা বীনোদ দাস বৃন্দাগী মশক, শেৎলিবা ফিজেৎ উবমক্তা পুক্লিংদা করিনো'মা ফাওখ্রে। তশেংনা তু চুংখ্রে। মবুক্তা খল্লকই, — "অস! রোমেনগী নুপীগী মশকসিদি করিনো, ওহোক্লা ফজখ্রেদা"। মা তশেংনা মিকুপ অমগী মতমদুদা মতিন য়োংখ্রে।

বৃন্দাদি বীনোদ দাস মখোয়গী কাদা ফমলি হায়বদি খঙদবনা ইমুংদা ফৎ চংলুবনি। রোমেনসু লৈরমদ্রে তৌরিবা। ইক-আক তৌরগা মাগী ফুরিত্তু ফমুংদগী লাল্লগা পায়শিল্লগা ইকাই-হঙ্গোইনা থোক্লকই। দাসসু ইমুংদা ফম্বদু হৈনদবগুম তৌদুনা হৌগৎলগা মপাল থোরকই। মানা মপাল থোরকপা বৃন্দানা শোমদা ফুরিৎ লিথশিনবগা মপা অমুক চানরুরে। নাকচেক ওইরপ বৃন্দাগী অরোন অথুপকী শরুক খরা বীনোদকী লাওরবা মিত্তুদগী লোৎপা নংহৌদ্রে। মশাগা ঈরুজরুবগী চোৎপনে ফুরিত্তুসু পাক হেক চিংথবদা বেরা তৌই। দাসকী মীচং কন্না চংলুরে।

বৃন্দা ইকাইবনা ঙাইহাক তৌফম খঙজদে। দাস মশাদু ৱং লাউনা শাগৎলুরে। মথংদা মাগী মিৎয়েং বৃন্দাগী খদাংগী চা মচেত্তুদা থল্লুরে। মা অমুকসু খল্লি, — "মাগী নুপীসি অমুক্তং ঐগী ওইবা ফংলবদি পোকপগী মহয় য়ানগনিসে"। তশেংবসু বৃন্দাগী খদাংগী চাসিগী ৱাথোকসি য়ামদৌরিদা!

করিগীনো নুপা ওইবশিংসিনা মীগী নুপী অঙাংদা মিৎয়েং অসুক য়াম্না লুজদ্রিবসিবো? ফজবা নুপী হায়বসিমক্তবু মীনা খরসু মীতানফম ওইগল্লি। বীনোদসু বৃন্দাগী ফজবা মশক্তুদা ঙাওবগুম তৌরুরে।

বৃন্দা ভাব তারকপদা দাসপু উরগা শাওনীংবা পোকখি।

রোমেন টোইলেট চংলুবদগী থোরক্লে।

দাসতা ওনশিল্লগা — "ইমুংদা ফম্বা য়াদ্রা?" হিন্দিদা হায়বনি।

— "য়াইদা, মপান্দা করি-করি খরা য়েংবা নুংঙাইদুনা থোরকপনি।"

— "চা থকখিসি!"

রোমেন্না চা থকখিসি হায়বদুদা দাসতু বৃন্দানা লোনবা চা থক্নীংবগুম তৌরকই।

বৃন্দাসু রোমেন্না চা থকখিসি হায়বদুদা মাগা লুনা তিন্নজবা মরুপ ওইরমাগ্নে খন্দুনা চা থাঙ্গৎলি। চা লোনবা লোইদুনা বৃন্দানা চা পুথোরক্তুনা চা কপ অমমম পীরে। মতমদুদদি বৃন্দাগী ফিভমদো হেন্না লেম্লগ্নে। য়ুমগী মৌ অমগী মায়দা চন্দোন, নঙ্গন্দা ফিমতেক অমা ইল্লগা থোরক্লে। মদু উবদনা হেন্না অমুক্কা পকচবগুম তৌরে। রোমেন্না দাসপু বৃন্দাদা মশক তাকই। বৃন্দা শাওনীংলবসু মোমোন নোক্লগা মখুৎ অনীদু লোম্নে। বৃন্দা অমুক থোকখ্রগা মশম ময়ামদু শমজেৎনা হাৎলগা লৈ। মবুক শেংদবা দাসনা চা থক্লিঙৈদা হুরান-হুরান্দুনা বৃন্দাবু য়েংগদবগী লাক্লে।

মাগী মওংদু রোমেনসু মীশিং-মীরু ওইবনিনা খঙই। চা থকপা লোইদুনা দাস অমদি রোমেন থবক মফমদা চৎনবা অমুক হৌনৈ।

দাসতু বৃন্দাদা ৱা অমা হায়নীংবগুম তৌরকই।

বৃন্দাদা ওনশিল্লগা — "ভাভি! চায় বহুট অচ্ছা বনাটা হৈ"।

বৃন্দা — "ঠিক হৈ ঠিক হৈ" হায়রগা নোক্লগা য়েংদুনা লৈহৌই।

দাস নুমিত্তু বৃন্দা উরুবদগী থবক্তা পুক্নিং ইচং-চংদনা ঙসাই অয়ুক্কী বৃন্দানা ফুরিৎ লিৎশিনবগী শকফমদো মমিত্তা চংখিবগুম তৌদুনা লৈরে।

শোমদা ইন্দিরানা বৃন্দাগী মনাক্তা চংলক্লগা — "আনন্দি! ঙসাই লাক্লম্বা নুপাদো মমিং খঙহৌব্রা"?

"খঙদে, ইন্দোমচা।"

"হায়! মদু দাস হায়বদু ওইরবদি চেশিল্লুকো! থবক য়াওবা বীহারি নুপী অমদা করি-করিনো তৌরম্বগী ৱাথোক অমা তাখি। মতুংদা লাক্লবদি লুনা তৌরুগনু!"

— "ঐসু খল্লিবনি, ইন্দোমচা! মিৎয়েং অমা ইচুম চুমদে।"

দাসতি থবক শুফমদা থবক্তা পুক্লিং চংবা ঙমদদুনা ৱাখল অমদা উংলি। “ঐবু নুংতিগী অয়ুক্তা রোমেন হৌবা মখোয়গীদা চৎশিরা। মখোয়গীদা চৎলবদি মাগী নুপীগী মশক্তো উবা ফংগনি। ঙসাইগী ফজবা তাঞ্জা অদুগুম্বা তোয়না থেংনরবদি মাসু ঐগী ৱাখল খরদি খল্লক্কনি।”

মতাং অসিদা করাম চাউবা নুপাশিংগী ফজদবা মিৎয়েংদগী লাপথোক্লবা ইনখৎলকপী মতমগী নুপীশিংনা য়াম্না হৈ-শিংনা চেকশিনবা মথৌ তাই। করাম চাউবা মখোয়গী মমিৎনা অমুক্তং উখিবদুনা পাম্লিবা পোৎশক্তো ফংনবা হোৎনরকপগী চাং য়াম্না ৱাংগল্লি। মসি হৌদোঙনা উচি লুম্বা, ঙা থমফম খঙবগুম্বনি।

বীনোদ দাস মরম ইরৈ-লৈতনা থবক শুফমদা রোমেনগী মনাক্তা লাক্লগা — “রোমেন ভায়। নংগী ভাভিসি মশক য়াম্না ফজেবো। চা লোনবসু য়াম্না হৈ, নখোয়সু ঙা চাই, ঐখোয়সু চাই, ঐ নোংমা ইলিসা অমা লৈরক্কে, ভাভি থোঙহল্লগা চামিন্নসি।”

বোমেন — “মাদি থোঙ-থাকপা কয়া হৈতবনি। য়াম্না কেন্না য়োক্লক্কপনি। ঐখোয় অনী থবক মফমসিদা থোঙলগা চামিন্নসি।”

দাস রোমেনগী নুপী কনথোকপা ৱাঙাং তারগা নুংঙাইতবা পোকখি। বোমেনসু বীনোদ দাসনা খল্লিবা ৱাখল, নোংমতং মাগীদা লাক্লম্বদা বৃন্দাবু উরুবদগী খল্লক্লিবা, মানা মমাংদা তোয়না শাখিবা সিনেমাগী অতৈ-অতৈ অকাম-অপেৎকী ৱারীশিংদুনা মরম ওইরগা দাসপু মাগীদা তোয়না লাকহন্নীংদে।

নোংমাইজিং নুমিত্তা রোমেন দাস লাকপা য়াই খন্দুনা চাক্তু ঙস্তানা মানা ওইনা থোঙলগা বৃন্দাগা মখোয় অনী পুন্না চাক চারি।

বৃন্দা নহান বীনোদ দাস লাক্লম্বা নুমিত্তা বীনোদ দাসনা মঙোন্দা য়েংখিবা মিৎয়েংদো মানা রোমেনবু মাগী অশেংবা মপুরোইবা ওইজরম্লবদি শোয়দনা তম্লমগনি। অদুবু মখোয় অনীগী মরীনা মতৈ-মনাও ওইবগী লিপুন য়াওদবনা ফোংদোকপা ঙমজদবনি। মখোয় অনীনা চাক চারিঙৈদা নীংবগা তৌবগা চপ মান্নবা বীনোদ দাসনা মপান্দা — “ভাভি! ভাভি! অনীরক কৌই।”

রোমেন মখোলদু খঙদুনা — “দাস নত্ত্রো? মিনিট অমত্তা মপান্দা ফম্বীরম্মু, ফান লৈবদুদা। চাক চারুরে লোইশিল্লগা থোরক্লগে?”

ইন্দিরাসু দাস উবদা খল্লি — "মসিগী ময়াং ইকাই খঙদবসি ঙাকা পুরগা চংখ্রেনহে!"

রোমেন চাক চাবদু ফৎ লোইশিল্লে। মপান থোরকপদা দাসতু ইলিসা অমা য়াল্লগা পায়রগা লৈরম্মী।

রোমেন — "ঐদি আনন্দিগা বজারদা পোৎ খরা লৈরুসিরা হায়দুনা চাক ঙস্তা চারবনি।"

দাস — "অস! ঐদি ঙসি ভাভি থোঙহল্লগা চামিন্নসি হায়না পুরকপনি।"

"এ! নং শাওরনু! ঙাসিসু অমুক পুবীখ্রো! ঐনা কোম্না অমুক লৈরগা নোংমা নখোয়গীদা চামিন্নরসি।"

দাস নীংবা কায়না ঙাদু পুরগা হনবা তাখি। মানা য়েংজনীংবা বৃন্দাসু নহান মন্দোমচা ইন্দিরাগী পাউতাক্তগী মপাল থোকপীরক্লে।

রোমেন্দু বৃন্দাদা বা অমা হৌদোরকই। — "ঐখোয় অনী ঙসিদি নোংমাইজিংনিনা তান চারে। বজার চৎলগা ফি-রোল অমা-অমা য়েংলুসি। মীগী ঐখোয়না শীজিন্নরিবা ফি-রোল, খুরাইবুংঙো অমদি ইন্দোন'বেম্মা, ইন্দোমচা, ইপু অমদি বালানা তৌবীরিবা ময়ামসে ঐখোয় পুল্লিদা কাউফম থোক্তে। ঐখোয় অনীগীদি মখোয়গী ইমুংসি ঈশ্বরগী য়ুমগুম্বনি হায়বা য়াই। ঐখোয়না ফি-রোল খরা লৈরগা পীবদা লৌ হায়বদি য়াগদবা মান্দে। অদুবু লৈরগা মফমখঙনা থমসি। নোংমা ঐখোয়না য়ুমসি থাদোক্তুনা চৎখিবা নুমিত্তা শিন্নরম্নবা।

রোমেনগী থম্মোই শোক্লবা বাহৈশিংদু তাক্লগা বৃন্দাগী পুক্লিংদা খঞ্জে, — "ঐখোয়বু য়ুমসি থাদোক্লগা করম্বা মফম অমদা অমুক চৎখিগদবা বাথলিবা?" হংবদি ঙমজদ্রবসু তুংদা থোক্লগদবা থৌদোকশিংদু খঙনীংলকপগুমসু তৌই। রোমেন্না ঙসাই বঙ্গালি দাসতা হৈ-শিংনা উৎখিবা মতৌদুবুদি বৃন্দাসু রোমেনবু পুক্লিংদা থাগৎচে। বঙ্গালি মচাদুগী হৈ-শিংনা নকশিল্লকপা মতৌদুদা রোমেন্না অথীবা বাহৈনা চৈথিদ্রগসু উৎখিবা ফজবা মওং মতৌদুনদি তাকখ্রে। মাদি রোমেন্না চাক ঙস্তা থোঙবদুদা চিংনজরম্বনি। অদুবু অচুম্বা মরম অমদি লৈরম্মী। বৃন্দানসু দাসপু য়ুমসিদা তোয়না লাকহন্নীংদে।

থবক অমা চৎথোক্লুসি হায়বদুদা বৃন্দা ঙসিদি ফিজেৎ খরা নাম্না শেৎনীংবা নুমিৎনি, শেৎনবদি লৈত্রি। মাগী মতৌদু শঙ্গোয়দা ফি শাদুনা লৈরিবা ইন্দিরানা উরুরে। নুপীগী অৱাৎপদি নুপীদনা খঙই। ইন্দিরা মপুরোইবা লৈখিদ্রবা তুংদা নোংমতা ফজবা ফিজেৎ অমদি সনা-লুপা শিদুনা কেনা লৈরক্রবনি। রোমেন্না মখোয়গী ইমুংদা বৃন্দাগী মমিংদি অশেংবা তাক্তবনা আনন্দি কৌই হায়না খল্লি। বৃন্দাসু মশানা মশাবু আনন্দিনি খঞ্জবগুম তৌরবনি। ইন্দিরানা — "নখোয় অনীবু কদাইদা কোইরুদৌরিনো?"

"ইন্দোমচা, তারোমেন্না বজারদা ফি-রোল খরা লৈরুসি হায়রিবা?"

"নংনা শেৎলিবা ফি-রোলদুবু য়ারগদ্রা?"

"য়ানিদা ইন্দোমচা।"

"ইন্দোমচাগী লৈয়ে, লৌথোক্লুগে?"

অসি হায়রম্লগা ইন্দিরা ফি-রোল লৌথোকপা চংখি। বৃন্দাদু লৈদি লৈজদে অদুবু মচিন্দদি লৈতে হায়বদি ঙমজদে। ইন্দিরানা ফি-রোল সনা লৌথোকপা চংখ্রিঙৈদা রোমেন্না হায়রকই — "নংনা শেৎনবা ফিদি নংগী ফি থমফমদা প্লাস্টিক খাউ অমদা য়াওরিবনি। ঐনা ঙরাং লৈরকপনি।"

রোমেন্না ঙরাং থবক লোইরগা পান বজারদা হাইগৎলগা মণিপুরী হেন্দলুমদগী মৈতে ফনেক মপান্নাইবা অমগা, ফি-মতেক অমগা সারি অমগা, নুপীশিংগী ব্লাউজ, নানপ্পী অতে-অতে মায়দা তৈনবা লেকমি, আইব্রো, লিপস্টিক্লচিংবসু য়াওজরকপনি। বৃন্দাদা পুথোক্তুনা পীবদি ইকাইজদুনা লৈরিঙৈদা ইন্দিরানা হংলকপদুদা মতাং চানা হায়রকপনি।

মাসু মীনি, করিগী বৃন্দানা নীংথিবা ফিজেৎ-লৈতেং শেৎ-চারগা ৱাখল নুংঙাইজবদু য়েংজনীংলমগনি।

বৃন্দানা খঞ্জরুই — "অরুবা ৱারী, অরোন-অথুপকী, নুপা-নুপী ওইবগী ৱাফম অমত্তা ফোংদোক্লদনা অসুক ৱাবা পুন্সি অমদা অসুন্না কয়াম কুইনা ঐখোয় অনী লেনমিন্নবা তারিবা।"

বৃন্দা ইমুংদা অমুক চংশ্রে। প্লাসটিক্কী খাউদা য়াওরিবা ফিশিংদু ফমুংদা ফন্নগা অমমমতং ওইনা লৌথোকচে। রোমেন্না মাগীদমক পামজনা খল্লগা

লৈরক্লিবা ফি মচু, ফনেক, সারিনচিংবদু উরুরগা বৃন্দা থম্মোই কায়গে তৌরকই। নানপ্পী জুরাদু উবদা — "ও! নহান কায়থোকখিবা নানপ্পী য়াওদনা ঐগী না অনীসি হাংনা লৈবসে মাদি য়েংবা নুংঙাইত্রিবোইরে"। বৃন্দা মিৎলুদগী পিরাংনা ফল্লিবা মাগী তমপাকথক্তা পোপ-পোপ তাখি। তাজরসনু খল্লুরমাল্লে, মিৎলুগী পিরাং ফিজি চিংখত্তুনা তৈথোক্লুদ্রে।

অশোমদা পুকচেল ফজবী ইন্দিরা মাগী উপু হাংদোক্তুনা ফনেক, ইন্নফি, লৈ, খুদোপ্পচিংবা লৌথোক্লগা বৃন্দাগী কাদা চংখি। রোমেন্দি মফি শেৎপা লোইদুনা মপান্দা ঙাইদুনা লৈরবনি। ইন্দিরা বৃন্দানা থম্মোই শোক্লা কপ্তুনা লৈরম্বদু উরুরে।

— "করি তৌরে ইবেম্মা? নংগী নীংবা থুংদবা করি য়াওবগে? ইন্দোমচাদা শেংনা তম্মু।"

"ইন্দোমচা! ঐগী নীংবা থুংদবা করিসু লৈতে। তারোমেন্না ইনাক্তা লেংদনা অসুম লৈরিমখৈদি ঐগী অৱাৎপা অমত্তসু লৈজদে। ঐনা ৱাবদি মানা ঐবু থাদোকক্লমগদবা মিকুপ্পুগীদমক খল্লুবদা ৱাজবগী কপ্পনি।"

"করি ৱানোদা ইবেম্মা! অসুক নুংশিননা চীংলৈপাক্কী নুংশিরবা ইরমদম মণিপুর থাদোক্লমদুনা অসি য়ৌনা চেল্লক্লগা নুপী-নুপা, মতৈ-মনাও ওইনা লৈমিন্নরগা করম্না মানা নংবু থাদোক্তুনা চৎখিগনি হায়বগে?"

"খঙদে, ইন্দোমচা ঐগী পুক্লিংদা অসুম চিংনজবগী ৱানি।"

"খল্লুগনু, নখোয় অনীগী অমনা অমবু নীংনরিবা মতৌসিদি অঙকপনি। পুন্না লৈমিন্নরগা অমনা অমগী মমাংদা নুংশিবগীদমক পিরাং শিন্থবা ঙল্লিবা 'নুংশিবা' করম্না মমল য়াওদে হায়গনি। যুগ-যুগ খুদিংমক্তা থাদোক্লদবা মরী ওইরসনু। ইন্দোমচানা থম্মোই শেংনা বর পীরবনি।

বৃন্দা মন্দোমচাগী ৱাহৈদু তাবদা মন্দোমচাবু মমাগুন্না কোনজৈ। ইন্দিরাসু পুক্লিং নুংশিরুরমাল্লে মপি তারকই।

বৃন্দা কপ্পা তোক্লে। ইন্নফি মচিদা মপিদু শেংনা তৈথোকই।

ইন্দিরানা — "সে, সে! খুদোপসি শিজিল্লু! নশা নহানি, নখুত্তু খুদোপ অমত্তা য়াওদনা করম্না ইহাং-হাংনা চৎকনি। লৈশিসু ঐ য়ানবীরগে হায়রগা

মনা অনীদুদা ইন্দিরানা মাগী কুখুর মতেক্তু য়ানবীরে। ঙকশমদা শিনবা লিক অমসু ইন্দিরা মাগী ঙকশমদগী লৌথোক্লগা বৃন্দাগী ঙকশমদা শিজিনবী।

কয়াদা পুকচেল ফজবী মন্দোমচা অমা মীরমসিদা লৈরমদুনা মাবু হেক পোকমিন্নবা মচেগী মচাগুম্না তৌবীরিবা। পুকচেল শেংবা, ফজবা হায়বসিসু ঈশিংগী অরূবা মচুদা থাক নাইনা লুবগী চাং খেন্নবগুম্বনি। বৃন্দাগী চমজবী পুকচেলগী মচুদা ইন্দিরাগী পুকচেলগী মচুনা নম্বহৎকদবগী লাক্লবগুম তৌরক্লি।

রোমেন্না লৈরকপা ফি-রোলদু মন্দোমচা ইন্দিরাদা পুথোক্লুনা য়েংহল্লি।

"ইন্দোমচা! ঐ ঙসিদি তারোমেন্না ঐগীনি হায়না লৈবীরকপা ফিসি ওইনা শেৎলুরগে?"

"নংনা শেৎনীংবদু অমা হেক্তা শেৎলু। ইন্দোমচাগীসু লৈ হায়বগী বানী। শেৎলো, শেৎলো! নংগী রোমেন্না লৈবীরকপা ফনেক্তো শেৎপদা পকচব্রা য়েংগে?"

বৃন্দা হংগামপাল মচুগী মপাননাইবী ফনেক্তু হোংদোকই। মোরা অমদা ফল্লগা মিংসেলদু মখুৎ ওইনা পায়রগা পাউদরদু মমায়দা খরা থাজিল্লি। চিম্বালগী পেন্ট খরা তৈশিল্লি, আইব্রো অমুক য়েকই। ফুরিৎ ব্লাউজ রোমেন্না লৈরকপদুসু ওম্থোক্না হৈনা খল্লগবু লৈরকই, চপ চারম্মী। ইন্নফিদু ইনকনবু হেন্না পকচরে। মানা বাখল নুংঙাইনা কেজ্জবদু মুন্না য়েংলগা ইন্দিরাগী পুক্লিংদসু নুঙাইজবগুম তৌই। মশক্লগা হান্নদগী ফজবনে, চুনবা মচুগী ফি-রোল শেৎলকপা, সনা-লুপাগী লৈতেং খরা য়াওবদুদদি বৃন্দা কয়াগী মতিক নীংথিজরে।

সেন্দলদু তোংশিল্লগা — "ইন্দোমচা চৎলুম্বিগে" হায়রকই।

"চৎলুরো, চৎলুরো।"

মপান্দা ঙসাইদগী ঙাইরিবা রোমেনগী মতুং ইন্দুনা বৃন্দা গেট লানথোকখ্রে। মখোয় অনীনা পুন্না য়ান্না নুংশিননা থোকখিবদু উরগা ইন্দিরা মাগী হৌখ্রবা অমুক হন্না লাক্লরোইদবা পুন্সিগী মান্নবা থৌদোকশিং নীংশিংলগা লেপ্তুনা লৈহৌই।

ম্যেন রোদ য়ৌরগা ওটোরিক্সো তোংদুনা দিসপুর তানা লাকই। নোংমাইজিং ওইবনা অয়াম্বা থোং লোল্লি। অদুবু হাংবা খরসু অদুম য়াওরম্মী।

কাছনচিংবা য়োনবা বীহারিগী দুকান্দি নীংথিনা থোং হাংনরি। মখোয়না শীজিন্নরিবা য়ুমগীদুগা মান্নবা অনীখক লৈরে। মোমপাক ফিদক, মোনখুম খরসু লৈরে।

বৃন্দাগী পুক্নিংদা মাগীসু তলব খরা ফংলবনিনা রোমেনগী ফুরিৎ অতিয়া মচুগী অমত্তংদি লৈগে খঞ্জরুই।

ফুরিৎ য়োনবা দুকান অমখক থোং হাংলম্লে। বৃন্দানা হাইফেৎ য়েংলুবদা দুকান্দারদুনা কৌশিল্লক্রে। পামজনা মমল হংলুরে। অদুবু রোমেন্না ঐগী ওইরবদি লৈরক্নু হায়দুনা কন্না য়াদবদগী লৈদনা তোক্রে। বৃন্দা পুক্নিং নুংশিরকই। ব্না মচেৎ অমত্তা ঙাংনদনা ওটোরিক্সো অমদা অমুক হল্লক্রে। মখোয়না হল্লকপা মতমদা ইন্দিরা কোন্দা ফি শাদুনা লৈরম্মী। বৃন্দানা পোৎ-চৈশিংদু ইমুংদা লোইনা পুশিল্লে।

রোমেন চান্নবা পোৎ অমত্তসু লৈরক্তবদুদা নুংঙাইতদুনা অমুক থোরকই। বামোন হমুং অমা কছারদগা লেথদু মচানুপী অমা মণিপুরদগী বামোন যুগুত্থবা অমনা লৌরম্মী হায়। মণিপুবদগী বামোনদু য়ুমদা চৎলুখিগে হায়দুনা চৎখিবদগী হল্লক্তবা চহী অমা হেল্লক্রে হায়। শিগ্রব্রা, চংগ্রব্রা খঙদে। অমুক হল্লক্কদবা মান্দ্রে হায়। মানা লৌরম্বা সনাতোম্বী মচা য়াওদে। বামোন নুপীগা ওইবদুদা শেম্ফোরুগা কয়া লৈতবগা চা, কাংহৌ বোরা খর-খরা মৈতৈ খুল্লক্তা য়োল্লি।

রোমেন অঙাংশিংনা সনাতোম্বীগী কাংহৌ বোরা হাউবনি হায়নবদুদা লুপা কুন্দংগী লৈগে চংলকই।

রোমেন মণিপুরদগীনি, মাগী নুপী আনন্দিসু মশক য়াম্না ফজে হায়নবদুদা সনাতোম্বী রোমেনবু পামজনা মরাইবক ফৈদা খন্না য়েংজে।

— "করি লৌবীগদবা তাদা?"

"কাংহৌ বোরা লুপা কুন্দংগী য়োম্বীয়ু।"

"ঐখোয় শোমগী তাদবু মণিপুরদগীনি হায়না তাজে। তাদগী ইনম্মসু ওন্থোক্লা মশক ফজখ্রে, রাখি গুন্না চংখোল্লিবা! অদুবুদি মণিপুরগীনিদনা! অদু তাদা! হন্দক য়াওশঙদা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈকায়সিগী থাবল অমত্তং চোংনবা শীনশীবা তাদা? ঐখোয়সু ইশা নহানি, মৈতৈগী থবলদো অমুক্তংদি চোংনীংইদা।

ময়াংগী বীহ্নদদি ঐখোয়না জগোয় করম শারুনি। ইপা-ইপু হাক্তক্তগী চৎনরকপা নাৎকী থাবলদো ঐখোয়সু উৎশি হায়জবনি।"

"হোয়, হোয় চোংসি কৈদৌগে? ঐনা ধোন হেক থীল্লগা লোইরে। ইচন্দি ঙাংব-শকপবু য়াম্না ফরিনে?"

"কদাইদৈনোদা তাদা! মীঙোন্দদি হৈজপোৎ নত্তেদা, ঐখোয়গী তাদদি মণিপুরদগীনি, নুপী য়াম্না লুনা তৌই হায়নবদুদা হয়েং নোংমা তাদনা মণিপুর থোকপদা নচনবুসু খরা পুবীয়ু হায়জগে তৌবনে। মণিপুরগী লাইফম ময়ামদো অমুক্তং শুনা খুরুম্বা ফংজরবদি পোকপগী মহয় য়াম্লে খঞ্জরিবনি তাদা।"

"হোয়দা, য়াইদা পুবীরগা লোইরে, ইবুং লৈরিসিদি।"

"তাদা! ইনম্মা মশক ফজবীদো খর খরসু পুথোকপীরকও! নোংমতা চৎমিন্নবা উদে, মী উখিনি পাম্মুব্রা কৈনো। ঐগী বোরাসে ইন্নম্মগী অমা তোঙান্না হাপচরগে?" কাংহৌ বোরাদো ময়োম অনী থোক্লা য়োম্লগা পীরকই।

য়ুম য়ৌরগা বৃন্দাদা "সে সে! ইন্দোমচাদি? বালাসু কৌরগা চামিন্নরো"। বৃন্দা মন্দোমচা ইন্দিরা, মনাও বালা কৌরগা কাংহৌ-বোরাদো চামিন্নে। চাবা লোইরগা ঙসাই ইন্দিরানা শিবীরম্বা লিক-লৈ, খুদোপ্পচিংবা লোইনা অমুক লৌথোক্লগা ইন্দিরাদা পীজরে।

নুমিৎ তাশিল্লক্লে। বৃন্দা ঙসিদি থৌনা খরদি ফুদোক্লগে খল্লকই। মসি রোমেন্না ঙরাং মাগীদমক ফি-রোল, নুপীগী অরোন-অথুপকী ফিজেৎ য়াওনা লৈরকপদুনা পোকহল্লকপা বাখলনি। নুমিদাংগী চাক চারিঙৈদা বৃন্দানা রোমেন্দা তপ্না হায়জরকই — "তারোমেন! ফি অমোৎপা শেৎপসে মীনা উশিৎলোই। ফি-রোল খরা নাম্না শেৎপসু মীনা ব্যবহার তৌনবনি। ঐখোয়গী পাবুংদো ফিজেৎ লু-নানদ্রবদি য়াম্না ঙাংই। ঐখোয় ইমাদি পাবুংগী ফি-রোল নাম্নবা হোৎনবদা মতম য়াম্না চংনা হোৎনৈ। তারোমেন্না ফিজেৎ নানবা হায়বসে ঐগী ইমায় ওইজগে কৈদৌগে?"

রোমেন — "ঐনবু ফি অনানবা শেৎলুদুনা কনানবু য়েংবীগদগে?"

"তারোমেন! তারোমেন্না ঐসিবু করি করম্না উবীরিবগে? ঐবু বাখল খনবা ঙমজদবী অমগুম্না উবীরব্রা? ঐগীসু করিগুম্বা তারোমেনগীদমক

তৌজনীংবা খরদি লৈজে। তারোমেন্না নুংতিগী ঐখোয় অনীগী য়ুম মচাদুদগী ফিজেৎ নান্না থোকখিবদো ঐ হৱাউনা য়েংজহৌগে? অতৈমক ঙমদ্রবসু ফিদদি খরা নাম্না শেৎপিয়ু। ঐ ঙৌনবা শুজগে, ইস্ত্রি তকচগে। মদুমত্তংদি য়াবীয়ুবা? মদু ফাওবদা ঐগী নীংবা থুংহনবীররোইদ্রা? করি করম্বা ৱাখলদগী তারোমেন্না ফি অমনবা শেৎনীংলিবনো?" অসি হায়রগা বৃন্দা হিক্লা হিক্লা কপ্পী।

রোমেন করিমত্তা খুন্নমদনা ফমুং চংদুনা তুমখ্রে। বৃন্দা তুম্বদি চংলগসু ঙসিদি মাগী থম্মোইদা রোমেনগা য়ুমগী মপান্দা অকে-অমৌগী ফিজোল শেত্তুনা পুন্না ওটোরিক্সো অমদা তোংমিন্নদুনা মতৈ-মনাও ওইনা চৎমিন্নরুবনিনা পুক্নিংদা নুংঙোনবা, পামজবা ৱাখলগী ইনোৎ কারকপগুম তৌরকই। নীংথিনা শাৎচরিবা লৈরাংদুনা মনাক্তা খোইমু অমসু ঙংদুনা অদুম মাবু শংদুনা লৈরগা লৈদুদা তোংদুনা লৈহি চুপ্পীরক্রুবদি ৱারৌজবা মশানা তাবনি। মীগী অৱাইবা ফিশু লৈদুনা মপুদা পীখিনবা থৌরাং তৌরে। ৱারীসু মতেক-মতেক খরা শানখ্রে। হল্লকপদা কাংহৌবোবাসু লৈরগা পীজখরে। করি ৱাৎলি মতৈ-মনাওগী অশেংবা মরী নত্তবা। মাগী থম্মোইসিবু অপাম-নুংশিগী থম্মোইগী থোঙ্গালদুবু থোং চেৎনা লোনখ্রবজাৎলা? নোংমতসু ঐগী মায়থোংসিবু মানা মপুং ওইনা অমুক্তা য়েংবীদে। নুপীগী ইরাং-ইঙ্গিত্তা ঈথক-ঈপোম কাবগী ৱাখলসিবু মঙোন্দা য়াওদ্রবজাৎলা? অদু ফন ওইদুনসু ঐনদি মানা করিগুম্বকান্দা ইনাক্তগী লাপথোকখিগদ্রা হেক-হেক পাখৎচরিবসিনা করিগীনো? মানা করিগুম্বা ঐবু কাউথোকপীদুনা অতোপ্পা মশক-মতৌ ফজবী নুপী অমগা নরুবা মরী অমা লৈনখিবদা ঐদি খাংবা ঙমগদবা মান্দে। নুপীদুবু শোয়দনা ফুরুগদবা মাল্লি।"

ঙসিগী অহীংসিমসু বৃন্দা রোমেনবু খঙহন্দনা মাগী ফমুংগী মোলাং চোৎপমখৈ কপচখি। হয়েংগীনা করম থোক্রগবা? বৃন্দাদু ওম্থোক্লা ৱাজরে। অসুক কনবা নুংশিবগী মৈচাকসিবু অসুক নরুনা লৈমিন্নরগা মোন মখাগী মৈখেৎ মরুনা খেৎতবনিনা য়ৈ হৌরক্তবগুম্ন মনুংদা মৈরিদি ওমদুনা অদুম লৈরে।

## (মঙাশুবা)

গীরিধারি দিল্লিদা মচানুপী ফজবীগী মনাক্তা বীমোল থিনবা চৎলুবদগী হল্লক্লে। দিল্লিদা ফজ-ফজবা মন্দির কয়া উরুবদগী গীরিধারিগী পুক্লিংদসু মখোয়না লৈরিবা বেলটোলাগী মৈতৈ লৈকায়দা মমাগী মিংদা মন্দির অমা কৎকে খঞ্জবদু শাবা হৌরগে খল্লকই। মাবু পোকপা য়ুমগী অহল নোয়োনগা তানৈ। নোয়োন্না ইচানা অফবা কর্ম তৌবদা ইপানা করি অমুক হায়গনি হায়না তাকপীরে। ইমুংগী মীওই পুন্নমকসু লাইগী মিংদা অফবা থবক অমা তৌগদবনিনা কনা অমত্তনা য়ানীংদবা য়াওদে। রোমেন অমদি বৃন্দা ফাওবা পাউদু তাবদা গীরিধারিবু পুকচেল চাউবা, ঈশ্বরবু থাজবা মীনি হায়না চাউথোকচৈ। অসিগুম্বা কৎথোকপগী ৱাখল চেনবা মী য়াওদ্রগদি করম্না অফবা লৈকায় অমা, খুঙ্গং অমা নত্ত্রগা জাতি অমা শেম্বা ঙমগনি। মখোয়গী লৈকায়দুদা ফজবা মন্দির অমদি য়াম্নমক তঙাই ফদ্রবনি।

ইমুংদা ৱারেপ লৌবা লোইরগা লৈকায়গী ওইবা মিতিং অমসু বামোনগী মান্দোবতা ফমদুনা মন্দির শাবগী ৱারেপ লৌবা পুমলোই লোইরে। পাউদু তাবদা লৈকায়গী মীপূম খুদিংমক লোইনা হরাউনৈ। অহৈবা মিস্ত্রি অমা থিরগা মন্দির শাহন্নবা ঙাংনবা হৌরে। মন্দির শাগদবা বামোনগী ইংখোলদুদা চানগদবা জগা য়েংদুনা নাপ্নচিংবা লৌবা লোইরে। অফবা নুমিৎ, থবান, পুংফম কুপ্না য়েংলগা যাত্রা হুন্নবা নুমিৎ লেপ্লে। গীরিধারিগী পুক্লিংদা মতম কুইনদগী নীংজরকপা ৱাখল অমদি মপূং ফাগদৌরে খল্লুবদা নুংঙাইবা পোকই। অদুগী মথক্তা লৈমিন্নরিবা লৈকায়স্নিগী স্নীশিংসিগী মরক্তসু কমপিটিসন, চাংদমবা অমসু অদুম মরৈরি। মণিপুরদগী লাকপা হায়বসিনা পুকচেল চাউবা খরদি হেক্তা মহেল্লি, তৌথোরকপদা মচু তাই। ৱাহৈদু ঙাংনরবনিনা তারুবা কান্দা কছারদগী লাকপা বামধনসু মথং চহীগী ইঙেন থাদা কাং চিংবা নংনবা জগৎবন্ধুগী কাং অমদি শোয়দনা কৎলগে হায়রক্লে।

ইমুংগী নুংঙাইবা পাউ তারুবনে মাগী খুরাইবুংঙো গীরিধারি দিল্লিদগী হল্লকপদা মশা ময়েং খরা তানা উবদুদা পীজনীংদুনা রোমেন গীরিধারিনা য়াম্না পামজবা ইলিসা কিলোগ্রাম অনী তাবা অমা লৈরগা শেমহল্লগা পুরকই। ঙাদু পুক্নিং চংনা, নীংথিনা বৃন্দাগা মাগা তান্নরগা হাউনবা থোঙই। থোঙবা লোইরগা তেঙ্কোৎ অহুমখক শেম্লে। বালা কৌরগা পুখম অমদা তেঙ্কোৎ অহুমদু হাপ্লগা বৃন্দা ইমুং অচৌবদা য়েঙ্খাং লানবা লাকই।

ইপুগী তেঙ্কোৎ অমা, গীরিধারিগী তেঙ্কোৎ অমা অদুগা খরা চাউবা তেঙ্কোত্তুনা বালা মমা-মচা, মমাবোক মখোয় অহুমগী ওইরমাগ্লে। ইমুং অচৌবগী মী পূন্নমক চাক চাগদবগী শেম শারগা লৈহৌই। মখোয় পূন্নমক্না চাক চারিঙৈদা রোমেন অমদি আনন্দি ফবগী মরমদা ৰারী শানহৌই।

শোমদা বৃন্দা য়েঙ্খাং লাম্লুবা হল্লক্লে। মখোয় অনীগী চানবা চাক অমুক শেম্বা লোইরে। মাগী-মাগী চাক্কুক্তা ফমদুনা চাক চানবা থৌরাং লোইরে। রোমেন চাক চখোম অমা'নি হুকপা হৌরে। পুক্নিংদা থুম-মোরোক চপ চাবদুদা নুংঙাইবা পোকই।

বৃন্দাদি ইলিসা মনমদুদা অহানবা চাক চখোম অমা হুকপগা থুক লাওবগুম তৌরুবে। মা ফম্লম্বদগী ফুক হৌগৎখি। মপাল থোক্লগা ওক-ওক তৌরুরে। ওবদু ফন-কন্না খাঙজবনি, যাদ্রে। চাখিবা খরদু লোইনা ওথোকখ্রে। মাগী মওংদুদা রোমেন্দি বৃন্দাসি চাকখাও শোক্লবজাৎলা চিংনৈ। বৃন্দাগী ওনীংবগী মওংসি ঙসাই নুংথিন্দগী খব-খরা তৌরক্তুনা ঙাইহাক লৈতনা মতিন শিৎপা হৌরবনি। মানা মপান্দা ওক-ওক তৌদুনা অসুম লৈরবনিনা রোমেনসু চাক চাবা খরা থুনা লোইশিন্লে। মখুত্তু মনম নমদনবা শাপোন নোইদুনা শেংনা হামদোক্লগা ফদিনা তৈথোক্লে। বৃন্দাবু নীংথিনা কোল্লগা ইমুংদা পুশিল্লকই। নীংথিনা পোৎথারো হায়রগা ফমুংদা হিপহল্লে। রোমেন বৃন্দাগী লাইবক্তা যাম্না থাজদনা মখুৎ থল্লগা লাইহৌ লৈব্রা যেংই। মাগী মখুৎনা বৃন্দাগী লাইবক্তা থল্লকপদা বৃন্দা মখুৎনা সর্গ লাম্বা ফংবমুক নুংঙাইজে। মমিৎ অনীদো উইশিল্লগা খাংজে। রোমেন বৃন্দাগী ফৈজুপ চিংখৎপীরগা ঙাইহাক্তং হিপ্লগা লৈবো হায়। মানা চারম্বা অমদি বৃন্দানা চারম্বা লুখাক-চাগুম শেংদোকপা চংলকই। মতমদুদা ইন্দিরা মখোয়গী কাদা চংলকই। মাদি আনন্দিনা থোঙবা যেঙ্খাংদু য়াম্না হাউই

হায়গে লাকপনি। আনন্দি ফমুংদা হিপ্তুনা লৈরম্বদুদা করি তৌরে হংই। ইন্দিরা উবদা রোমেন ইকাইদুনা লুখাক্তু পাক-হেক শেংবা ঙমদ্রে।

আনন্দি — "ইন্দোমচা, পুকসে মথক-মখা ওন্দুনা থুক-থুক লাওই, চাক্কা অমত্তা চানীংবা পোক্তে।"

ইন্দিরা মাগী পুন্সিদা মমা অনীরক ওইখ্রবনি। ময়ুম পাল্লবী য়ুমগী মৌ অমনা ওইথোকপা য়াবা মতাংদু খঙগুম তৌই। মোমোন নোক্লগা, "ঝারুনু ইবেম্মা! রোমেন মপা ওইরমদাইগীনি, শোয়দ্রে।"

রোমেন্দু ইকাইবগুম তৌই। বৃন্দাসু ইন্দিরাগী ঝাহৈদুদা করিনো হায়রিসিবু ঐবু হৌজিকপু হায়না নুংশা থীবা পোক্লকই। ইন্দিরাসু ফৈজুপ লুন্না শুপ্লগা পোৎথারো হায়রম্লগা আনন্দিগী কাংখল থাবীরম্লগা থোকখ্রে।

ইন্দিরা থোকখ্রবা তুংদা রোমেন মানা চাবগী অমদি বৃন্দানা চারম্বগী য়াওনা লুখাক্তু শেংই।

বৃন্দা — "তারোমেন! অদুম থম্বীরম্মো! ঐ তৌজগে?"

"তুমিন্না পোৎথারো! নশাদু ঙমদ্রবদি ঝা ঙাংলক্লনু কৈদৌরগে? নোং-ফাদোক্তি ঐনসু তৌবা য়াইদনা!"

রোমেন ঙাংনা-ঙাংনা ঝাই-রম শিৎ-নান্না তৈথোক্লগা চাবগী কোনসু মানা ফেংদোক্লে।

রোমেন্না তৌরিবা পুন্নমক উরগা বৃন্দা য়াম্না নুংঙাইজদে। মবুক্তা অমুক খল্লকই — "ঐবু ইন্দোমচানা হায়রিবসিনা অচুম্বা ওইরবদি করম তৌগনি। অঙাংসিদি তারোমেনগী মচাদি নত্তে, রতনগীনি। অদুবু ইন্দোমচামক্না তারোমনগী মচানি খন্দুনা "রোমেন মপা ওইরমদাইগীনি শোয়দ্রে" হায়রম্মী। তারোমেন্নদি অঙাংসিবু মাগী অশেংবা মচা নত্তবনিনা নুংশিবীগদবা মান্দে, পামফমসু থোক্তে। হৌজিকপু ঐবু করম তৌগনি? অঙাংসিবু ডাক্তরগা তান্নরগা লৌথোকহনবা তারিব্রা? মদুসু তারোমেন য়াওদনদি য়াগদবা মান্দে। নহান মণিপুরদগী লাকপদগী তারোমেন্না ঐবু রতনগী নুপীনি, অহীং অমা মাগী য়ুমদা লৈরুরবীনি খল্লি। অদুগী মথক্তা অহীংদুদা রতনগা লৈহাউ মখোঙদা উনখিবগী ঝাথোক্তুনা মরম ওইরগা ঐখোয় অনী পুন্না য়ুম থাদোক্তুনা মফমসি য়ৌনা লাকমিন্নবা তাখিবনি।

মসি পূন্নমকসি মাদি লোইনা খঙবনিনা মানা ঐবু হঙ্গোইনা খল্লিবনি। মসিমক্তসু মাগী নুপী ওইনীংদবগী মরম ওইরমগদবা মাল্লি। মাগী নুপী ওইনা লোইনদ্রগসু মীগী মমাঙদদি মাগী নুপীগুম উহন্নবদি হোৎনরি। মীনসু মফমসিদদি ঐবু মাগী নুপীনি হায়না লোইনমক্লা লৌনরি। মীগী মচিন্দগী থোরকপা ৱাহৈদুদি মানসু অদুম তাবা ঙল্লি। ঐনসু মাগী নুপীনি হায়বদা পুক্লিংদা চিংনবা, হঙ্গোইবা অমত্তা পোক্তনা য়ানীংলি। অদুবু মানদি মাগী নুপা ওইবগী অপাম্বগী থৌনাদু নোংমতসু ঐগী ইফমদা উৎপীরক্ত্রি। অসুক ৱারিঙে তাঞ্জাসিদা হৌজিকপু ঐগী গর্ভনুংদা রতনগী মচা অমুক মীরোনবা তারিবা? ঐ হান্নদগী হেন্না অৱাবা অমমুক হাপচিল্লগা খাঙবা তারিবা? ঐগী লাইবকসিবু করম্বা লাইবক্লো? ঐনা অহীংদুদা রতনগা উনদুনা মিৎকুপ খরদুদা অরোনবা মরী অমথক থন্নকখিবদু য়াওরমদ্রগদি ঐসে তারোমেনগী নুপী ওইরমদুনা ঐনা নীংজবা, পামজবা নুংশিগী ঈরিক পুম্বা মাগী মফমদগী মতাং-মতম চানা নীজনবগী পাঙ্গল শোয়দনা লৈরমগনি। মানসু মশানা য়ানা য়াম্না পীনীংনা ঙাইদুনা লৈরমগদবনি।

অদুবু মিৎকুপ খরখক্তুগী অশোয়বদুনা ইতুং কোইন-ইন্নরক্তুনা লাপ্পবা মীরমসিদা মীরোৎ ওইনা হিংমিন্নরিবা মা ঐগী পুন্সি লম্বীদা অমুক লাক্তুনা মাংদা থত্তুনা অথিংবা পীররি। অমরোমদা তারোমেনগী পুক্লিং-ৱাখলদি কবো পয়া কৌবা খ্বাইদগী কল্লবা পয়দুনা চেৎনা থোকপা ঙমদনবা পুনশিনবগুম ফাজিনবীখ্রে। মদুবু করম্বা পাঙ্গল অমদি লৌশিংনা কোমথোকহন্নবা হোৎনগদগে? হে ঈশ্বর ইবুংঙো! মসিবু করম্বা নংগী তোল্লবী নুপী ঐঙোন্দা পীবা দন্দিনো? মসিবু ঐনা নহানমুক্কী মপোক্তা ফত্তবা তৌজরকপগী মহয় হায়বদুরা? শিজরগে খল্লুরবা ঐগী পুন্সিসিবু তারোমেন্না হঞ্জিল-হঞ্জিল কনবীরক্তুনা ঐ হৌজিক ফাওবদি হিংলি। মানা ঐসিবু মাগী নুপী ওইরোইদবা লৈরবদি করি কান্নবগী ঐগী থৱায়বু অশিবগী মখুত্তগী কনবীরক্লিবা? মাগী মফমদা মাগী তুংগী ফিরেপ করিনো হংজনবগী পাঙ্গলসু ঐঙোন্দা য়াওদে। ঐসিনা মাগী মফমদা অসুক য়াম্না পাংদ্রিবসিনা করিগীনো? ঙসিদি মাগী মনাক্তা লৈরগা মাবু পাম্মুনা নুংতিগী য়েংজবা ফংবগী নুংঙাইজবদুনা ঐ মাবু থাদোক্তুনা করিগুম্বা মফম অমদা চৎলগা শিবা ঙমগদবসু মাল্লক্রে। ৱাখলসে খল্লুবা ফাওবা হেন্না পাপ অমা লংশিঞ্জবগুম খল্লক্রে। মাগী নুংশিবা মায়থোংসে থাদোক্লমগনি খল্লুবদা হেন্না অৱাবদুম পোকচৈ। ঐগী থম্মোইনা অসুক পামজনা মাবু মিকুপ খুদিংগী নীংজদুনা পুজা কৎচরিবসিবু মাবু উবা শুকঙম ঙমদ্রবজাৎলা?

বৃন্দা ৱাখল ময়ামদু পুবা ঙল্লক্তদুনা মিৎলু অনীদা পিরাংনা চোৎলক্লে।

খহৌদনা বৃন্দা মবুক অমুক মথক-মখা ওল্লকই। ফমুংদগী হৌগৎলগা মপান থোকখ্রে। ওক-ওক অমুক তৌরুরে। রোমেন ঈসিং গ্লাস অমা কল্লগা বৃন্দাদা পী। পেলা অমসু মাগী কাংখদা ইনশিল্লগা থম্বীরে।

রোমেনগী পুক্লিংদসু থাজবগুম তৌরক্লে, মদুদি বৃন্দা রতনগী মচা মীরোল্লমাল্লে।

বৃন্দা ফমুংদা চংলগা ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংলমদনা তুম্নবা হোৎনৈ। তুমগে চংলগা করি খল্লুরবনো হিক্লা-হিক্লা কপ্লক্লে। মানা পুক্লিং নুংশিনা কপ্পদু উরগা রোমেন নুংঙাইরক্লে। মাসু ঙসাইদগী বৃন্দানা খনবগুম মাগী ওইবা মোৎ অমদা উংদুনা লৈরিবনি।

রোমেন — "নং ৱাখল নুংঙাইতবা তৌরুরনু! তুম্বা য়ানবা হোৎনরো! হয়েং নোং হেক ঙানবগা ঐখোয় অনী ডাক্তর চত্তুনা নশাদু য়েংথোক্লুরসি।"

রোমেনগী থেমজিনবা ৱাহৈদুনা বৃন্দাবু তপ্না-তপ্না অমুক শুম্বীখ্রে। মথংগী অয়ুক্লি। রোমেন মচিন-ময়া শেংবা লোইরগা বৃন্দাদা ডাক্তর চৎনবা ৱা হৌদোকই।

বৃন্দাসু রোমেন্না হরাউ-হরাউ হায়রিবদু য়ানীংদুনা মফি-মরোল শেৎপা লোইরে। মন্দোমচা ইন্দিরাসু মতাং চানা চংলকই।

— "ইন্দোমচা! ঐখোয় ডাক্তর চৎলুখিগে?" "চৎলুরো চৎলুরো।"

মখোয় অনী ম্যেন রোদ তানা খোঙনা থোরকই। ৱাদি অমত্তা ঙাংনদে। রোমেন্না মীনা ঙাংনবা তাবদা ভঙ্গাঘরদা লৈবা "সিটি হার্ট" ক্লিনিক্তা গাইনিগী সিপসিয়েলিস্ট ডাক্তর নুপী বীনিতা তামুলি কৌবী অমা লৈ। মা য়াম্না মমিং চৎলি। অঙাং পোকপসু য়াম্না হৈ। রোমেনগী ৱাখলদা বৃন্দাবু সিটি হার্টতা পুরগা ডাক্তর তামুলিদা য়েংহনগে খল্লে। ম্যেন রোদতগী বস তোংলগা লাকপনা ভঙ্গাঘরদা কুমলে। রিক্সো তোংলগা রাজগর রোদতা লৈবা সিটি হার্ট তানা লাক্লে। অনাবা য়েংনবা কোপন লৌরে। মাগী পালি ঙাইরগা ডাক্তরনা কৌশিল্লকপা ঙাইদুনা লৈ। পালি লাক্তুনা বৃন্দাবু কৌশিল্লক্লে। বৃন্দা চিংনবা পোক্লুদে। ঙাইহাক লৈরগা ডাক্তরনা চেক-অপ তৌবা লোইদুনা বৃন্দা মপাল

থোরক্লে। বৃন্দা মীরোনবা নুমিৎ কুন্নিরোম শুরে। নোর্মেলনি, করিসু চিংননীঙাই ওইদে হায়। ভিতামিন খরা ইরগা পীরকই।

বৃন্দানা খঞ্জরুব্বদি রোমেন্না অঙাংদুবু পান্নোইদ্রা, লৌথোকসি হায়রক্কদ্রা অসিনি। অদুবু রোমেন্না অদুগুম্বগী ৱাফম অমত্তা কাংথোরক্লে। ওন্না তৈননা বৃন্দাগী মখুত্তগী ডাক্তরনা ইরকপা স্লিপ্তু পারগা হিদাকশিংদু লৈথ্রসি হায়রকই। ক্লিনিক মনাক্তা লৈবা ফার্মাসি অমদগী হিদাকশিংদু শুনবা লৈরে। মানা ৱাহৈ অম'নীদং হংবীদ্রগদি বৃন্দানা ৱারৌগদ্রা খন্দুনা — " ডাক্তরনা চেকশিনগদবা ৱাকা হায়রকপ্রা?"

বৃন্দা রোমেনগী ৱাহংদু খুমগদবা ইকাইজবগুম তৌই। মখা তানা — "থবক ইনখাং অকনবা শুগনু হায়রমগনি। হয়েংদগীদি চাক ঈশিং, ফি-রোল শুবা ঐ লোইনা তৌজরগে?" বৃন্দা খুন্নিংলক্লমাল্লে, মায়থোংদু খুজিক্তং নোকফেৎ তৌরগা —

— "য়ানি, তারোমেন! ঐ অদুম তৌজগে।"

মবুক্তদি হাযবা লোইখ্রবা ৱাহৈদুগীসু ৱাজে। হন্দকমুক্তি রোমেন্না ওটোবিক্সো অমদা চৎখ্রসি হাযদুনা ওটোরিক্সো ফারগা য়ুম য়ৌনবা লাক্লে।

ইন্দিরাদু মখোয় অনী হল্লকপা ঙাইরম্মী। ইন্দিরা — " ডাক্তরনা করি হায়রক্লবা? ঐনা ঙরাং হায়বদু চুল্লম্লব্রা?"

"হোয় ইন্দোমচা! ইন্দোমচানা হায়বদো অদুম চুল্লম্লে।"

"অদুদি খরা চেকশিন্না, তুবা-খোৎপা তৌদনবা নশানা খঙনা চৎপা তাবনি।"

"হোয় ইন্দোমচা! ইন্দোমচা লৈবনিনা ঐ করিসু ৱাদে, ইন্দোমচানা খরা তাকপীবা হায়বদুনি।"

য়ুম য়ৌরবনিনা বৃন্দাদো চাক-ঈশিং থোঙ-থাকপগী থবক অমুক হোৎনখ্রে। ঙসিদি মখোয় অনীমক চাক চারগা মাগী-মাগী থবক মফমদা খবা থেংলপ চৎনখি।

বৃন্দা মানা নহান পামজনা য়েংলম্বা অতিযা মচুগী ফুরিত্তু রোমেনগীদমক লৈগে খল্লকই। স্কুল চৎলুবা হল্লকপগা বালা লাকপা ঙাইদুনা লৈ। বালাসু স্কুল

কুম্লক্লে। বৃন্দা বালা হৌরগা রিক্সো অমদা দিসপুর তম্না লাকই। কদোমদগীনো বীনোদ দাস বৃন্দাগা বালাগা রিক্সোদগী কুমথরকপা মপা চানা দোং থেংনরে। ইকায় খঙদবগী মায় পানবা মী হায়বসিমক্তবু জাৎ নাইদে, কুচু খায়দে, মাগী মমায় কনবগী হৈনবীদু হেক্তা তৌরক্কনি। বৃন্দাগী মশক উবদা বীনোদ দাস হেন্দোক্তুনা চৎনীংদ্রে। হিন্দি লোন্দা হংলকই, — "ভাভী! ভাভী! অনীরক হন্না কৌই। বৃন্দা উদবা শানা অদুম চৎলি।

"ভাভী! নংবুনে?"

বৃন্দা খুমদ্রবদি ফজররোই খন্দুনা "ও! ভৈয়া! কদায়দা চৎলুবনো? ঙসিদি থবক চৎপিদ্রব্রা?"

"চৎলি, ঙসিদি য়ুমদা থবক অমা লৈবদুদা ঙন্না হল্লকপনি। ভাভীদি কদায়দা চৎলিবনো?"

"ঐ ফুরিৎ অমখক্তা লৈরুগে তৌবনি।"

"কনাগীনো?"

"তারোমেনগীনি।"

"ও! রোমেন বাবুগী?"

"ওহোক্লা নুংঙাইজরিনি, রোমেনবাবুগী লাইবকসি ওইজনীংগ্রেদা।"

"ভাভী! লাকও অদুদি ঐগা লৈমিন্নরুসি।"

"য়ানিদা! ঐখোয় অদুম লৈজরুরগে?"

"করিনো, ভাভীনা ঐবু য়াম্না চিংনব্রা?"

"করিগী চিংনরুদগে?"

"ঐগী খঙনবা মরুপকী দুকান্দগী লৈরুসি হায়বনি।"

"ঐখোয়গীদি নহান খল্লগা থম্নম্নবনি, পৈশা খরা বাত্তুনা লৌরক্তবনি।"

"ফরেনে, অদু ওইরগা ভাভীগী দুকান্দুদগী লৈরবসু য়াই, ঐগা লৈমিন্নরুসি হায়বগী বানী।

দাসতু বৃন্দাগী মতুংদা অসুম ইন্নরক্লে। মা ইন্নরকপদুদা বৃন্দাদি হৈনদবনসু লোইরে। করি নুংগী লাকচরুবনো খল্লকই। হৈনদ-হৈনদ দুকান্দুদা চংলকই।

দাসসু মখোয়না চংখিবা দুকান্দুদা ইন্নরগা চংখ্রে। বৃন্দা মানা পামজবা মচুগী ফুরিত্তু খল্লগা তিংথোক্তুনা য়েংই। অশোয়বা য়াওদ্রে খঙলবদা অমুক পেক তৌহল্লে। বৃন্দা, বেগ হাংদোক্তুনা পৈশা পীগে তৌই। বৃন্দানা বেগ হাংদোক্লিঙৈদা দাসনা পৈশা থাদরকই। "ভৈয়া করিগীনো ভৈয়ানা পৈশা পীবীরিববো? ঐগী পৈশা য়াওজরিয়ে।" "সে! হায়দুনা দাসতা বৃন্দানা পৈসাদু হঞ্জিল্লি। দাসনা পৈশা লৌ হায়বা য়াদনা মপাল থোকখ্রে। মানা য়াদ্রবদুদদি বৃন্দা ফি য়োল্লিবা নুপাদুদা পৈশাদু পীরম্লগা দাসতা পৈশাদু হন্দোকপীখো হায়রম্লগা থোরক্লে।

দাসতি বৃন্দানা পৈশা পীরম্বদু মপাল থোকখিবনা উহৌদ্রে। বৃন্দাগা বালাগা দুকান্দুদগী থোরক্লে। দাসনা চা থকখিসি, মখোয়গীরোমদা চৎলুসি হায়না অমুক থেম্মী। বালানা — "ভৈয়া! ঐখোয়দি চা থক্তে, ইকাইবা খর খরা খঙনসি" হায়না বঙ্গালি মরোলদা খরা কল্লপ হায়রুবদগী দাস য়াম্না নুংঙাইতনা বৃন্দানা চৎখিবা মায়কৈদা য়েংদুনা লৈহৌই। দাস চিংনরক্তুনা ঙসাইগী দুকান্দুদা অমুক চংখিবা উই। পৈশা লৌরুবা ওইরমগনি। মানা খনখি — "মৈতৈ নুপীসিদি ইরাই লায়দেদনা! মবুকচেল য়াম্না চেৎলিদা! মবুকচেল খরা চেত্তবা পৈশা পাম্বী নুপী ওইরম্লবদি ফগদবা!"

শোমদা বৃন্দা দাসনা মঙোন্দা য়েংলকখিবা মিৎয়েংদো রোমেন্দা তমজনীংলবসু তম্বদি ঙমদ্রে।

ফুরিত্তুদি হেঙ্গর খরসু লৈরক্তুনা হেঙ্গরদা য়াল্লগা থম্মী। মথংগী নুমিৎনি। বৃন্দা মানা লৈরকপা ফুরিত্তু রোমেনবু লিৎহন্নীংদুনা রোমেনগী নুংতিগী লিৎপা ফুরিত্তু সরপ খরা হাপ্লগা বকেত্তা তিংশিনবীরম্লে।

রোমেন ফুরিৎ অহনবা অমা হেঙ্গরদা য়ানবদি উরে। খোঙগ্রাও শেৎলগা মোজা ফুরিৎ অমা লিৎলগা মাগী ফুরিত্তু কোইথি থিদুনা লৈবা উই। বৃন্দা অয়ুক্কী চাগা তনগা পুথোরক্তুনা রোমেন্না চানবা টেবলদা থম্মী। রোমেন্না তন চাবা, চা থকপা লোইরকপগা মপা চানা বৃন্দা হেঙ্গরদা য়াল্লিবা ফুরিত্তু লৌরগা রোমেন্দা পীশিল্লি।

রোমেন ইকাইজবগুম তৌনা — "নংনা অসুক মমল য়াম্বা ফুরিৎকা লৈরুদুনা ঐবু লিৎহন্নীংলিবা। শিনফম্নগা উফুল মরক্তা শুবা থবক ওইনা তৌরদনা।"

— "মী তাখিবতারে তপ্না ঙাংবীয়ু।"

বৃন্দাগী মখুত্তগী রোমেন্না ফুরিত্তু লৌবদুদা বৃন্দানা হরাউজবদুদি করি হায়না থারসিগে?

অতপ্পা ৰাহৈনা হায়জরকই —

— "ঐনা থম্মোই শেংনা তারোমনগী খুদোল অমখক্তং তমজবদা হরাউনা য়াবীবসে ঙসি মঙাইরি। ঙসিসে ঐগীদি খ্বাইদগী লাইবক ফবা নুমিৎ হায়বদু ওইরে। পুন্সিসিদা মীগী মতেংতনা হিংবা তারবসু অশেংবা থম্মোই অমনা কনাগুম্বা অমগীদমক ঙসিসু অদুঙৈ বারুনীগী অহীংদা অঙম্বা চীংমায়দুদা কোক কায়রবসু কায়না খুজেং পায়দুনা চিংখৎপীখিবদো কাউবা ঙমজদ্রি। গুন্দাদুগী তাবদা ৰারবা মীচৈ খরদুনা ঐগী পুন্সিগী লম্বী খুদক্তা মমায় চুম্বীখিবনি। নুমিত্তুদগী হৌরগা ঙসি ফাওবসিদা অতোপ্পা নুপা অমগী ৰাখল খঞ্জরক্তবনি। অদুবু ঐগী লাইবক্না সুম থোকউ তম্লম্বনা ফোংদোকপা ঙমদনা পুন্সিগী অৰাবা খরদি খাঙবা তারিমাল্লে। নুংদি নংশিরকইদা অমুক হন্না লাক্রবোইদবা অহীংদুগী ৰারীদো! মতমদুদা নোংঙাল্লমদাইদা শিৎখিবা বারুনী চীংথক্কী অয়িংবা নুংশিৎকী কল্লবা শাহুমদুদা মীয়ামগী মীনিল মরক্তুদা থম্মোইদা তাখিবা নুংশিগী মমিদু ঙসি ফাওবদা অমোৎপা অমত্তা পক্রি। পুন্সিসিদা থারবা পোৎশক অমনা মাংদা লেপ্তুনা খনগ্নবসু মমিদুবুদি মুথৎপা ঙমগনি নীংদে। খাংঙু থক্তা উথক্তা কাদুনা থৌরি য়ান্দুনা শিজরম্লগদবা, অমুকসু তুরেলদা চোংথদুনা থবায় মাংলম্লগদবা ঐগী পুন্সিবু ঙসি ফাওবদি হিংহনবীরি। লুম্লবা পোৎলুম অমসু ইশাদা য়াওশিল্লক্নে। ঐনা ঙসি চৎলিবা লম্বীগী পম্বুংফমসিবু কদাইদনো হায়বা ঐ ইশাসু খঙজদে। মীঙোন্দসু করম্না হংগনি। খল্লরোই হায়বসু তাইবংগী মপোক্তা নুপী ওইনা পোক্লুরবনিনা ৰাখল খনবা ঙমদবা জিবমক্তি নত্তবনা খল্লুদবা ঙমদে। কোক অসিদা অৰাবমখৈ লোইনা হৌনদুনা তপ্না-তপ্না চংলক্লগা ঐবু ইথৌ চিলহনবীরি। মী অমগী মফমদা তমথোরকপদা তারিবা মীদুনা তাবা নুংঙাইরোইদবা ঐগী ৰারীশিংসিবু কনাগী মফমদা লোইনা মরিক চুন্না লীদুনা তাহল্লসিগে? তারোমেন! নংগা ঐগা ঐখোয় অনীতনি ঐগী ৰারীসিবু শেংনা খঙলিবা। মী কনানসু খঙবীরোই, খঙসু খঙহন্নীংদে। খঙদে, অসুন্না-অসুম, কয়াম কুইনা, কয়াম ৰাবা, কয়াম শাংবা পুন্সি অমা লেনখিদৌবা ৰাৎলিবা?"

হিক্লা-হিক্লা পুক্লিং নুংশিনা মমিত্তগী তারক্লিবা পিরাংদু তৈথোকই।

রোমেন — "নং ৱাখল জাৎ-জাৎ, নত্ত-নত্তবা ভাক্তা খঞ্জিন্নমান্নে, মদু তৌগনু। ঐনা নংবু চিংনবা করিসু লৈতে। নোংমা নত্তগা নোংমদি নংগী নীংবা শোয়দনা থুংজরকনি। মদু ফাওবদংদি ৱারবসু ৱানা ঐখোয় অনী খাংমিন্নবা তারেদনা?"

বৃন্দা ৱাহৈনা হায়দ্রগসু মবুক্লিংদদি খঞ্জরুই — "করম্বা ঐগী অনীংবা, অপাম্বা অমা তারোমেন্না থুংহনবীগদৌরিবা? মদুগী মতন্না কয়াম ৱাৎলিবা? অঙাং অসিনা পোক্লবা মতুংদা ওইগদৌরিব্রা? পৃথিবীসিদা লৈরিবা মীশকশিংসিগী মনুংদা ঐনা খ্বাইদগী পামজবা অমদি নুংশিজবদি মাতনি। ইমা-ইপাদগীসু তারোমেন্না হেন্না নুংশি। মানা ইনাক্তা লেংদনা লৈবগীদমক ঐনা ৱাববসু ৱানা হিংবা ঙমজবিবনি। মিকুপ অমত্তা ওইরবসু পোৎথাজবনি। মানা ঐগী ইফমদগী লাপথোকখিবা নুমিত্তা ঐ শোয়দনা শিগনি। মানা ঐবু অতোপ্পা অমগী নুপী ওইনা লুহোংলুরবীনি, নুপী-নুপা ওইবগী পনবদা ৱাববা মোৎলবা মবী অমনা পুল্লুববনি হায়না য়াম্না হঙোইনা লাপ্পা থম্বগুম তৌরি। অদুবু ঐনদি মাগী মফমদা থল্লিবা মিৎয়েং অমদি ৱাখলদি মদু নত্তে। মসিবুদি মানা খঙবীদে। খঙবীদ্রবসু মানা ব্রহ্মচাবি ওইবথসু ঐদি মঙোন্দগী লাপথোকপদি ঙমজরোই।

বৃন্দানা পামজনা লৈরকপা ফুরিত্তু লিৎলগা রোমেন চৎখিবদু বৃন্দা মিৎলুদগী পিরাং মরক্তা নোকমি-নোকমি তৌবা শকফমদা য়েংদুনা লৈহৌই। থোঙাল য়ৌরগা বোমেনসু পুক্লিংদা ঙসিদি করি খল্লুরবনো বৃন্দাদা ওনশিল্লগা য়েংলকই। মানা মমায় ওনশিল্লকপদা বৃন্দানা লেপ্তুনা মাবু পামজনা য়েংলম্বদুদা রোমেন কাউদুনা মখুত্তু থাঙৎলগা বাই-বাই তৌরকই।

বৃন্দাসু খঙহৌদনা ঙসাইদগী ৱাখলদা উংলুবদুনা মখুত্তু থাঙৎলগা রোমেনগী বাই-বাই ওক্লুবে। মখুৎ থাঙত্তুনা বাই-বাই তৌরুবদু জ্ঞান তাবকপদা রোমেন ঐনা তৌরিসিবু, ঐবু ভাব অমা ইকাউ-কাউবগুম খল্লুরে। কোন্নদি ইকাইরক্লে। বৃন্দানদি শোমদা থোইনবু হরাউজে। ঙসাইদগী মখোয় অনীগী মতৌদো লোন্না ফিশাকোন্দা ইন্দিরানা হুরান-হুরান চেপথ-চেপথা য়েংলিমান্নে। রোমেন্না ফুরিৎ অহনবা অমা লিৎলগা থোকখিবদু ইন্দিরাসু উহৌবদুদা —

"হায়! আনন্দি! ঙসিদি নখোয় অনী নহানখৈগা মান্নদেকো! রোমেন্দো নংগী ফুরিৎ অহনবদু লিৎপদুদা মোন্দা খরা নুংঙাইরমদৌ মাল্লি। নুংঙাইথোকউ ইবেম্মা! শিরগা ইহে হায়দুনা তোক্কদবা মপোক্লি।"

রোমেনসু মোন্দা অমদা তাউদুনা বস তোংলগা থবক মফম য়ৌনবা লাকপনি। বস স্টেন্দ য়ৌদুনা বসতু ঙাইহাক্তুং খাম্মী। মী অমা-অনী কুমথরগা সৎ অমুক থৌবা হৌই।

রোমেন্দি বৃন্দাগী ৱাখলদা তাউরুরমাল্লে। ঙসাই বৃন্দানা হায়খিবশিংদু মথং-মথং নীংশিংলগা ফমদুনা লাকপনা বস স্টেন্দ য়ৌরে কুমগনি হায়বা কাউরুরমাল্লে। মানা ভাব তারকপদা কুমথফম য়ৌরম্বদুদা মা কুমখিগে বস অমুক্তা খাম্বীখো হায়রকই। কন্দক্তরদু খরা শাওই। গাড়ীদি থৌবা হৌরে। ঙসাইনা কুম্বা য়াদ্রো হায়না চৈরকই। থোংদু পায়রগা হাইফেৎ খাম্বগুম তৌরিঁঙেদা রোমেন গাড়ীদগী চোংথরুরে। লৈমায়দা থরো-মাল্লো ওন্দুনা তাহৌবদগী মমায়, মখুৎ, মখোঙ মফম কয়াদা লোইনা হুবাত্তুনা ঈ থোক্লে। মখোঙ ওই থংবদুসু থাবা য়াদ্রে। বসতুদি য়েংলমদনা অদুম থৌখ্রে। বৃন্দানা নৌনা লৈজরগা অহনবা ওইনা থোঞ্জরকপা ফুরিত্তুসু মচি-মচিদা অয়াম্বা শরুক্তা শেগায়রে। মী খরা চংশিল্লক্তুনা রোমেনবু ওটোরিক্সো অমদা হাপ্লগা হোসপিটালদা পুবীখ্রে।

থবক মফমদগী য়ুমদা রোমেন ময়ুমদগী থোকখিবা পুংমুক লৈরগা য়ৌরক্তে কৈদৌরবনো হায়না টেলিফোন তৌরকই। ইন্দিরানা চৎখ্রবনি খুম্মী। ঙাইহাক অমুক কান্নরগা টেলিফোন অমমুক তৌরকই। রোমেন বসতগী তাদুনা শোকপদগী গুৱাহাটি মেদিকেল কলেজ হোসপিটালদা কেজুএলটিদা লৈরে। টেলিফোন্দু ইন্দিরানা পায়রুবনি। মানা খল্লি, "আনন্দি মশা ৱাই শঙদবা মতাংগী দাও য়াদবদু তৌরেদনা। অসিগুম্বা মতমসি নুপা দাও য়াদে হায়নবদু চপ চানা মঙোন্দা থোক্লেদনা। ঐনা পাউসিবু তম্বদা আনন্দিদুবু পাখত্তুনা তোক্লদ্রা? হৌজিকৱাইদা ফুরিৎ অহনবা অমা থোনজখিবগী হরাউজবদু খুদক্তা দষা ওইনা তারবা। মখোয় অনীগী মরায়বকসিসু ওম্ব্লোক্লা ফৎখিদ্রেদা। য়াম্না থীনা শোক্লমদ্রবদি ফগনিদা।"

ইন্দিরা বৃন্দাগী মনাক্তা চংলক্তুনা — "ইবেম্মা! ঙসিদি নং স্কুলকা চৎলুরনু! চাকপু থোঙলব্রো?"

"থোঙগে তৌরিয়ে ইন্দোমচা।"

"থোঙঙুখিনু! রোমেন্দো!"

ঝাহৈদু হায়বদা ঙাইরি। মাসু রোমেনগী ঝাখলদা মোন্দ্রং চুদুনা লৈরম্বদুনা — "ইন্দোমচা তারোমেন কৈদৌরে হায়বনো?"

"পাখৎখিনু! থীনা শোকপা নত্তে। গাড়ীদগী কুমথবদা তুশিনবা ওইরমাল্লে।"

— "ইস! করিগীনো ঐনা পামজনা থোঙ্গবা ফুরিত্তু লিৎলগা য়াম্না হ্রাউনা থোঙ্গালদগী মখুৎ হাইরম্লগা থোকখিবদা এক্সিদেন্ট থোক্লবা? মা শিরবদি কমদৌনি ইন্দোমচা?" ঝাখলদুনা হেঞ্জিনখ্রমাল্লে, বৃন্দা মকোক পায়রম্লগা লৈমায়দা তুথখ্রে। মীসু ইন্দিরাগা ইপুগদনি। ইন্দিরানা লঝাইদা ঈশিং থাদুনা মথবাক্তা নমদুনা ঙাইহাক লাক্লে। বৃন্দাদি অসিগুম্বসি খরসু তোয়না তৌরে। মা জ্ঞান্দি তারে। মকোক্তু য়াম্না লুম্মী। বৃন্দা হিক্লা-হিক্লা কপথোরক্লে।

"তারোমেন! নং য়াওদ্রবদি ঐ সংসারসিদা ইতোমতা হিংগদবা কিজে। ঐগী কনাসু লৈজদে। নং নত্তনা ঐগীদমক থম্মোই শেংনা নুংশিবীনবা কনাসু লৈজদে"।

নুপাসু ইপুদগী হেন্না কনাসু লৈতে। হোসপিটালদা কনানা চৎলগা পাউ লৌরুগনি? হায়নরিঙে তাঞ্জাদুদা গীরিধারি গেস্তগী মাগী নুপী পাকপীগা লোইননা মারুটি কারদা থৌজিল্লকই। বালাসু স্কুল চৎখিবদা ঙাইরি।

ইন্দিরানা মচে পাকপীদা — "ইচে! রোমেন্দো গাড়ীদগী কুমথবদা তাদুনা শোক্লে হায়। গুঝাহাটি মেদিকেল কলেজ হোসপিটালদা পুখত্তুনা লৈরে হায়না পাউ লাকই। অদু করম তৌশিগে? কনা-কনা চকনি? ইতৈবু খরা চৎপীবা ঙমগদ্রা হংসিবা?"

"ইহে! মাদি করম হায়না তৌরুরিবজাৎনো? কয়াম থীনা শোক্লিগবা?"

গীরিধারি মনাওনুপী ইন্দিরানা মচেদা তল্লিবা পাউদু মাসু তাবদুদা — "ইবেম্মা, আনন্দি! নফিককা লোইশিল্লব্রা ইপাগা চৎপা তারেদনা! ওহ্লোকপা দম্বা হায়বদুনি।"

ইন্দিরা মাসু য়াওগে হায়দুনা মফি হোংদোকই।

"চাক-ঈশিংদি ইচেনা খরা হোৎনবীরম্মো?"

"য়ানি, য়ানি নখোয়গী চৎকদবদো চৎনবা তৌরো!"

ইন্দিরা ফি-রোল, ফক, ব্বাটরবেক পুথোরকই। মকোক খুম্নগা মনীংগী সিত্তা কাখৎখ্রে। আনন্দিবুসু লাকও-লাকও হায়না কৌশিনবীরে। আনন্দিসু মনীংগী সিত্তা কাখত্তুনা মন্দোমচাগী মনাক্তা ফম্লে।

গীরিধারি গাড়ী থৌরগা থোঙ্গালদগী থোরকই। বৃন্দা নুংহিক্লনা হিক-হিক তৌরগা ইন্দিরাদা তুথরগা ইন্দোমচা হায়না কৌরকই।

মাগী অব্বাবা মতৌদুদা গীরিধারিনা — "কপকনু! ইচাসিদি নখোয়গীদমক ইপা লৈরিবসিদি। মীওইবগী দষাবু তম্বা ঙম্লা? পুন্সিগী শিন্থা হায়বদো মসিসু য়াওরিবনি। নুংঙাইদনঙাক্তা অনা-অয়েক য়াওদনা লৈরবদি মদু পুন্সি নত্তে। অসিগুম্বা ঙাইহাক অমুক ব্বাবা মতেক খরমুক নুংঙাইবা ময়ামসিনা পুল্লগা পুন্সি মপূম অমা শাগদৌরিবনি। অসিগুম্বা থৌদোকশিংসে থেংনবা মশীং য়াম্মন্দুনা ইপাদি হৈবু হৈনরবনি। ইপা লৈরি নং করিমত্তা ব্বারুগনু! অসি হায়না থেমজিল্লি।

ব্বারী শারিঙৈদা হোসপিটাল য়ৌরদুনা গাড়ীদু পার্কতা থৌজিল্লগা খাম্মী। গীরিধারিগী মতুংদা ইন্দিরাগা বৃন্দাগা ইন্নদুনা চংমিন্নখি। মখোয়গী থবক শুমিন্নবা মী অম'নিসু মফমদুদা পাউ তাবদগী হান্না লাক্তুনা লৈরম্লে। বীনোদসু য়াওরম্মী।

গীরিধারি উবদা বীনোদনা আসামি মরোলদা — "অংকল! রোমেন শোমদা লৈরে" হায়না তাকই।

রোমেন্দু মমায় মমিৎ লোইনা খামলে। বেন্দেজ পুনবনা মশক্তু মাবু মাম্রে। কোক্তুদি থোইনা শোক্তবনা অরুববুদি ওইরোই হায়রি। অদুবু মখোঙ ওইথংবদি য়াম্না নাই, লেং-খোৎপা য়াদে হায়দুনা এক্সরে অমা লৌশি হায়রি।

বৃন্দা রোমেনগী তৌরিবা মওংদু উরুবদা নীংঙমদবগী পিরাংনা মিৎলুদগী তপ্না-তপ্না চেন্থরকই।

ইন্দিরা রোমেনগী মনাক্তা চংশিল্লগা — "রোমেন! নংবু নমিৎ পাংবা ঙমদ্রব্রো? সে! নমিত্তু অমুক্তা পাংথোরকউ! আনন্দিসু লাকএ!"

রোমেন মমিৎ অনীদু তপ্না পাংথোরকই। মা বৃন্দাবু উরে।

বৃন্দা মাগী রুমালদুনা রোমেনগী মিৎলু অনীদু চংশিল্লগা তৈথোকই। মানা পামজনা লৈরগা লিৎখিবা ফুরিতুদি লিৎলমদ্রে। লৌথোক্লগা মখুৎশু করিসু বেন্দেজ ঙাক্তা পুনশিল্লম্লে। লুখুমদা তাশিন্দুনা থল্লিবা ফুরিত্তুবু উরগা বৃন্দা শাওনীংবা পোক্লকই। মানা হরাউ-হরাউ পৈশা পীজগে তৌবদা বীনোদ দাসনা পৈশা হান্না পুথোক্তুনা পীখিবা, মদুদা মানা খরা শাওনীংদুনা দুকান্দারদুদা পৈশা নমদুনা পীশিল্লম্বগী চয়েৎনবা খরা লৈখিবদুনা ফুরিত্তুনা ফত্তবা মরম ওইরগা রোমেন্দা দষা তাররিব্রা খল্লকই। মদু নত্তুগা রোমেনগীদমক্তা মানা পামজনা পোৎ অমা থোনবদা ঈশ্বর ফাওবনা য়ানীংদ্রবরা?

অয়ুক্তুদা নহানমখৈগা মান্নদনা থোঙ্গালদগী মানা ঐবু হন্না য়েংলকখিবা, মখুৎ ফাওবা থাঙ্গৎলগা বাই-বাই তৌরম্লগা চৎখিবদুনা অসিগী ফিভমসি তাহনবীরবা। ঐখোয় অনীগী মতৈ-মনাওগী মরীসি তশেংবা নত্তে, শাশিন্নবনি, পুন্সিগী অশেংবা ওইবা য়ারোইদবগী খুদম্লা? মসিগী পলসিসু ওহ্রোক্লসু কল্লিদা চীংজাও অমনা ইমাংদা থিংবগা চপ হেক মান্নে। বৃন্দাদু জ্ঞান তাবা ঙমজদে।

গীরিধারি হান্নদগী খরা হৈ-শিংবনা ডাক্তরগী কাদা চং-চংদুনা ডাক্তরশিংগা উনরুরে, এক্সরে লৌগদবা টেক্নিসিয়ানসু উনরে। ঙাইহাক লৈরগা রোমেনবু কৌশিল্লক্তুনা এক্সরে লৈবা কাদুদা ট্রোলিদা হিপহল্লগা ইনশিনখ্রে। এক্সরে লৌবা লোইরগা রোমেনবু ট্রোলিদা হিপহল্লগা অমুক ইহ্রোরক্লে।

হিদাক চানবা অমদি কাপ্পবা ডাক্তরনা ইরগা পীরকপশিংদু গীরিধারিনা শুনবা বীনোদ দাসপু থারগা লৈহল্লুরে। বৃন্দা অয়ুক্কী চাক চাদ্রি মতমদি নুংথিলগী পুং অনী তাশিল্লক্লে। মন্দোমচা ইন্দিরানা চাক থিনবীরক্কে হায়বদা অয়ুক্কীদি চাররোই থিনবীরক্লনু হায়রে। অদুদি নুমিদাংগী ওইনা খরা ঙন্না থিল্লক্লগা অহীং লেকমিন্নবা ননাও বালাদু থারক্লগে হায়রম্লগা ইন্দিরা চৎনবা থৌরাং তৌখ্রে।

গীরিধারি বীনোদ দাসতা ওনশিল্লগা — "বীনোদ! নংদি ঙাইহাক্তং লৈহৌখো। নংগী মরুপকী অবাৎ-অপা খরা য়েংবীয়ু। অংকলদি অমুক চৎলুখিগে?"

— "রোমেন! নংবু তারিব্রা? ইপাখোয় চৎলুখিগে, করিসু তৌররোই ফরনিদা, হোরেন চাক থিনবা ওইনা লাক্লগে?"

"ইবেম্মা! আনন্দি, ইপা অমুক হল্লগে নন্দোমচানা হায়বদো ননাও নুপী বালাদো হোরেন চাক থিনবা লাকপদা নংগা ৱারী-ৱাতাই তৌবা নুংঙাইনবা পুবীরক্কে।"

ইন্দিরানা গাড়ী মনীংদা মকোক খুল্লগা কাখত্তুনা ফমখ্রবদা গীরিধারিসু গাড়ীদা কাখত্তুনা গাড়ীদু থৌরগা য়ুমদা হনখ্রে।

বীনোদ দাস পাক চত্তুনা রোমেনগী মনাক্তা মোরাদা ফমদুনা বৃন্দানা তৌরিবা থবকশিংদু চেকশিন্না য়েংদুনা লৈ।

বৃন্দা রোমেনগী লাইবক্তা মখুৎ থমদুনা লাইহৌ লৈব্রা য়েংই। নহানমখৈদি ৱাহে খরা-খরা লিক্কা ঙাংনবা নত্তুনা ৱারী মপূম অমত্তা লীনদুনা অৱাবা কোক্লবা শানরক্তবনি। নক্লরগা লাপ্লবা মরী অমনা পুন্দুনা লৈরাই অনীনা নীংথিনা ঙাক্তুনা থম্বা তোঙানবা ঈচেল অনীগুম ঈশিং মরিক অমত্তা হেঞ্জিন্নদনা খৱাংনা চেল্লিবা ঈচেলগুম্না অনীমক পম্থুংফম থিজরিবনি। অদুবু ঙসিগী অশোকপা অমা য়াওরকপসিনা বৃন্দা রোমেনগী ফমুং মথক্তা ফমদুনা লাইবক্তা লাইহৌ লৈব্রা য়েংজনবা তাঞ্জা অমদি ফংজবগুম তৌরে। লাইহৌ খরা লৈবদুদা রোমেনগী মখোঙদু পায়রগা ইংব্রা অমুক য়েংই। মখোঙ পায়রকপদুদা রোমেন্দু খংপ্রেক খংবগুম মখোঙদু সৎ চিংশিনখি।

"এ! খোঙসি য়াম্না ইংলেনা।"

বৃন্দা ফমুংদগী কুমথরগা ঙসাই মন্দোমচানা পুরকপা ৱাটর বেগতু পায়রগা ঈশিং অশাবা খরা লৌরুগে হায়দুনা নর্সশিংনা লৈরিবা মফমদু তানা চংখি। নর্স অমনা ঈশিং অশাবদো ৱাটর বেগতুদা হৈরগা বৃন্দানা মচিন চেৎনা লৈশিল্লগা পুরক্তুনা খুদৈ মচা অমনা য়োম্লগা রোমেনগী মখোঙদা থম্মী।

রোমেন — "নং ঙসিদি খরা ৱারেদো!"

"করিনো? অদুবু ৱারা? মীনা তারগা ভাব ফত্তুনা খনখিনি।"

বীনোদ দাস (হিন্দি লোন্দা) — "ভাভী! তল খরা লৌরুগে, ভাভীদি চাক লাম্লম্লগনি।"

— "য়ানিদা ভৈয়া। লৈবীরুন্নু!"

— "ঐ তল লৈরুখিগে"।

অসি হায়রম্লগা বীনোদ তল লৈবা থোকখি। নর্স অমা রোমেনগী অনাবগী ফাইল য়েংলগা (অসামি লোন্দা) "হিদাক অমা কাপকদবা লৈরি। নীংজোলদা ওইনা কাপ্লসি!" মখা তানা "নংবু অনাবসিগী নুপী নত্রা?"

— "মানি, মেদাম!"

— "অদু ওইরবদি মাগী খোঙগ্রাওসি খরা অমুক্তা শিৎথবীরো?"

বৃন্দাদু অমুক্তসু তৌরক্তবা থবক্তুবু, মপুরোইবনিসু হায়রুরে। রোমেন্দি মখুৎসু অনীমক বেন্দেজ য়েৎপনিনা মখুত্তি পায়বা অমত্তা য়াদে।

বৃন্দা ঋখল, পুক্লিং, মখুৎ লোইনমক সেকেন্দ খরগী মতমদু ঋবনা হুমাং অনপ্পী কারকই। নর্সনা হায়রিবনিনা তৌদবসু য়াদ্রি। মানা তৌদ্রগনা নর্সতুনা তৌবা তাবনি। মা অমা লৈরগা মাগী মমাঙদা নর্সতুনা মঙোন্দা তাক্লমদনা তৌরুরে, মানা ঋারৌগনি মদু হেক মাগী মমাঙদা তৌখ্রবসু মানা তশেংনসু য়ানীংগদবা মান্দে। মসিদি চৎনবীনি। নর্সতুদি মখুত্তা সিরিঞ্জদা হিদাক চিংবা লোইদুনা লৈরে। রোমেনসু ইকাইজদুনা মশাদু কিথি-কিরুম তৌরবনি। খোঙগ্রাওগী কোচিদু লৌথোক্লবা হোৎনরকই। নর্সতু মমায় হাইফেৎ লৈথোকখি। বৃন্দাদি মমায় কনখৎলকই।

"সে! য়াররোই, ঐ তৌজরগে!"

ঋাহৈদু হায়রগা মমায়দো হৈয়াই অমুনবমুক ঙাংলদুনা মখুত্তু নীক্লা-নীক্লা কোচিদু লৌথোকপা হোৎনৈ। রোমেনসু ইকাইবা খাঙই। নর্সনা হায়বদুগী মওং তান্নবা নীংজোলগী মপাগী খোঙগ্রাওদু বৃন্দানা শিৎথরগা পায়দুনা লৈ।

রোমেন তৌফম খণ্ডদনা, ইকাইরুবসু য়াদবা মতাং ওইখিবনা পূন্নমক অঙাং মচাগুম খাংবা তাখি। নর্সনা হিদাক্তু কাপ্পা লোইরগা বৃন্দাগী মখুত্তা লশিংদু পীরগা নোইয়ু হায়। বৃন্দা নোইবা তাখি। রোমেন হৈনদবগুম তৌনা খাংই। অদুগী তুংদা বৃন্দা খোঙগ্রাওদু অমুক চিংখৎপীরে।

হে তাইবংপান! মীওইবগী পুন্সিদা মণিপুরীশিংগী সমাজদা চৎনরিবা তোঙান-তোঙানবা পুন্সিগী মওংসিংসে খল্লুরগদি য়াম্না নুংশিনিঙাইনি। মৈতৈ সমাজসিগী চৎনবীসি য়াম্না লুবা অমদি য়াম্না লিরবা চৎনবী অমনি। য়াম্না থাক ঋাংই হায়না লৌবসু য়াই। ফজবা নিতি-নিয়ম অমগী মখাদা ইমুং অমগী খ্বাইগী

অহন্দা ইবুবোক, নুপী ওইরগা ইবেনবোক, ইপা-ইমা, ইনে, খুরা, ইন্দোমচা, ইয়াম্বা, ইচে, ইনাও, ইচন অসুন্না খায়রি। মচেদা মৌপ্পানা থমগদবা ব্যবহার, মবুংনা মচন্দা য়েংবীগদবা মিৎয়েং, মচিন-মনাওগী মরক্তা নুপী থিদ্রিঙৈদা লোইনগদবা, থিরবা মতুংদা মতৈমদা, মনাও নুপীদা য়েংগদবা মিৎয়েং, লোইনগদবা মওং য়াম্না কুপ্পী। মণিপুরীশিংগীদি য়ুম্বাল্লোন হায়বসি তুরেলগী লৈঙোইমুক কুপ্পী হায়নৈ। মশীংসু তুরেলগী লৈঙোইগী মশীংমুক য়াম্লমগনি।

মালেমগী অতৈ লম্না খঙবীবা ৱাৎলবসু পীক্লবা চীংলৈবাক মচাসিদা য়ুম্বাল্লোনগী মওংসি কুপ্না হাইফেৎ নৈনদুনা য়েংলুবা মতমদা ইরাই লাইদবগুম, খজিক্তুং চেকশিনবা ৱাৎপদা দযা হেক্তা তাগদবা মওং য়াম্না লৈরি। খজিক্তুং চেকশিনবা ৱাত্তুনা শোইখিবদা মীৱা ঙাংননবা মচাক ওইখিদুনা অৱাবা কয়া নংলিবনি।

মৈতৈ সমাজদি খ্বাইদগী মীৱা ঙাংনগনবা সমাজ অমসু ওইরি। বৃন্দানা ঙসি তারিবা দযা অসিমক খুদম অমনি। মতৈ-মনাও নত্তবদা মতৈ-মনাও মান্নবা হোৎনবা, য়াম্না নক্লগদবা মরী অমনা লাপ্পনা লৈরবদবু করম্না ৱারোইদৌরিবনো? অশোমদা অসুন্না লৈখিসনু।

তল লৈবা চৎখিবা বীনোদ দাস পরোথা অহুমখক য়োম্লগা পুরক্রে। আনন্দিদা পীরগা — “ভাভী! পরোথা লৈরমদুনা পরোথা অশাবা ওইনা লৈরক্লবনি। য়াম্না হাওই, ঐদি চারক্রে।” মানা পীজনীংবদো বৃন্দানা লৌখ্রবনিনা শোয়দনা চাবীরনি খঞ্জরি। মানা পামজরিবদি বৃন্দাগা মাগা অৱাই-অখুম তৌনদুনা ৱারী শারগা খরা হেন্না নকশিন্নবনি। মাদি হৌজ অনীরক্তসু ইকাইবা নংখ্রবনি।

ঙসিদি বৃন্দাদু বীনোদপু থোইনা হেন্না নুংশিদবা পোক্লুদবগুম তৌই। মখোয়গী থবক অমা’ম চেনবীবদুনা ওইরম্বসু য়াই।

মখুৎ-মশা শেংনা হামদোক্লগা পরোথা অমা দাসতা প্লেট অমদা হাপ্লগা পী। “ভৈয়া! পরোথা চাখিসি! ঐ ইতোমতা চাবা য়াম্মল্লি”। বীনোদ পরোথাদু লৌই।

বৃন্দা পরোথাদু চাবা হৌরে। মানা হাউনা চাবা উবদা বীনোদ দাসকী পুক্লিংনা পেঞ্জগুম তৌরে।

পামজবা মীদা পীজবা পোত্তু পান্না চাবীবসিমুক নুংঙাইবা কদাইদগী লৌরুদগে? দাসনা বৃন্দাবু পামজবগী চাং খরগা হেন্না ৱাংখৎলকপগুম তৌই।

দাসতু পাক-হেক চৎপা ঙমদদুনা মোরাদা ফন্নগা য়েংজনীংবা শকফম অমনা মমাঙদগী হেন্দোক্তুবনিনা বৃন্দাবু হুরান-হুরান য়েংদবা শানা য়েংলি। মতমদি অসুম থেংজিল্লক্লি নুমিদাংৱাই পুং মঙা তারক্লে।

গীরিধারি বালা পুরগা টিফিন কেরিয়ার অমদা রোমেন অমদি বৃন্দানা চানবা চাক থিল্লকই। তুম্নবা ফি-রোল খরসু য়াওরকই।

গীরিধারি —"এ! দাস! নংদি চৎলমদ্রি। থেংলে চৎনবা তৌরো।" (ৱারী পুন্নমকসি হিন্দি অমদি অসামিদা শানবা ঙাক্তনি)

— "ফনি অংকল! রোমেন বাবু! ঐ অমুক য়ৌরগে? ভাভী! অমুক য়ৌরগে? হয়েং অয়ুক ঙস্তা লাক্কে।"

দাস চৎখ্রে।

বৃন্দাদু দাস চৎখিবদা ৱাই খরা হেক শংবগুম তৌই।

বালাদু রোমেনগী মশক্তু উবদা য়াম্না নুংঙাইরমদে।

"দাদা! নংবু গাড়ীদগী কুমখবদো খরা চেকশিন্না য়েংলগা কুমথবা য়াদ্রো? হয়েং মখৈদি ফুরিৎ অহনবকা শুকলিৎ লিৎলুরনু।"

অশেংবসু বোমেন্না ফুরিৎ অহনবদু লিৎলমদ্রবা মা ৱাখলদু খল্লম্লোই। ফুরিৎ অহনবা লিৎলুবদুনা থোকপা এক্সিদেন্টনি হায়বসি য়াম্নমক চুম্লবনি। রোমেনসু খল্লি —

"অঙাংসিনা হায়রিবসি চুম্মীদা।"

ঙাইহাক ফমদুনা ৱারী শানরে। বালা লাকপদুদা বৃন্দা মপাং অমা য়াওরবনিনা ৱারী শানদুনা পোৎথাজবা য়াবনি। মখোয় অনীদি খরসু চান্নজবনি।

তুম্না-হিপ্নবা ফি-রোল, কাংখল ইন্দিরানা হাপ্লকপদুনা য়ারদ্রা হংলম্লগা গীরিধারি চৎখ্রে। অহনসিনা লম্লানবা মখোয় অনীগীদমক মপাগুম্না হোৎনবীরি। মসিসু অতাংবনি। গীরিধারি চৎখ্রবা তুংদা বৃন্দা বেশিন লৈরিবদুগী মনাক্তা চংদুনা মখুৎ-মশা শাপোন নোইদুনা শেংনা হামদোক্লুরে। বালানা পুরকপা টিফিন

কেরিয়ারগী পাত্রশিংদু অমমমত ওইনা লৌথোকই। মন্দোমচা ইন্দিরানা নীংথিনা শেম্লগা পীরকপনি। কোবীগা হৱাইমতেক্কী চমফুৎ, থাও ভৌদনা য়াইরগা পীরকপা মির্গল, হাৱাই মুগ থোঙবা। আনন্দিনা পামজবা ভেলন্দ্রি ইরোনবা অমসু য়াওরকই। প্লেট মচাদুদা চাক খরা খাইদোক্লে। তেক্কোৎ অমদা হৱাই থোঙবদু খাইদোক্লে। মির্গল অয়াইবদুসু থুম খরগা প্লেট মচিদা হাপ্লগা থম্মী।

"তারোমেন! চাক খরা চাবা য়াৱ্রা য়েংলসি!"

বৃন্দা ফদিদু ঈশিং খরা খিক্লগা ফদি অচোৎপদুনা রোমেনগী মমায় অমদি মচিম্বালদু নীংথিনা তৈথোকপীরি। মাগী সেবাদু উবদা বালানা মুন্না য়েংলগা—

"দাদা! নংসে খরা কুইনা নারবদি ইচে আনন্দিসে দাদাগী সেবা তৌবা খরদি হৈজরনি।"

"খঙদে, ইবেম্মা! নচে আনন্দিসে ময়ুমদা নুংঙাইনা লৈজরমগদবদা ঐনা মফমসিদা পুবীরক্কুনা ৱাহনবীরেদো!"

রোমেনগী ৱাহৈদুনা বৃন্দাগী থম্মোইদা দং লাওনা পানবগুম তৌই। মানা হেক-হেক অসুন্না হায়রকপসিনা বৃন্দাবু ৱাখল নুংঙাইনা খঞ্জগে তৌরকপদা অকায়বা হেক্তমক পীবীবা। অৱাবদা অমুক হেক্তা পুথবীবগুম তৌরি।

কোমদা তারবা মবুক কংবী হঙোই বোরোবীদুনা তপ্না-তপ্না হোৎনদুনা অতাউবা থম্না অমগী মথক্তা তোংজরে। ঙাইহাক থম্না মথক্তুদা শ্বর অশাংবা অমা হোন্দোকচরগা লৈরাই য়ৌনবা কন্না চোংজবনি। লৈরাইদা মমাংথংবগী মখোঙ অনীদুনা নপ্লগা মশাগী অরুম্বদু চিংখৎনবা হোৎনজৈ। অপীকপা মখোঙ অনীদুনা চিংখৎপা ঙমজদদুনা ঈশিংদা অমুক ওন্থরক্কুনা হান্নগী ফিভমদা হেক্তা তাখিবা।

বৃন্দাসু ফন কন্না থাক্তুদগী কাখৎনবা হোৎনজবনি। অদুবু রোমেনগী থৌনা হাৎপা ৱাঙাংদুনা মাবুসু কোমদুদগী কাখৎপা ঙমহনবীদ্রে। ৱাদি ঙাংদে, থম্মোই মনুংদদি মা কপ্নীংবা পোক্লে। রোমেনগী মমায়-মমিৎ শেংদোকপা লোইরগা চাক্তু মানা ইঞ্জগে খঞ্জবনি।

রোমেন্না বালাদা — "ইবেম্মা! চামচতু খরা লাপ্লকউ।"

বালা চামচতু লৌরগা রোমেন্দা পী।

বেন্দেজ যেৎপনিনা চামচ পাযবদু মওং তাদ্রে। চাক্তু অহানবা কোৎলগা পুখৎপদা চামচতু পৈরবনিনা তংখায অমদি চাবা হৈতবা অঙাংনা চাবগুম মখাদা তাথোকখ্রে। মাগী মতৌদু নোক্লিংবা অমসু য়াওবে। য়াররোই খঙলদুনা বৃন্দা চংশিল্লগা চামচতু মানা পায়রগা চাক ইনবীরুরে। মখুৎনা ঙা অয়াইবকাদু থুম খজিক্তুং হাপ্লগা শেৎলগা চাক্তুগা য়াম্না মুন্না তোৎলি। মখুত্তু হামদোকপা নুংঙাইত্রমাশ্লে, মখুৎনা চাক্তু অদুম ইশ্লে। মানা অমুক্তং অসুম্না ইঞ্জগে খনখিবদি হোটেলদা লৈরিঙৈদা রোমেনগী মখুৎ খুবাক্তা পোকথোক্তুনা চাক চাবা য়াখিদবা মতাংদুদসু খঞ্জখিবনি। অদুবু মতমদুদদি রোমেন্না কন্না য়াখিদবনা উপাই লৈখিদে। ঙসিদি বোমেন্না ময়া কাখত্তুনা চাবদুদা বৃন্দা মনীং তমজবগুম তৌবে। থম্মোই মনুং য়ৌনা নুংঙাইজে।

বালাগী মমাঙদা বোমেন মযা কাখৎকদবদু হেক ইকাইজে।

বালাদু অসুম য়েংলম্বদগী — "দাদা। ইচেনা চাক ইনবসে উবদা ঐদি তিনবু যোৎলে।"

বৃন্দাদু মনাওগী ৱাদুদা নোকফেৎ তৌজে। নর্স অমসু তাঞ্জাদুদা চংলকই। মখোয অনীগী মতৌদু উথোকখ্রে। নুপীদুসু নোকমি-নোকমি তৌই।

আসামি মরোন্দা — "ওস্থোক্না নুংশিনৈদা অনীসে। মতৈ-মনাও ওইবমাশ্লে। লুহোংবসু কুইদ্রিবা মাল্লি। লম লাপ্পা লাকপা ওইরমগনি। লাংফৈদা য়ুমদগী লাপ্পা লৈমিন্নবসে য়াম্না হেন্না নুংশিনবনিকো!"

বালানা ঙাংবা ৱাঙাং, নর্সতুগী হায়রকপা খোনফম পুন্নমক্না মখোয় অনীগী মরীবু হেন্না চেৎনা পুনশিন্নবা শীনবীবগুম তৌরি। অদুবু বৃন্দানা ফন-যাম্না অচেৎপা মরীদু হেন্না চেৎহন্নিংলবসু রোমেনগী থম্মোইদদি বৃন্দানা মাবু চাক ইনবীবা মতমদা "ইমানা ইনবীবনি" খল্লগা মিকুপ্তুদা বৃন্দাবু মমা ওইনা উবা ঙমহনবীয়ু হায়না ঈশ্বরদা নিজবগুম তৌরি।

অসুম্না তৌরমগদ্রা ব্রহ্মাচারিণী পুন্সি হায়বদো। মীওইবা হায়বা কাংলুপ্তগী অমুকসু 'নুপী' হায়বা মিৎয়েংদগী য়াম্না লাপথোক্লবা করিগুম্বা অতোপ্পা পান্দম অমা ফংনবা লাপ্পা চীংনুং-মানুংদা লোন্না-থুপ্না ধ্যান-তোব তৌনরি। রোমেন্না সংসারসিদা নুপী-নুপা অনীনা য়াম্না নক্না লৈমিন্নরগা, ইনখৎলকপগী খম-থেংনা

ঙাওনবা নুংশিগী ইপাক অমদা লৈরগা ব্রহ্মাচারি ওইবা ঙমগদ্রা? চাক ইঙ্গরিবা মানদি থম্মোইগী ঝাংলবা ইহুল অমগী মপাল তাংলগা ইথক-ইপোম হৌবা ঝাখলগা লোইননা ইঞ্জবদো চারিবা মানদি ইমানা ইনবীবনি খল্লগা চারি।

অয়েংবা ভাবোক অনীদুনদি কদাই য়ৌনবু খনবীগ্রবগে হায়বা ঙমদে। রোমেন চাক চাবা লোইরে। বৃন্দানা ফদিদু পায়রগা রোমেনগী মচিন্দু অঙাংগুম্না অমুক তৈথোকপীরে। রোমেনদু ঙসিদি লোইনমক য়াবা তারে। রোমেন্না চাবগী প্লেটতুদা বৃন্দা মাগী চাক অমুক খাইদোক্লে।

"বালা! ইচেগা চাক খরা চাখিসিদনা?"

— "ইচে! ঐদি পুক থল্লে। চাররোই।"

— "অদুদি ইচে চাক চাখিগে!"

বৃন্দানা চাক চারিঙৈদা বালা রোমেনগী মনাক্তা ফম্লগা হুমাই হুম্বী। রোমেনগী লাইবক্তা লাইহৌ লৈব্রা য়েংই। চাবা লোইরগা বৃন্দা কোল-লিক শেংনা ফেংদোক্লুরে। থবক অম'ম লোইরবনিনা মখোঙ-মখুৎ হামদোক্লগা তুম্নবা মখাগী ফ্লোরদা ফক অমা থারগা বালাগা মখোয় অনীগী তুমফম শেম্মী। মতমদো নুমিদাংগী পুং মাপল তারক্লে। রোমেনগী তুম্লমদাইদা চাগদবা হিদাক পীজবা লোইরগা কাংখল নীংথিনা থাদুনা রোমেন পোৎথাহল্লে। রোমেনসু অদুম তুমথখ্রে।

বালাগা বৃন্দাগসু মখাদা কাংখল মনুংদা চংলগা ঝারী শানা-শানা অদুম তুমথখ্রে। হোসপিটালদা লায়েংবা লাকপা অনাবা অমদি সেবারি ঙম্নমক তুম্নখ্রে।

বৃন্দা মিকপ অমা তুমথরুরে। মাগী নাকোংদা মী নাহেবগী মখোল অমনা তুম্বা য়াহন্দ্রে। বৃন্দা মিকপ খংথোক থোকই। নাহেরিবদু রোমেন ওইরম্লে। বৃন্দা রোমেনবু হন্না-হন্না কৌই।

রোমেন খুম্লকই।

বৃন্দা — "নাহেরিবদুবু য়াম্না নারব্রা?"

— "হা! ঐবু নাহেখিব্রা?"

— "তারোমেন্না নাহেবগী মখোলদনি ঐনা মিকপ থোক্লিবসে।"

— "ও ! ঐদি অৱাবা মঙ অমদা য়াম্না তাম্নবা মফম অমদা চৎলুরেদনা ! ওঙ্গোক্লা পুক্লিং নুংশিরকইদা।"

— "মঙদা কদাই তানা চৎপীকৱবনো হায়বীরিবসিবো ?"

— "ঐবু ঐগী হৌজিক্কী মঙদুবু নংঙোন্দা লিরসিরা ? লিহৌদ্রবদি শোযদনা কাউখিবসু য়াই। অদু অহীংদা মঙ তম্বদি তৌহৈদে হায়নবা নত্ত্রা ?

— "লিবীয়ুবা কৈদৌবগে ? ৱাদুনত লাক্লবা পুন্সিসিদা অহীংদা মঙ তম্লুবগী হেন্না অৱাবা অমা লাক্লবসু থেংনবা তারেদনা ! তাজগে লিবীরো ! অহীংসিনা হেন্না তুংগীদমক য়াম্না মরুওইবা পুংফম অমা ওইরকপসু কনানা তম্বা ঙম্মী ?"

"অদুদি ঐ লিরগে, নং পুক্লিং চংনা তারোকো। মঙগী অশেংবা পাউদমসিদা নং নপুক্লিংদা লান্নদি খক খল্লুগনু !"

বোমেন্না — "নংগী নচা নুপা অমা পোক্লবগুম তৌই।"

অহানবা ৱাহৈদু হেক তাবদা বৃন্দা শ্বাই লাউবগুম তৌই। মখা তানা অঙাংদু মখোঙ কাযে-কাফে থাংদুনা চৎপা ঙম্বগুম তৌরে। য়াম্না নুংশিরে। মখোঙদা খোঙজি শি, মখুত্তা খুঁ ঙ্গি, মনাদা সনা লোইনা শি অমত্তা ৱাত্তে। ঐনা অঙাংদুবু ঐমক্কী ইচানি হায়দুনা ইবেংবান্দা নুংশিনা তোংহল্লগা পুদুনা অসুম চৎখি। অসুম চৎপনা নুমিৎ তাশিল্লক্লে। নোংপোক থংবা অতিয়াদা পূর্ণিমাগী থাজসু য়াম্না পাক-চাউনা থোরকপা উবগুম তৌই। অদুগা নোংচুপলোম থংবা মায়কৈদনা ঙাংঙ্গানবা নুমিৎনা মাগী নোংমগী থৌগাই লোইদুনা চংগদবগী ঙাইদুনা লৈবগুম তৌবা উই। নুমিৎকা থাগা মথৌ শিন্নবগী মওংনি। ঐ তুরেল অমগী মপান্দা অসুম মাংলোমদা চংশিল্লি। তুবেলদু গঙ্গারা ব্রহ্মাপুত্ররা হায়বা ঙমদে। তুরেলদুগী অশোম ৱাংমদা চাউরবা চীং অমসু উবগুম তৌই। চীংদুগী মতোন্দা অঙৌবা মচুগী মন্দ্রিব অমা লৈ। মন্দিরদুগী মতোন্দা অমুকসু ফিরাল অঙৌবা অমা হাইবা উই। ঐনা চৎলিবদু মফমদু তানা চৎপগী ৱাখলদনি। অদুবু চীংদু কাবা তারবদি তুরেলদু হান্না লানবা তাবনি। তুরেলদু ওঙ্গোক্লসু পাকখ্রে। অশোম ৱাংমগী তোর্ব্বান্দু য়াম্না তাম্না উখ্রি। তোর্ব্বান্দা হি হোনবা নুপা অমা লেপ্তুনা লৈবা উই। মা অচৎ-অওক হি লানবীগে হায়না ঙাইবা

মাল্লি। মাগী হিদুদা ঐ অঙাংদুগা লোইননা কাখৎলগা তোংদুনা ইপাক্তু লাম্বোক্লে। ইপাক্তু লাল্লগা ঐগী খোঙচৎ লোইদ্রিবনা অঙাংদু হান্নগী মওংদা লেংবান্দা তোংহল্লগা অঙম্বা চীংদু অমুক কাখৎলকই। ৱারবসু ৱানা মন্দির য়ৌগদৌরে খল্লুবদা হরাউবা পোকই। মন্দির মতোন্দগী ফিরাল অঙৌবদুসু কন্না হাইরি। মন্দির লৈরিবা অদোমদগী নুপীগী খোঞ্জেল অমনা ঐগী মিং কৌবগুম তৌখি। খোঞ্জেলদু নংগী (বৃন্দাগী) খোঞ্জেলগা য়াম্না মান্নবগুম তৌখি। ঐনা মখাদা য়েংথরম্বা ঙকসি থাঙ্গৎলগা য়েংলুবদা অঙৌবা মচুগী ফিজেৎ ঙাক্তা পুমঙৌ ঙৌনা শেৎপী ফজরবী নুপী অমগী মুর্ত্তিনা মন্দিরদুগী অকোয়বা দারিদা লেপ্লগা ঐবু মখুৎ খৎলগা লাকউ হায়না কৌবগুম উখি। ঐগী লেংবান্দা তোংলিবা অঙাংদুসু য়াম্না হরাউনা খুবাক মচা অনীদু খুরগা নোক্লকখি। মিৎকুপ অমগী মতুংদা মুর্ত্তিদু উখিদ্রে। মফমদু চীংদা পাইবা লাইচিলনা পুমকুপ কুপশিনখ্রে। ঐগী পুক্নিংদা চিংনবা অমসু ফাওরকখি মদুদি বৃন্দাদি হোসপিটালদা ঐগী অনাবা শেন্নদুনা লৈহৌবনি। মফমসিদা মাগী শক্তম য়াম্না মানবা নুপী অমনা ঐগী মিং পন্দুনা লাকউ হায়না কৌরিবসিবু?

ঐ উচিন-নাচিন্না মন্দির মনাক য়ৌরে। অঙাংদুবু লেংবান্দগী থাংথরগা ঙাইহাক মন্দিরগী সিরিদুদা ফমদুনা পোৎথারে। মফমদুদা মী অতোপ্পা কনা'মত্তা উদে। ঙসাই নুপীদুনা শেৎলম্বা অঙৌবা ফিজোলশিংদু মন্দিরগী থোং মনাক্তা লোইনা লৈবা উরম্মী। ঐনা করিনো তৌরিবসিবু খন্দুনা মন্দিরগী খারিবা ৱালদু পায়রুববু মিংশেল ঙাক্তা ওইরম্লে। লৈচিল থাবদুনা মরম ওইরগা মিংশেলদু মৈখু কাদুনা লৈরম্লে। ঐনা মিংশেলদু খুৎনা খরা নাল্লুবদা মনুংদু ইঙান-ঙান্না উবা ফংলে। অদুবু ঐ মিৎ অনীমক উইশিন্দুনা ঙাইহাক খাংবা তাখি।

ৱারী তারিবা বৃন্দানা — "করি তৌরে তারোমেন?"

— "ঐ ৱারী মখাদু লীররোই তোক্লগে?"

"ৱারী মখা লিথবিয়ু, ঐ ৱারীদো মপুং ফানা য়াম্না তানীংই। মনুংদা চংখ্রিবা নুপীদুগী খোঞ্জেলদো ঐগী খোঞ্জেল মাল্লি হায়খিবদাইনে?"

— "ঐ মন্দির মনুংদা উখিবা মুর্ত্তিদুদা পুমঙক ঙকখিবগী ৱানি।"

— "করিনো, ঐবু করি মুর্ত্তি ওইনা উবীরুরবগে?"

— "ঐবু ইচিল অসিনা নংগী নমাংদা কবন্না ফোংদোক্লসিগে মঙগী পাউদমসিবো?"

— "ফোংদোকপীয়ু কৈদৌবগে? মী কনাসু তাগদবা লৈতে, বালাসু নুংঙাইনা তুম্লি।"

— "মন্দিরদুদা লৈরম্বা মুর্ত্তিদু নংগী ফি থোঙদবা মুর্ত্তি ওইরম্বগী ঝানি।"

ঝারী তারম্বা বৃন্দা শ্বাই লাওনা খংবগুম তৌখ্রে। হায়রক্কদবা মান্দবা রোমেনগী ঝাহৈদুদা ইকাইজবগুম তৌখি। মশাদু হুমাং অনপ্পী কাবগুমসু তৌরকই। যৌবনগী ইথক খরসু হৌরকপগুম তৌখি। অমুকসু খঞ্জরকই — "ঝারীসিবু তারোমেন্না ঐগী মতম কুইনদগী নীংজরকপা পুক্লিংগী অপাম্বদু থুংহনবীগে খল্লক্রবজাৎলা?"

ঙাইহাক্তুং তুমিন লৈরুরে। ইকাইবা খরা ফরমাম্লে, মখা হংবা কিরক্রে। বৃন্দা য়াম্না তপ্না — "তারোমেন! ঝারী মখাদি?

— "মখাদুদনি ঐনা য়াম্না ঙক্লিবসি মুর্ত্তিদুনা ঐবু মনুংদা চংলকউ হায়না মখুৎ খৎলগা কৌরকই। মদু ঐনা মিংশেলদুদগী উবনি। ঐ তশেংনা কিবা পোক্লম্মী। অসুন্না ঙকচানরিঙেদা চাউশাংলবা মশা মউ ফরবা নুপা অমসু মশাদা মফি অমত্তা য়াওদনা নংগী ননাক তম্না করিম'ত্তা কিদনা চংশিনখ্রে। ঐ য়াম্না পাখৎলম্মী। মাগী চাউরবা মশাদুনা খনখিবনা নংগী নশক উবা ফংখিদ্রে। ঐ জ্ঞান পুম্মাং মাংখি। মিৎকুপ অমগী মতুংদা ইনাক্তা ফম্লম্বা অঙাংদু মাসু মফি য়াওদনা খোঙজি, খুজি, সনা, ধাদুগী লৈতেং লোইনা লৌথোক্লগা মুর্ত্তিদুগী মনাক তম্না মন্দির মনুংদা থুনা চংখ্রে। মাগী মশাদু অসুম অসুম পীকশিনখ্রে। মানা মুর্ত্তিদুগী মনাক য়ৌবদদি উপ্রাক্লনা শিৎলগা চংখিবগুম তৌই। মিকুপ অমগী অমুক মতুংদা ঙসাইগী নুপাদু অঙাংদু উবদা হঙ্গোইরমাম্লে, থুনা মমায় লৈরগা থোরক্লে। অঙাংদুসু অদুম উখিদ্রে। থংনবা মিৎকুপ অমদদি অঙাংদু নুপীদুগী গর্ভনুংদা চংখ্রবগুম নুপীদুগী মবুক্তো অসুম অসুম কংথোরকখি। ঐনা য়াম্না কিনা লাওগে হোৎনবদা চিনসে ফাজিনবগুম তৌখি। মদুদগী নংনা হৌদোরকপগা মপা চাননা ঐগী মঙ লোইখি। মিৎকপ থোরকপদা ঐগী খুৎ য়েৎ থংবসি খুকউ মখাদা নন্দুনা লৈরমখি। নংনা হৌদোরকপদুদা মপা চারুদুনা খুৎসে শৎতোকখিবনি। খুৎসে হৌজিক ফাওবা ননশিল্লুবদুনা শজিং হৌরি।

লোইখিদ্রবা ঐগী মঙলান্দুগী মখা তাবা ৱারীদি অদুম মফম খঙখিদ্রেদো! রোমেন্না মতমদুদা মমঙগী ৱারীদু নীংশিংলুরগা তাইবংপানগী মীওইবগী পুন্সিগা চাংদম্নদুনা য়েংখি।

বৃন্দা — "কদাইনো খুত্তো অমুক্তা পীবীয়ু। ঐ তপ্না তপ্না পায়জগে?"

বৃন্দা রোমেন্না তুম্লিবা ফমুংদুদা কাখৎতুনা ফম্লগা রোমেনগী মখুত্তো শজিং হৌবা ফনবা পায়বীরি।

রোমেনগী মঙগী ৱারীদুনা বৃন্দাবু অমুক্কা হেন্না মথুম-মরাং হৌহনবীবগুম তৌরে। অহীংগী পুং অনী তারকপগী কাংশি মখোল অনীরক হন্না কাং-কাং লাউনা য়ৈরকপা তায়।

বৃন্দানা মখুৎ নোইদুনা সেবা তৌবদুদা রোমেন্দো অমুক হন্না তুমথখ্রে।

রোমেনগী মঙগী ৱারীদুনা বৃন্দা তুমথখ্রবা রোমেনগী মায়থোংদা নুংশিনা য়েংলগা হিক্লা-হিক্লা কপচৈ। মিৎলুগী পিবাংনা লেপ্পা লৈতনা রোমেনগী মথক্তা কয়ারক হন্না তাখি।

রোমেন্না তুম্লিঙৈ জ্ঞান তাদ্রিঙৈসিদা নুংশিবা রোমেনগী লাইবক্তা অমুক্তংদি পেন্না চুপচনীংখি। অদুবু মানা লান্না খল্লুবা মিকুপ্তা চুম্না ফুরিৎ অমত্তং থোঙ্জকবা ফাওবদা ঈশ্বরনা য়াবীনীংদবগুম রোমেনবু অৱাবদা তাহনবীখি। লোন্না লাইবক্তা অমুক্তং মশা খঙদনা চুপ্লুরগা নুংশিবা মাগী থৱায অমুক পুবীখ্রবদি কমদৌগনি? অদুগী শরুকপুদি অৱাবা মৈচাক খাঙলগা অপাম্বা থাদোক্লগা নুংশিবনা ইনাক্তা লেংদনা লৈগদবা ওইরবদি ঐনা ফম্না পামজরবসু মাগী লাইবক্তদি চুপ্লরোই। বৃন্দা অপাম্বদু পাংথোকখিদ্রে।

নুপী মচা বালাদি নুংঙাইনা ফ্লোবদা থারিবা ফমুংদা তুমলি। জাৎ মশেন্নিনা অদুগী মথক্তা মীওইবা মশেন্নীনা, তোৎন-তিন্নরবনিনা নুংশিনরে।

"লৈমিন্নরবদি হৌদোংদসু নুংশিরকই" হায়নবগুম বালানা বৃন্দাবু মচেদা মচেগুম্না খঞ্জে।

পৈশা পাম্বা কাংবুনা মরাল করিসু লৈজদবা বালাগী মপা লোবঙ্গোবু পৈশাগী মরৈ খরা তৌরুবগীদমক নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎপিখিবনি। মদুগী মরম্না মখোয়গী ইমুং পুন্না গুৱাহাটিদা যুম হোংলকখিবনি। মরাইবক থীহৌরবী ইন্দিরা

নুপা য়াওদনা শাংলবা পুন্সি অমা লেনগদৌরি। মচা অনী থুনা চাউবা ঙাইজবা নত্তনা অতোপ্পা আশা লৈজদে।

বৃন্দাদু ব্রাখল অসুম খল্লম্বদগী রোমেনগী মনাক্তা নক্না চংশিল্লগা মচিন্না রোমেনগী মনা ময়াদা নপশিল্লগা রোমেনগী মখুৎ পায়রগা তুমথোকখ্রে। কবিগীনো বৃন্দানা রোমেনগী মঙগী ব্রারী তারুরগা রোমেনবু হেন্না অপাম্বা পোক্লক্লিবা?

বালা মিৎকপ থোক্লককপদা মনাক্তা মচে আনন্দি লৈরমদ্রবদা কোয়েং যেংলকই। হৌগৎলগা রোমেনগী কাংখল হাইগৎলগা য়েংলুবা মতমদদি মচে আনন্দি বোমেনগী মনাক্তা রোমেনগী মখুৎ পায়রগা নুংঙাইনা তুমদুনা লৈরম্লে। অঙাং ওইজরগস্ চহী মতাংদুদি জ্ঞান মপুং ফারক্লবনিনা — "করিগীনো ইচে আনন্দিনা ঐগা তুম্মিন্নবদা পেল্লক্তদুনা ঙসি নোংমখক্তং এক্সিদেন্ট থোকপদগী হোসপিটালদা নাদুনা লায়কন্নরিঙৈসিদা নুপাগী ফমুংদা তুম্নিংলক্লিবসিবো? নুপী হায়বা জাৎসিস্ কল্লক খনবন্দি চাউবজাৎ ওইরে।"

বালা মখোয় অনীগী মতৌদু য়েংনীংলক্তদুনা মমায়দু ওষ্ট্রোক্লগা অমুক তুমথখ্রে।

নোংঙাল্লমদাইদা বৃন্দা মিক প থোক্লককপদা মতোমতা ইকাইজদুনা পাম্মুনা রোমেনগী ফমুং থাদোক্লম্লগা মখাদা বালাগী মনাক্তা চংলগা মখা তানা তুমখি।

বালানা খঙখিদবা মানবা বৃন্দাগী মতৌদুদা বালাগী পুক্লিংদদি মচে আনন্দিবু উরগা নোক্লিংবা পোকপগুম তৌখি।

নোং ঙাল্লে। মচিন-ময়া শেংবা লোইরে। বালাদি স্কুল চৎকদবনি। মাগী পাবুং গীরিধারি মচা লৌবা লাকই।

"কদায়, রোমেন! নংবু হকচাং খরা নুংঙাইরব্রা? ঙসিদি ঙরাং লৌখিবা এক্সরেগী রিজলটস্ ফংগদবনি। অদু নচনসে স্কুল চৎকদবনিনা অমুক ইপা পুবীখ্রগে? হোরেন নন্দোমচাবু চাক থিনবা ওইনা লাকহল্লগে? খঙদে, নং য়াওদনা ঐগী থবক্তো য়েংশিনবীনবা মীসু লৈতে। মন্দিরদুসু মখোঙ হৈবদি লোইহৌরে। মতম খরা লেপখো হায়বা তারে। ইপা থবক মফমদস্ ঙাইহাক য়ৌরুদবা য়ারোই।"

মচানুপী বালাদা ওনশিল্লগা — "ইবেম্মা চৎলসি"।

বালা — "দাদা ঐ চৎলুখিগে? হোরেন্দি ইচে আনন্দিগা তুমিন্নবা ঐখোয় মা ওইনা লাকহনবা তারে।" অসি হায়রন্নগা বালা মপাবুং গীরিধারিগা য়ুমদা হনখ্রে।

বৃন্দানা খল্লি, — "হায়মা! মাবু ঐনা অহীংদা তারোমেনগী মনাক্তা ঙাইহাক্তুং তুল্লিঙৈদা উখ্রবজাৎলমি? হোরেন লাক্লরোই হায়রল্লিবসিবো?"

মখোয় চৎখ্রবা তুংদা রোমেন মপাল য়ান্না থোক্লিংলক্লে।

মা বৃন্দাদা হায়বসু হঙ্গোইবগুম তৌই। ফমুংদগী মখাদা কুমথগে তৌই।

বৃন্দা — "করি তৌবীরবগে?"

"ঐ তোইলেৎ অমুক্তা চংলুগে?"

"করিনো হায়বীরিবসিবো? ঐ পেলা পুজবক্কে?

"পুরক্কনু! ঐ ঙমগদবা মাল্লি"।

"ঐনা সেবা তৌবসিবু তারোমেন্না পেনবীদবগী ৱারা?"

"অদুই ৱা নত্তে, ঐ ঙমগনি হায়বনি।"

রোমেন মখাদা মখোঙ অনীদু থাংথবে।

বৃন্দা চংশিল্লগা রোমেনগী মখুত্তু থাঙ্গৎলগা মশাদু মানা কোল্লি। রোমেন চৎপদা থোইদোক্লা অৱাবা নৈতবগুম তৌরে। ঙরাংগী রোমেনগী মঙগী ৱারীদুদগী বৃন্দাগী কোইদবা অমদি নকশিন্নীংবা হেনগৎলকই।

রোমেন — "নংনা কোল্লিবসে থাদোকউ। ঐ ইতোমতা চৎপা ঙমগনি।" বৃন্দা তপ্না কোল্লম্বদু থাদোক্লে। তোইলেৎ ফাওবা চৎমিন্নরগা বৃন্দা থোং হাংদোক্লগা লৈথোক্লুনা ঙাইহাক ঙাইরে। ঙাইহাক ঙাইরবা তুংদা রোমেন থোরক্লে। বৃন্দা রোমেনবু মখুৎ শম্লগা মতেং পাংই। ফমুং তানা লাক্লুনা ফমুংদা কাখৎলগা ফম্লে। রোমেন্না বৃন্দাবু কোইনা খল্লগসু বৃন্দানদি করি মত্তা কোইজদবগুম তৌই।

বৃন্দা হোসপিটালগী বাথ রুমদা চংদুনা ঈরুলুজরুরে। অয়ুক্কী পুং তরা তারে। ডাক্তর ময়াম ওফিস কানরক্লে। ঙরাংগী রোমেনগী এক্সরেগী রিজলট

য়েংবদা করিসু থোইদোকপা মনুংগী শরুদা অকায়-অতোই য়াওবা উদ্রে হায়রে। মদুনা রোমেন অমদি বৃন্দাগী ৱাখলসু খরা নুঙাইজরে। এক্সরেদা অকায়-অতোই য়াওদ্রে হায়বদুদা ঙরাংদি তেক্লব্রা হায়দুনা চিংনরম্বদু ঙসিদি খরা ফরবগুম তৌরে।

অনাবসিদি মীওইবগী ৱাখলনসু খরগা হেন্না নাহনবা অমদি ফহনবা য়াই।

ঙরাংগুম্না ইন্দিরানা চাক থিল্লক্তুনা রোমেনবু হান্না পীজরগা বৃন্দাসু চাক চারে।

হৃন্নি শুবা নুমিৎসিদি য়াওশঙ নুমিৎ ওইরম্লে। বীনোদ দাস অয়ুক ঙন্না য়াম্না নানবা ফিজোল শেৎলগা ফুরিৎখাউদা অবের খরা য়োন্নগা ঙসিদি বৃন্দাগী লাইবক মতা ফবদুদা অমুক্তং শোক্কে খঞ্জদুনা হোসপিটাল তান্না লাকই।

য়ৌরকপগা — "হোলি মুবারক" হান্না হায়রকই। মখুৎনা ফুরিৎখাউদগী অবেরদু লৌথোক্লগা খুবীনা বৃন্দাগী মশম ময়ায়গী খায়রিবা মপাদুদা শাংনা চিংলগা তৈবীরুরে। মথংদা রোমেনবুসু লাইবক্তা চংশিল্লগা নম্বীরে।

রোমেন দাসনা হাথু-হাথু য়ৌরকপগা তৌররিবা মতৌদুদা য়ানীংদ্রবসু তৌগনু হায়বা নংহৌদ্রে। দাসনদি মদু অনীংবা অপাম্বা অমগা লোইননা যাওশঙগী খুদোংচাবা লৌরগা লাক্লিবনি। মানা ঙসাই অবেরনা চিংখিবা অঙাংবা মচুদুনা বৃন্দাগী লাইবক্কী শম তংখায় খায়ফমদা তারিবা মমিদু বঙ্গালিগী মৌদা মাগী নুপানা শিন্দুর নম্বীবদুসু হায়ফেৎ মানবদুদা বীনোদ দাস "আনন্দিসি ঐগী অশেংবা নুপী ওইরল্লবদি" হায়না মপুক্লিংদা কান্নদবা আশা অমখক শাগৎলুই।

শোমদা রোমেন্দি শাওনীংবনা লৈবা ঙল্লক্তবগুম তৌই। মানা খল্লি — "বৃন্দাসিনা তৌরক্কনু হায়হৌদ্রবসিবু করিগীনো? মমায় অসি থুনা কোক তাথোক্লুগে হায়দে।" বৃন্দাগী মায়দা অবের পক্তুনা লৈবদু উরগা রোমেন্না শাওনীংবা পোক্লি অদুগা দাসনা নুংঙাইবা পোকলি।

রোমেনগী মিৎয়েংদগী বৃন্দাসু খঙলমাল্লে, বাথরুমদা চংলগা মমায়দু শাপোন নোইদুনা তাথোক্লুরে।

নুপীনা মশক ফজবসিসু লৌরিবা নুপাশিংদু শেম্নবা য়াম্না ৱাজবজাৎনি। মীমাঙদসু লেল্লজনীংবা, মীনা লুদবা মিৎয়েংনা য়েংলক্লে মথ্বাই চাকপা। য়ুমদা

মপাল থোকহন্দনা থম্লে, মাসু মীনি, থোক্লিংই, য়েংনীংই। মানা ফজরিবা শকফমদুসু মাগী নত্তে, মীয়ামগীনি। অমরোমদা রোমেনদি বৃন্দাগী অশেংবা নুপামক্তি নত্তে, অদুবু মাগী থম্মোইনদি বৃন্দাগী অশেংবা নুপাদগী হেন্না খনবন চাউজরি। মাবু মালিনি হায়বদাই, মালিনা মসিগী ৱাখলসিদি খনবা চুম্রা?

ঙসিদি দাস য়াম্না কুইনা লৈথনবগী তাঞ্জাদু রোমেন্না পীবীদ্রে। "ভায় দাস! নং য়ৌরো, থবক্তু খরা চেকশিন্না শেন্নবীয়ু" হায়রুরে। মাগী ৱাহৈদুদা দাস — "ভাভী! অমুক য়ৌরগে" হায়বল্লগা অদুম চৎখ্রে।

হোসপিটালদা নুমিৎ খরনি লৈরিঙৈদা য়াওশঙসু লোইশিনখ্রে।

রোমেনগী অনাবা, অশোকপা মফম অয়াম্বা ওইশিল্লে। হস্রু কেল্লে। মখোঙসু থোইদোকপা চৎপা-খোৎপদা অনাবা থোইনা ফাওদ্রে।

গীরিধারিগী ইমুংগী মীশিংসিনা অয়ুক-নুংথিল-নুমিদাং চাক থিনবা, লেকপা, শঙবা কয়া তৌদুনা হোৎনরকপনা রোমেনগী অনাবা মপুং ফানা ফরে।

মায়দা, খুত্তা, খোঙদা পুল্লম্বা বেন্দেজ লোইনমক লৌথোক্লে। বৃন্দানা শাপোন নোইদুনা মশা-মউ, মতেক-মতেক ঈশিং অশাবনা ফজনা নানথোকপীরে। বৃন্দাগী সেবাদা রোমেন অপেনবা পোকই। চামথোকপা লোইরবা অশোকপা মফমশিংদু মলম নীংথিনা অমুক তৈবীরে। বৃন্দাসু রোমেনগী সেবাদু শীংনবা অমা য়াওনা পুন্সিগী কাউদনবা তৌবসু মাল্লি।

হয়েংদি য়ুমদা হল্লগনি খনবদা বৃন্দা পুক্লিংদা নুংঙাইবা পোকচৈ। অদুবু য়ুমদা হনবা য়ারগনি হায়বা ৱাহৈদু তারুবদা বৃন্দা মণিপুরগী ইমফালগী মাগী বামোন লৈকায়গী নুংশিবা য়ুম অমদি থংনবদা লৈহৌবা পীকতক তৌবা রোমেনগী য়ুমদুবু ৱাখলনা মমিত্তা শং-শং উরকই।

ঙাইহাক মিকুপ অমগী মতমদা মানা রোমেনগী অহনশিংনা লৈবীরগা শাবীবা য়ুম অদু শারিঙৈ মতমদা য়ুমশাবা লাকখিবা নুপা অনীখক্কী মচিন্দগী তাখিবা ৱারী অমা নীংশিংলকই। মতমদো বৃন্দাগা রোমেনগা কন্না মরী লৈনরিঙৈ মতম ওইবনিনা অদুগী মথক্তা য়ুম শাখিবা অহল অনীদুসু মখোয়গী শঙ্গোয়দা খারগা মতম খরা লৈরম্বনা নুংতিগী মানা চা লোল্লগা পুরক্তুনা পীথকখি। নুপা অনীদুনা বৃন্দাদা ফাগি ওইনা "ইবেম্মা! নশক্লা ফজরিবা, চানা চা হাউরিবা!

ইবেম্মনা ঙাইহাক লৈতনা চা লোনবীবগা কাংঙৌ বোরা লৈদুনা পীজবগা ঐখোয়দি ইকপু ইকাইজরে।”

বৃন্দা — “সিবু কৈদৌই হায়বগে? খুরাখোয়গীদমক নচা ঐনা সেবা তৌদনবু কনানা তৌগনি। তারোমেনগীদি ইমফালদদি মচন-মচেসু লৈজদে।”

— “চুম্মী, চুম্মী! ঐখোয়গী রোমেনসে মরাইবক য়াম্না ফরম্বা য়াবদগী মরাইবক থীবা হায়বদু ওইরবনি। নং রোমেন্দদি তম্লুগনু, ঐ ঙসি মাগী মরমদা য়াম্না নুংশিবা ৱারী অমা লীগে?”

অতোপ্পা য়ুমশাবা নুপাদুনা ৱারীদু মাসু খঙবদুদা লীদনবা কন্না খাম্মী।

নুপা অমদুনা লীরুরনু হায়বদুদা মা তোক্লগে হায়রকই।

বৃন্দাদু নুপাদুনা রোমেনগী ৱারী অমা লীগে হায়রম্লগা তোক্লগে অমুক হায়রকপদুদা ৱারীদু লীদনা তোকখ্রগদ্রা হায়না ৱাজখি। তাঞ্জাদুদা মমা লম্ধোনিনা কৌরকপদগী ইমুংদা অমুক চংখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা বৃন্দা অঙাং অমা থারগা বীরি মপুল অমা লৈহল্লুরে। বীরিদু পুরগা অমুক চংলক্লে। বীরিদু পীরবদি মাগী তানীংবা ৱারীদু লীবীনবা ওইরমাল্লে।

“খুরা ঙসাইগী তারোমেনগী ৱারী হায়বদো য়াম্না তানীংই খরা লীবীরো! সে, বীরিসু পুজরক্লুবনি!”

“ইবেম্মা! ঐগী মরুপসিনা য়াদ্রে, খুরা ৱারীসে লিররোইদা।” অদু হায়রুবদগী মমলসু খরা কাবগুম তৌরে।

মখাতানা — “রোমেনগী ৱারী তারুরগা ইবেম্মখোয়না রোমেনবু য়াম্না হন্থনা খনবীগদবা অমদি লৈবা। অদুননি ঐগী মরুপসিনা লিরুগনু হায়রিবসি! মাদি রোমেনগী ইমুং-মনুংগী মীনি।”

— “করিনো খুরানা হায়বীরিবসিবো? কৈদৌবগী ঐনা তারোমেনবু হন্থনা খনগদৌরিবনো? মানা ঐগীদমক খনবীরিবা, পাংবীরিবা ময়ামসিগা হায়রুবদি মাদি ঐগী ইফমদদি অতাংবনি। মাগী অৱাবা মতাংদা মতেং খজিক্তুং পাংবা ঙম্লবদি খঞ্জরিবনি।”

“ফরে, ইচানবু চিংনরোইদবা লৈরবদি খুরা লিরগেসে! তারো!

শুমদৌবনি — "রোমেনবু পোকপা ঐখোয়গী তাদদো মমিং গন্ধার কৌই। মাসু রোমেনগুম্না য়াম্না ঈং-তপ্না, মী অমত্তসু খৎন-চৈনদনা লৈজবনি। ইতৈমা থাইবেম্মা রোমেনবু পোকপদু লৈশারিঙৈদা মশক ফজবদা ঐখোয়গী লৈকায়দুদা মপা লৈতে হায়না ঙাংনখিবনি। ঐখোয়গী ইবেম্মা বৃন্দাগুম্না ফজবা জাৎনি।"

ৱারী মরক থৎনা বৃন্দানা — "খুরা! প্রমান পীবদা অনকপদা পীনগুমসিবা! অদুগী শরুকপুদি তারোমেনখোয়গী ইমাদো মোইরাংগী থোইবীমুক ফজৈ হায়রগা লোইরে।"

"ইবেম্মা! মোইরাংগী থোইবীদি খুরাদি উজহৌদেদো?"

"হোইনে, অদুসু চুম্মীনে খুরা! ৱারী মখাদি?"

"ইতৈমদো ইনাকখুনবা ইমুংগী মচা-মশুশিংগী মমৌ ওইজগে হায়বা মথং-মথং লাকখি হায়নৈ। অদুবু ইতৈমা-থাইবেম্মনা লায়রবা ঐখোয়গী তাদা গন্ধারগীদমক শিগনি, মা নত্তবা অমত্তদা ময়ুম পাঞ্জরোই হায়না শিখাং-খাংদুনা লৈখিবদগী কায়নথংদা তাদা গন্ধারগা লুহোংবা তাখি।

চন্দ্রহাস হৌজিক রোমেনগী অশেংবা মপানি হায়না ইবেম্মনা খল্লিবদো রোমেনগী মপা নত্তে। রোমেনবু পীক্লিঙৈদগী য়োক্লকপদগী মপানি খন্নখিবগী ৱানি। রোমেন মশানসু অশেংবা ৱারীদু খঙলকপদগী মখোয়দগী লাপথোক্লবা কন্না হোৎনজখিবনি। ঐখোয়নদি পুক্লিংদা অশেংবা ৱারী খঙবনিনা য়াম্না নুংঙাইত্রিবনি।

অশেংবা ৱারী খঙবা হৌরকপদগী বৃন্দাগী পুক্লিং ৱাবা হৌরকপগুম তৌরে। মা, ৱা খুম্বা-ঙাংবা তোক্লগা উংদুনা লৈখ্রে। মানা খল্লি — "অদুনা ওইবা তাই, তারোমেনগী মমা-মপানা ইংখোলসিদা অমুক্তা লাক্লিবা, য়ুম শাবদা ফাওবা য়াওরদ্রিবা!"

ৱারী মখাদা — রোমেনবু পোকপা গন্ধার অমদি মশক ফজবী থাইবেম্মা অনী লুহোংবা মতমদুদা চন্দ্রহাস থাইবেম্মবু পামজবনা খাংবা ঙমখিদে। মাগী ৱাখলদা গন্ধারবু হাৎলগা থাইবেম্মা লৌদুনা মাগী নুপী ওইগে হায়বসি লেপ্তুনা খনবজাৎনি। লৈকায়গী থাইবেম্মবু পামজরম্বা পাখঙ অয়াম্বদি থাইবেম্মা গন্ধারদা লুহোংদুনা মীগী ওইখ্রবনিনা মখা তানা মিতাবা পোক্লখিদ্রে। চহী

ওল্লকপদা বোমেন পোক্তুনা ষষ্টিদা শুমাং লিলা শান্নদুনা চাউনা শোল্লে। অসুম্না গন্ধাব অমদি থাইবেম্মা য়াম্না নুংশিননা লৈমিন্নবকপনা বোমেনসু মখোঙ থাংদুনা চৎপা কাবক-কাবক ঙম্লক্লে।

নোংমা চন্দ্রহাসনা গন্ধারগা লুনা তিন্নবা মরুপ বাবৈদা গন্ধারগী য়ুমদা অমুক্তা চৎমিন্নরুসি হায়না জীপ অমদা পুন্না তোংলগা লাকমিন্নে। রাবৈদি ইচম-চম্না চৎমিন্নখিবনি। গন্ধারসু য়ুমদা লৈরমদুনা গন্ধাববু অসুবাইফাওদং থোক্লগা বাবী অমা শানকসি হায়না পুথোরকই। হোটেল অমদা চা থক্লগা বারীদু শানসি হায়দুনা হোটেলদুদা চা থকপা চংলকই।

"চা অহুমদা পীয়ু" হাযনা চন্দ্রহাসনা ওর্দব তৌই।

চন্দ্রহাস — "নখোযগী চাসি ওম্থোক্লা তপখ্রেদা, কযাম বাৎলিবনো" হাযবম্লগা ফুক হৌগৎলগা চা লোনফম তানা চংশিনখ্রে। খুদক্তা মানা হান্না থৌবাং তৌবগা পুবকপা পংথনবা গুলি অমা গিলাস মনুংদা হাপচিনখ্রে। গিলাসতু মশক খঙনা মানা পুথোক্লগা গন্ধাবদা পীখি। চাদু থকপগা বারী হৌদ্রিঙৈদা গন্ধাব লৈমাযদা খঙহৌদনা তুথবকখি। কবিনো অমা তৌবে হায়না মযাম পুন্নমক লাংনবকই। চন্দ্রহাস মাগী জীপ্তা গন্ধাব পুবগা হোসপিটালদা খুদক্তা লাকখি। হোসপিটালদা দ্রিপ্নচিংবা কাপ্তুনা গন্ধাববু লাযেংবগী অচংবা পৈশা পুন্নমক চন্দ্রহাসনা পুথোকখি। থাইবেম্মসু হোসপিটালদা লাক্তুনা গন্ধারগী সেবা তৌখি। ডাক্তরনা ইরকপা হিদাক চন্দ্রহাসনা লৈবগা থাইবেম্মদা গন্ধারদা পীজৌ হায়বদুদা থাইবেম্মসু অদুম পীজৈ। অনাবদু নীংথিনা অমুক ফরকপদুদা থাইবেম্মনসু চন্দ্রহাসপু পুকচেল চাউবা মীনি খল্লক্লে। অদুবু চন্দ্রহাসকী থৌরাংদা শোয়দনা শিবা য়াবা অকনবা হিদাক অমবু থাইবেম্মদা পীরগা মপুরোইবনা তুন্নমদাইদা পীজৌ হায়বদু পীজরুবদগী গন্ধার তুমখিবদগী অহীংদা শিদুনা নোংঙাল্লকপদা অমুক হৌগৎলকখিদ্রে।"

বৃন্দা বারী তারম্বদগী শ্বর অশাংবা অমা হোন্দোরকই।

গন্ধারগী শোরাৎ কর্ম্ম পুন্নমক চন্দ্রহাসনা মতেং চাউনা পাংদুনা শোনবা লোইখ্রে। চন্দ্রহাসনা অফবা শাদুনা তোয়না লাক্তুনা থাইবেম্মবু থেম্বদগী ইতৈমা থাইবেম্মা মচা রোমেনগা লোইননা চন্দ্রহাসকীদা লৈবা হৌরকখি। মমৈদা থাইবেম্মা চন্দ্রহাসকী নুপী অদুম ওইখিবনি। ঙসিদি মচানুপা অনী, নুপী অনী

পোক্তুনা য়াম্না নুংঙাইনা পাল্লি। মমাঙঙৈগী ফত্তবা ৱারীদো ঙসিদি কাউনখ্রে। ৱারীসে হোটেল ফম্বদুনা কোন্না লোন্না তমথোরকপদগী খঙনরকখিবনি। নাকল অমরোমদনা চন্দ্রহাসকা থাইবেম্মগা মান্নরগা তাদা গন্ধারবু হাৎপনি হায়নবসু য়াওখ্রিবনি। রোমেনগী মপানা থম্বীরম্বা ইংখোলদু য়োল্লগা ইম্ফালদা ইবেম্মখোয়গী মনাকসিদা রোমেনগী ওইনবা ইংখোলসি লৈরিবনি। মখোয় অতৈদি ইম্ফালদা কৈদৌঙৈদসু হোংগৎলক্রোই। রোমেনবু তোঙান্না লৈহনখিবা য়াননবা শীল্লিবা থৌরাংনি। ইচানুপা রোমেনসে মপাগুম্না মবুক তপচবনি, মীঙমদবনি। মাসু মাবু পোকপা মপাগী অশেংবা মশক নীংশিংলম্নরোই। হৌজিক্তি মাগী অশেংবা ৱারী খঙলুরগা মানা মমাবুসু খরা ৱারৌবা লৈরিবনি। মমাগী মরালবুদি নত্তে। মশক হেন্না ফজরুবদুগী মীনা কল্লকপদগী থোকখিবনি।

"ইবেম্মা বৃন্দা! নংসু নশক অদুম ফজে, ৱাথোক্তি ওইহনগনুকো!"

ৱারী তারম্বা বৃন্দা ৱারীদি মখা লিথনবা লৈত্রে। অদুবু মাগী মশাদু চোকথবনা হৌগৎপা ঙমজদ্রে।

অহন্দুগী অরোইবা ৱাহে — "ইবেম্মা! নংসু নশক অদুম ফজে ৱাথোক্তি ওইহনগনুকো!" হায়খিবা মতাংদু মথং-মথং নীংশিংলম্বদগী — "ঐসু মান্নবা থৌদোক অমনা গুৱাহাটি য়ৌনা লাক্তুনা ঐগী নুপা নত্তবা তারোমেনগা মাগী নুপী ওইদুনা লৈমিন্নরিবনিকো!" অদুবু চাউনা খেন্নবা অমদি তারোমেনগী পোক্তবা অশাবা মপা অদুনদি মীগী মশক-মতৌ ফজবী নুপীদুবু পাম্বগীদমক হু পীজদুনা হাৎলগা মাগী অপাম্বা, অনীংবা পুন্নমক ফংনবা হোৎনখি, ফংসু ফংখি। ঐদি ঙসি ইশানা য়ানা ইখোঙনা থোঙনা, থম্মোই মখুম হাংদোক্তুনা মমাঙদা থেন্দুনা থম্নবা অহাওবা মথেলগী য়েঙ্খাংসু য়াওরবা অদুগবু মানদি চাররোই হায়দুনা মমিৎ অনী চেৎনা উইশিল্লগা খাঙবগুম তৌরি!

মাদি মাবু হেক পোকপা মপাবুংগী মফমদা পোক্তবা মপা চন্দ্রহাসনা উৎখিবা অত্যাচার, মমাগী থিংবা ঙমদবা পল নীংখায়হনখিবা, লুজদবা নুপা অমগী পুকচেলদুগী ওন্ন-তৈনবা পাউখুম অমা মানা সমাজসিদা পীরমগে খল্লিবরা? মানা ঐগী ইফমদা য়েংলিবা মিৎয়েংসিমদি অতৈ নুপাগী থম্মোইদদি চেল্লমগদবা মান্দে। মদুনা ওইবা তাই, মানা য়াম্না নক্না লৈমিন্নরিবা ঐবু অরাপ্পা মিৎয়েংনা য়েংবা ঙল্লিবা!

বৃন্দা ৱাবীদু নীংশিংলুরগা মাগী শীজিন্নদনা লৈমন চনখিগদবা মাল্লবা মথোৎ কারকপগী মী কয়ানা কল্লক্লরিবা নুপী ওইবীগী কয়াৎশিংদুবু মানদি রোমেনগী মফমদা পীজনীংবা, লৌবীগদবা মানদি হন্না য়েংবীদবা মতৌসিদা ৱাজরুই। মরোল থোক্তে হায়নরিবা মনমদি নুংশিনা শাৎলিবা লৈরাংদা খোইমু অমত্তনা হন্না য়েংবীদ্রবদা লৈরাংদুনা কয়াদা ৱাজরমগনি? অমরোমদা মুক লোইখ্রবা কলমনা করম্বা সহিত্যগী ফজববু থাদুনা ইরুবা য়াগদগে? বৃন্দাগী থম্মোইগী লৈরাংসু খাংঙুথক্কী শিংগারৈ ওইনা অহীং মমৈদা লোইনা লৈমায়দা চোইজাইননা কেল্লগা মাংগদৌরিব্রা? বৃন্দাগী পুন্সিগী হিগী মপুদি হৌজিকমক্কীদি রোমেন্না মমায় চুন্নগা চৎলি। মাদি রোমেনগী নৌনা হোনবা মায়কৈদা তাউরগা চৎপা তাবনি।

বৃন্দানদি রোমেনগা মখোয অনী মণিপুরদা হল্লগা রোমেনগী য়ুম মচাদুদা খবা শেমজিন-শাজিল্লগা মখোয অনীগী ওইবা অপীকপা সংসার মচা অমদা লেল্লুবগী আশা অমা শাগৎচরুই।

অমরোমদা বোমেন্নদি বৃন্দাগী মচা পোক্লবা তুংদা মণিপুরদা অমুক্তং লোন্না চৎলগা বৃন্দাগী মপুরোইবা বতনগী অশেংবা পাউ অমত্তং খঙদোক্লগা করিগুম্বা বতন্না জেলদা লৈরমদবা থোক্লবা, অতোপ্পা নুপী অমা থিরমদবা তাববদি বতন্দা মাগী নুপী অর্মা‍ মচাবু লৌশিল্লু হায়গে অসিনি।

সংসারসিদা মীনা য়াম্না মোৎনা উরগসু মানা অশেংবা লমচৎ অমনা বৃন্দাগী পুন্সি ঈচেলগী তোর্ব্বাল অনীবু চেকশিন্না ঙাক্লগা বৃন্দাগী পুন্সিগী ঈচেলদা অমোৎপা অমত্তা য়াওহন্নীংদে। ফরে, মানা খল্লিবদুদা রতন্নদি য়াবীগদৌরিব্রা? মদুসু খঙবা ঙম্বা নত্তে। অদুগা রতন্না নুপা ওইবগী অউ-অউ পাংপামদা পাম্বা পুকচেল লেপ্তবা নুপা অমা ওইরমদুনা অতোপ্পা নুপী অমমুক থিরম্লগনা কমদৌবা? অদুবু নুপী লোনবা লীচৎ অসিমদি মপা-মপুগী লীচৎতগী লৌনগল্লি। রতনগী মপা কুবেরদি নুপী লোনবা তাদে। খঙদে, রোমেনগী পুকচেলনা অদু য়ৌনা শেংনা খল্লম্লগদি মাগী ৱাখলগী পম্থুং য়ৌজবা ওইসনু!

অমরোমদা রতন লালহৌবগা শম্নরুবগী মরম্না জেলদা লৈরিবনি। মাগী মরালনা কা হেন্না চাউরম্লবদি মাবু নহারোলনা অমুক ফাবীখিবসু তম্বদি ঙমদে।

ঙসিদি রোমেনগী অনাবা ফরবনিনা য়ুমদা হল্লগদবা নুমিৎনি। গীরিধারি অয়ুক্কী পুং নিপাল্লোম তাবদা হোসপিটালদা মাগী মারুটি কার থৌরগা য়ৌরক্লে।

পোৎ-চৈ, ফি-রোল অয়াম্বদি বৃন্দানা অয়ুক অঙনবদগী লোইশিন্দুনা থম্লবনি। বৃন্দা ইয়ারবেগকাদু পুথোক্তুনা গাড়ীদা হাপকৎলি। রোমেন নর্স ময়াম অমদি থংনবা অনাবশিংদা বীদাই তৌনে। অসুন্না নুমিৎ তরেৎনি হোসপিটালদা লৈরুরবা তুংদা রোমেন অমদি বৃন্দা বেলটোলাগী য়ুমদা হল্লক্লে।

ইন্দিরানা থোঙ্গালদা মৈ ওক্লগা মখোয় পুন্না অমুক চংলকখি। ঙসিদি মখোয়গী শঙ্গোয়গী কাদুসু মন্দোমচা ইন্দিরানা নীংথিনা ৱাই-রম তৈবীরম্লে।

বৃন্দা ঙসিদি মণিপুরগী ময়ুম, মমা, মপা, মৌপা, লৈকায়গী য়ুম্লোন-কৈরোন্নবগী মরী-মতাগী, কলেজ তম্মিন্নখিবা মমান্নবীশিং মথং-মথং লোইনা নীংশিংলকই। করিগীনো মানা রতনখোয়গী ইমুংবুদি অমুক্তা ফাওবা নীংশিংলুদ্রিবা? মানা য়ুম পান্দুনা অহীং অমা লৈরল্লবা ইমুংদুদা নীংশিংবা হায়ববু পুন্সিগী মমল য়াম্লবা পোৎশক অমা লৈহাউ মখোঙদা মাঙখিবা, মাঙখিবা পোৎশক অদুমক্তা ঙসি মাগী পীবুক্লুংদা হোগায়দুনা লৌথোকখিবা ঙমদনা মীরোল্লিবা অঙাংসি ওনখ্রবনি। থৌদোক্তুবুদি বৃন্দাগী মিত্তা শং-শং উবগুম তৌই।

ইমুংগী মনম্মা রাধাগী কল্লবা ৱাহৈদা — "নংনা উনরুবা নুপাদু ঐ খঙই। মহাক অতৈ কনাসু নত্তে, নখোয়গী য়ুম্লোন্নবা রোমেন্নি"। মখোয়না খনখিবা ৱাখল অমদি ৱাহৈশিংদুনা চুম্লম্বা থোক্লবা, অঙাংসিনা করিগুম্বা তারোমেনগী অশেংবা মচা ওইরম্লবা, মখোয়গী লৈহাউ মখোঙদা পুন্সিগী অহানবা তোংখিবা ঙাক্লৌ য়াওদবা হিনাওদুনা তারোমেনগা ঐগা তোংমিন্নখিবা ওইরম্লবদি মীৱা-মৈশা কায়া লাংলবসু থাম্মোইদদি অসুক য়াম্না ৱারম্লোইদবনিকো! ঙসি তারোমেনগা ঐগা মায়গা-মায়গা ওম্ফোক্লরগা তোঙান-তোঙানবা ৱাখল অমমমদা তুংগী ওইরক্কদবা লম্বী অমমম থিনবগুম লম্বী হেক-হেক লম্মাংনগুম তৌরিবসে তৌরম্লোইদকো। মীনা চিংনবা, থাজবনসু অচুম্বা ওইবদি হেক য়াদে। পুক্লুংদা কুয়োম কায়দ্রিবা অঙাংসিগী মরাইবক্তা করম্না অমুক তম্লিবা? মীনদি মানা তাইবং ফাওরক্লগা মাগী মপা কনানো হায়বা ৱাহং অমদি হংনরকপা মতমদা মাগী নাকোংদসু তারকখিগনি। মতমদুদা মাসু মমা ঐনা নংলিবা অৱাকগী মৈশাসি খরদি লাংলনিদকো।"

ফমুংদা ফমদুনা ৱাখল অসুম খল্লম্বদগী ইন্দিরানা চাক লোইদুনা মখোয় অনীগী চাক থাংলগা পুরকই।

বৃন্দা — "ইন্দোমচা! নচাশিংনা করিনা ইন্দোমচাগী লমন শিংগদবনো খঙদ্রে? হন্দক্কী মপোকসে মীগী লমন ঙাক্তা তোনশিল্লু তমখ্রমাল্লে।"

"এ! করিনো? ইবেম্মা! সিবু লমন তোনবা কৌব্রা? নংগী নপুরোইবা রোমেন্দা থোক্লিবা এক্সিদেন্টসে ঐঙোন্দা থোকপা ওইরম্লবদি নখোয় অনীনা ঐগীদমক হোৎনবীরোইদ্রা?"

"অদুবুদি চুম্মী, ইন্দোমচা! অদুদা ইন্দোমচাগী পুকচেলসে মীপুম খুদিংমক্কদি হেক মান্নদে।"

বৃন্দানা চাক শেল্লগা মখোয় অনী পুন্না চাক চামিন্নরে।

নুংথিলদু হোসপিটালদা লৈরুবগী ফি-রোল পুথোক্কুনা বৃন্দা ফি-রোল শুরি। ফি শুবা লোইরগা মন্দোমচা ইন্দিরাগা হোসপিটালগী ৱারী ময়াম অমা শানদুনা লেপ্লি। নহানমখৈ হোসপিটালদা লৈরুবগী তুম্বা-চাবা চাং নাইরক্তবদু ঙসিদি মহৌশাগী মওংদা হঞ্জিল্লক্লে। নুমিদাংগী চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা বৃন্দা অমদি রোমেন মাগী-মাগী ফমুংদা মহৌশাগুম তুম্বা চংনখি।

অহীংদুনা মখোয় অনীবু তপ্না-তপ্না শুম্বীখ্রে।

## (তরুকশুবা)

রোমেন অমদি বৃন্দা গীরিধারিগী য়ুমদা লৈরকপা থা অনীরোম হায়রক্লে। শজিবু থা পানখৎলক্কুনা চৈরাউবা নকশিল্লক্লে। রোমেন মতম খরা হোসপিটালদা লৈরুবগী থবক কাবা ঙল্লুদবদু হৌজিক্তি হান্নগুন্না থবক নুংতিগী চত্তুনা নীংথিনা চৎথবা ঙম্লে। বৃন্দাসু স্কুল চাং নাইনা চৎলে। চৈরাউবা হয়েংনি হায়বা নুমিত্তু নোংমাইজিংনি। ছুটি তাবদুদা ইমুংগী মৌ অহল পাকপীনা মনাওনুপী ইন্দিরাদা গুৱাহাটিগী মণিপুরী বস্টিদা চৎলুসি হায়না হৌই। চৈরাউবগী লাইগী মচলশিং চহী খুদিংগী মণিপুরদগী পুরক্কুনা ফংবদুদা মদু লৈরুনবা হৌবনি। ইন্দিরানা আনন্দিবুসু মাদি বস্টি অমুক্তা চত্তবনিনা খঙদ্রি হায়বদুদা চৎলুসি হায়না হৌই। আনন্দি চৎপদু য়াওনবা মফি-মরোল শেৎপা লোইরে। শোমদা গীরিধাবিসু গেরেজদগী গাড়ী থৌদোক্লগা ঙাইদুনা লৈ। নুপী অহুম থোরক্কুনা গাড়ীদা কাখৎলি। ইন্দিরা মকোক খুল্লগা মনীংগী সিত্তা আনন্দিগা ফম্মী। পাকপীনা মমাঙগী সিত্তা গীরিধারিগা পুন্না ফম্মী।

গীরিধারি নেসনেল হায়বে রোমদা কারদু থৌরগা লাকই। মথং-মথং থৌরগা লাকপনা বস্টি মচিন য়ৌরে। মণিপুরী বস্টি হায়বা মিংসি হান্নদি মণিপুরী রাজবারী হায়না খঙনরম্বনি। রাজবারী মচিন্দা মৈতৈ নুপী অনীখক্কা চৈরাউবগী মচল শুনা য়াওবা পোৎ ময়াম অমা থারগা য়োল্লম্মী। কোম্বীরৈ, কুশুমলৈ, লোকলৈ, পুলৈ, কম্বোং, য়াইপল, উয়েন, হৈরী, হৈয়াই, হৈতুপ, নোঙ্গাংহৈ, চোরফোন, য়োংচাক লোইনা মশীং শুনা য়োল্লি।

পাকপীগা মনাওনুপী ইন্দিরাগা হৈরম-লৈরম, য়েঙ্খাংগী মচল মশীং শুনবা খল্লি। বৃন্দাসু খনবদু য়াওশিল্লি।

কদোমদগীনো ইখঙ-খঙহৌদনা বৃন্দাগা মহৌশা কলেজ তম্মিন্নখিবী মণিপুরদগী মমান্নবী রঞ্জিতা মফমদুদা চংলকই। বৃন্দানা ফুক হৌগৎলকপদা

য়েংলকপনি। রঞ্জিতা চপ লেপ্লগা — "হাইমা! বৃন্দা নংদি কনাগা লাকই? ইথা থাজদনা?" বৃন্দা মমায় ঙাংশিল্লগা করিমত্তা খুমদনা ঙাইহাক লৈ।

রঞ্জিতা — "নংগী পাউ অমা তাখিবদুবু কমদৌথ্রবগে? নখোয়গী অমদুদি উদেনা?" বৃন্দা খঙশিন্নদবা শানা লৈ।

— "নং ঐবু খঙদ্রবো?"

বৃন্দা — "অদোম্বু কনা ওইবীরবনো? ঐগী মিংদি বৃন্দা কৌদে, আনন্দি কৌই।"

— "হেরা! করিনোনে হায়রিসিবু? নংবু বামোন লৈকায়গী ফোরেস্ট দিপার্টমেন্টতা চিফ কর্ঞ্জভেটর ওফ ফোরেস্ট ওইবা লোংজমগী পাবুং থম্বালগী মচানুপী বৃন্দা নত্ত্রনে?"

— "নত্তে! শক মান্নবা ওইবমগনি।"

রঞ্জিতা বৃন্দাগী খদাং মখাগী চাদুদা মুন্না য়েংলগা — "খঙজরে ইবেম্মা! নংনা ফনা খঙহন্নীংদ্রবসু লোৎপা য়াররোই। নংগা তিন্নরকপদুদা নুংঙাইতদুনা কৌরুবনি, ঐ লাম্লে।"

তাঞ্জাদুদা ইন্দিরানা — 'ইবেম্মা আনন্দি! নংবু ঋারী শাবা লোইদ্রিব্রা, চৎলসিদনা?"

ইন্দিরানা আনন্দিবু 'আনন্দি' হায়না কৌরকপদু তারগা রঞ্জিতানা খল্লি —"মানা হায়রিসিসু চুম্বগুম তৌরি। মাবু নুপী অসিনা কৌরক্লিবা মিংসিদি আনন্দি হায়না কৌরি। মাগী মমিংসিবু আনন্দি কৌরিবসিবু শোয়দ্রবজাৎলা?"

আনন্দি — "লৈবীহৌখো! ঐ অমুক চৎচরুখিগে?"

বৃন্দা কারদা কাখৎলগা পুন্না চৎখ্রে। রঞ্জিতা ঋাখল অমদা ঙাইহাক্তং উংদুনা লৈহৌই। মাবু বৃন্দানা উশিত্তবগুম তৌখিবদুদা মা য়াম্না নুংঙাইরমদে। অসুম খঞ্জিল্লুরগা — ও! মাদি মাগী ফত্তবা থৌদোক অমা থোকখিবদুনা মরম ওইরগা কনাগুম্বনা থিরকপদা লায়না খঙবা ঙমদনবা মমিং ওনবা ওইরম্বা তারে। অদু মাগা লাকমিন্নরিবা কাংবুদুবু কনা কনা ওইরমগনি? গুবাহাটিদবু মখোয়গী মরী-মতা লৈবজাৎলা? মদুসু ময়ুমদদি মা মাংখ্রে হায়দুনা লৈরিবনি। মানা লাকখিবা মওং, মাগী ফিজেৎতুনা তাকপদি মা য়াম্না নুংঙাইনা লৈবা

মাল্লি। অদুগা মানা ঙসাই লাকপদা মাগা পুন্না মাংমিন্নখিবা রোমেন্দি য়াওরক্তে। মানা ঐঙোন্দা মীনম্বা ঙাংলম্বদুমদি ঐ য়াবা ঙম্লোই। ঐ শোয়দনা মাগী পাউসি ময়ুমদা তমগনি। অদুবু ঐদি থা খরদি ঐগী থেসিস সবমিৎ তৌবা লোইদনদি চৎপা য়ারোইদৌরি।

শোমদা বৃন্দাসু য়ুমদা হল্লকপগী লম্বীদা কার মনুংদা মানা মমান্নবী রঞ্জিতাদা ঙাংখিবা শেম-শাবগী ৱাহৈশিংদু খল্লুরগা নুংঙাইতবা পোকই। ৱাখল তৌনা-তৌনা লাকপনা কারদু গীরিধারিগী য়ুম য়ৌদুনা গেৎ হাংলগা থোঙ্গালদা থৌজিল্লক্লে। ঙসাই লৈরকপা পোৎ য়াওবা খাউদু আনন্দিনা পায়রগা থাংজিল্লকই। পোৎতু মফম চানা থনম্লগা মাগী কাদা অমুক লাক্লগা মফি-মরোল হোংদোক্লুরে। হৈজ্রাং অথৌবা মচাদু পায়রগা য়েঙ্গ্লাং শেম্বা অমুক থোরকই। ইমুংগী মমা'বেম্মা অমদি মন্দোমচাগা ৱারী শানা-শানা হয়েং থোংগদবা মথেলগী মতাংদা খন্নে। চমফুৎ অমা, মঙ্গল উতি, য়োংচাক ইরোনবা, শগোল হৱাই থোংবা, শিংজু, খামেন কাংহৌ, বোরা, কোবীশাক অমগা য়ারেদা।

পাকপী ঙসিদি আনন্দিদা ৱা খরা হংনীংলুরমাল্লে।

— "আনন্দি! নংবু নশাদু করিসু থোইদোকপা তৌদবা নৎত্রা?"

— "হোয়! ইমা'বেম্মা! করিসু থোইদোকপা তৌদে"।

— "অদু থবক-ইনথাং তৌবদা চেকশিল্লুকো! বাথ রুমদা ইরুজবকাদো তু-লাক্কনি, য়াম্না নানবনি, শোয়দ্রগা লোইরে ইচাসিদি। অদু নখোয় অনীবু মণিপুর চৎপগী ৱাকা নোংমতা হেক হৌদোক্লবা তাদে। অমুক্তংদি থোক্লগা ইমা-বাবাকাদু উনরুবা ফরোইদ্রা? চৈরাউবকাসে অমত্তা নীংশিংদ্রবরা নখোয়বো? য়ুমদগী চিঠি কাসু লাক্তে, টেলিফোনসু নোংমতা তৌনবা তাদে। নখোয় অনীগীসিবু কমদৌরিবজাৎনো? নখোয়গী কনা অমত্তা লৈত্রবরা হায়বনি?"

আনন্দি — "নীংশিংই, ইমা'বেম্মা! অদুদা ...।

— "অদুদা কৈদৌরবা? হায়য়ুনে ইমা তাগেনে?"

— "ঐখোয় অনীবু নুংশিবীনবা কনা অমত্তা লৈত্রবদো?"

"করিনোনে, ইচানা হায়রিবসিবো? ইমাখোয় বাবাখোয় অমত্তা লৈত্রবরা হায়বনি?"

"ইমা'বেম্মা! নচা অনীগী ৱারীসে তমদি তন্নিংদবনি অদুবু ইমা'বেম্মনা খঙবীনীংলবনিনা নচা তমজরগে!

— ঐখোয় অনীসে য়ুম লোন্ননা লৈমিন্নবনি। ইনখৎলকপা মতমগী মরী লৈনজরকই। ঐবু পোকপা পাবুংনা ঐবু ঐনা য়াম্না পামজদবা নুপা অমদা লুহোংনবা কন্না তকশিল্লকপদগী ঐ পামদ-পামদা কোন্নথংদা ইমা-পাবুংগী য়াথং ইন্দুনা নুপাদুগা লুহোংখি। লুহোংবা নুমিত্তুমক্কী অহীংদা ঐগী নুপাদু পুলিসনা ফাখি। অহীংদুদা ইমুংদুগী ইনেম-ইকু অমদি ঐগা লুহোংলিবা নুপাদুগী মচে মৌ-হল্লকপী মখোয় ময়াম চংদুনা ঐসিবু লমচৎ নাইদে মপুরোইববু পুলিসনা ফাহন্নবা হান্নদগী রেমেনগা লৌতুনবগী থবক তৌই হায়খি। ঐগী ৱা অমত্তা তাবীদনা ইমা পাবুংদা ঐবু ইপামদা পুহনখি। অপোকপা পাবুংগী অথীবা ৱাহৈ তাবদগী শিরগে খন্দুনা অহীংদা থৌরী য়ানগে হোৎনখি। তারোমেন্না ঐবু শোয়দনা অদুন্না তৌগদৌরে হায়বসি হান্নদগী খঙমাল্লে, চেনশিল্লক্তুনা ঐবু কনবীখি। অসুন্না অহীংদুদগী ঐখোয় অনী চান-থক্নবা পৈশা-নুংশা অমত্তা য়াওদনা ট্রক গাড়ী গুৱাহাটি য়ৌবা অমদা তোংলগা চেল্লক্তুনা ইমা'বেম্মখোয়গী য়ুম য়ৌজরকখিবনি। ইমা'বেম্মা পাবুং, ইপু, ইন্দোমচা, ইনাও বালা ময়ামসি থেংনরমদ্রবদি ঐখোয় অনী অসুন্না নুংঙাইনা লৈবা ফংলম্লোই।

আনন্দিনা মিৎলুগী পিরাং শীন্থদুনা তন্নিবা মপাউদু তারুবদগী পাকপী অমদি ইন্দিরাগী পুক্লিং খংশোন-শোন্থবগুম তৌখ্রে। মখা করিমত্তা হংখিদ্রে।

আনন্দি মখা তানা — "ঙরাং ঐগী ইমান্নবী অমা মণিপুরী বস্টিদা ঐগা ৱারী ঙাইহাক শানখিবদো ইমা'বেম্মসু উবীহৌইদনা! মানা ঐঙোন্দা ৱাহং কয়া হংলকখি। মা করিগুম্বা মণিপুরদা থুনা চৎলবদি পাউসি য়ুমদা তম্লুরগদি য়ুমগী মীনা ঐখোয় অনীবু শোয়দনা থিরক্কদবা মাল্লি। ঐ পুক্লিংসে য়াম্না ৱায় ইমা'বেম্মা। অদুননি নচা অনীনা মণিপুর য়াম্না চৎনীংলবসু চৎপা ঙমদ্রিবগী মরমসি।

ৱারী শানা-শানা য়েঙ্খাং শেম্বা, মনবা লোইশিল্লক্রে। থোঙ্গালদগী রোমেন চংলকপা উই।

ইন্দিরা — "আনন্দি! চৎলো রোমেনসে ৱারম্লগনি, চা লোল্লগা পীথকপীরুরো!"

মন্দোমচাগী ৱাহৈদুদা আনন্দি হৌগৎলগা মখোয়না লৈবা শঙ্গোয়গী কাদা চংখ্রে।

পাকপীনা মনাও নুপীদা — "মখোয় অনীগী ৱারীসিদি য়াম্নবু নুংশিরিনে। অসিননি, মখোয় অনী নোংমত সিম-ৱাৎলি, সিম-লৈতে হায়না মনা-মনিন নাইনদ্রিবসি। খাঙববু য়াম্না কল্লি, তুংদবুদি নুংঙাইরক্কদবা মাল্লি।"

শোমদা বৃন্দা রোমেন্দা ঙাইঙমদনা ঙসাই অয়ুক্কী রঞ্জিতাগা উনরকপগী পাউদু তম্মী। রোমেন করিসু নাচুংদনা — "থোক্লবা অমা মরাইনা লাকচরনি, খল্লুরগা করিবু কান্নগনি" হায়না থেমজিল্লি। আনন্দি মন্দোমচানা ঙসাই চা লোল্লগা রোমেনবু পীথকপীকরো হায়বদুদা মাসু চা লোনবা লোইরগা রোমেন্দা কপ অমা পী। ট্রেদা কপ অহুম হাপ্লগা মন্দোমচাখোযগী মনাক্তা অমুক লাকই। মতোমতা চিক্লা ফল্লিবা ইপুদা কপ অমা পীরুবে। হল্লক্লগা পাকপীদা অমা অদুগা মন্দোমচাদা অমা পীরম্লে।

চা থিল্লুরগা বৃন্দা তন্না অমুক রোমেনগী মনাক্তা লাকই। রোমেন্না ৱা মখা থোইনা তারক্রবদুদা নুমিদাংৱাইগী ধুপ-থাওমৈ থান্নবা অমুক হোৎনখ্রে। থবক অতে থোইনা লৈত্রবনিনা বৃন্দা নুমিদাংগী চাক থোঙখ্রে। চাক থোঙবা লোইরগা রোমেনবু কৌরগা মখোয় অনী পুন্না চাক চামিন্নরে। নুমিদাংগী থবক অম'অমা লোইরবনিনা তুম্বা মতম য়ৌরক্লে। অদুবু মখোয় অনী তুম্লুরসি হায়বা ৱাহৈসিমদি নোংমতা মচিন্দা পন্নবা তাদ্রি।

মথংগী নুমিৎনি। চৈরাউবা নুমিৎসিদি মহৌশানা আসামমি জাতিগীসু রঙ্গালি বীহু পাংথোকই। নুমিৎ অনীসি নোংমতদা তামিন্নে। অতে হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা কাংলুপ অয়াম্বগীসু বৈশাখ'গী কুম্মে তৌনৈ। আসামগীদি নুমিৎ হুন্নি ছুটি থাই। রোমেনগী থবক মফমসু নুমিৎ নীনিদি ছুটি থারে।

রোমেন অয়ুক্তু ইমুংগী অতে-অতে থবক ময়াম অমা ৱাই-রম শিৎপা-শেংবা তৌই। লোইরগা থোঙ্গালদা মৈতৈশিংগী চৎনবী মতুংইন্না লমগী লাইদা চহী অমগী অনৌ-অপেন থোঙলগা কৎনবা লুক কৎফম ৱাই তৈদুনা নান্না শেম্মী। চাক্তি ইমুং অচৌবদা পুন্না থোঙলিবনি। ইমুংদদি ইন্দিরাগা বৃন্দাগা লাইবক্তা চন্দোল ঙৌনা-ঙৌনা থিল্লগা পুজারি ওইরি। য়েঙ্খাং মথেল ময়ামদু মথং-মথং থোঙ-থাকপা লোইশিল্লক্লে।

রোমেনসু ঈরু-মায়থজবা লোইরগা মফি নান্না শেৎলগা লৈ। বৃন্দা চাক থোঙফমদগী মখোয়গী কাদা চংলক্লগা বেগতগী লুপা চনিখক লৌথোক্লগা রোমেন্দা পীগে তৌই।

বৃন্দা য়াম্না তপ্পা খোনফমদা — "তারোমেন! ইপুগা, পাবুংগা লিৎননবা মোজা ফুরিৎ খুদাংয়াওবী অনীখক্তা লৈবীয়ুবা?"

রোমেন — "লৈরুদসু য়ারে, ঐনা ঙরাং বজারদগী লৈরক্তুনা লৈরবনি।

— "অদু ওইরগা ইমা'বেম্মগা ইন্দোমচাগী ওইনবা ইন্নফি অনীখক্তা লৈবীগেরা?"

— "ইন্দোন'বেম্মগা ইন্দোমচাগীসু ইন্নফি অমমম লৈরক্লবনি।"

"অদুদি ঐগীদি করি লৈদোইবা?"

— "করিমক্তা লৈকব্বনু! নংগীসু পামগদ্রা পাল্লোইদ্রা চৈরাউবগী ওইনবা ফি-রোল খবা লৈরকপনি। প্লাস্টিক বেগতুদা তোঙান্না য়াওরিবনি।"

য়েংদি য়েংনীংলবসু বৃন্দা খুদক্তুদদি হাংদোক্তুনা য়েংলুদ্রে। মাগী চাক থোঙফমদা চংদুনা বোবা হৌনবা অমুক তৌখ্রে।

নুপী অনী চংদুনা থোঙ-থাকপা হোৎনবদু অয়ুক্কী পুং তরা তারকপদা লোইরে। থোঙ্গালদা থান্নবা চাক্লুকলা শেমদুনা মথেল-লুকোই ময়ামদু অমত্তা বাৎতনা শেম্বা লোইরে। হৈরুক-তাঙ্গ, পান-তাঙ্গ, ধুপ-থাওমৈ, দক্ষিনা লোইনা শুনবা শেমলে।

য়ুমগী ইপুসু ঙসাইদগী ঈরু-মায়থজবা লোইদুনা ঙাইদুনা লৈরবনি। নোংম-নোংমগী অহল ওইশিল্লকপনা ইপুদু চৈশু পায়রে। রোমেন্না সেঙ্গাদা হাপ্লিবা চাক্লুক্কা ঈশিংগা পায়দুনা ইপুগী মতেং পাংই। থোঙ্গাল য়ৌরগা ইপুনা চাক্লুক থাফম, হৈরুক থাফম, দক্ষিনা থমফম মায়কৈ শুনা তাক্তুনা রোমেনগা পুন্না লমগী লাই মমিং শুনা পন্দুনা চাক্লুক কৎপা লোইরে। মপু-মশু তুংথ-মাংথ চংমিন্নরকই।

শোমদা ইমুংদা চাক্লুক থাদুনা চাক্লুক মীশিং শুনবা শেম্বা লোইরম্লে। গীরিধারিগা পাকপীগদি ফম্বা হৌরম্লে। ইপুনা মকোক থংলগা ময়াম পুন্না কোয়না ফমদুনা চৈরাউবগী মথেল-লুকোই ময়ামদু চামিম্লে।

থুম-মোরোক চপ-চায়, অশোয়বা অমত্তা য়াওদে হায়না ইপুনা হায়রকই। চাব-থকপা লোইরগা শেম্নচিংবা হে অমুক খায়রগা য়েল্লি।

বৃন্দা ঙসাই রোমেন্না লৈরকপা ফিশিংদু লৌরুরগা দক্ষিনা লুপা তরা তরা হাপ্লগা পানা তাঙ্গ অমমম য়াওনা য়ুমগী অহল ইপু, গীরিধারি, পাকপী অমদি ইন্দিরাদা মথং-মথং খুরুমদুনা কৎলি। রোমেনসু খুরুম্বদু বৃন্দাগী মতুং ইন্দুনা য়াওই।

মখোয় অনীগী ব্না খঙবা মতৌদুদা অহল ওইরবা নোয়োন মতম অমগী ময়ুম মণিপুর অমদি মাগী লৈহৌরিবা মরী-মতা, নিংঙোলশিং লোইনা মশীং শুনা নীংশিংলকই। মণিপুরবু তোয়না মমিত্তা উরকই, নুংশিরকই। অঙাং ওইরিঙৈগী হৈবোক চীং কাখিবা ফাওবা নীংসিংলক্তুনা মমিত্তগী তারকপা মপিদু খুদৈ মচিদা তৈথোকচৈ। মশু অনীবু নুংশিনা বর পীবী। ঙাইহাক ব্নারী-ব্নাতাই তৌনরবা তুংদা নুংথিলদা নুপী মখৈ বালাসু য়াওনা বীহুগী জগোয় য়েংলুসি হায়না হৌনৈ '

বৃন্দাদি শোমদা রোমেন্না লৈরকই হায়বা মাগী ফি-রোলদু পুথোক্তুনা অমমমত ওইনা য়েংই। অঙৌবা মচুগী ব্লাউজ অমসু য়াওরি। ফুরিৎতু লিৎশিল্লগা চান্না য়েংলুবদা চপ-হেক চারে। কয়াদা হৈনা নাপসু য়াওদনা মিৎয়েংনা নাপ লৌরগা লৈরকপদা ঐঙোন্দা চপ চারিবা খঞ্জরুই। রোমেন্নদি বৃন্দাগী ফুরিৎ অমনবদু লোন্না পুরগা মান্নবা খল্লগা লৈজরকপনি হায়বদি বৃন্দানা খঙজদে।

বৃন্দানা খল্লি — "ঐনা মাগী ফুরিৎ অমখক্তং পামজনা লিৎহন্নীংদুনা থোল্লুবদি কয়াদা পক্করমদ্রিবা? ঐসিবু মপোক কয়া ফৎলক্তবা নুপী হায়বদু ওইরবজাৎলা? রতনগী মচেনা ঐবু ও-মঙ্গলনি হায়না চৈবীখি। ঐনা তৌরুবা খুদিংমক্তা অকায়বা ঙাক্তা ওইরিবসিবু ...?"

অঙৌবা মচুগী ফুরিত্তুনা ফজরবা কুচুদুগী মথক্তা কুপ্লদুদা কয়াদা পাকচরিবা! মাগী মশক-মতৌ ফজবদুদা শেৎ-চাবদু পকচগনি খন্দুনা রোমেন্না পামজনা লৈজরকখিবনি। অদুবু বৃন্দানা ফিজেৎ হোংবা মতম, হোংগদৌরে খঙলকপা তাঞ্জাদা রোমেন্দি ইমুংদগী মপাল হেক্তা থোকখিগনি। মদুনা মরম ওইরগা বৃন্দাগী পুক্নিংবুদি তত্তনা ব্নাহনবীরি।

অদুক পামজনা লৈজরকপা ফুবিত্তুবু বৃন্দানা লিৎলগা ফজরব্রা, পকচরব্রা অমুক্তা য়েংবীবকউ হায়না কেজবগী খুদোং চাবদুমদি রোমেন্না বৃন্দাগী মফমদা অমুক্তসু পীবীদে। বৃন্দাগী পুক্নিংদা নুংঙোঞ্জবগুম তৌফম খঙজদবা অমসু পোকহনবীবগুম তৌরি।

ইথক কাবকপদা ঙ্কাবগী ঈশিংনা ওন্না-ওন্না সমুদ্রা ময়ায়দা শান্নজগদবদু লৈরাইগী নুংজাওদা য়েশিন্দুনা চাইখাযদুনা মাংখিবগুম তৌজরে বৃন্দাগী খঞ্জরুবা ব্রাখল।

অহনবা ফিদু শেৎলগা বৃন্দা মমা'বেম্মা অমদি মন্দোমচাগী তুং ইল্লগা কেনা থোকচরকই। অমরোমদা মমাংদা ফোংনা লেপ্তুনা য়েংবা ঙমজদ্রগসু বোমেন্না লোন্না বৃন্দাবু যেংজবম্বসু কনানা খঙবা! অসুম লাকপনা নুমিদাংব্রাইদা মৈ ঙান্না থাল্লগা শেন্নিবা স্টেজদুদা আসামি লৈশাবী পাখঙশিং জাতিগী দ্রেশ শেৎলগা বীহুগী জগোই শাবা হৌবক্লে।

জগোইদু থব্রায তানা যেংই। জগোয শাবা টিম অনী শাবা লোইবক্লবা কান্দা ঘড়ী যেংলুবদা মতমদু ফনা যান্না থেংলম্লে। য়ুমদা ধুপ-থাওমৈ থাবীনবা মী লৈহৌদে চৎলসি হায়দুনা পন্না অমুক হল্লক্লে। য়ুম য়ৌরগা সন্ধ্যাগী ধুপ-থাওমৈ থান্নবা হোৎনখ্রে। বৃন্দা চৈরাউবগী চাক-য়েঙ্খাং মরাং কায়না লৈরি হায়বদুদা নুমিদাংগী চাক্তি থোঙদ্রে। ইন্দিরানা বৃন্দা অমদি রোমেনগী চানবা চাক-য়েঙ্খাং পুখম অমদা হাপ্লগা থিনবীরকই। রোমেনসু চৎথোক্লবদগী হঞ্জিল্লক্তুনা বৃন্দাগা চাক চামিন্নরে।

নুমিদাংগী পুং নিপাল্লোম তাবা মতমদা ইমুং অচৌবদা ট্রঙ্কোল অমা লাকই। দিল্লিদা ফেসন দিজাইন্নীংগী মহৈ তন্নিবী গীরিধারিগী অমত্তা পোকচবী মচানুপী ফজবী মাগী লৈফম ভারাগী য়ুমদা ঙরাংদগী হঞ্জিল্লক্লে। মীনা ঙাংনবদা আসামি পাখঙ পঙ্কজ বারুব্রা কৌবা গুব্রাহাটিদগী হোটেল মেনেজমেন্ট তম্বা অমগা লোত্তুনা লৈরমগনি হায়রি হায়না তল্লকই। পাউদু তাবদা গীরিধারি শাউবনা ব্রা অমত্তা মফম খঙনা ঙাংনবা য়াদ্রে। য়ান্না থুনা দিল্লি চৎলগা মচানুপী থিরুবা তারি। গীরিধারি মথংগী নুমিত্তা ত্রাভেল এজেন্সি অমদা ঙাংনরগা দিল্লিগী টিকেৎ ফংদুনা ফ্লাইটতা দিল্লি চৎখ্রে। মরী-মখোঙ মুন্না থিগৎলুবদা নুপাদু পঙ্কজ বারুব্রা হায়বদু ওইরম্লে। মশক মতৌদি ফজে। মখোয় অনী দিল্লিদা অমুক

অনীরক উনবদগী অনীমক গুবাহাটিদগী ঙাক্তনি হায়বদুদা আসামি লোন্দা বারী শানবা হৌরুই। ফজবীনা আসামি মরোলদা মমালোনগুম ঙাংবা ঙম্বনা মখোয় অনী চুন্না সক খঙনরুবদগী মমৈদা হেন্না হেন্না নকশিন্নরকখি। দিল্লিদগী য়ুমদা থোরকপা মতমদা মখোয় অনী হৌনদুনা থোকমিন্নরকপা অনীরক য়াওখ্রে। পঙ্কজ ফজবীগী ময়ুমদা মরক-মরক্তা অমুক অনীরকসু লাক্লম্লে।

গীরিধারি মচানুপীবু লুহোংবীরগে হায়রগা থেমদুনা য়ুমদা পুথোরক্লে।

গুবাহাটি য়ৌরগা পঙ্কজ বারুবাগী মপা-মমা অনীসু গীরিধারিগীদা লাক্লুনা কুপ্পা বারী শানৈ। অদুবু গীরিধারিনা জাৎ মান্নদবনিনা হয়েং মমৈদা চিঞ্জাক্তা অম-অমদা হৈনরক্তদুনা শোয়দনা কায়নবা লাক্কনি; হৌজিক মুন্না খন্নহৌদবা য়াদে হায়বদগী পঙ্কজগী মমা-মপাদু হনখি। মচানুপীবু মতম খরা দিল্লি চৎহন্দনা য়ুমদা থম্লে। য়ুমদা লৈরিঙৈদা ফজবী বৃন্দাগী মনাক্তা তোয়না চংলক্লুনা বারী শানৈ। মখোয় অনী মমান্নবীগুম্না নকশিন্নরে। ফজবীনা তকশিনমনবদগী বৃন্দা মাগা রোমেনগা অহানবা নুংশিনরকপা হৌরকপগী মতাংদগী হৌজিক ফাওবগী স্টেজদু ফাওবা বারী মতেক-মতেক লীদুনা তাহল্লি।

বৃন্দাগী অবাবা বারীশিংদু মথং-মথং তারুরগা ফজবীবু অমুক্কা হেন্না বাহনবীবগুম তৌরুরে। ফজবীগী বাখলদা পঙ্কজনা হৌজিক মাবু শাওবদগী অতোপ্পা নুপী অমা চেল্লগা লুহোংব্রবদি মাদি পুন্সিগী ওইনা নীংবা থুংলরোই খল্লকই।

ফজবী লোম্না পঙ্কজদা পাউ পীখ্রে। পঙ্কজসু মাবু লৌবা লাকপদগী ফজবী অমুক হন্না পঙ্কজদা চেনখ্রে। হন্দকমুক্তি গীরিধারিগী থম্মোই মপুং ওইনা কায়রে। কনা অমত্তনা হায়বা তাখিদ্রে। মচানুপী শিখ্রবনি হায়না লৈরে। অহল নোয়োম্না হায়বা ফাওবা তাদ্রে।

অরোইবা ওইনা রোমেন্না গীরিধারিদা থেমজিনবা বাহৈনা হায়জরকই —"খুরাইবুংঙো! মখোয় অনীমক মহৈ-মশিং নীংথিনা হৈরবা ঙাক্তনি। মশাগী তুংগী ফিরেপ খঙজবা য়ারবনি। মশা-মশা য়াম্নদুনা চেনখ্রবনিনা ঐখোয়গী মণিপুরী সমাজগী মরমদা মীনা ফজদনা ঙাংনখিদনবা লুহোংবীখিবনা ফরগদ্রা ?" জাতি পনবা রোমেনগী বাহৈদুদা গীরিধারি রোমেনগী বাদু চুমগদমাল্লে খল্লক্লে।

নুপা ময়ুমদা রোমেন চত্তুনা পঙ্কজগী অপোকপা বীরেন বারুবা কৌহল্লুরে। অসুম্না ফজবী অমদি পঙ্কজ বারুবাগী লুহোংবা কালেনগী তরামরিনি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা লেপ্লরে।

আসামি অমদি মণিপুরী অনীগী চৎনবী তংখায়-তংখায়দা ফজবীবু অওং-অউন তমদুনা "বীভাহ-ভাবান" অমা বায়রগা লুহোংলে। ফজবী লুহোংবদা রোমেন্না অহীং-নুংথিল অনীমক চেন্দুনা অউনপোৎ ময়াম মশীং শুনবা কন্না হোৎনখি। মচন্দা মচনগুম্না হোৎনবদু উরগা মবুক শেংবা রোমেনবু গীরিধারিনা পুল্সি চুপ্পা মচা শক্না লৈমিন্নরবসু কায়দ্রে খল্লকই। ঙসিদি গীরিধারিগী হায়ববু মনাও নুপা লোবঙ্গোনা হুন্দোক্লম্বা মচানুপী বালাগা বীমোলগা অনীসিদা ঙাইরবনি।

মচানুপী লুহোংখ্রবা মতুংসিদা গীরিধারি ঈশ্বরগী মফমদা নকশিন্নীংবগী বাখল লাকপগুম তৌরে। মপা অহল নোয়োনসু নোংম-নোংমগী শোঙ্জিল্লক্রি।

মতম খরা শাবা লেপ্লুরবা মন্দিরদু শাবা লোইশিন্নীংবগী বাখল লাকই। থুনমক চত্তুনা মিস্ত্রি উনরুবে। মন্দির শাবা হৌরে। হন্দক্তি রোমেনসু গীরিধারিগী মথ্বাই নুংঙাইজনবা নুংতিগী অয়ুক্তা অমুক নুমিদাংবাইদা অমুক চত্তুনা মন্দির শারিবদু য়েংশিল্লি।

ইঙা থা মনুংদা শাবা পুমলোই লোইরগা ইঙেনগী কাং নুমিত্তদি রাধা কৃষ্ণগী ফিজোল, চুরা লোইনা হোংলগা মন্দির শাঙ্গাদবা য়াদে হায়বগী পান্দমদা হোৎনরকই। গীরিধারিনা খঞ্জবদা কুমশি মন্দিরসিমা শাবা লোইশিল্লগদি মথংগী চহীদা করিগুম্বা রামধন্না কৎকে হায়খিবা জগৎবন্ধুগা, কাংগা অনী কৎপা ঙমদ্রগদি মানা ওইনা কৎলগে খল্লকই। মণিপুর চৎলগা লাইশাবা অমা তান্নরগা জগৎবন্ধুগী মুর্ত্তি অমত্তং শারগা মথং চহীদা কৎপা ঙম্লবদি কাংদি গুবাহাটিদা শারবসু য়াগনি খঞ্জে।

লেপ্তুনা বার ফুটিংদা হোৎনবনা মন্দির শাবা, তকপা নানবা, রং-পং হাইবা, বায়াররিং পুন্নমক লোইরে। ঐজ্ঞা প্রহ্লাদনা হোজাইদগী ঈশৈগী ওজা গৌরবীধু মতম খরা নেক্লুদুনা মাগী য়ুমদা লৈহল্লে। লৈকায়গী নুপীমচা অরৈবা মখে খোমগৎলগা অমত্তা চিৎথদনা কাংগী জয়দেব, খুবাক ঈশৈ, চালি সাবা তম্বীরি।

ইন্দিরানা পোকচবী বালাসু জগোই তম্বা য়াওরি। মচে আনন্দিদা চালি শাবদু হৈরবদি মাবুসু খরা তাকপীয়ু হায়জে।

রোমেন মানা হোসপিটালদা নারিঙৈদা চাক থিনবীরকখিবা; অহীং মনাক্তা লেক্তুনা শংবীখিবা; মরাইবক্তা মখুৎ থমদুনা লাইহৌ লৈব্রা য়েংবীখিবা; অমুকসু — "দাদা নং হয়েংখৈদি ফুরিৎ অহনবা শুকলিৎ লিৎলুরনু" হায়খিবা; মাগীদমক, বৃন্দাগীদমক তত্তনা ব্রাজরিবী মচল বালাগী সনাগী লিক মরী অমদি মানা কাংগী জয়দেব য়াওবদা শিজনবা শাবীগে খন্দুনা শীংলগা শাহল্লি।

ইঙাগী থাসি য়ৌরক্লে। রোমেন বালাগী সনা লৌবীরুরে। মা বৃন্দাদা ফাওবা খঙহন্দে। শোমদা কাং নুমিত্তা মন্দির হোংবগী লাইগী পোৎচং কয়াদি পাকপীনা মখুৎ হৈবনিনা লাইগী চুরা য়াওনা ফিজোল হোংনবা ময়েক হাপ্তুনা শেম-শাবা লোইরে।

ইঙেনগী নীনি পানবা কাং নুমিৎ য়ৌরক্লে। অয়ুক্তগী হৌনা মান্দোব অমদি মন্দির অকোয়বদু নীংথিনা দেকোরেসন তৌবা, মৈ-নুং ফিৎ তৌবা লোইরে। বামোন পুজারি অনী সনাতোম্বীগা মণিপুরী বস্টিগী মাইনুগা মখোয় অনীনা চাক থোঙ-থাকপা হৌখ্রে। চাব-থকপা, ঈশৈ-নোংমাই, মৈনুং, মাইক্লচিংবা ব্রাইবগী অচংবা খুদিংমক গীরিধারিনা লোইনা পুথোক্লিবনি। আসামদা লৈবা মৈতৈ খুঙ্গং অয়াম্বদা পুজারিগী থবকসি নুপীনা অয়াম্বা তৌনৈ।

লাইগী লুক-কৎপা অমা-অমা লোইশিল্লক্লে। গীরিধারিবু পোকপা অহল নোয়োন মশা শোনবনা মন্দির হোংবা য়াওবা ঙমদ্রে। লাইগী লুক অমা মমৌ ইন্দিরানা মকুবোক্লা ফংজনবা বামোনগীদগী মখোয়গী য়ুমতানা থিল্লকই। নীংথিনা শেম্লগা অহন্দুবু পীজরম্লে।

অশোমদা মান্দোবতসু চাক্লুক থাদুনা চাক-য়েঙ্খাং য়েনবা লোইদুনা চাক তাক্লম্লে। মৈতৈ লৈকায়গী মী পূন্নমক অমত্তা চিৎথদনা প্রশাদি ফংবা য়াওরে। বামোন সনাতোম্বীনা পাকৌরা য়েল্লকপা মতমদা রোমেনগী চাক্লুক্তা পাকৌরা অচৌবা অনীখক খল্লগা হাপ্লী। বৃন্দাগী চাক্লুক মপা য়ৌরকপদা — "ইনম্মা নখোয়গী তামোদসু পাকৌরা অনী হাপ্লম্লবনিনা ইনম্মগীসু অনী হাপ্লমগে তামোনা হোরেন শাওদনবা" হায়রগা পাকৌরাদু অনী থাথরকই। চাবা থকপা লোইশিল্লক্লে। বামোন সনাতোম্বী ব্বারমাল্লে, হুমাং হন্দোক্তুনা ফক অমদা ফল্লগা

হুমাই হুমদুনা লৈ। বৃন্দা ঙসাই পাকৌরা অনী হাপ্লম্বদুদা, চাবা লোইরগা সনাতোম্বীগী মনাক্তা চংলক্লগা হায়রকই — "পুজারি হৈকো! চাক-য়েঙ্খাং য়াম্না হাউই, অশোয়বা অমত্তা হেক য়াওদে"।

সনাতোম্বী — "কদাইদগীনোদা, ঐখোয় শ্বাইদা তৌজশারিসে। মণিপুরদদি নুপানা থোঙই হায়নৈ। ঐখোয়গীদি নুপীদা লোইনা তাইনরদনা।" অসুম্না ৱানা-ৱানা অয়ুক্কী চাব-থকপগী লাংবদি লোইশিল্লে। হৌজিক্তি নুমিদাংগী কুম্মৈদা ঙাইশিল্লক্লে।

নুমিদাংৱাইদু আনন্দিনা মনাও বালাবু নীংথিনা কেব্বীদুনা মশমকাদু ফজনা হাৎপীদুনা শমফাবী ফাবীরে। নুমিদাংদা হোরেন বালানা জগোই শাবদা থাননবা লুপা তরা চৎপি অহনবা ঙাক্তা পরেং অমসু লেংলগা থল্লি। ইন্দিরানা মাগী লৈজবা সনা ময়ামদু পুথোক্তুনা শেংলি। মমাবোক পাকপীনা ফনেক থম্বাল লৈখোক মচুগী মানা লোনবদু অমা পুথোরক্তুনা ইচাগী ঙসিগীদি সি শেৎহল্লু হায়না পীররে। মাগী-মাগী হায়বসে মতাং-মতম য়ৌরক্লবদি য়াদমাল্লে। মানা-মানা ঙম্বা, নীংবা লোইনমক উৎথোরকই।

রোমেনসু মতাং চারে খল্লক্লমাল্লে আনন্দিবু অমুক্তা চংলকখো হায়না কৌরকই। মানা অদুম্না অমুক্তসু হান্না কৌদবদুদা আনন্দি ঙসিদি অনৌবা ৱাখল অমা খল্লুবগুম তৌজে।

প্রপ-প্রপ চংলকই।

রোমেন মানা শীংলগা শাহল্লুবা মচন বালাগী সনা মরীদো পুথোক্লগা বৃন্দাদা পী। বৃন্দা য়াম্না ঙক্লা, সিবু কনাগীনো?"

— "কনাগী মানবগে?"

বৃন্দা ঙাইহাক্তং খুমদনা ৱাখল তৌই।

— "ও! বালাগী, ওহ্থোক্লা তান চারেদা। ঐসু খঞ্জরম্বনি, ইনাও বালাসে ঐখোয়গীদমক য়াম্না ৱাজবনি। অসিগুম্বা অমত্তং তম্বীসিরা হায়না তারোমেন্না শীনবীরকপা য়াম্না মতাং চারে; ঙসিগী নুমিৎসিদা। ঐ মাগী ঙকশমদা শিবীরুরগে?"

বাহৈদু হায়রম্নগা বৃন্দা বালাগী মনাক্তা চংখ্রে। বালাগী ঙকশমদা সনাগী লিক মরীদু শিবীরুরে। বালা কয়াদা হরাউজরিবা। মাগী পুন্সিদা অতোপ্পা মী অমনা পীবা অহানবা খুদোলসু মসিনা ওইরি। মচেগী খজাইদা নুংশিনা চুপ্নগা মচেবু "ইচে" হায়রগা চেৎনা কোঞ্জে। বৃন্দানসু বালাবু নুংশিনা কোনবী।

মখোয় অনীগী মতৌদু উরগা ইন্দিরা মমিত্তগী মপি তাখি।

রোমেনসু লাপ্পা য়েংদুনা লৈবনা লোইনমক উরি। মাসু মিৎলুদগী তারকপা মপিদু তৈথোকখি।

অদুবু ঙসিগী মাগী খম্বা খজিক্তং বাৎখিবা থৌরাং অমনা মাবু বাখল নুংঙাইহন্দ্রে। মাদি বৃন্দাগী অহানবগী বাহৈদা "সিবু কনাগীনো"। রোমেন বৃন্দাগী বাহং অমদুনা মকোক্তা বাহং অনীখক চোংথোরকখি। মদুদি মানা সনা মরী শাবা মতমদা অনী শারমগদবনি। মা য়াম্না থুনা বারবসু বানা বৃন্দাগী মাম্নবা সনা মরী অমদি শারগে খল্লকই।

মপুং-মরৈ ফানা চাউরবনিনা ফনেক মপান্নাইবা শেৎপদদি বালা লৈশাবী অচৌবদু ঙাইরে। মণিপুরগী চৎনবী ফজনা খঙনা কেবীবনিনা মচু তাবদি বালানা লোইনা হেল্লি। নীংথিনা ফিজেৎ-লৈতেংগা লোইননা মমা, মমাবোক, মচে আনন্দিগী মমাঙ থারগা মন্দির হোংগদৌরিবা বামোনগী মান্দোব তানা চংলকপদু উবদা বালাবু মীপুম তিংনা য়েংনৈ। অউবশিংনা কনাগী মচানো ওম্থোক্লা ফজেদা হায়বা হৌরক্লে। মাদি চহীদি তরাহুমদোই মপুংদা ঙাইরিবীনি। খরনা গীরিধারিগী মচানি হায়বা য়াওই, খরা অমনা মনাও নুপাগীনি হায়বসু য়াওই।

মতম য়ৌরক্তুনা নুপাগী জয়দেব হৌখ্রে। নুপাগী জয়দেব লোইরগা লৈশাবীশিংগী চালি শাবা হৌনবা লৈশাবীশিং মান্দোব ময়ায়দা থোরক্লে। ওজা গৌরবীধুনা মাং থারগা পুং য়ৈদুনা লৈশাবী ময়াম চালি শাবা হৌরক্লে। ঈশৈকাসু শকহল্লি। ওজা নাইনা তম্নবনিনা ঈশৈ ফজনা শকপা য়াওরকই। বালাসু নাইতোম ঈশৈ শক্তুনা খুম্নকই। নহানমখৈ অমুক্তা মানা ঈশৈ শকপা তারুদবা বৃন্দাদো মনাওনুপীগী মখোলদুদা পেল্লুরমাল্লে, তরাচৎপী পরেংদো মান্দোব ময়ায়দা চংলগা বালাগী ঙকশমদা হুকপীরুরে। মদু উবদগী মাগী-মাগী মী খল্লগা পৈশা থাবা হৌনরক্লে।

গীরিধারিগী পুক্লিং পেল্লুরমাল্লে, হৌগৎলক্লগা মমিত্তগী মপি তানা চালি শারিবী লৈশাবীশিংদা খুদৈ অমমমগা লুপা তরাচৎপী অমমম থাই।

চালি শাবা লোইরগা অথেংবদা আর্টি কৎলগা লাইগী থৌরম লোইশিল্লে।

গীরিধারিনা ওজাশিংগী, পুজারিগী দক্ষিনা লোইনা তৌবা লোইরে। পোৎ-চৈ ব্বায়রুবা ময়ামগী পীননবা পৈশা-নুংশা লোইনা শিন্নরল্লগা মখোয় ইমুংদুগী মী পুন্না মন্দিরদগী হল্লকখি।

(তরেৎশুবা)

নোংমা বৃন্দাগা গুৱাহাটিগী মণিপুরী বস্টিদা উনখিবী মমান্নবী রঞ্জিতা থা অহুমগী মতুংদা মণিপুরদা থোরকই। মণিপুর য়ৌরবা মতুং নোংঙানবগী অয়ুক্তা মা মতোমতা গাড়ী মচা অমা তোংলগা বৃন্দাখোয়গী য়ুমদা লাকই। থম্বালগা লম্বোনিগসু মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈরম্মী। থম্বাল খবর অম পাদুনা লৈ।

রঞ্জিতা উবদা লম্বোনিনা — "হাইমা! ইবেম্মা রঞ্জিতা নত্ত্রো?"

— "মানি ইমা!"

থম্বালসু য়েংখৎলকই। — "এ! ইচা লাক্লিবা? কাখৎলকউ! নংগী পি. আইচ. দি তৌরি হায়বদুদি লোইশিল্লব্রা ইচাবো?"

"সবমিট তৌরম্লগা থোকচরকপনি পাবুং।"

লম্বোনি — "ফরেদা! ইচাবু চুন্না লাকপ্রা, করি পাউ লৈবগে? ইচা উরগা নংগী মরুপ্তো নীংশিংলকই।" বাহৈদু হায়রম্লগা লম্বোনি মমিত্তগী মপি তৈথোকই।

রঞ্জিতা — "ইমাগা পাবুংগা পুন্না লৈবীরম্বা য়ান্না ফরে। ঐ বৃন্দাগী পাউ অমা তমগে লাকপনি।"

"হা! ইচা লৈরব্রা, কদাইদা? নংগা থেংনব্রা?" লম্বোনি য়ান্না পাখৎনা তনহং-হেক হংজিল্লি।

থম্বাল— "তপথখো, মমা ফিংগৎখিনু! ইচাগী পাউসি অমুক্তা মুন্না তাখিসি! মখা তম্মু তাগে?"

থম্বালগী ইমুংদদি বৃন্দা শিল্লবগুম লৈরুরবনা ঈ-পাউ অমত্তা তাখিদবা কুইরবনি। অদুনা মমা কৌবনিনা লম্বোনিনা মচাগী মমিং পল্লকপদা খঙনীংবনা ঙাওজরিবনি।

রঞ্জিতানা মরিক চুন্না বৃন্দাগী মরমদা মানা গুৱাহাটিদা উখিবা অমদি থেংনখিবা পুম্বা অমত্তা চিংথদনা তম্মী। পাউদু তাবদা মমা-মপা অনীমক নুংঙাইমনখিদুনা কপ্পী। রঞ্জিতানা বৃন্দাগী মমিং বৃন্দাদগী আনন্দি ওনখ্রে অদুগা মহাকপু (রঞ্জিতা) খঙশিন্নদবগী মওং অমসু উৎলকখি হায়বদু তাবদা থম্বাল অমদি লঙ্কোনি থম্মোই শোক্না কপখি। অদুবু মচাগী পাউ পুরকপগী নুংঙাইবদুনা রঞ্জিতাবু হাওরবসু হাওত্রবসু চাক চরা অমা চমিন্নসি হায়দুনা লঙ্কোনিনা খাম্লে। থম্বালনা কৈথেলদগী ঙা লৈরুদুনা অয়ুক্কী চরা অদু রঞ্জিতাগা লোয়ননা চামিন্নরে।

চাক চারবা তুংদা রঞ্জিতা অমুক ময়ুমদা হনখ্রে।

পাউদুনা থম্বাল অমদি লঙ্কোনি অনীবু তুম্বা চাবা য়াদনা ৱাহল্লম্লে। য়াম্না থুনা ছুটি লৌরগা মতৈ-মনাও পুন্না গুৱাহাটি চৎপা হায়না লেপ্পরে।

নুমিৎ হুন্নি লৈরগা এরোপ্লেন তোংদুনা মখোয় অনী গুৱাহাটিদা লাকই। অয়ুক্কী পুং বারোমখায়দা গুৱাহাটি ইয়ারপোর্টতা থুংলে। ইয়ারপোর্টতা টেক্সি অমা ফারগা অমুক লাকপনা পলটন বজার য়ৌরে। মফমদুদা হোটেল ময়ুরদা রুম অমা লৌরে। মখোযগী য়াওরকপা বেগ নুং হোটেলদা থনল্লগা মচা থিবা থোবকই। মতমদু নুংথিলগী পুং অনীরোম তারে। ইহান হান্না মণিপুরী বস্তিদা লাকই। মফমদুদা হংবদদি বৃন্দা অমদি রোমেনগী লংলা-লংজিন অমত্তা ফংবা ঙমদ্রে। মৈতৈ তাবা লম অনৌবা লৈব্রা হংবদা বেলটোলাদা মৈতৈ লৈকায় অমা নৌনা শেম্বা হৌরিবনি হায়বা তারে।

টেক্সি ৱায়রগা বেলটোলা তান্না অমুক লাক্লে। বেলটোলাদা মৈতৈ ইমুং খরদা চংদুনা হংবদা গীরিধারিগী য়ুমদা লৈবা রোমেনগা আনন্দিগা শোয়দনা ওইরগনি হায়না তাক্লকপা য়াওরে।

মাগী শুমথোকউ হায়বা মতমদু লাক্লমাল্লে, থম্বালগা লঙ্কোনিগা তোংলকপা টেক্সিদু গীরিধারিগী থোঙ্গাল মপাদা হেক খাম্লরে।

থম্বালগা লঙ্কোনিগা তুংথ-মাংথ য়ুমদুদা চংলকই। রুনা রুনা লৈবগে য়েংলকপদা য়ুমগী অহল নোয়োনগা হেক থেংনরে। অহলদুদা ৱারী ৱাখোঙশিং হংবা হৌরকপদা — "চুম্মী, চুম্মী ইবুংঙো মাঙ্গোলদা লেংখৎসি!" অহন্দুনা হায়রকপনি। মখোয় অনী মাঙ্গোলদা কাথৎলকই।

ইন্দিরা ফি শারম্বদগী চংশিল্লক্তুনা মীনৌ অনীদুবু ইমুংগী বেটিং রুমদা পুশিল্লগা ফমহল্লি। ইমুংগী অহল নোয়োনসু মণিপুরগী পাউ খঙনীংদুনা ইমুংদা চংলগা ফল্লরে।

ইন্দিরাদি চা লোনবা চাকশঙলোমদা চংখ্রি।

নোয়োনগা থম্বালগা মণিপুরগী হৌজিক্কী মরমদা ৱারী খরা শানৈ। ইন্দিরানা চা লোনবা লোইদুনা চা পুথোরক্লগা য়েল্লি। নোয়োন্না মতাং চানা থম্বাল অমদি লঙ্কোনিদা রোমেনগা আনন্দিগা য়ুমসিদা অহানবা থুংলবদগী হৌজিক ফাওবগী মতাংদু মবিক চুন্না তম্মী। মখোয় অনী করিগুম্বা মতমদা শাওনবা, খৎন-চৈনবা অমত্তা য়াওদনা য়াম্না নুংশিননা লৈরি তম্মী।

থম্বাল অমদি লঙ্কোনি অহন্দুগী পাউদু তারগা রোমেনগা বৃন্দাগা মতৈ-মনাও ওইনা লৈরমগনি হায়না থাজরি।

বৃন্দা স্কুল ছুটি থারক্তুনা মখোঙনা স্কুলদগী পুং অহুম্মখায়গী অদুৱাইদা হল্লকই। মতমদু ইন্দিরা অহলশিংদুনা শান্নরিবা ৱারীদু মপান্দা তারম্বদগী শঙ্গোয়রোমদা লাকই।

আনন্দি উবদা ইন্দিরানা কৌরকই।

— "আনন্দি! নংবু তারিব্রা? নংবু সিদা অমুক্তা লাকখো।"

— "য়ানি ইন্দোমচা! ঐ ফি অমুক্তা হোংদোকচরকখিগে?"

— "নংবু নফি হোংদ্রিঙৈদা হান্না অমুক্তা লাকখোনে?"

মবুক্তা করি অরুবা থবক লৈবগীনো খঞ্জরুই।

ইন্দিরানা — "নং ইমুং অচৌবদা অমুক্তা চংউ! নংবু উনবা মী লাকপনি।"

বৃন্দা দারি মখাদা মাগী সেন্দলদু থম্লগা মাঙ্গোল কাগে তৌই। মানা সেন্দল থমগে তৌবদা মফমদুদা লৈরিবা খোঙউপকা সেন্দলগা জুরা অনী উবদুদা করিনোমা খল্লুই। চিংনরপ তৌনা দারিদা কাখৎলগা কাদুদা তপ্পা চংখি। মফমদুদা মতম কুইনা উনরুদ্রবা মমা অমদি মাগী পাবুং অনীমক ফমদুনা লৈরম্বদু উবদা বৃন্দা থবাক্কী মিফুলদু দং দং চোংই। শাদৌ থোংবগুম তৌরকই। খঙহৌদনা চেনশিল্লগা মমাবু কোল্লগা অঙাং মচাগুম কপ্পুরে। মমা-মচা ঙাইহাক কপমিন্নে।

মদুগী মতৌ য়েংনীংদুনা মাগী মতুংদা লাকপা ইন্দিরা থোং মনাক্তা মপি তানা কপ্পা য়াওই। মমানা নুংশিনা মচাগী মকোক্তা মখুৎনা নাল্লগা "ইচাবু য়াম্না ৱারব্রনে"? অসুক কুইনা থা তরুকলোমসি মাবু শিখ্রে হায়না খল্লুবদু মিৎমাংদা হিংনা উবদা কপ্লোইদবা মমা লৈবা হৌনদে।

থম্বাল মচানুপী উবদা মিৎলুগী পিরাং থিংবা ঙমখিদ্রে। ইপু নোয়োন ফাওবা মমিত্তগী মপি তৈথোকখি। থম্বালনা ইপুগা ৱারী শারিঙৈদা মমা লঙ্কোনিদা বৃন্দানা ইঙ্গিৎ অমা তৌবদগী মমা-মচা কাদুদগী থোরক্লগা মখোয়না লৈবা শঙ্গোয়গী কাদুদা চংলকই। মমা-মচা ফম্মিন্নদুনা ৱারী শানৈ।

লঙ্কোনি — "নখোয় অনীনা চৎখ্রবা তুংদা রতন্না জেলদগী অশেংবা পাউ তম্বা তাবদগী রতনগী মমা-মপা অনীমক ঐখোয়গীদা নোংমা লাকখি। নংগী নরাল লৈরমদ্রে, মখোয় য়াওরগা নংবু ফংনবা থিমিন্নসি হায়খি। নংগী পাবুংনা থৌওইনা তাদবদগী মতুংদা ইকাইরমাল্লে মখোয় অমুক হন্না লাকখিদ্রে। নংগী নমান্নবী বঞ্জিতানা নহান নংবু গুৱাহাটিগী মণিপুরী বস্তিদা থেংনরম্মী হায়বা লাকখি। পাউদু তাবগা নংগী পাবুংগা ইমাগা মফমসি তান্না লাক্লিবসিনি। করিদি তৌনি, হৌখিবনা হৌখ্রে, নংগী পাবুংগা ইমাগা কুপ্না তান্নবদা নখোয় অনীবু ফংলবদি মণিপুরদা পুরগা লৌখৎপীরসি হায়না লেপ্নরগা লাক্রবনি। নংবু নশাদুবু থা কয়া হায়রবগে ইবেম্মা?"

বৃন্দা খুমগদবা ইকাইবগুম তৌই।

— "হায়য়ু নংবু থা কয়া শুরবগে?"

— "থা তরুক শুরে। অদু ইমা! ইমাগা বাবানা খল্লিবদো য়াগদবা মান্দে।"

— "করিগী য়ারোইদৌরিবা?

— "ঐনা মীরোল্লিবা অঙাংসে তারোমেনগী মচা নত্তে।"

ৱাহৈদু হায়রম্নগা বৃন্দা হিক্লা-হিক্লা য়াম্না পুক্লিং নুংশিনা কপথোরক্লে।

লঙ্কোনি য়াম্না ঙকপগুম তৌনা — "হা!"

— "ইমা! মাগা ঐগা লৈনরিবা মরীসিদি মচিন-মৌপ্পাগী মরীনি।"

— "ইস!"

বৃন্দা মখা তানা — "ইমুংসিগী মীপুম খুদিংনা অমদি অতোপ্পা মীনদি ঐখোয় অনীবু মতৈ-মনাওনি হায়না খল্লি। অদুবু মনুংদা চেল্লিবা ঈচেল অসিদি মদুগী মরীদু করিমত্তা য়াওবা নত্তে।"

মচাগী ৱাঙাংদু তারুরগা মমাদু বুদ্ধি মম্বগুম তৌরে। মরু লুকথরগা য়াম্না ৱাবগী শকফম অমা উবগুম তৌই। মবুক্তা খল্লি — "লৈমিন্নবনা মতৈ-মনাওগুম লৈমিন্নরগা ৱাখলনা মচিন-মৌপ্পাগী ৱাখল। রোমেন্না মচানুপীবু রতন্দা লুহোংলুরে, রতনগা নকশিন্নরুরে, হায়বগীরা? নত্তগা মাগী থোকখিবা থৌদোক্তুনা মরম ওইরগা মীয়াম্না মাবু থীনা ঙাংনবীখ্রে; মদুদা রোমেন্না বৃন্দাবু য়াম্না হঙ্গোইনা তুক্কৎচনা খনবগী ৱারা? অদু ওইরগা করিগীদমক মানা বৃন্দাবু পুরগা মফমসিদা লোত্তুনা অসুক কুইনা লৈমিন্নরিবা? মাগী ৱাখলসিবু করি ৱাখল্লো? তৌবগীদি মানা বৃন্দাবু পুদুনা চৎলমদ্রগদি ঐগী ইচাবু ঙসি ঐনা উবা ফংলিবসি ফংলমদবসু য়াই। মাগী অশুক ফজবা অসুক ৱাংবা ৱাখলসিদি নুপা অতৈদবু লৈরমগদ্রা? ডাক্তরদা লৈবা অহীংদুসু মাদি য়াম্না ৱাজখিবনি। ঐখোয়নদি কয়াদা লান্না লৌবীরুরবা? পাউসিবু তারুবা মীপুম খুদিংমক্কদি রোমেনবু লান্না উবীগনি। অদুবু মাদি মীওইবনা তানবা ফংলরোইদবা ৱাখল চেনবা অতাংবা মীশক অমা ওইরম্লবা।"

"ইবেম্মা! অদুদি নংগী পাবুংগা ইমাগনা নংবু অওং-অউন তমদুনা লৌখৎপীরগে খল্লিবসিদি অরেম্বদা তারেনে? হৌজিকপু নংবু করম্না জেলদা লৈরিবা রতনগী মমা-মপাদা চৎলগা অমুক লৌশিনবীরো হায়রুগদৌরিবা? ইস! লুখ্রেদা তৌদৌরিসে।"

— "অদু ইমা! ঐদি পুল্সিসিদা তারোমেনবু থাদোকপদি ঙমগদবা শুকমান মান্দে। মানা ঐগীদমক কৎথোক্তুনা তৌবীরিবা ময়ামসে নচানা মপোক কয়াদসু শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন্নি।" অসি হায়রগা বৃন্দা অমকসু হিক্লা-হিক্লা কপচৈ।

— "অদুবু নখোয় অনীগী য়ুম্বানসিবু করম্বা মতৈ-মনাওগী মরীনো হায়বনি?"

— "ইমা! ঐসু ভাব তাদে। মানা ঐগী করিগুম্বা অৱাৎপা অমফাওবা লৈহন্দে। শেৎন-ইন্নবা, ফি-রোল, চাননবা হিদাক লাংথক লোইনা অমত্তা ৱাত্তনা লৈবী। ডাক্তরদসু মরক-মরক্তা পুরগা তান্নবা চৎলি।"

— "অদুবু নংবু হৌজিকপু মণিপুরদা চৎলগা রতনখোয়গী য়ুমদা থিল্লুরবসু মখোয়না য়ারক্কনি হায়বা ঐ থাজদে। ইমাগী নাক্তা লৈরবসু লৈকায় মীনোক চংলক্কনি। রোমেনগা পুন্না পুক্সিচুপ্পা লৈমিন্নবা তারবসু মাগী ৱাখলনা নংবু মচলগুম্না খল্লিবনিনা নংনা মঙোন্দা করম্বা ৱাহৈনা নংবু মাগী নুপী ওইনা খনবীয়ু হায়গদৌরি? ওম্থোক্লা লুখ্রেদা!"

ৱারী শারিঙৈদা রোমেনসু হল্লক্লে। মতমদু পুং মঙারোম তারে। রোমেন পাউ হান্না খঙবা নত্তবনিনা ইমুংদা মহৌশাগী মতৌদা গ্রোং চংলকই। বৃন্দাগা মমা-মচা পুন্না উবদা রোমেন ইঙক-ঙকই।

লঙ্খোনিবু উবদা চংশিন্দুনা 'ইমা' হায়না নোম্থদুনা খুরুম্মী।

রোমেন হান্না মণিপুরদা লৈরিঙৈ মতমদদি লঙ্খোনিদা ইনে হায়না কৌরম্বনি। মদুগুম্বা মিংগৌগী থৈদোক-থৈজিন্দুদি রোমেন ফন্না হৈবগুম তৌরে। মানা বৃন্দাগী মমাদা উৎলিবা ব্যবহারদু উবদা বৃন্দাসু মবুক্লিংদা নুংঙাইজবগুম, হরাউজবগুম মওল-মওল খঞ্জে।

মমা লঙ্খোনিগী ৱাখলদসু মচানুপীনা ফাওরিবা ৱাখলদুমক ফাওবগুম তৌই।

রোমেন — "ইমা কমদৌনা কনাগা মফমসিদা?"

— "নখোয়গী পাবুংগা লাকপনি।"

— "পাবুংদি?"

— "অশোমগী ইমুংদা অহলগা ৱারী শানহৌরি।"

রোমেন য়াম্না থুনা মফমদুদগী থোকখ্রে। ইমুং অচৌবদা চংদুনা থম্বাল উনরুরে। থম্বালগী মখোঙদা নোম্থদুনা 'পাবুং' হায়না ভক্তি কৎলি।

নোয়োন — "ঐগী ইশু অনীসে মরম মোকই। হৌন-লোনচৎ শুনা খঙই। অনীমক অমত্তা লেম্না মাংলোই" অসি হায়না থাগৎপী।

রোমেন — "পাবুং নচা অমুক থোকচরুখিগে?" ৱাহৈদু হায়রম্লগা মাগী কাদা অমুক হল্লকই।

বৃন্দাদা ওনশিল্লগা ইমাগা পাবুংগসি চাক চারক্লিবা ওইরমগনি। ঐ ঙা মচা অমত্তা লৈরুখিগে? ইমাগা পাবুংগা পীজনবা।"

লম্বোনি — "এ! লৈরুগনু য়ারে। ইমাগা নংগী পাবুংগদি হোটেলদা পোৎ-চৈ লোইনা লৈহৌরি। হোটেলদা হল্লগদবনি।"

— "য়াদে, ইমা! হাউবা-হাউতবা চাক চারা অমদি চাবীখো?" ৱাহৈদু হায়রম্লগা খাউ অমা পায়রগা রোমেন থোকখ্রে।

লম্বোনি — "করিনো তৌরিবসিবো? মানদি বৃন্দাগা মাগা মতৈ-মনাওগুম লৈমিন্নবগী মওংদা চপ-চানা উৎপগুম তৌরি। মচানুপীনদি মচিন-মৌপ্পাগুম লোইনৈ হায়না তম্মী।" লম্বোনিসু মচাগী তুংগী খল্লুবদা মকোকপু ঙাওরে।

বৃন্দাদা ওনসিল্লগা — "নংনা হায়বগা মানা উৎলিবা ব্যবহার অসিগা অনীগী মরক্তা খেন্নবা উইদা ইবেম্মা?"

— "অদুনি ইমা! মাগী তৌথোরকপা মতৌসিদনি ঐনা তারোমেনবু থাদোকপা শুকঙম-ঙমলোই হায়রিবসি। ঐনা শেৎলিবা ফি-রোল, ফুরিৎ য়াওনা মানা লোইনা মতাং-মতম চানা-চানা লৈবীবা ঙাক্তনি। অমুকসু এক্সিদেন্ট থোক্লুনা হোসপিটালদা মতম খরা লৈরুরবনি। মদুদসু ঐনা মাগী সেবা তৌবা মতমদা মানদি ঐবু মচলগুম্না খনবদগী হেন্না অতোপ্পা ৱাখল অমত্তা খনখিবা উদে। ঙসি ফাওবসিদা ঐখোয় অনী ফমুং অমদা পুন্না অমুক্তা তুম্মিন্নদ্রি। অসি হায়রগা বৃন্দা কপথোরক্লে।

ৱারী শানবা লোইদ্রিঙৈদা মপাবুং থম্বাল কাদুদা চংলকই।

থম্বাল — "ইপানা ইচাগী ৱাখল খঙহৌদবনা মতম খরা ইচা অনীবু ৱাহল্লুরে। নখোয় অনীবু মণিপুরদা পুথোক্লগা রতনগী ইমুংগী মমাঙদা অওং-অউন তমদুনা লৌখৎপীরগে? থংনবা রোমেনগী য়ুমদুসু কনা অমত্তনা হন্না য়েংলদ্রে। মদুসু নীংথিনা শেমজিনবা তারেদনা?"

লম্বোনি — "মোয়'ৱা! মখোয় অনীগীসি মনুংদা ৱা অরুবা অমা লৈরিনে।"

— "হৌজিকপু অসুক নুংঙাইরবা পুংজাসিদা করম্বা অরুবা ৱাফম্নোনে মমা?"

— "হোরেন হোটেল য়ৌরগা কোন্না তপ্না ঙাংনগদৌবা ৱানী।"

— "অদুদি ঐখোয় অমুক থেংখিনি, হোটেলদা চৎনবা তৌরসিদনা?"

বৃন্দা — "বাবা! বাবাগা ইমাগা চাক পীজনি হায়দুনা তারোমেন্না ঙা লৈবা চৎখ্রিয়ে?"

লঙ্খোনিনা — "নখোয় অনী চাজরোদা! অদুবু নংবু হৌজিক ফাওবা রোমেন্দা তারোমেন কৌরবদি মীনা তারগা ফজরোইনে, অঙাওবীসিদি।"

থম্বাল — "ফরে, লৈহৌরো! নমাগা ঐগদি পলটন বজারগী 'ময়ুর' হোটেলদা রুম নম্বর ৭৭ তা লৈবনি।"

বৃন্দা ফনা কন্না খামজবনি অদুবু মমাগা মপাবুংগনা মখোয়গী লৈরিবা কা মচাদুদা লেক-চাদুনা লৈবদা নুংঙাইরোইদবা মওংদু উবনরা খঙদে, হেক ময়াদ্রে।

ইন্দিরাসু চংলক্তুনা ইমুং অচৌবদা পোৎথানবা হায়জবনি। অদুবু থম্বালনা কোন্না মতুংদা চাম্মরক লৈরি হায়রমগা ওটোরিক্সো অমা তোংলগা অদুম চৎখ্রে।

মখোয় চৎখ্রবা তুংদা রোমেন ঙা লৈরগা হল্লকই। অহল অনীমক অমত্তা লৈবমদ্রে। বৃন্দাসু ইশুক-শুকথনা কপ্পুনা লৈরম্লে। রোমেনসু ৱাখল নুংঙাইতে। মা ৱা অমত্তা হংলমদনা অমুক থোকখ্রে।

অশোমদা লঙ্খোনিনা থম্বালদা হোটেল য়ৌরগা মচানুপীগী ৱাফমদু হৌদোরকই।

"মোয়'বা তাবীরিব্রা? ঐখোয়গী বৃন্দানা মীরোল্লিবা অঙাংসে রোমেনগী মচা ওইরোইদৌরি।"

— "হা! নংদি করম্না খঙলিবা?"

— "নচানুপীনা তম্বদগী খঙবনি।"

— "অদুগা করম্না মখোয় অনীদি মতৈ-মনাওগুম মীগী য়ুমসিদা অশুক কুইনা?"

— "অদুনি ঐনা খল্লিবসু। মখোয় অনী নোংমতা ফমুং পুন্দ্রি হায়রি। রোমেন্না নচানুপীবু মচনগুম্না লোইনৈ হায়না তম্মী।"

— "ইস! অদুদি লুখ্রেদা তৌদৌরিসে। অসুম্না অসুম লৈমিন্নরগা মচা য়াওরক্লগনা অমুক কমদৌবা? মচাদুবু রতনগীনি হায়দুনা রতনগী ইমুংদা পীরুবদা

কৈদৌঙৈদসু য়ারক্কদবা লৈতে। রোমেন্না মাগী মচানি খল্লগা য়োকপীগদৌরিব্রা? মানা করি খল্লুদুনা অদুম্না তৌরিবনো? ইচানুপীনা রতনগা লুহোংদুনা রতনগী য়ুমদা অহীং অমা লৈরুরে হায়বগীরা? নত্তুগা মখোয়গী ফত্তবা পাউ অমা ঙাংনখিবদুদা রোমেন্না ইচানুপীবু হঙ্গোইনা খনবগীরা? মখোয় অনীবু হায়না নুংশিনৈ হায়বদাইনে মমা নংবো? নুংশিনবগী ৱারীবু অসুম্না তৌনব্রনে? বৃন্দানা রতনগী ঈনা মীরোল্লিবা অঙাংসিদা চিংনরম্বা তারে। অঙাংসি পোক্লবা মতুংদা তশেং-তশেংনা বৃন্দাবু মাগী ওইনা অমুক লৌশিনবীগে অসিরা? অদু ওইরবদি রতনগী মচাসিদি কনানা য়োকপীগনি? মতমগী চৎনবীদা অসুক চাউখৎলবা মতমসিদা অঙাং অদুবু অহানবা মীতম্লে খঙবা নুমিত্তুদা ডাক্তর অমা তাম্নরগা য়াম্না লায়না লৌথোক্লম্বা য়াবদুবু থা তরুক শুজিনখ্রবা? নংগী নচাসিসু পঙমল্লিদা ইবেম্মা! মানা রোমেন্দা লৈবা পাল্লবদি মানা নমদুনা অঙাংদুবু গর্ভপাট তৌরমগদবনি।

ফরে, পূন্নমক হৌখ্রবদি হৌখ্রে। হয়েংসি নচানুপী পুরগা মণিপুরদা থোক্লসি! ডাক্তর অমা তাম্নরগা অঙাংসি ওপরেসন তৌরগা লৌথোক্লরসি! অদু তৌররোই হায়রগনা রতনগী য়ুমদা ঙাংনরুরগা বৃন্দাবু অমুক রতনগী য়ুমদা থিনবা তাবনি। অদুবু রতন্দি হৌজিক জেলদা লৈহৌরি। মদুমদি য়াগদবা মান্দে। জেলদা চৎলগা রতন্দা মাগী মচা হিংহনবা পাম্রা হাংলুবা তারিব্রা? মদুসু-বৃন্দানা রতন্দা অমুক লৈবা ঙমজরোই হায়না শিখাং খাংলবদি কমদৌবা? মবুক্কী অঙাংসি য়াওদ্রগদি রোমেন্না বৃন্দাবু মাগী নুপী শোয়দনা ওইবীরগনি হায়বগী অরেপ্পসু লৈতে।"

খনবমখৈ খল্লুরগা বৃন্দাবু পোকপা থম্বাল মকোক ঙাওরে। মাগী নুপী লম্ভোনিদা ঐখোয় অনী য়ুমদা চৎলসি মচানুপীদা অমুক চৎলগে তাক্লবগী মথৌ তাদ্রে হায়রে।

অদুবু মমা লম্ভোনিনদি মচানুপীগা অমুক্তং উননীংলি। থম্বালনা য়াদদুনা নোংঙানবগা মখোয় অনী মণিপুরদা অদুম থোকখ্রে।

শোমদা মমাগা মাগী বাবাগা ঙরাংদি চাক চাদনা চৎখ্রে, ঙসিদি চাক পীজসি হায়দুনা বৃন্দানা ঙস্তনা চাক থোঙনবা হোৎনখ্রে। রোমেনবু ঙরাং মখোয়না তাক্লম্বা ময়ুর হোটেলগী রুম নম্বর ৭৭ তা চৎলগা পুম্না লাকমিন্নবা হায়জবদগী রোমেন অহল অনীদুবু কৌবা লাকই।

রোমেন্না হোটেল ময়ুরগী লিপ্তা কাখত্তুনা রুম নম্বর ৭৭ কী মপা য়ৌবা কান্দা মশাদা কিবগুম, ইকাইজবগুম তৌই। থোক্লবা অমা লাক্লনি খন্দুনা থোংদা কাক-কাক তৌরুই। থোংদু হাংদোরকপা মতমদদি অতোপ্পা জাতিগী মতৈ-মনাও অনীখক লৈরম্লে।

"সোরি! এক্সক্যুজমী" হায়রম্লগা রোমেন মখাদা কুমথরক্লে। কেয়ার টেকরদা রুমদুদা লৈরম্বা হান্নগী মী অনীদুগী মরমদা হংলুবদা ঙস্তানা হোটেল থাদোক্লগা চৎখ্রে হায়রকপদগী রোমেন য়ুমদা হল্লক্লে।

ময়ুম য়ৌরগা পুক্লিং নুংশিনা ফমুংদা লোংনা ঙাইহাক হিপ্লি। ৰাখল নুংঙাইতবগী মওংদনি। মানা খঞ্জরুবদি ফরবসু ফত্তবসু ঙরাংদি চাক চাখিদ্রে, ঙসিদি শোয়দনা চাবীগনি অসিনি। অদুগদি মখোয়দি হোটেল থাদোক্লগা চৎখিরম্লবা।

বৃন্দা চংশিল্লক্তুনা য়াম্না তপ্না হংজে — "করিনো, পাবুংগা ইমাগদি?"

— "লায়রবা ঐগী ইতৌসিদবু কনানা ঐখোয়না পীজবা চাক চাবীনীংগদগে? ঐনা কনা লৈজদবা লায়র-মচা ওইরুবদগী অসি য়ৌনা ৰাখিবগী মরম্নি। নরাল লৈজদবী নংবুসু ঐ‑া নখোয়গী লৈকায়দা ছাত্র অমা ওইনা লাইরিক তমদুনা লৈরুবা অদুগা অমুক ঐগী পুন্সিগা চান্নজবা নখোয়গা হেক থংনবা ইংখোল অহাংবদু লৈদুনা লৈরুবনা নংগী পুন্সিবুসু ঙসি ঐনা লমহাংদা লৈবগা মান্নহল্লেদো। নংনা ঐগা মরী খজিক্তং লৈনরম্বদুনা মরম ওইরগা রতনগী মচেনা নংনা নংগী লুহোংদুনা লৌরবা নুপাদুগা উনজবগী হক লৈদুনা উনজবা ফাওবদা রতনবু ঐ ওইনা উত্রিবদুনি। পুন্নমকসিগী মরুদি ঐনি। ঐনা পুন্নমক থোকহনবনি খন্দুনা মখোয় হৌজিকসু ঐবু ৰারৌরি। মণিপুরগী মীয়াম্না ঐবু বদনাম তৌবীরমগনি। য়ুমসিদা নং নতোমতা চেল্লক্তুনা ঐ য়াওদনা লৈরম্বা ওইরবদি মখোয়না নংবু মচানিনা শোয়দনা মণিপুরদা পুদুনা চৎলমগনি। ঐ অমা য়াওরম্বদগী মখোয়না নংবু হন্দোক্তুনা অমুক থম্বীরম্লে।" রোমেনদি বৃন্দানা মাগা বৃন্দাগা লৈনরিবা মরীগী মতাংদা মমাদা তমদুনা খঙহনখ্রে হায়বদি খঙদ্রি।

বৃন্দা রোমেনগী মখোঙ কোন্দুনা হিক্লা-হিক্লা কপচে। মাসু মাবু পোকপা মপাবুং অমদি মমা অনীবু ৰারৌরে। রোমেন্না খল্লিবদুসু লাল্লি হায়রুবা য়াদ্রি।

বৃন্দা ঐদা শিজরগে হায়রগা শঙ্গোয়গী উদা মরাইবক্লা দং-দং য়েশিল্লি।

রোমেন ফুক হৌগত্তুনা বৃন্দাবু অমুক খাম্মী।

বৃন্দা তৌফম খঙদ্রমাল্লে — "তারোমেন! ঐখোয় অনী পুন্না শিরশিরা?" ৱাহৈদু হায়রল্লগা ফমুংদা মমায় উপশিল্লগা কপ্তুনা লৈখ্রে।

— "হায়হৈদে। অদুগুম্বা ৱাহৈদুমদি নং হায়গনু! মদু থোক্তনবা ঐনা নংবু মফমসি য়ৌনা পুরকখিবা নত্রা?"

— "অদুদি তারোমেনগী অপাম্বদি করিনো, হায়বীয়ু? পান্দম অমা ফংনবা লম্বী চৎপদা ঐসু তারোমেনগা পুন্না চৎমিন্নগদবা নত্রা? মদু ঐনসু খঙলবদি লম্বীদু চৎপদা ৱাবা খরদি ফগদবা নত্রা। পান্দম খঙদনা পংচত্তা চৎপসি ঐদি য়াম্না ৱারে।"

"নংনা হায়রিবদুসু চুম্মী। অদুবু নং মতম খরদংগা অৱাবসি খাংমিন্নখিসি। মতমদুদা তোর্ব্বান অমনা নংবু খৌরাংনা মোমোন নোক্তুনা ঙাইরমগনি। মদু য়ৌদ্রিবা ফাওবদি নং ঐঙোন্দা ৱাহংদু হংলকখিগনু।"

মানা থেম্বীদ্রবদি মানা হান্না শাউবা হৌরুবনিনা রোমেন — "বৃন্দা! সে! ঐখোয় অনী চাক চাথোক্লসি! মীনা চাবীনীংদদুনা চৎখ্রবনিনা করিদি উপাই লৈ?"

বৃন্দা হৌগৎলক্তুনা চাক অমুক শেম্লে। ফনা হাউনা থোঙজবা য়েঙ্খ্রাংদু মহাউ য়াওদবগুম তৌরে।

ইন্দিরা চংলক্লগা — "বৃন্দা নখোয়গী ইমাগা-পাবুংগা চৎখ্রব্রা? মখোয় মফমসিদা অমুক লাক্লরোইদ্রা?"

"ইন্দোমচা! চৎখ্রমাল্লে। পাউকা অমত্তা পীরমদে। তারোমেন্না বাবাগা ইমাগা লৈরমদ্রে হায়না ৱারৌরিবা।"

ইন্দিরা — "ৱারৌরুরনু! হেন্না লুবা তঙাইফদবা লৈদুনা তৌবা ওইরমগনি।"

— "ফরে, ইন্দোমচা ঐসু অদুম হায়না খন্দোক্লগে।"

বৃন্দা অমদি রোমেনগী পুক্লিংদা নুংঙাইতবা কয়া'মা ফুনগৎলম্বদু তপ্না-তপ্না অমুক ইংথরক্তুনা হান্নগী ফিভমদা তারক্তুনা মাগী-মাগী থবক মফমদা অমুক চৎনখ্রে।

অশোমদা মণিপুর য়ৌরগা বৃন্দাবু পোকপা থম্বাল মকোক খরা লৈবনিনা মুন্না বাখল তৌই। মহাক রতনগী কেশ পায়বা এদভোকেট পীশক্কী ময়ুমদা চত্তুনা রতনগী হৌজিক ওইরিবা কেশকী মতাংদা অকুপ্পা পাউ লৌরুই। জেলদা চহী অনী মিয়াৎ তাখ্রে। লালহৌবগা মরী লৈনবনিনা পাক-হেক লোইশিনবা য়ারোই হায়রক্লে। চহী অনীগী মতমসি করম হায়না ঙাইগনি হায়বগী মতাংদা থম্বাল কুপ্পা অমুক খনবা হৌই। বাখল তৌনা-তৌনা অমুক য়ুমদা হল্লক্লে। মহাক বৃন্দাগী বাফমসি কনা অমত্তদা খঙহন্দ্রি। মাগা নুংশিনা তিন্নরম্বা মরুপ কুবেরগসু মচা নুপীগী বাথোক্তুগী মতুংদগী নোংমতসু উনরুদ্রি। মচাগী মরাল লৈরমদ্রে হায়বগী পাউবুদি ইমুং অনীমক লোইনা খংনরবনি। অদুবু হৌদোক্লবা ঙম্নদদুনা মতমদি অসুম হৌখি। থম্বালনা খন্থবা ঙমদবা মীগুম্বা ওইরম্লবদি মচাগী মথক্তা মরাল শীবগী, মচা মাংখিবগী মরম পুন্নমক পল্লগা থম্বালনা কুবেরগী মথক্তা কেশ ওইনা তৌরম্বসু য়াবনি।

মতম খরা মচা মাংখিবনা মরম ওইদুনা শিথ্রবা নত্তুগা হিংলিব্রা খঙদনা লৈরুবদো হৌজিক অমুক মচা হিংলমদুনা শোয়দ-ঙামদনা লৈরম্বা উরুরগা অমুক্কা হেন্না বাজবগুম তৌরে থম্বালদো।

চনৈনবা বাফম ওইনা তৌবদুদা বুদ্ধি ইথোক-থোকপা ঙমদ্রে। থম্বাল জেলদা লৈরিবা রতন উন্নবা লাকই। পুলিসতা পাউ পীখিদুনা রতন থম্বাল উন্নবা থোরকই। রতন জেল মনুংদগী থম্বালবু উবদা মকোক নোন্না ব্যবহার তৌনা খুরুম্মী।

থম্বাল — "য়ারে, য়ারে, ইমাকসিদি"।

— "পাবুং চুন্না লাকপীব্রা, বৃন্দাগী অনৌবা করি পাউ লৈবীবগে?"

থম্বাল রতনগী তহা-তহাবা মতৌদুদা রতনগী বাখলদা হৌজিক ফাওবা মচানুপী বৃন্দাগী বাখলদি কাউদ্রিমান্নে হায়না ভাবনা লাম্বা ফংবগুম তৌই।

থম্বাল য়ান্না চীং লেম্বা বাহৈনা — "ইপাগী ইবুংঙো। নংগী বৃন্দাদো গুবাহাটিদা মাগী কনা লৈত্রবা মৈতৈ অহল মণিপুরদগী য়ুম হোংখিবা অমগা

মানা মণিপুর থোরকপা তাঞ্জাদা মপা চারুদুনা বৃন্দাগা অৱাং বী ও সিদা থেংনবদগী অদুম চৎমিন্নখ্রগা মাগীদা মচা শক্লা য়োক্তুনা লৈরম্লে। অদুগা ইবুংঙো! বৃন্দাদি হৌজিক মশা ৱাই শঙদ্রে। কুম-থাবু শুরক্কদৌরে। ইপানা মাবু লুহোংবগী অহীংদুদা মী থরনা কনা-কানি ঙাংনখিবা ৱাফম অমা লৈবদুদা ইচাগী মরাল লৈরমগদ্রা খন্দুনা চিংনবদগী নহাক্কী নফমদা অকুপ্পা ৱা হংবা লাকখিদবনি। ইচানুপীনদি হৌজিকসু ইবুংঙোবু মপুরোইবমক্তি খঞ্জহৌরি। মানা মীরোল্লিবা অঙাংদুসু ঐখোয়গী মমানা হংবদা ইবুংঙোগী ইচানি হায়হৌই তম্মী।”

— “পাবুং! বৃন্দাবু ঐখোয়গী ইমুংগী মীশিংনা ঙাংবীখিবা, মাবু য়ুমদুদগী তাম্থোকপীখিবদু ঐনা পঙবদগী থোকহনবীখিবা ঙাক্তানি। বৃন্দাগী মরাল অমত্তা লৈবা নত্তে। ঐ য়াম্না নীংঙমজহৌদ্রবনি। মাদি মপুরোইবা নীংবী, মপুরোইবগী য়াথং চেৎনা ঙাকখিবী নুপীনি। মানা নুমিত্তুগী অহীংদুদা উনখি হায়রিবা মীশক্তু ঐগনি পাবুং! মানা ৱাফমদু ঐগী য়াথং ঙাক্তনা শেংনা ফোংদোক্লম্লবদি মা অদুক য়াম্না ৱারম্লোই। ঐনা মতমদুদা মাগী মচিল মেনবীরম্বনি। ঐ ঙসিসু মাবু থাজরি, থাসু থাজখিগনি। ঐগী পুন্সিসিনা হিংলিমখে মাবু কাউবা শুকঙম-ঙম্লোই পাবুং। মানা মীরোল্লিবা অঙাংদুসু ঐগী ইচা শোয়দনা ওইগনি। পাবুংনা বৃন্দাবু অমুক্তং লৌশিনবীরগা পাবুংগী য়ুমদা মতম খরদং থম্বীবা য়ারোইদ্রা? নচাগী মীয়াৎ মতম লোইদুনা জেলদগী থোরকপা নুমিত্তা ঐনা মাবু তুলশি মনামক্তি খন্না ঐগী অশেংবা নুপী ওইনা অমদি মানা পোক্কদৌরিবা অঙাংদুবু ইচামক্তি হায়না পাবুংদগী অমুক লৌশিঞ্জগে? বৃন্দা কনাগীসু ওইবা য়ারোই। ঐগা মাগা লুহোংদুনা পুন্সি-লৈপুল শেমখ্রবনি অমদি পাবুংনসু দান পীবীখিবনি। মতম অদু ফাওবদংদি পাবুংদা ইরাল লংজরুরবা ঐবু নচানি-নমাক্তি খনবীদুনা ঙাকপীয়ু!” রতন অমুক্কসু থম্বালবু খুরুম্মী।

মাগী পুকচেলদুনা জেল মনুংদা লৈরগা ঙাংবনিনা মীগী থৌইনশিন য়াওদে, মশাগী চপ-চাবা মোৎনি হায়না থম্বালনা খল্লি।

“অদুদি ইপা অমুক য়ৌরগে? ইচা নুপীগী মনাক্তা চৎলগা ৱারম পুন্নমক তান্নরুরগে?” অসি হায়রম্লগা থম্বাল য়ুমদা হল্লক্রে। থম্বাল করম তৌরগা রোমেনগী মখুত্তগী মচানুপীবু অমুক্তং লৌথোকসিগে হায়বা ৱাখল অমুক তৌবা হৌরে। মাগী নুপী লন্থোনিনা তম্বা পাউদগী রোমেম্না বৃন্দাবু মচনগুম্না লোয়নৈ

হায়রি। অদুবু মচানুপী বৃন্দানদি রোমেনবু মপুরোইবমক্তি খল্লি হায়রি। অদুনদি মানা মচানুপী পুজরগে হায়রুবা মতমদা রোমেন্না ইরায়-লায়না য়ারব্রুগসু মচানুপী বৃন্দানা শিখাং-খাংদুনা ঐদি মণিপুরদা রতনগী মনাক্তা চৎপা ঙমজরোই, তারোমেনগী পুন্সিগা কায়নবা ঙমলোই হায়রব্রুবদি কমদৌবা। রতনগা পুন্না চৎলগা লৌরুবা ওইরবদি মপুরোইবা ওইবনা অদুগী মথক্তা রতনগী মচা অমা য়াওগদৌরবনিনা য়ারকপসু য়াই। মদুসু রতন্দি অমুক হৌজিক-হৌজিক্তি জেলদা লৈরিবনিনা য়াখিরোই। বৃন্দাগী মফমদা অকল-অরং শীংনরুবসু অমুক শিবা-নাবা থোকপগী অকিবা অমা লৈবগুম তৌরি। খনবমখৈ খল্লগা মমৈদা মতোমতা ব্বারেপ অমা লৌরে। মদুদি মতম খরগা শাংথনা বৃন্দাবু গুব্বাহাটিদা লৈহল্লগা রতন্না জেলদগী থাদোরকপা ফাওবা ঙাইরগা বৃন্দাসু মচা অমা য়াওরবা কান্দা তাঞ্জা অমা য়েংবা হায়না থম্বালগী পুক্লিংদা লেপ্লে।

থম্বালগী মবুক্তা রতনগী অশেংবা পুকচেল খঙদোক্লুবা অদুগুম্না রোমেন্না করি করম খল্লিবা হায়বদুসু খঙদোকপা তঙাইফদে হায়বসিমসু খল্লকই। থম্বাল মী কনা অমগী মফমদা হায়দোক্তনা য়ুমগী নুপীদা ফাওবা খঙহল্লমদনা গুব্বাহাটি চৎলুরগে লেপ্লে। রোমেনগা তোঙান্না মচানুপী তাহন্দনা অরুবা ব্বাফম অমা লৈখায় তাথোকপা পাল্লে।

অশোমদা বৃন্দাগী মবুক্তা মীরোল্লিবা অঙাংদু নোংম-নোংমা হৌখিবনা থা নিপাল হায়রক্লে।

মন্দোমচা অনন্দিগা তান্ন-তান্নদুনা অঙাং উনবদা চংগদবা ফি-রোল অমা-অমা লাংশিঞ্জবা লোইজরে।

থম্বাল ওফিসতগী ছুটি লৌরগা গুব্বাহাটিগীদমক এরোপ্লেন তোংদুনা লাকই। ইয়ারপোর্টতগী টেক্সি অমা ফারগা গীরিধারিগী লৈকায় লৈবা বেলটোলাদা হান্না লাকই। লৈকায়গী মীদা হংবদা রোমেনগী থবক মফম খঙলে। মফমদু মুন্না খঙলবা তুংদা টেক্সিদু তোংদুনা থম্বাল রোমেন্না লৈবা মফম তান্না লাকই।

থম্বাল উবদা রোমেন ঙসিসু ব্যবহারদি ইকায় কায়দনা থম্বালবু পাবুং হায়না খুরুম্মী। সোফাদা ফ্তান তানা ফমহল্লগা "পাবুং কদোমদগীনো ইথা-থাজদনা?"

"এ! ইপা ওফিসকী থবক অমগী গুৱাহাটিদা চত্তবা য়াদদুনা লাকপনি। নংগীসিদা ইপা-ইচা তান্ননীংবা ৱাফম অমসু লৈবদুদা তান্নরমগে হায়দুনা চংলকপনি। ইচানুপীগদি উনররোই। ঐ নংগী নফমদগী ৱাহৈ অমখক্তং তাখিবা পাম্মী।"

রোমেন পুক্লিংদা চিংনরপ তৌনা — "করি করম্বা ৱাফম ওইরবনো পাবুং? নচাদা চিংনদনা হেক্তা হায়বীয়ু কৈদৌবগে?"

"ৱাসি শুমদৌবনি — বৃন্দাসে লুহোংলুরবীনিদো। য়ুমগী মৌ অমা হায়বদো ওইরবীনি। হৌজিক মাগী নুপা রতন্দো জেলদা লৈরি। ইচানুপীনা শিখি-নাখিবা ওইরল্লবদি অমুক মাগী থিকানা থিরক্লমদবসু য়ারবনি। অদুবু হৌজিক্তি মা মশা হিংলম্লে। ইবুংঙোনা মাবু মবুং শক্লা লোইনবীরি হায়বসি তাবদা ইপা হায়নীঙাই লৈতনা নুংঙাইবা পোকই। মদু জগৎতা মীনা পাক-হেক ঙমগদবা ৱাখল নত্তে। য়াম্না তাংনা থোকপা থৌদোক্নি খল্লি ইপানা।

মতম অমদা ওইদবা মীগী পাউনিলখোলদা ইপানা নংবুসু চিংনদুনা খরা ৱারৌবা লৈখি। অদুবু ইচাদি ফিদম্নিঙাইগী মচাক থন্না য়াওবা পুকচেল শেংবা নুপা অমা ওইরম্লে। মসি পূম্নমকসি ইপা ঙসিখক্তদা ভাব তারকপনি। অদুবু হয়েং বৃন্দানা মীরোল্লিবা অঙাংসি পোক্লক্লবা মতমদা অশেংবা অঙাংসিগী মপা অমদি শোয়দনা চোংথোরক্তবা য়ারোই। মফমসিগী মীশিংনদি ইবুংঙোগী ইচা ওইনা উরগসু ইবুংঙোগী পুক্লিংনদি ইচানি হায়বদা চিংনগদবা খরসু লৈফম থোকই। অদুগা অমরোমদা য়াফমসু থোক্তে খল্লি। মরমদি ইবুংঙোগী অশেংবা ঈমক নত্তবনিনা। ঐনা সি হায় হায়দুনা নং ইপাবু লান্নদি খক লৌগনু। বৃন্দাসে ইপাগীদি ইচানুপী মথন্তনিদো। মাগী মফম অমা খঙহল্লম্বা হায়বসি মপা ঐগীদি তৌদবা য়াদবা ইথৌনিদো। নংসু নশা নহানি, বৃন্দাগী অশেংবা মফম অমা খঙলবদি ইপানা শীল্লগা আদা লৈবা য়ুম-কৈদু খরা শেমজিল্লগা ইচাগীসু মৌ অমদি থিননবা তৌসি। মীওইবগী মপোকসে অসুন্না অসুম লাংফৈগী পুন্সিদা লোইশিনবা য়াবসু নত্তে। ইচাসু মুন্না অমুক্তং খঙ্গরগা য়েংউ।

ইপা ৱা অমগা হায়গে, নচন বৃন্দাসে নংনা ৱাবীবগী ৱাবীবা নচন শক্লা মাগী অহানবা অঙাং পোকপা মতম অসি ফাওবদদি খরা শেন্নবীদবা য়াদ্রে। ইপানা থৌদাবদি নত্তেকো। মতাংনা মতম্না য়ারক্তদুনা তৌরবনি। মাগী মম্নিত্তা

মচা অমা উববা মতমদা মাসু অঙাংসিগী অশেংবা মপাগী মরমদা খল্লকপা যাই। মতমদুদা বতনগী জেলদা লৈবগী চহী অনীগী মীয়াৎসু তপ্না-তপ্না লোইরক্লগনি খল্লি। রতন্না হৌজিকসু বৃন্দাবু নুংশিজবি, পামজরি, মাগী নুপীনি খঞ্জরি। মা শোযদনা বৃন্দাবু অমদি মাগী মচাবু থিবকখিগনি। মতমদুদা মানা অসুক শাংবা মতমসি নংগা বৃন্দাগা লৈমিন্নে খঙলবদি নংবু শোয়দনা চিংনবকপা য়াই। ইপানা চিংনদনবা মরম পুন্নমক শীল্লগে। ইপানা শীল্লিবা থৌরাংসিদা নংনা করি খল্লিবা?"

রোমেন থম্মোই মনুংদদি বৃন্দাবু নুংশিবনা অশোকপদা থাংনা হঞ্জিল-হঞ্জিল য়ানবগুম তৌরে। অদুবু থম্বালগী ফজবা থৌরাংদুবুদি মানা বৃন্দাগীদমক মতম কুইনদগী খন্দুনা লাকপা বাফম ওইবনা য়াম্না মান্নরম্বদুদা য়ানীংবা ফাওই।

মানা বাজরিবদি বৃন্দানা মতমদুদা বতনগা মখা তাবা পুন্সি অমা লেনমিন্নখিবদা মাগা ঙসি নক্লরগা লাপ্নবা পুন্সি অসিগুম্না নুংঙাইবা ফংলরোইদ্রা অসিনি।

হে তাইবুং মীওইবা! মায়াগী সংসাবদা লেল্লিবা মীওইবা ঐখোয়না অপেনবা ফংলিবসিবু কদাইবাইদনো? কযা যাম্না পেনবা, নুংঙাইবা অমবু খ্বাইদগী নুংঙাইবনি হায়বসিগে? কনা অমত্তনসু খুম্বা ঙম্লোই। থম্মোইগী নক্লবা নুংশি মরী অমদি তিংলগা লংজাদুদি য়াওদ্রগসু বৃন্দা অমদি রোমেনগী মরীসিদি অদুম চেৎপগুম তৌরি। অদুবু লংজা য়াওদবা মরী ওইরুবনা অমুক লাপথোক্লখিবা তারক্লি।

থম্বাল হায়গদবা মরুওইবা বাহে কয়াদু ফোংদোকপা লোইরে। রোমেনগী মফমদগী পাউখুম অমুক ঙাইরকই।

"পাবুং! পাবুংনা মমুৎ তানা খল্লগা হৌদোকপীরক্লিবা বাফমশিংসে নচাগী অপাম্বদুমক্লি। ঐ বৃন্দাগী অশেংবা মফম অমত্তং খংলগদি ঐগী তুংগী পুন্সিগীদমক্তি থোইনা বারুনিঙাই ওইদ্রে।"

— "নংনা ইপাবু লাম্না লৌগদ্রা? ইপা নংগী নফমদা লুপা লিশিং কুনসে থল্লমগে? নংনা মসিবু লৌদবদি তৌগনু! নংনা মসি লৌদ্রগদি ইপানা হায়খিবশিংদো নংনা ঙাক্লিংদ্রে হায়না ইপা খল্লগে? ঙসিগী ইপা-ইচানা শানরিবা

ঝাফমসে নহাক্কা বৃন্দাগী মফমদদি খঙহনবা য়াবা নত্তে। ইপানা মরক-মরক্তা অকুপ্পা পাউ পীনবা য়াবা টেলিফোন নম্বর অমত্তংদি লৌখিগে?"

রোমেন চে অমদা ফার্মগী টেলিফোন নম্বরদু ইরগা থম্বালদা পীরে।

"অদুদি ইপা অমুক য়ৌনবা তৌরগে?"

"পাবুং! ঝারী শান্নরিঙেদা চা-নুংগা অমত্তা হায়হৌদ্রে। ঙাইহাক্তং লেংশিনবিখো!"

"য়ারে য়ারে তৌরুরনু ঐ খজিক্তং থুরে। নংগী ঝা সিমত্তং তানিংদুনা ইপা চংলকপনি। ঝাহৈদু হায়রল্লগা থম্বাল হৌগৎলগা থোকখ্রে। ঙসাই মানা লাকপদা তোংলকপা টেক্সিদু ঙাইহল্লগা থল্লম্বনা মদুদা অমুক তোংলগা অদুম চৎখ্রে।

রোমেন লুপা লিশিং কুন্দু লৌনীংদ্রবসু অহন্দুগী ঝাহৈশিংদুনা লৌহৌবদা তারে। মাসু খল্লি — "হয়েং বৃন্দাগা মাগা কায়নবা মিকুপ্তুদা বৃন্দানা মাবু থাদোকপা ঙল্লোই হায়রবদি মানা বৃন্দাবু অমুক লুপা লিশিং কুন লৌদুনা য়োনখ্রবনি হায়রগে, মাবু বৃন্দানা মী নত্তে শানি, পৈশানা নুংশিববু য়োনবা ঙম্বা নুপানি হায়জরবসু ঐ য়ারগে।" রোমেন মতম খরদি ফত্তবা মী অমগী শক্লোন লৌদবা য়ারোইদৌরি।

রোমেন ঙসিদি মহৌশা য়ুমদা হল্লকপা মতম য়ৌরবা ফাওবদা হল্লক্রে। বৃন্দা মশাগা লুম্বগা নুংশা য়াম্না থীজে। মন্দোমচা ইন্দিরা লাক্কুনা মনাক্তা ফল্লগা ঝারী শানদুনা লৈ। রোমেন্দু মাগা বৃন্দাগা লৈনরীবা মরীগী মতাংদা বৃন্দানা মাবু পোকপী মমাদা ঝারী শাদোকখ্রে হায়বসি থম্বালনা হায়রম্বা ঝাহৈশিংদুদগী খঙলে।

মা ঙসিদি খরা থেংনা য়ুমদা হল্লকই। য়ৌরকপগা মফি-মরোল অমত্তা হোংদোক্তনা খোঙঙুপতং লৌথোক্লগা ফমুংদা চংখ্রে। মা হল্লকপদুদা ইন্দিরাসু কাদুদগী থোকখ্রে। ইন্দিরানা কাদুদগী থোরকপদা রোমেনগী ফমুং মপা য়ৌরকপদা য়ুনম নম্বগুম তৌখি। মা রোমেন্দা য়ু থক্লকপ্রা হায়বগী মরমদদি হংলমদ্রে। বৃন্দা মতোমতা লৈবদুদা নুংঙাইতদুনা লৈমিন্নরম্বনি।

ইন্দিরা থোকখ্রবা তুংদা বৃন্দা রোমেনগী মনাক্তা চংলক্লগা — "তারোমেন, তারোমেন! হকচাং ঙমদ্রব্রা? করিনো কনাগা নুংঙাইনদবা য়াওরবগে? বীনোদ দাসনা করি অমুক হায়রকপগীনো?"

রোমেন ফুরিৎ খাউদগী লুপা চাম্মা চৎপী বন্দল অনীদু লৌথোক্লগা বৃন্দাদা পী।

"সে! সি লৌশিল্লু! ঐ ঙসিদি ঐগী মমল খ্বাইদগী য়াম্নবা পোৎ অমা য়োম্থোক্লম্লে।"

"করি পোৎ য়োল্লম্নবগে হায়রিসিবো? ঐখোয়গীবু মমল য়াম্বা করি পোৎ য়োম্নবা লৈবগে?"

"নংগী নত্তে ঐগীনি। ঐ ঙসিদি পোৎশক্তো নংঙোন্দা হায়ররোই, মতম অমা শোয়দনা লাকখিগনি। অদো, নং ঐবুদি পোত্তু য়োল্লুবগী বারৌগনুকো!"

বৃন্দা করি পোৎ য়োল্লুরিবনো? লুপা লিশিং কুন শিৎপা য়াবা পোত্তি অমত্তসু লৈতে খল্লি।

য়াম্না তপ্পা বাহৈদা — "তারোমেন! তারোমেনবু য়ু থক্লুরব্রো?"

"ঔ! ঐ য়ু খরা দাসকা থকমিন্নরুরে।"

"অদু, পাবুংনা খঙখ্রবদি কমদৌবা?"

"মী তাগনি তপ্পা ঙাংউ!"

"তারোমেন্না অদুম্না শেরান-তুরান তৌরগা ঐনা করম্না নুংঙাইগদৌরিবনো? ঐখোয় অনীনা লৈরিবসে মীগী ময়ুম্নি। মীগী ময়ুমদা লৈরগা মপুনা য়ানীংদবা থবক তৌরবদি ঐখোয়বু কয়াম কুইনা লৈবা য়াগনি? তারোমেন! নং মতুংদা অদুম্না তৌবীগনু! মসিমতংদি য়াবীয়ুবা!"

"হোয়, হোয়! ঐ হয়েংদগীদি নংনা হায়বদো অদুম ইল্লগে?"

"অদুদি চাক চাথোকপীররো?"

"বৃন্দা! নং শাওরনু! ঐ চাক চাররোই। নং চারো!"

"হায়রিসিবু হোটেলদা চাবীরক্লব্রো?"

"চারক্তে! ঐ চাকসে খম থেংনা লামহল্লগা চাক লাম্বগী মৈচাক অমুক্তং খাংগে তৌবনি। বৃন্দা! ঐসে নংগী লমন্দি য়াম্না তোঙ্লেকো!" বাহৈদু হায়রগা থম্মোই পুবা য়াদ্রমাল্লে, মখোল থোক্না কপথোরক্লে।

বৃন্দাদু তৌফম খঙজদ্রে। মাসু খঙহৌদনা রোমেন্না ঙসি হোংলক্লিবা মওং-মতৌদুদা হায়ফম খঙদনা বাজে।

"করিনো? তারোমেন্না তৌবীরিবসিবো? ঐঙোন্দবু লমন তোল্লে হায়বীরিদুবো? লমনদি তারোমেন্দা ঐনা শিংগদবনি।"

"নংনা ঐবু ইমাগুম্না নখুৎনা চাক ফাওবা ইনবীখিবদুগী লমন ঐনা হন্দকমপোক্কী শিংবা ঙমগনি থাজদ্রে। নংনা করিসু থোক্লদবা ঐগীদমক হোসপিটালদা অহীং-নুংথিল অনীমক সেবা তৌবীখিবা কয়াদু ঐ হৌজিক্তদা নীংঙম্লক্তে।"

মাদি বৃন্দানা মাবু থাদোক্লম্লগা চৎখ্রগনি খল্লুবদগী ৱাবগী মৈচাক কন্না খাংলিবনি।

"মদুবু ইমুং অমদা পুন্না লৈমিন্নরিবা নুপা-নুপী অনীগী মরক্তা তৌনবা সেবা নত্তব্রা?"

"মানি চুম্মী। অদু বৃন্দা! ঐখোয় অনীদি মদুমক্তি নত্তেদনা? নংগা ঐগা মদুগী মরীদুমদি মতম খুদিংমক্কী ওইনা ওইথোকপা শুকয়া য়াররোই। ঐ মী অমগী নুপীদা নত্তবা মিৎয়েংনা য়েংবা শুকয়া য়ানীংদে। মী অতৈনা তৌনরবসু ঐনা মদুগুম্বগী পাউদং তাবদা থম্মোইসে খাঙবা ঙমদ্রিবনি, প্রোক-প্রোক চাকলিবনি। নংবু রতন্না নুপা থোক্লা অহীংদুদা মাগী নুপীনি খঙহল্লম্বদু ঐ রতনবু ঙসি ফাওবা থাগৎলিবনি। নুপাদি অদুম্না নুপা থোক্কদবনি। নত্তগদি নংসে ঙসিগী পুন্সিসিগা মান্নদবা মওং অমদা ওইরক্লম্বসু কন্নানা খঙগনি। মানা নুপা থোক্লম্বদুনা মরম ওইরগা ঙসিগী ঐগী থম্মোইগী শম্বলসে হেন্না চেৎনা খাখিবগী মরম্নি। মদুনা নংগী ইজত্তি কঞ্জরেদনা?"

বৃন্দা মতোমতা ইকাইজদুনা ৱা ঙাংদনা কপ্পুনা লৈখ্রে। মশা লুম্নবা মতমসিদা মবুক্তা নাওপুরিবা রতনগী মচাসিদা দোষ হঞ্জিল-হঞ্জিল তৌরকই। মা ঙসি রোমেন্না য়ু ঙাওরিঙৈদা ফোঙদোরকপা ৱাহৈদুদগী খঙলে, মদুদি মাবু রতনগী অঙাংসিনা মরম ওইরগা রোমেন্না মাগী লোইনবী ওইনীংদবনি। ৱা ঙাংনরুরগা হেন্না ৱাগদবদু খল্লুবদা ফমুংদগী লুপা লিশিং কুনগী বন্দলদু লৌরগা উপুদা হাপচিল্লুরে।

বৃন্দা শুৎ-শুৎ কপ্লগা চাক চাদনা ফমুংদা চংলগা কপ্পা-কপ্পা তুমথখ্রে।

মিকপ অমা তুম্নুরবা তুংদা রোমেন তপ্না হৌগৎলকই। চাক লাম্বগুম তৌরকই। বৃন্দানা শেন্নগা চাক্কুপ্না খুন্নিবা মাগী চাকতু থাংদোক্লগা চাগদবগী থৌরাং তৌই।

বৃন্দাগী চাক্কুকসু চাদনা কুপ্লগা লৈবদু রোমেন্না উরুরে। করিগীনো বৃন্দাসিদি চাক মবুক থন্না চাগদবা মতমসিদা চরা হেল্লগা তুমখ্রবোইরে। ঐনা মঙোন্দা ঙসাই ঙাংবীখিবা বাহৈশিংদুনা মাগী মবুক নাগ্রবরা ? চুম্মী ঐনা ঙাংখিবা বাহৈশিংদু মানা বারৌগদবা খরদি য়াওখি।

তপ্না হৌগৎলগা বৃন্দাবু হৌদোকপীগে চংলকই। নুংঙাইনা তুমজরিবী বৃন্দাবু হৌদোকপা চংবদা বৃন্দাগী কাংখল হাইদোক্লবদা বৃন্দাগী নুংশিবা শকফমদো উবদা মিৎফম হোংনীংদ্রে। থবান-লাংবন লোম্নবা থা ওইনা তৌবনিনা গুবাহাটিদদি য়াম্না হেন্না শাই। বৃন্দা মশাদা শেৎলিবা ফনেক অমদি লিৎলিবা ফুরিৎতুদগী হেন্না অতৈ ফি অমত্তা য়াওদে। মাদি নোংমতসু বৃন্দাগা মায়গা-মায়গা ওনশিন্নদুনা চিল্লোকনরক্তবনা বৃন্দাবু মপুং ওইনা য়েংখিদবনি। ঙসাই অয়ুক্তা মণিপুরদগী বৃন্দাগী পাবুং থম্বালনা হাথু-হাথু লাক্লগা হায়রম্বা বাহৈশিংদুনা বৃন্দা শোয়দনা মতম খরগী তুংদা মাগা কায়নরগনি খল্লুবনা ওইরমাল্লে, ঙসিদি বৃন্দাবু মপুংফানা পেন্না কাংখল হাইদোক্লগা য়েংলুরে। খোঙদগী তোন ফাওবা মথং-মথং য়েংলকই। য়েংবা নুংঙাইতবা জগা অমত্তা থিবা ফংদে।

মী কয়াগী কল্লক্লফম ওইরিবা চা মচেৎতুসু অদুম ফজরি। উইশিল্লিবা মমিৎ অনীদুসু অদুম মনুংশি। মচিম্বাল য়েংলুই থম্মোই তনীকই। তুমতক তৌবা নাতোন্দুসু তুল্লিবনিনা লেংদে। ফুইনা হোনবা শ্বরদনি কামথোরক্লিবা। খজাই অনীদুনা কয়াদা মেংনা থোৎনা উরিবা। না অনীদুদা নপ্লিবা নানপ্লিদুদি সনাগীদি নত্তে, অদুবু রোমেন্না থোঞ্জবনি। ঙকশমগী লিক মরীদুসু চুম্নগী য়াম্না পীকপা মচানি। লিকতুমদি রোমেন্নদি অমত্তং শিনবীগেদি খঞ্জখিবনি।

অসুক ফজবা বৃন্দাগী মশকসে রোমেনগী মফমদদি ফজবী চাম্মগী মনুংদা খ্বাইদগী অহেনবীনি খঞ্জবনি। ফোংদোকপা ঙমজদবগী বানি। অদুবু মাগী মনাক্তা মাগী ওইনা লৈরিবী ঙসিগী বৃন্দাসে রতনগী মফমদা শিন্নরগা অমুক রতন্না পুদুনা চৎখ্রগনিকো খল্লুবদা রোমেন বাবা হৌরকই। মাগী ওইনিংবগী বাখল খজিক্তং ফাওগে তৌরকই।

রোমেন্না খল্লকই — "বৃন্দাগী নোংম-নোংমগী খজিক-খজিক ঋাংবা হেনগৎলক্লিবা মবুকসিদা রতনগী ঈদগী ঈহুল তমখিবা অঙাং অমগী নাওয়োম য়াওরিবনিকো। শেৎলিবা মঞ্জুনরবা ফনেক হঙ্গামপালগী মচুসিসু রোমেন্না থৱায়না পামজনা থোঞ্জখিবনি। লিৎলিবা ব্লাউজ লৈ মচুগী মঞ্জুনরবা অসিসু রোমেন্না থোঞ্জখিবনি। বৃন্দাগী হকচাংদা পক্লিবা মপালগী লৈতেংগী কুয়োম খুদিংমক্তি রোমেন্না থোঞ্জখিবা ঙাক্তনি। মদু ময়ামদু বৃন্দানসু থৱায়দগী হেন্না পামজনা শেৎলি, চারি। রোমেনগী নত্তবা হায়ববু রতনগী ঈগী অঙাং অদু খক্তনি।

হে নুংশিবা! খুৎনা শোকপা য়াদবা পোৎশক নংনা কদাইদগী বৃন্দা অমদি রোমেন অনীগী মফমদা লাক্লগা হকচাংগী কয়াৎ খুদিংদা চং-চংদুনা ওৎপিররিবা! হন্দক্কী মপোকসিমদি মাসু-ঐসু ঋানা-ঋানা অসুম লোইরনিদকো পামদি পাম্মুইদা।

মতম অমদা রতনগা বৃন্দাগা লুহোংলমদাইদা নোংমা থাবল ফবা অহীংদুদা বৃন্দাখোয়গী পুখ্রি মপান্দা মখোয় অনী অরোইবা শানখিবা ঋারীদা বৃন্দানা হায়জখিবা ঋাহে "ঐখোয় অনী কদাইদনো অমা লোন্না চেনখ্রসিরা? চরা কয়ারক হেল্লবসু ঐ খাংবা ঙমগনি, নংগা কায়নবদি ঙমগদবা মান্দে, ফিজেৎ ফিগায় শেৎলবা ফাওবদা ঐ মদুদা করিসু খন্দবা ঙমগনি" হায়না মানা পুকচেল তিংনা ফোংদোকচখিবদো ঙসি ঐখোয় অনীনা ওইরিবা ফিভমসিসু ফিজেৎ-ফিগায়মক্তি শেৎপা নত্তে। করিগীনো ঐনা নুমিত্তুদা অদুক নীংহন্নখিবা থম্মোই অদুনা মানা হায়জব্দা তাবীখিদ্রগা ঙসি মানা লুহোংলবা মতুং মীগী নুপী ওইখ্রবা, মবুক্তা রতনগী মচা অমা নাওপুদুনা মচা পোক্লমদাইগী মতমসিদা অনৌবা থৌনা অমা লাক্কে তৌরক্লিবা?

তৌহৈদে, হে পুক্লিং, নংদি বাপুজিগী পাউতাক ইল্লু! য়োং অহুমগী পাউতাক্তু খক কাউফদে। মহাত্মা গান্ধীনা য়োং অহুম লাৎখি। অমনা মচিন খুম্মী, অমনা মনা মেল্লি অদুগা অমনা মমিৎ খুম্মী। হায়হৈদবা হায়গনু, তাহৈদবা তাগনু অমদি য়েংহৈদবা পোৎ য়েংগনু হায়বনি। রোমেন থম্মোই ফাথনবা হোৎনজে।

"ও! বৃন্দা! নংবু ঐনা তশেংনা থম্মোই মনুং য়ৌনদি নুংশিবনিকো! নুংশিবা অদুমক্তসু নংবু শেন্নরিবসিনি। মাগা ঐগা মায়গা-মায়গা ওনশিন্নদুনা, মিৎকা-

মিৎকা মিৎচানদুনা নুংশিগী মপাও হংনদুনা নংনা ঐবু কয়াম নুংশিবা, ঐনা নংবু কয়াম পামজবা, পোক্লক্কদৌরিবা অঙাংসিনা নুপা ওইরগা করি মমিং থোনবা, নুপী ওইরগনা করি থোনবা হায়দুনা কেন্দুনা খাহং-পাউখুম তৌনবগী তাঞ্জাদুমদি ফংনদ্রেদো। মাসু খাজরমগনি। অদুবু নোংমতসু ঐনদি হংবীরুদে।

বৃন্দা ফমুং মপান নপ্পা চেপ্লগা তুমজবনি। মথক থংবা খজাইদুদি রোমেনগী মিৎ মপাদা লৈরুরে। রোমেন বৃন্দাগী কাংখল হাইদোক্লগা মুন্না মমিৎ কুপ্তনা ঙসিদি বৃন্দাবু য়েংলগা খাখল শাংনা খল্লগা লৈরুরে। মুন্না য়েংলুরবা মীহৌ চাউরম্বা মিৎলু অনীদুদগী খুদক্তা নোংগী নোংলিক চুথরকপগুম পিরাংগী ঈরিক খিকথরকই। পিরাংনা বৃন্দাগী নীংথিরবা খজাই মথক্তুদা পোপ-পোপ তারকই। তৈথোক্কেদি খল্লগা তৈথোকপা ঙমজদে। মাদি বৃন্দাগী মমায়দা য়াম্না নকশিল্লুরবোই।

মপি শেংনা তৈথোক্লগা হাইদোক্লম্বা কাংখলদো অমুক খনজিনখ্রে।

— "বৃন্দা, বৃন্দা! অনীরক কৌজে।

বৃন্দা তুম্লম্বদগী ইখং-খংনা ফুক হৌগৎলকই। মাদি ঙসাইদগী রোমেন্না খাখল অমদা উংলগা মাবু মিৎ কুপ্তনা য়েংখ্রে হায়বদি খঙজবা নত্তে। অদুবু মাগী খজাইদা পক্লম্লিবা ঈশিং মরিক্তুদি কদাইদগী ঈশিং ওইরিগবা খঞ্জরুই। তপ্পা হৌগৎলগা —

"করি তৌরবগে তারোমেন?"

"ঐ চাক য়াম্না লাম্লে। নংসু চাক চাদনা তুম্লিবদি করি তৌরে? ঐবু নংঙোন্দা অকনবা নংগী পুক্লিং নুংশিগদবা খাকা ঙাংখ্রব্রা? য়ু থকপা হায়বসিদি তশেংনা অঙাওবনি। ঐ মতুংদা অমুক থক্লরোই।"

বৃন্দাসু মবুক্তা অশেংবা খাদু লোৎশিল্লগা — "হায়খিদেনা!"

"অদু ওইরগা করিগী নংদি চাক চাদনা তুম্লম্লিবা? হৌজিক্তি নংগীদা নত্তনা জিব মচা অমগীসু মবুক থন্নবা নং চাক নবুক থন্না চাবা তাবনি। ঐ অতৈমক ঙমদ্রবসু নংবু পুক থন্নদি পীজনবা হোৎনগনি।"

"তারোমেন্না ঙসি য়ু থক্লগা লাকপগী মরম্বু করিগীনো?"

"পুন্সিগী ৱারীদা অনৌবা চেপ্তর অমা হৌবগীনি। ঙসিদগী ঐ য়ু হায়বা পোৎশক্তো শোকপা হৌরবনিনা চেপ্তর অনৌবা অমদি হৌরেদনা। কান্নদেসে চাক্তুম চারুরসি!"

বৃন্দা রোমেনগী অঙাংবা মমিত্তুদা য়েংজে। নুমিদাংগী পুং বারো মতুংসিদা মখোয় অনীদো চাক চামিন্নরি। হাউনা চারিব্রা, চাদবা য়াদবগীরা হায়বদি হায়বা ঙমদে। চাবা লোইরগা অথেংবা মতমদুদা মাগী-মাগী ফমুংদা চংলগা তুম্নখ্রে।

## (নিপালশুবা)

লৈপুংনা ষণ শাবদা মো লাউনা খোঙদে হায়নৈ। রোমেন্না মী অমনা লুহোংদুনা লৌরুরবী বৃন্দাবু মাগী নুপী শাদুনা অতোপ্পা মী খঙহন্দনা কয়াম কুইনা লোত্তুনা থম্বা ঙমগনি? মদুসু দ্রামাগুম্না, অউবা মীগী মমাঙদা মতৈ-মনাওগুম উহল্লগা মনুংদদি তোঙানবা ঈচেল অমগী মকমদনি। ওম্থোক্না ৱাখ্রবা পুন্সি মরেল অমদনি মখোয় অনীনা লেল্লিবা পুন্সিসি। তাইবংপানগী মণিপুরী সমাজগীসু তাইওন্নবা মওং অমদনি।

বৃন্দাসু অদুমঙাই মাগী থম্মোইনদি রোমেনবু থৱায় তানা পামজরগসু নোংগৌবীনা ইঙা নোংবু খৌরাংনা ঙাইবদা নোংদুনা মতারক্তুবদি কয়াদা ৱাজরমগবা?

খঙদে, অসুন্না অসুম মতম তমক হৌথি, লম্বীনা কদাইদা, পম্বুংনা কদোমদা অমত্ত খঙদনা পুন্সি লোইগদৌরিবরা?

ঙসাই অয়ুক্তগী থবক কাখিবা রোমেন নুমিদাংৱাইদা য়েঙ্খ্রাং নাপী, মনা-মশীং খরগা ফক্লাংদা থেৎনবা লাই অমগা (মমানা মচাবু খোম পীথকপা) কোনশিল্লগা পুরকই। বৃন্দা থোরক্তুনা মনা-মশীং, য়েঙ্খ্রাং-নাপী য়াওবা খাউদু পুশিল্লগা চাকখুমদা থম্লুরে। অমুক থোরক্লগা রোমেন্না ফমুংদা থল্লিবা রবরনা ফারিবা কোনশিল্লিবা লাইদু হাংদোক্লুই। রোমেন্দি তাঞ্জাদুদা টোইলেৎলোমদা চংখি। লাইদু উরুবদা বৃন্দাগী পুক্লিংদা খঞ্জরুই — "করিনো তারোমেনসিবো থাজদবা ঙাক্তা মরক-মরক্তা হেক্তা তৌথোরকই। অমুকসু হোসপিটালদা লৈরিঙৈদা থাজদবা মীমাংদা পনবদা ৱানা থোকপা মঙ অমা তমথোরকই। ঙসিসু ইথা-থাজদনা লংলা য়াওদবা ঐখোয় অনীগী পুন্সি মরীদা অসিগুম্বা মীনা উবদা করিনোমা হেক খনগদবা লাই অসিবু লৈরক্লি। মাগীসিবু ঐগী থম্মোইবু কাইহৌবীরগা ৱাহনগে খন্দুনা তৌরক্লিবজাৎলা? হংনবগী ইতিকসু

লৈজদে। তৌবগীদি মানা খল্লিবসি ঐনা ঙরাং নুমিদাং চাক চাদনা তুম্লুবদু তৌগনু অঙাংবু মবুক থলহনবীয়ু হায়বগী অর্থ শোয়দনা ওইরমগদবা মাল্লি।”

মখোয় অনীগী পুক্সিদা চিম্বালথোংদা বা য়াম্না তোয়না ঙাংনদ্রগসু থম্মোই মনুংদদি নুংঙাই-নুংঙাইবা ভাবনা লাম্নগা বারী কয়াদি তত্তনা শানবগুম তৌরি। অদুবু হায়দোক্তবা, ফোংদোক্তবা বাখল কয়ানা থম্মোই মনুংদা ওমদুনা থম্বসিবু বারোইদ্রনে? বারবসু বানা অশেংবা লোৎশিল্লগা শেংদবা বারী কয়া ভাবনা শানবনা মখোয় অনীগী পুক্সিগী মরুওইবা য়ুম্বানবগী মরী ওইরি। কায়দ-কায়দা ঈচেল অনীদু মমায় ওনশিন্নরুদনা অদুম চেঙ্গুরি।

রোমেন্না য়াম্না বাজরিবদি মানা বৃন্দাবু মরাল লৈবা শাহল্লগা মাগী মথক্তা অশাওবা উৎননবা বাখল শুংনবা হোৎনবসিনি। নোংমা নত্তুগা নোংমদি বৃন্দাবু রতনগী মফমদা শীন্নখিবা হায়বসিমদি শোয়দ্রবনি। মদুগী মতমসু অসুম নকশিল্লক্রবনি। মানা করিগুম্বা উপাই অমখক্লা বৃন্দানা মাবু পামদনবা হোৎনবা ঙমদ্রবদি বৃন্দানা মাবু নুংশিবনা মরম ওইরগা রতনগী মনাক্তা চৎলু হায়বা শুকয়া য়ারোই হায়বসি মানা কন্না থাজে। রোমেন্না মশাবু বৃন্দানা পামদনবা করি তৌবা হৌরসিগে খনবা হৌরকই। হৌরকপদা ঙাইরি থম্মোইদি তংখায় তানা কায়বা হৌরে।

অসুম তৌরিঙৈদা বৃন্দা শোমদা অঙাং উনবগী মতম য়ৌরক্লে। ডাক্তরদা চেক-অপ চৎলুবদা হয়েংমক পুরক্লো হায়রক্লে। রোমেন মদুগীদমক্তি মহাক য়াম্না চেকশিন্না হোৎনজরি। মন্দোমচা ইন্দিরাগা হান্নদগী থৌরাং তৌদুনা থল্লবা ফি-রোলসিং পুদুনা গীরিধারিগী মারুটি কারদু রোমেন্না থৌরগা বৃন্দাবু সিটি হার্ট প্রাইভেৎ ক্লিনিক্তা পুরক্লে। ইবা-বাদনা নুমিত্তুমক্কী অহীংদা ডাক্তর বীনিতা তামুলিনা বৃন্দাগী অঙাং পোকপীরে। বৃন্দা মচানুপা অমগী মমা ওইরে।

রোমেন হরাউবদি শারগা থম্মোইদদি মপি তানা কপ্পগুম তৌই। অসুক বানা হোৎনজরকপা মাবু অঙাংসিনা চাউরক্লগা মপানিদি হায়ররোই খল্লুবদা ওইরমাল্লে। মৈতৈগী চৎনবীদা অঙাং অমা পোকপগী তৌফম থোকপা হৌনবী খরা তৌরে। বৃন্দাগী মশাসু থোইনা শোনবা নত্তবনিনা মথংগী নুমিদাংবাইদা য়ুমদা পুথরক্লে। ফিশু-ফিজাম তৌনবা নুপীমচা অমসু থিরুদুনা মখোয়গীদা লৈহল্লে। চাক-ঈশিং থোঙ-থাকপদি ইন্দিরাগা বালাগনা পাংবীদুনা থোইনবু বাদে।

রোমেন বৃন্দা মচা পোক্লে হায়বগী পাউসি মণিপুরদা পাক-হেক পীদে। অদুবু মতমদি খঙলগা চৎখিবনিনা বৃন্দাগী মমা লম্ফোনিনা মপুরোইবা থম্বালদা তোয়না মচাগী পাউ হংবীয়ু হায়জে। থম্বাল রোমেনগী মফমদা টেলিফোন তৌদুনা বৃন্দাগী মরম হংলকই। তাক্তবা য়াদবা মতাং য়ৌরদুনা রোমেন্না বৃন্দা অশোয়-অঙাম য়াওদনা মচানুপা অমা ফংজরে হায়না খঙহনখ্রে।

লম্ফোনি মচাগী পাউ তাবদা মিৎলুদগী পিরাং শীষ্টখিবা খঙহৌদে। মচাবু উনীংবনা ঙাওখি। মী অমগী মফমদা মচাগী ৱারী শাগদবসু মতাং মতম চাদবনা তমথোকচদ্রে। মচাগী তুংগী খল্লুবদা ৱাজবনসু লোইরে লম্ফোনিদো।

ষষ্ঠি পুজাদি রোমেনগী শাগৈদা রোমেন্না অশেংবা মপা শাদুনা পাংথোক্লে। ইমুংগী ইপু, গীরিধারি, পাকপী, ইন্দিরা অমদি বালা লোইনমক ইমুংদা মখোয়গী অশেংবা মচা অমা মশু অমা ফংবগুম খন্নে। মৈতৈ লৈকায়গী, গীরিধারিগী খঙন-চান্নবা মরুপ-মপাং কয়াসু বার্তোন তৌদুনা ময়াম্বু নীংথিনা পীজ-পীথক তৌদুনা অঙাংগী ষষ্ঠি পূজা লোইরে। ময়াম্না পীরম্বা বরদুনা বৃন্দাগী মচাদো মীথোই মীহেনবা মী ওইগদববু মাল্লে। ময়াম্না হরাউ হরাউ তৌবীবদুদা বৃন্দা অপোকপা মমা ৱাৎপগী থোইনবু নুংঙাইতবা তৌরুদে।

গীরিধারিগী ইমুংদা নুংঙাইবা থৌদোক অমা থোক্লিঁঙেদা দিল্লিদা লৈখিবী গীরিধারিগী মচানুপী ফজবীগী অৱাবা পাউ অমা লাকই। বৃন্দাগী মচাগী ষষ্ঠি নোংঙানবদা পঙ্কজ বরুম্বা দিল্লিদা গাড়ী এক্সিদেন্ট থোক্তুনা য়াম্না থীনা শোক্লে হায়না টেলিফোন তৌরকই।

গীরিধারি মথংগী নুমিত্তা ফ্লাইটতা দিল্লি পাংখ্রে। দিল্লি য়ৌরগা মচানুপীগা উনরে। মচানুপীদি পঙ্কজনা ময়ুমদগী লুপা লিশিং তরা দিমান্দ তৌখো হায়বনি। ফজবীনা মমাংগী থাদা লুপা লিশিং তরা লৌখিবদা ঙাইহিরি ঐদি ঙমজরোই হায়রুবদগী ফুবীরে। মখোয় অনী খৎনবদগী মঙক্কী সনাগী মরী থৎলগা পুরগা চৎখিবনি। নুমিত্তুদা মোটোরসাইকল এক্সিদেন্ট থোকপা ওইরম্লে। পাউদু তারগা গীরিধারি শাওবনা তৌফম খঙদ্রে। মচানুপীগী মমায়দা খাল্লিবা ময়ামদো উবদা গীরিধারি মচানুপীবু য়েংবা ঙমদে। কান্নররোই খন্দুনা মচানুপীবু গুৱাহাটিদা পুথোক্লগা মতম খরা মনাক্তা থল্লগে খল্লে। মাগী থবক অতৈ লোইরগা গীরিধারি দিল্লি পব্লিক স্কুলদা ক্লাস সেভেন তম্লিবা বীমোলগী মনাক্তা চংদুনা মচানুপাগী

অৱাৎ-অপা হংলম্মী। মমাদা করি হায়য়ুগে হংই। বীমোল করিসু হায়নীঙাই লৈতে হায়রগা লৈহৌই। মথংগী নুমিত্তা গীরিধারি ফজবী পুরগা য়ুমদা থোরক্লে।

ময়ুম য়ৌরগা মপানা — "ঐনা নহান্না সিথোক্কনি উতি চাবগা শঙ্গ তৌবদা লেপ্লোই হায়খিবদো" হায়না মচানুপীদা ঙাংই। আসামদা মৈতৈনা আসামিশিংবু উতিচাবা কৌই। মচানুপীসু ঙসিদি মমা-মপানা হায়খিবদু চুম্বগুম খল্লক্লে। জাতি মান্নদবদা য়ুম পানবা হায়বসি অখাঙ কনবা খরদি চংই। মপামদা হল্লক্তুনা লৈরবনিনা ফজবী তিন্ননবা মপাং থিরকই। বালাসু স্কুল চৎপনিনা বৃন্দাগী কাদা তোয়না চংদুনা বৃন্দাগা নোংম-নোংমগী নকশিন্নবা হৌরকই।

শোমদা মপা গীরিধারিনা ফজবীগী ফেসন দিজাইন্নীংগী কোর্সসু নীংথিনা লোইশিনবা ঙমদ্রবনিনা মচাবু মাগী থবক মফমদা থাদুনা পৈশা-নুংশা হিসাব-শুবা য়াওহনগে খল্লে। মচানুপীনা কা নান্না শেমদ্রবদি ফম্বা তল্লি হায়বদগী গীরিধারিনা পৈশা থাদদুনা রোমেন্না হান্না কাবক-কবক ফল্লম্বা কাদু কা অহুম থোক্লা খায়দোক্লে। য়াম্না ফজনা রং-পং হাইদুনা নান্না শেমলে। কা অমনা রোমেনগী, কা অমনা ফজবীগী অদুগা অতোপ্পা কা অমদুনা ভিজিটর লাকপদা ফম্নবা সোফা থাবা কানি। টেলিফোনকা থমদুনা কাদু অচৌবা ওফিসারগী কা মাল্লে। গোদরেজ উপু অনী অমসু লৈদুনা রোমেনগী কাদা অমা, ফজবীগী কাদা অমা খিল্লে। উপুদুদা অরুবা ফাইল-নুং হাপ্পী।

কা শেল্লিঙৈ মতমদু ফজবী অয়াম্বা মতমদা বৃন্দাগী মনাক্তা চংলক্তুনা ৱারী-ৱতাই তোয়না শানৈ। বৃন্দাসু অঙাং অনৌবা চেনবনিনা স্কুল চৎত্রি। নুংথিলগী অশাবা নুংশা খাংবদু খরা শাফনবা ফজবী বৃন্দাগী কাদা চংলক্লগা — "ইচে নখোয়গী তারোমেনগী ফমুংসিদা ফেন থারগা ঙাইহাক্তা পোথাগে?" বৃন্দানা খল্লি — "করিনো ঐমক্লসু নোংমতা কিজদুনা কাখত্তুনা তুমদ্রিবা ফমুংসিদা মানা য়াম্না লাইনা তুমগে হেক্তা হায়রক্লিবসিবু করি খনবগীনো?" বৃন্দা নুংশা থিবা পোক্লকই। অদুবু মখোয়দি মপুনি, পুন্নমক মখোয়গীনি, মখোয়না য়ানীংদ্রবদি লৈবীরনু হায়রকপদা য়ুমসিদা লৈবা য়ারোইদৌরিবনি। মুম্না খল্লুরগা বৃন্দা — "ইনাওবু! ঐগী ফমুংসিদা ওইনা পোৎথাগেরা?" হংজরকই।

— "ইচেগী ফমুংদদি তল্লি, অঙাং মনম নল্লমগনি, ঐদি অঙাং মনমসে কয়া হৈনদে।"

বৃন্দা মানা থিংবা ঙশ্বা শক্তিগী ৱাংমা লাল্লকপদুদা — “কৈদৌএগে ইনাওনা তুম্ববু, ইচে ফি অমা থাখিগে” অসি হায়রগা রোমেনগী ফমুং মথক্তা মোমপাক ফিদক অশুবা অমা উপুদগী লৌথোক্লগা থারগা শেম্মী। ইমুংগী মজাইদেম্মগুম কেনা-মৌনা হৌরকপী ফজবীনা হায়রকপা ৱাঙাংদুদা বৃন্দানা পাম্মুনা লুনা খঞ্জরিবা রোমেনগী ফমুংদুদা ফজবীবু তুমহন্দবা ঙমখিদ্রে। পুক্নিংদদি থম্মোই মনুং য়ৌনা ৱাজরুই। কনি গুশ্বা ফজবীনা মতম শাংনা মাগী কা মচাসিদা অসুন্না চংনা-থোক্লা তোয়না তৌরক্লবদি রোমেনসি মানা মুনগে হায়রকদ্রা ফাওবা খল্লকই।

বৃন্দানা নীংজবদুমক ফজবীনসু মথং-মথং পাংথোরকপগুম তৌরি।

ফজবী চংনা-থোক্লা তোয়না তৌবদগী চাক ফাওবা থাংদুনা বৃন্দাগী কাদা চাবা হৌবক্লে। য়েঙ্গ্লাং অহাউবা অমা থোঙবদা রোমেনগী শরুক তম্বা হৌরক্লে। রোমেন্দা পিথোকখ্রবা য়েঙ্গ্লাং তেক্কোৎতু — “দাদা নংগী তেক্কোত্তা ঙা য়াম্না হাপ্লোকখ্রে, খিত্তা হাপ্পীরকউবা” হায়না নীবা ফাওবা ঙল্লক্লে। বৃন্দাদি মদু উবদা খাঙবা ঙমজদ্রে। চাক মবুক থন্দনা হৌগৎলগা ৱাখল তৌদুনা লৈবা য়াওরক্লে।

ফজবী অমুকসু — “দাদা! হয়েংদগীদি ঐগী ফমফম শেম্বা লোইরে হায়রবনিনা ঐ থবক কারগে, থব ক কাবদা তোংনবা ঐগী সেন্দল ফজবা অমত্তা হোরেন দাদানা থবক কুল্লকপদা লৈবীরকউ! — সে! পৈশাসি পায়বীখ্রো!”

রোমেন — “য়ারে-য়াবে, নংগী খোঙগী নম্বরবু কয়ানো?”

— “মঙানা চাগনি, ইচে আনন্দিগী অমা লৈরিবসে তারোমেন্না লৈবীবনি হায, অসিগা চপ মান্নবা অমা লৈবীরকউ!”

মাগী খোয়দৌ শিকপা ৱা খরা য়াওরিবদুনা বৃন্দাবু অমুক্কা হেন্না ৱাহনবীরে।

মথংগী নুমিত্তা ফজবী য়াম্না কেনা সারি শেত্তুনা রোমেন্না কার থৌরগা ফজবীবু পোকপা গীরিধারি অমদি মমা পাকপীগা পুন্না থবক মফমদা চৎমিন্নখ্রে।

শোমদা বৃন্দা মখোয় পুল্লপ থোকমিন্নখিবা উরগা থম্মোই কায়না য়েংদুনা লৈহৌই।

**অসুম্না ফজবী নুংতিগী থবক মফমদা মারুতি কার তোংদুনা সারি মচু-মচু হোংলগা রোমেনগা তোয়না চৎমিন্নে। ফজবীনা থবক কারকপা নুমিৎ**

কুন্নিরোম শুরকপা মতমদা নোংমা খঙহৌদনা মকোক ঙাওরকই হায়দুনা রোমেন্না য়ুমদা কারদা থিল্লকই। কারদগী কুমথরকপদু রোমেন্না কোল্লগা পুশিল্লকই। খোঙনা চৎপা ঙমদ্রে হায়দুনা রোমেন্না কোল্লগা ইমুংদা পুশিনখি। বৃন্দানসু রোমেন্না ফজবী কোল্লগা পুশিনখিবদু উহৌই। খুদক্তা ডাক্তর কৌদুনা চেক তৌহনবদা ফজবী মীরোল্লে হায়বা খঙলে। বৃন্দা পাউদু তাবদা য়াম্না নুংশা থীবা পোকই। ফজবীদি অঙাং মীরোল্লকপদা থোইনা নুংঙাইতবা উদে। মানা পাক্কজগা হজ্জিন্নবগী মরমদসু হৌজিকমক্কীদি ৱারেপ লৌবা লৈত্রি।

অমরোমদা ফজবীনা অয়ুক-নুংথিল, নুমিদাং অয়াম্বদা রোমেন অমদি আনন্দিগী নুংঙাইবা মানবা মপাম্বোংগী য়ুম্বালদুবুদি কল্লকচে।

মতমদি খঙহৌদনা অসুম হৌখিবনা ফজবীনা মপামদা লৈরকপা থা অনী হায়রক্লে।

ফজবী মীরোল্লে হায়বসি ইমুংগী মীদা নত্তনা মী অতৈসু খঙনরক্লে। মানা নহান্দগী থা তরেৎলোম পাক্কজ ৱারম্বাগা য়ুম্বানমিন্নদুনা লৈমিন্নরুবদা মচা মীরোল্লক্রুগা করম্না য়ুমদা লাক্লগা মীরোল্লিবা? মীরোনবা থা অনী শুরে হায়রিবসি করম্না ওইরক্লিবনো হায়না মমা-মপা অনীমক চিংনরকই।

পাকপীগা গীরিধারিগা লোন্না ফজবীনা লাকখিবা মতম পাদুনা কুপ্না ৱা তানৈ। মানা ময়ুমদা লাকপসি থা অনী চপ-চানা ফারম্লে। মখোয়না য়াম্না লুনা তৌবদুদা রোমেন্নগা আনন্দি অঙাং চেন্দুনা লৈবগা মচানুপী ফজবীগী ৱাখলদা য়ৌনা চংশিল্লুরবজাৎলা? নত্তগা মচিন-মৌপ্পাগুম লোইনহল্লুবদুদা নুংতিগী থবক মফমদা পুন্না নুমিৎ চুপ্পা লৈহল্লুবদগী পুক্লিং ৱারকপা ঙমদদুনা শোয়খ্রবরা? মখোয় অনীমক রোমেনবু কন্না চিংনরকই। মচানুপীনসু হন্দক মরকসি রোমেন ফবগী, থবক হৈবগী, মাবু তাকপীবগী, মাগী সেন্দল লৈবীবগী পাউ তমখি। রোমেন্দা হেন্না নকশিন্নীংবদগী, মাগী চাক্লুক ফাওবা তত্তনা রোমেনগী কাদা থাংলগা কয়ারক চামিন্নখি।

গীরিধারি অশেংবা অমা খঙনীংদুনা নোংমা থবক মফমদা সরপ্রাইজ ওইনা লাকখি। মতমদুদা ফজবীনা রোমেনগী লেংবান্দা ঙাথরগা রোমেন্না হিসাব পারিবদু য়েংদুনা লৈরম্বা উক্লরে। ফজবীদি মপাবুং লাকপদু উরবসু করিমত্তা থৌশাদবগুম তৌই। মপাবুংনা খৌদেল্লবা ফাওবদা তাদ্রে।

গীরিধারিগী চিংনবা থাক খংবাং ৱাংখৎখ্রে। য়ুমদা হল্লক্রগা মাগী নুপীদা পাউদু মরিকচুন্না তম্মী।

মথংগী নুমিত্তগী ফজবীবু মতম খরা থবক মফমদা চত্তনবা হায়রে। ফজবী ৱাকা অমত্তা ঙাংদনা কপ্লুনা লৈরে। কেন্না য়োকচরকপগী হৌনবা মাগী অপাম্বদা অথিংবা পীরুবদুদা শাওবনি।

মথংগী অয়ুক্তা মমা পাকপীনা রোমেনগী কাদা বৃন্দাদা ৱাফম খরা কাংথোক্কে চংলকই। মাদি নোংমতসু বৃন্দাখোয়না লৈরিবা কাদুদা চংলক্তবনি। আনন্দি মমা'বেম্মনা মাগী কাদা খঙহৌদনা চংলকপদুদা ইপা-পাখৎনা — "ইমা'বেম্মা! করি অরুবা মতাং লৈরবগে?"

"ইবেম্মা, আনন্দি! ইমা ইচা ফম্লগা ইংনা ৱা অমত্তা তান্নসি!" বৃন্দা মোরা অমা থারগা পাকপীবু ফমহল্লি। পাকপী — "ননাও নুপী ফজবীসে মশা ৱাই শংদ্রে। নহান মানা লাকপা মতমদদি ইমানা খনবদা মা অদুগুম্বগী খুদম য়াওরক্তব্রা খনখিবনি। অদুবু মাদি পাঙ্কজগা উনবসু নত্ত্রেদো। নংবু নংনা খঙবা কনাগুম্বা অতোপ্পা ওইবা য়াবা মরমকা লৈব্রা হায়বনি?"

বৃন্দা মশাদু কোকচাউবী ভূং লাওনা কারকই।

খল্লকই — "তারোমেনগা ফজবীগা অমোৎপা লমচৎ চৎলবজাৎলা? মখোয় অনীনা নক্লরিবা, লোইনরিবা, নুংতিগী কারদা চৎমিন্নরিবা কয়াসিনদি চুল্লম্বা তারে। ইমা'বেম্মনা হায়রিবসিসু চিংনবা অমা লৈবদগী ঐঙোন্দা হংবা মাল্লি।"

রোমেনগা বৃন্দাগদি নোংমতসু অদুগুম্বগী মরীদি লৈনরক্রি। বৃন্দাদি রোমেন্না অদুগুম্বা অচোপ্পা থবক তৌরকনি হায়বদি থোইনা খল্লুদে। অদুবু ঙসিদি মীনা হায়রক্লিবা ৱাফমসিনা মাবু খুদোম্বীনা থিন্দুনা তাক্লবগুম তৌবসিদা বৃন্দা অমুক্কা হেন্না চিংনরক্রে। বৃন্দা মবুক্তা য়াম্না ৱারৌনা — "মানা ঐবুদি রতন্দা লুহোংলুরবনি হায়দুনা ঙসি ফাওবসিদা নুপা-নুপীগী মরী অমত্তসু থমদ্রগা পঙ্কজদা লুহোংলুরবা ফজবীবুদি করম্না অদুক নকশিন্নবা মরী থম্নীংলুরিবা? মসিবু ওইবা য়াগদ্রনে? তারোমেনগী মমিত্তা ফজবীনা ঐঙোন্দগী অহেনবা কয়া অমা লৈ হায়না উরুরবজাৎলা? নত্তুগা ঐনা চহী অমরোম মাগা

লৈমিন্নরকপদা মানা তূম্বা ফমুংদা কাখত্তুনা সংসারগী নুপী ওইবীশিংগী ইকাই-ইকি অমত্তা য়াওদনা মাগী মফমদা ওইনজহৌদবদুগী অশোনবদুনরা? নত্ত্রগা ফজবীনা তারোমেনগী তুমদুনা লৈরিবা থম্মোইগী জগাদু য়ৌনা হৌদোকপা ঙমখিবগীরা? মানা তারোমেনগী ফমুংদা কাদুনা তুম্বা ঙমখিবদুনা তাকপদি ফজবী অরায়বী নুপী অমদি নত্তে। বৃন্দা ঙাইহাক্তুদা পাকপীগী ৱাহংদুনা অরাপ্পা ৱাখলগী ঈপাক অমদা আ য়ৌনা কুমথবগুম তৌরুরে।

মানা খুমদনা উংদুনা লৈখিবদুদা পাকপীনা — "আনন্দি! নংবু ইমাগী ৱাশিবু তারিব্রা?"

বৃন্দা খংবগুম তৌনা — "ইমা'বেম্মা! ঐ ফজবীদগী অশেংবা মরমদু অমুক্তা খঙনবা হোৎনজগে?"

"নত্তেনে? মানা অশেংবদু হায়য়ু হায়বা য়াদবদুদনি ইমানা নংঙোন্দা ওইনা হংলরিবসি।"

ৱাহৈদুনা বৃন্দাবু অমুক্কা হেন্না ৱাহনবীবগুম তৌরে।

থবক্তা থৱায় য়াওজবা, পৈশা তানবদা পুক্নিং চংজবা গীরিধারি মাগী ইমুংদা ওইরক্লিবা থৌদোক ময়ামসিগী খল্লুবদা ৱাখল ফুম্বংনবগুম তৌরকই। মা মথা য়াম্না শারে। মানা অসুক ৱানা হোৎনজরিবা ময়ামসিবু করিগীদমক্নো খল্লুরগা গারিধারি মথা হেন্না-হেন্না শাদুনা অহীংদা বী. পি. স্ট্রোক তৌরে। থুনমক গীরিধারিবু হোসপিটালদা রোমেন্না মারুটি কারদা হাপ্পুনা পুখৎখ্রে। আই সি রুমদা ওক্সিজেন থাজিল্লগা থল্লি। ইমুংদুদা নুংঙাইবগী মমি অসুম-অসুম মাংশিল্লকপগুম তৌরি। নুমিৎ মরি-মঙানি হৌখ্রে। গীরিধারি থোইনা ফগৎলকপগী ফিভম উদে। মাগী হকচাং তংখায় অমা পেরালাইজ তৌরে।

রোমেন নুমিৎ কয়ানি হোসপিটালদা গীরিধারি নাবগী লৈরকপসিদা অপোকপা মপাদগী হেন্না চেকশিন্না সেবা তৌই। মাগী হকচাংদুনা ফরক্তুনা হান্নগুম পাঙ্গল কল্লক্কনি হায়বগী আশাসু গীরিধারি উরক্ত্রবদা মাগী নুপী পাকপীদা হায়রকই — "ফরে, নচা নুপীনা পামজদুনা রোমেনগী অতোনবী ওইনা লৈজরবসু ঐদি থোইনা কায়দ্রে খল্লে। আনন্দিসু থোইনা ফত্তবী নুপীদি নত্তে।"

পাকপী — "হোয়নে, মোয়'পাবুংনা সিনা ফগনি হায়বদো ঐনা য়েৎচনবগী হক লৈজদে।"

মখোয় অনীনদি মচানুপী ফজবীনা মীরোল্লিবা অঙাংসি রোমেনগী মচা ওইরমগদ্রা হায়না কন্না থাজবগুম তৌরি। ওস্থোকপা ৱাখল হায়বদুনি।

শোমদনা বৃন্দা মচানুপা অবুংচা থা তরুক শুরক্তুনা চাউম্বগী মতম য়ৌরক্লে। রোমেন্দি মাগা বৃন্দাগা কায়নবগী মতম নোংম-নোংমগী নকশিল্লকপগী ৱাখল অমনা মাংদা থমখিবনা মদু কাউবা ঙম্নবা মরক-মরক্তা য়ু হেক-হেক থক্লগা লাকই।

অয়ুক অমা বৃন্দানা — "তারোমেন! অঙাংসি থা তরুক শুবক্লে, চাউম্নবা তৌরসিবা? ঐঙোন্দা পৈশা খরা লৈবসে অঙাংগী খুজি জুরা অমগা, খোঙজি জুবা অমগা, লিকমবী অমগা অমুক্তা শীংলগা মণিপুরী বস্টিন্দা শাবীরকপা যাগদ্রা?"

রোমেন হোয়, হোয়দি হায়রগা কয়া থৌশারুদবগুম তৌই।

অঙাংগী চাউম্বগী মমানা ফৈ হায়না খঞ্জদুনা লেপ্পা নুমিত্তু য়ৌবক্লে। বৃন্দা রোমেন্দা অঙাংগী খোঙজি, খুজি হায়বদুবু পুবীরক্লব্রা হাংজৈ।

রোমেন — "এ! ঐদি পুমকাউবু কাউরুরে!" য়াম্না থৌশাদবগী ৱাঙাংনি।

মখা তানা— "খরা য়েথোক্লগা ওইনা তৌরোদনা?"

রোমেনগী ৱাঙাংদুদা বৃন্দা মবুক্লিংদা খরদি ৱারৌই। মাগী অশেংবা মচা নত্তবগীরা? মচিন্দি থোক্তনা পুক্লিংদা মতোমতা কপচৈ। অমরোমদা রোমেন ইমুংগী অহল গীরিধারিগী অনাবগী সেবা, হিদাক লাংথক লৈবা, ডাক্তর উন্নবা ঙাইহাক লৈতনা হোৎনরি। মরক-মরক্তা ফজবীবুসু পুদুনা ডাক্তরদা চেক অপ চৎপদা রোমেন্না মারুটিকার থৌরগা চৎলি। ফিজেৎ নান্না, শুৎ-তাই শেত্তুনা থোকখিবদু বৃন্দানা উরুবদা খাঙবা ঙমজদে। মপুং ফানা মায়োক্লনা ঙাইরগা য়েংবদি ঙমজদদুনা থোংনাও অহোবদগী লোম্না-লোম্না হুরান্দুনা য়েংজৈ। থাঙ্গৈ শেংনা মামক্কী মপুরোইবমক্তি নত্তবনা ৱাহৈনা, — "নংনা তৌরিবদো পামজদে, মীনা উরগা য়াম্না লান্না খনখিবসু য়ায়" হায়জনীংলবসু হায়জনবগী পাঙ্গলদি মঙোন্দা লৈজদে। লোম্না কনা খঙহন্দনা মিৎলুদগী তারক্লিবা পিরাঙ্দু তৈথোক্লগা পীক্লিবা মচাবু চেৎনা কোল্লগা খাঙজবা তারি।

হন্দক-মরকসি রোমেন ফিজেৎসু ইস্ট্রি তক্তবদি শুকশেৎ শেম্রে। বৃন্দানা হান্না শুজরম্বা ফি-রোলসু ধোবীদা লোইনা পীরগা শুহনখ্রে। ইস্ট্রিসু অদুম তকহনখ্রে। খোঙউপ কাপ নান্না থাদ্রবদি তোংদ্রে। নহানবাই বৃন্দানা ফিজেৎ লুনা-নান্না শেৎপীয়ু হায়জবা মতমদদি মনাদা নীংথিনা হাপ্পীরমদ্রগা ঙসি ফজবীবু কারদা হাপ্তুনা পুরগা চৎমিন্নরবা মতমসিদদি ফিজেৎসু নোংম-নোংমগী নানবা হেল্লক্নে, থাউ মনম নুংশিবা তৈখৎলক্নে, এসেন্স চাইখৎলক্নে, শমজেৎ তোয়না-তোয়না হাৎকৎলক্নে। বোমেনগী নৌনা হোংলক্লিবা ফিজেৎ-চাকচা খুদিংমকসিবু চেকশিন্না য়েংজরিবা বৃন্দানা খল্লকই — "মাগী পুক্লিং বাখল লোইনমক ফজবীরোমদা য়ৌনা নকশিনখ্রবরা?"

অদুক ফজবী বৃন্দাগী মায়থোংদো কেবা-মৌবগী বাখল চংলক্তবনা ফিভম কায়বগুম তৌরে। ফজবা অরুবা ফিজেৎ অমত্তা শেৎখিদ্রে। শেৎনীংবসু থোইনা পোক্লুদ্রমাল্লে। বাখলগী মখা পোন্না মীগী শকফমসু হোংই হায়বসি চুম্বা তাই।

শোমদা বৃন্দানা অয়ুক-নুংথিল, নুমিদাং রোমেন্না ফজবী পুরগা থবক মফমদা পুন্না থবক তৌমিন্নরুরগা নুমিৎ তারগা পুন্না অমুক নোক-নোক্তুনা হনমিন্নরকপগী য়েংনীংদবা শকফম অনীগী বাজরিঙেদুদা রোমেন অনৌবা শুৎ অমসু তুরগা পুরক্নে।

ফজবীগী মমাগা মপাগনদি রোমেন্না মচাবু শোয়দনা লৌশিনবীগদবা মানবগুম তৌবদুদা ফজবীনা মীরোল্লিবা অঙাংদুগী মপা পঙ্কজগী ওইগদ্রা নত্ত্রগা রোমেনগী ওইগদ্রা হায়বগী মরমদা থোইনা থিগৎলুদ্রে। মচানুপী ফজবীনা বোমেনগী অতোনবী ওইনা লৈরবসু রোমেন্না পুকচেল শেংনা পুন্নমক শেম্নদুনা লৈহৌরগদি হায়বা বাখলদা আশাদুগী মপালনা অনাবা খাংবদি খরা নুংঙাইবগুম তৌরি।

শোমদা বৃন্দানা চাক্লিবা মৈচাক্তু মন্দোমচা ইন্দিরাসু ইমুংদুদা লৈমিন্নবা ওইবনা অদুগী মথক্তা আনন্দিবু হেন্না নুংশিজবনা লোইনমক খঙই, লোইনমক উই। মাদি খোঙ্গুল তাবী য়ুমগী মৌনি। মমা অমা ওইবগী গুন নীংথিনা চেনবীনি।

বৃন্দাগী মনাক্তা চংলক্নগা — "ইবেম্মা! তাইবং মীসিদি লান্দ্রগা লোইরে। আসামি মচাসিবু রোমেনগী ওইবসু য়ারোইদবদা তৌজশারিসে! খাংবদা কল্লু!

হয়েং অঙাংদু পোক্লগা ময়াংমচা মাল্লক্লবা, মমিৎ কুৎলক্লবা, মনাতোন তুম্নক্লবা মতমদা ইকাইজদুনা তোকচখিগনি।"

"অদু, ইন্দোমচা তারোমেনসে হন্দক-মরকসি মহৌশাগা ইমান-মান্নদবগুম তৌই। ফিজেৎকাসু য়াম্না নান্না শেৎকৎলক্লে। ঙরাংসু শুৎ অহনবা অমা তুরগা পুরকই। ঐনা অঙাং চাউম্বগী খোঙজি, খুজি জুরা অমমমদা লৈবীয়ু হায়জবদি য়াবীদে" হায়রগা হিক্লা-হিক্লা কপথোরক্লে।

ইন্দিরা — "হোয়নে ইবেম্মা! ইন্দোমচাসু খল্লিবনি, মাগী মওংসি নহানবাইগা ইমান-মান্নদ্রে। অদু ইন্দোমচাবু মঙোন্দা বা খরা হংলগা য়েংশিরা?"

"হায়বীরুরনু ইন্দোমচা মীগী মমাঙদা কল্লক-খনকনবা তাবসু পামজদে।"

বৃন্দা রোমেন্দা বা অমত্তা হায়খ্ররোই খন্দুনা মচাগী মঙক্তা, মখুত্তা অমদি মখোঙদা সনাগী, লুপাগী লিক, খুজি, খোঙজি অমত্তা শিবীদনা মচাবু অহানবা চাক পীজরে।

রোমেন পুন্নমক্তো লোইনা খঙই, লোইনা উই। মদু মাদি তৌগে হায়বা অমা য়াওনা থম্মোই কনবা শারগা পাঙথোক্লিবনি। থম্মোই মনুংদবুদি মমা-মচাবু নুংশিবনা য়োল্লগা নুংশিদবা শানা লিলাগী অরুবা মতাং অমা কুম্বগুম বাজরিবনি। নুপা-নুপী অনীগী থম্মোই অনীগী লালদি অসুম কনশিল্লক্লি।

রোমেন্না খল্লুরিবনা বৃন্দানা করিগুম্বা রোমেনগী অনৌবা হোংলক্লিবা মতৌসিনা অঙাংসিগী অশেংবা মপা রতনবু নীংশিংলক্তুনা রতনলোমদা বৃন্দাগী বাখলগী মমায় লৈহনখিবা য়াগদ্রা অসিনি। অদু ওইরবদি বৃন্দাখোয়গী পাবুংনা রোমেনগী মনাক্তা লাক্লগা বৃন্দা খঙহন্দনা হায়রম্বা বাফমদু ঙাক্লে খঙবনি। রোমেন থম্মোই মনুংদদি য়ৌনা শোক্লগসু থৌরাংদুবুদি কুপ্না শেন্নদুনা হৈনা শীল্লি।

অঙাং চাউম্বা লোইখ্রবা মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা অঙাংগীনি হায়দুনা রোমেন খোঙজি, খুজি, লিক মরী অমগা মণিপুরী বস্টিন্দগী লৈরগা পুরকই। শান্নপোৎ খরসু দুকান চংদুনা লৈরগা য়াওরকই। অশাওবা কয়া ফাথরগা রোমেন্না লৈরকপা খোঙজি, খুজি অমদি-লিক মরীদো লৌশিল্লগা মচাদা শিবীরে।

ঙসিদি বৃন্দাগী ওল্লুরবা পুক্নিংদা খরা নুংঙাইজবগুম তৌদুনা বৃন্দা রোমেনবু চাংয়েং মচা অমা তৌনীংলকই। থা তরুক হায়রক্লবা অঙাংদুসু য়াম্না নুংশিরে, অউ অউবা মী কৌরে, খোঙজি, খুজি, লীক ময়ামদু শিবীবা লোইরগা বৃন্দা অঙাংদুবু রোমেনগী ফমুং মথক্তা লোংনা হিপহল্লগা থনম্মি। বৃন্দাদি রোমেনগী মতৌ য়েংনীংদুনা টোইলেৎ চংলগা ঙাইহাক থোরক্তনা লৈথোক্লে। মতমদু রোমেন চাক চাহৌরিবনি।

অঙাংদু মী অমত্তা উরক্ত্রবদুদা কন্না-কন্না কপ্লক্লে। রোমেন — "মমাদুবু কদাইৱাইদা চৎখ্রবনো?" হায়রম্লগা চাক চাবদু তোকখ্রে। অঙাংদুনা শিথ-শিথ কপ্লকপদুদা রোমেন্দু লৈবা য়াদ্রে। মখুৎ থুনা হামদোক্লগা মখুত্তু ফদিনা শেংনা তৈথোক্লগা অঙাংদুবু ফমুংদগী লৌখৎপীরে। অঙাংদুনা মাগী ফমুংদা ময়ুংসু হাঞ্জিল্লম্লে। অঙাংদু মানা হেক পমখৎপগা নুংশিনা নোকথোবক্লে। রোমেন অঙাংদুবু থাঙ্গৎলগা নুংশিনা মখজাই অনীদুদা চুপ্পী। অঙাং হায়বসিদি ঈশ্বরনি হায়নরিবনি। রোমেন্না খল্লি — "অসুক নুংশিবা অঙাংসিবু ঐনা মীবাইবীরবা! মাদি করিসু খঙজদবনা ঐবু উরগা হরাউনা নোকচরি, মপানি হায়না খঞ্জরিমাল্লে। ময়ুং হাঞ্জিল্লবা মচাগী খোঙগ্রাওদু লৌথোকপীরে। অচোৎপা মশাদুসু ফদিদা শেংনা তৈথোকপীরগা অঙাংদুনা মাবু মুন্না য়েংলগা লরুবগুম তৌবদুদা ঙাইহাক শান্নদুনা ফমুংদা শোন-সর্বা তৌদুনা লৈরম্মী।

বৃন্দা চংলকপদা রোমেন্না মচাবু শোন-সর্বা তৌদুনা লৈরম্বদু উরুবদা বৃন্দাগী পুক্নিং পেঞ্জরুই। অদুবু মানা হরাউজরম্বা, নুংঙাইজরুবা মিৎকুপ্তো ফজবীনা ফিজেৎ নান্না শেৎলগা রোমেন হৌবা চংলকপা মতমদুদা লোইনা অমুক খুদক্তা মাংখিবগুম তৌরে।

রোমেন্না মাগী অনৌবা শুৎ শেৎলগা টাই পুল্লগা থোকখিবদুনা বৃন্দাবু থম্মোই মপুং ওইনা কায়হনবীরম্লে। মাসু চিংনরে, মদুদি নোংম-নত্তগা নোংমদি শোয়দনা রোমেন্না ফজবীবু লৌখগদ্রা হায়না। ফজবীনসু মমা মপা অমদি মন্দোমচাগী মফমদা মানা মীরোল্লিবা অঙাংসি পঙ্কজগী মচানি হায়দোক্ত্রিবসিনা করিগীনো? মানা রোমেনবু অঙাংসিগী মপানি হায়বীগে খল্লিব্রা?

মসিদা তারোমেন্না ইপঙ-পঙনা য়ারিবসিনা করিগীনো? বৃন্দা খল্লরোই হায়বসু ঙমজদে। মা খোইদৌ শাওগৎপনসু লোইরবনি। ফজবীনা ৱা ইঙাং-ঙাংদনা রোমেন্দা অসুম নকশিল্লকপগুম তৌবসিনা রোমেন্না খঞ্জরিবা বৃন্দাবু

বতন্দা শিন্নবগী ৱাফমদুগদি য়াম্না চানরুবগুম তৌরক্নি। অদুবু বৃন্দানা খঙজদবা ৱাফম অমদি তৌরিবা খুদিংমকসে রোমেন্না লোইনা মান্নবা শীল্লিবনি হায়বসিনি।

বৃন্দা রোমেনগা ফজবীগা মতৈ-মনাওগুম য়াম্না কেনা থবক মফমদা চৎমিন্নখিবদু যেংদুনা লৈহৌবা নত্তনা উপাই লৈজদে। মাসু ঙাইহাক্তং অতোপ্পা ৱাখল অমদা লাম্বা হৌবকই।

— "মখোয অনীনা অসুন্না মতৈ-মনাওগুম ফজবীগী য়ুমসিদা মমা-পাবুং অনীমক্না য়ারিবনিনা লৌন-লৈনদুনা লৈমিন্নরক্লবা মতমদা ঐগী ফিভম করি ওইগনি? ঐনা পোক্লিবা অবুংচাসিসু রতনগী মচানি। অদুবু ঐগী পীবুক্লুংদা থা মাপল নাওপুদুনা পোক্লক্লবা ইচাসিসু ঙসিদি নুংশিরেদো। ঐনা মতম অমদা শিরগে হায়না কয়ারক হন্না খনখি। তারোমেন্না ঐবু হঞ্জিল-হঞ্জিল কনবীবকখিবনি। ঙসিদি ঐ ইমিত্তা ইচা হায়বদো উরবনিনা শিগনি হায়বসু য়াম্না কিরকপগুম তৌরে। ইমুংদগী খোঙকাপ অমত্তং চৎথোক্লুবদা ইচানা কপ্পা তাবদা খঙহৌদনা ফমুংদগী তারৱা হায়না য়াম্না পাখৎনা চেল্লক্লিবা। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা নোংমা যণবী অমনা মচাগীদমক য়াম্না ৱাজখিবদো ঐ হৌজিক্তদা মমা ওইরবা মতমসিদা ভাব তারক্লি। ঐ মমা হায়বদুমদি ওইরবনিনা লৈমন্দি চল্লেকো। মতম অমদা মথোৎ কারকপগী মীনা কল্লক্লরম্বা নুংশিবা লৈনম চেল্লম্বা হকচাংদুদি তপ্না-তপ্না মগুন হস্থবক্লগনি। তারোমেন্না ফজবীগা অসুম নকশিন্নখিদুনা মখোয় অনীগী মরী নোংম-নোংমগী চেৎশিন্নরক্তুনা মখোয় অনীনা ফমুং অমত্তদা তুমিন্নখিবা তারবদি ঐ খাংবা ঙম্লক্লোই। মখোয়গী মমা-মপা অনীমক্লসু অয়েৎপা পীগদবসু মান্দ্রে। অদু ওইবা তারবদি হান্নদি তারোমেনগীদি অশেংবা নুপী অমা লৈতবনিনা ঐবুদি উতুপ অমা মনাক্তা তাদুনা লৈবগুম খনবীগদৌরিব্রা? ঐনা মাগীদমক খন্দুনা মিৎকুপ খুদিংগী ৱাজরিবা কয়াসিবু অর্থ অমুক লৈখিগদ্রা? খল্লরোই হাযবসু পুক্লিংসিনা খাম্বা য়াদনা খঞ্জিল্লুরিবসিনা করিগীনো? মসিনা তাকপদি মানা পাম্বীদ্রবসু তারোমেনবু ঐনা পুন্সিসিদা নোংমতা উদনা লৈবা ঙম্লোই হায়বনি। করিনো নুংশিবা হায়বসিবু মসিরা? মাবু ঐনা বারুনীগী অহীংদা মীফত্তা অমনা মখোঙনা কাওদুনা ফুখিবদগী হৌরগা ঙসি ফাওবসিদা নোংমতা কাউবা লৈরক্লি। ঐগী মিত্তা অমদি ৱাখলদা পুক্লিং অনী লোংদনা পুজা কৎচদুনা লাক্লি। মসিবু মানা য়াম্না লাইনা লৌবগুম তৌরক্লিবসিবু ঐগী লাইবকসিবু করি লাইবক্লো?"

বৃন্দা হিক্কা-হিক্কা পুক্রিং নুংশিনা কপচৈ। মাগী ৱাখলগী পরিংদু থিংবা ঙমদ্রে। মখা তানা অসুম খন্দুনা উংদুনা মমিত্তগী তারক্লিবা পিরাংদুসু অমুক-মুক তৈথোকই। "ইমানা হায়রম্বা রতন জেলদা লৈ হায়রম্বদুনা করিগুম্বা জেলদগী থাদোরক্লগা ঐবু মানা অমুক থিরকখিগদ্রা? ঐখোয়গী বাবাগা ইমাগনা ঐনা মীরোল্লিঙৈদা পুক্নুংগী অঙাংসি রোমেনগী নত্তে রতনগীনি হায়রুব্বদগী ঙসি ফাওবসিদা শাওদুনা চৎখিবদগী ঈ-পাউ অমত্তা খঙহল্লক্তনা লৈথোকখ্রে। মসিবু মমা-মপা ওইবশিংনা অমত্তা তাংনা পোকচবী মচাগীদমক খনবা ৱাখল ওইফম থোকপ্রনে? ইমা-বাবা অনীনা করিবু খল্লিবা? রতনখোয়গী য়ুমগী মীগা তান্নরগা রতন্না জেলদগী থোরকপা ঙাইরগা ঐবু পুন্না ইমুং অনী য়ান্নরগা লৌরগে হায়রিব্রা? মদুবু রতন্না অমদি মাগী মমা-মপা, মচেদুনা য়াবীগদ্রা? ঐদি তারোমেনগা চহী অমা মখায়রোম মতৈ-মনাওগুম মীগী য়ুমদা তোঙানবা কা অমদা পুন্না লৈমিন্নরক্লবনি। ঐখোয় অনীগী মনুংগী মরীদি মখোয়দা নত্তনা জগৎকী মীপুম খুদিংমক্কা থাজবীয়ু হায়বদা য়াবীগদবা মান্দে। লাইনফাওবা য়াবীরোই। রতনগা ঐগা লুহোংবদা উনখিবা অউনপোৎ ময়ামদুনা করম হায়না তৌগ্রবা? মখোয়গীদা হৌজিকসু অদুম লৈরিগদ্রা? মদুগী মরমদি ঐনা ইমাদা হংহৌদে। করিগুম্বা রতন্না ঐবু মাগী নুপীনি, অঙাংসিসু মাগী মচানি হায়রবা মতমদা ঐনা মানা হায়বদু অমুক য়াবা ঙমগদ্রা? মানা হায়বা ইন্দুনা ময়ুমদা লৈরুদ্রবসু মচাসিবুদি মাগী মচানি হায়বসিমদি খঙহনবীবদি চুম্না খল্লি। মদুনা মখোয়গী মমা-মপা, মচে অহন্না ঐবু ওক্তবীনি হায়দুনা ঐগী ইমা-ইপাবু নোংঙানবগা কৌরগা নচানুপী লৌরোলাও হায়দুনা ঐবু য়ুমদুদগী তাহ্লোকখিবা পুন্নমক্তুগী পরা অমবুদি তম্বীফম থোকপ্রা খল্লি। অদুবু ঐনা তারোমেনবু থাদোক্তুনা চৎপসিবু ঙমগদ্রনে? মানা ঐবু খোঙপাক্লা কাওদুনা তানবমক্তি তানগনি নীংদে। ঐদি মাগী মরুম থুপ্নদি লৈজনিংই। মানা ঐবু মীগী নুপীনি হায়দুনা মীরাইবীরিবা অমদি মাগী হোংলক্লিবা পুকচেল অসিনদি ঐগী ফগদবা লম্বী অমা য়েংজখ্রো হায়রিবজাৎলা? মাগী হোংলক্লিবা পুকচেলসিবু তশেংনমক হোংলক্লিব্রা নত্রগা তৌশিন্নরিব্রা হায়বসু ঐদি খঙদে।

ফজবীগী নুপা পঙ্কজদুবু এক্সিদেন্ট থোকই হায়বদুবু অমুক ফদুনা নুপী অমা থিগ্রবজাৎলা? মদুগী নুপাদুসু মাগী নুপীসি কোক-হেক লৌরগে হায়দে। মানা ফজবী পুগ্রবদি ঐগী অৱাবসি খরদি শাফগদবনি।"

মানা বাজরিঙৈ তাঞ্জাদুদা আসামি নুপা অনীখক গীরিধারিগী থোঙ্গালদগী চংলকপা উই। মাঙ্গোলদা কাখৎলক্তুনা ফম্মী। ইপুগা বারী তৌনৈ। ইমুংদগী গীরিধারিসু য়াম্না বানা চৈশুদুগা থোরকই। হায়গুম্মদনা ফজবীগী মতাংগী ওইরম্লে। পঙ্কজ হৌজিক জ্ঞান নীংথিনা তারে। মাগী হোটেল মেনেজমেন্টকী কোর্সসু লোইশিল্লে। থবক তৌনবা কন্না হোৎনরি। ফজবী পঙ্কজগী মচা মীরোন্দুনা অঙাং পোক্কদৌরে হায়বগী পাউ তাই। য়ারবদি অঙাং মশেল ভাব তান্নদবদগী মতম খরা শাওনরুরবসু অমুক হঞ্জিন্নবা তৌরসি হায়জগে লাকপনি হায়।

গীরিধারি মুন্না খল্লুরগা — "বাফমসি ফজবীগী মচা পোক্লবা তুংদা ওইনা খন্নরসি" হায়রকই।

কাংবুদুনদি য়ারগদি অঙাং পোক্লিঙৈদা ওইনা লৌজরগে হায়রি। অদুবু গীরিধারিনা চিংনবা অমা কন্না লৈরিবদি অঙাংদু পঙ্কজগী ওইরমদদুনা রোমেনগী ওইরম্লবদি অসিনি।

গীরিধারিনা তপ্পা খন্নসি হায়বদুদা নুপা অনীদু অমুক হনখ্রে। মখোয় চৎখ্রবা তুংদা ইন্দিরা বৃন্দাগী কাদা চংলক্লগা,

— "আনন্দি! তারিব্রা? নংনা নুংশা থীজবদো ফজবী লৌবা লাক্লম্লে"।

"অওইবগীরা ইন্দোমচা?"

"শোয়দ্রে ইবেম্মা। নুমিৎ খরনিগী মনুংদা শোয়দনা পুখিগদবা মাল্লি।"

বৃন্দানা বাজবদুদা ঈশ্বরমক্লা উবীবগুম নুংঙাইবা পাউ অমনা বৃন্দাগী নকোংবু শেংদোকপীররে।

## (মাপলশুবা)

চহী অনীগী মতম হায়বসে মীওইবা অমগী পুন্সিদা য়াম্না শাংবা মতম অমনি। মতম অসিগী মনুংদা অফ-অফবা থবক কয়া অমা তৌবা য়াখ্রে। অমরোমদা জেলদা লৈবা মী খবগী মফমদদি হায়রিবা শাংলবা চহী অনীগী মতমসে করি অমত্তা তৌহৌদনা অরেম্বদা মাংহন্দুনা তোকপসু য়াওরি।

রতন চহী অনী জেলদা লৈরকপদা কান্নফম করিমত্তা খঙহন্দনা হৌখ্রে। মানা পীরম্বা অরানবা থৌওং খরনা অতোপ্পা মীওই কয়া অমবুসু শাংলবা চহী অনীগী মতমসিদা অৱাবা কয়া পীরম্মী।

ঙসি রতনগী মীয়াৎ মতম লোইরে। মা শোয়দনা জেলদগী থাদোরক্লগনি হায়বসি য়ুমগী মীসু খঙবনা হোরেন মা লাক্লগা পুন্না চামিন্ননবা ঙাকা থোঙদুনা হোৎনরি। মাগী কাদুসু ঙসিদি পর্দা অনৌবা শিন্দুনা লুনা-নান্না শেম্বীরে। মা হেক থোক্লকপগা গুৱাহাটি চৎলগা বৃন্দা লৌরুবগী ৱাফম অমসু লৈরি।

কুবের অমদি ইবেচাউবী মফি-মরোল নান্না শেত্তুনা মচা লৌবা চৎনবা থৌরাং লোইরে। মচাগী হোরেন হোংদোকহন্নবা শুইট অনৌবকা তুদুনা থম্বদো মখোয়না পুগদবা শুইট কেশতা হাপচিল্লি। কুবেরনা কারদু থৌরগা ইবেচাউবীগা পুন্না লাকমিন্নে। পুং তরামথোইদা জেলগী গেত্তা য়ৌরে। গেৎ মনুংদা চংদুনা মচা থাদোরকপা ঙাইদুনা লৈ। পুংমুক ঙাইনরবা তুংদা রতন জেলদগী থাদোরক্লে। থোরকপগা মমা-মপাবু খুরুম্মী। ইবেচাউবী মমিত্তগী মপি তারকই। মচাবু নুংশিনা কোল্লি। মপা কুবেরনা শুইট কেশতা য়াওরিবা শুইটতু মচাদা শিন্নে। রতন পুলিসকী কা মনুংদা চংলগা শুইটতু শেৎলগা নান্না অমুক থোরক্লে। রতন গাড়ীদা কাখত্তুনা ফম্মী। মপানা গাড়ীদু থৌরগা লাকপনা য়ুম য়ৌরে। থোঙ্গালদা শিলানা মৈ পুথোক্তুনা ওক্লম্মী। মবাই নিল্লকান্তসু লৈরম্মী। অদুবু মচে রাধাদি য়াওদে। ঈরু-মাইথজবা লোইরগা লাই-নুং খুরুমহল্লে। অদুগী

তুংদা ঙসাইদগী মা লাক্লগা পুন্না চামিন্নগনি ঙাইরিবা ময়ামদু চাক্লুক শেমদুনা হরাউনা চাক চামিন্নরে। চাবা লোইরগা রতন মাগী কাদা চংলকই! বৃন্দাগী লুহোংবদা উল্লকপা অউনপোৎ ময়ামদু উবদা নুংঙাইতবা ফাওই। নোংমতা তুম্বীদনা থম্বীরম্বা ফমুং অনীদুসু ঙসিদি ফজনা থাদুনা শেম্বীরম্মী। নোংমা বৃন্দাবু পোকপা থম্বালনা জেলদা লাক্লগা হায়রম্বা বৃন্দা অমদি মানা পোক্কদবা মচা লৌরুবগী ৱাফমদু রতন লোইনা নীংশিংলকই। মানা জেলদা লৈরিঙেদা মমা ইবেচাউবী লাক্লগা তম্লম্বা পাউদা বৃন্দাদু মচানুপা অমা পোক্লে হায়খিবনি। মাসু খল্লি, হৌজিক্তি অঙাংদু চহী অমা মপুং ফারম্লগনি। মীওইবা কৌবনিনা মচাগী মশক্তুবু মপা মাল্লমগদ্রা, অঙাংদুবু মাগী অশেংবা মচা ওইরমগদ্রা হায়না ঙাইহাক্তংসু খঞ্জরুই।

রতন য়ুমদদি লৈবা ফংলে হায়ববু য়ুমদা থুংলবদা মাগীদমক তোঙান্না থোরক্তুনা সেবা তৌবীগদবা মীশক্তুমদি ৱাৎপনা নুংঙাইফম ইখঙ খঙদনা অহীংদু লেনবা তাখি।

মথংগী অয়ুক্তা রতন জেলদগী থাদোরক্লে হায়বগী পাউ তাদুনা থম্বাল অমদি লঙ্খোনি মাগী ওফিসকী গাড়ীদা ড্রাইভর ইবোপীশক্লা থৌরগা কুবেরগী য়ুমদা লাকই। রতনবু পোকপা কু বের থোরক্তুনা থম্বাল অমদি লঙ্খোনিবু ঙসিদি তরাম্না ব্যবহার অয়ৌবীদা তৌদুনা ওকই। মথক্তা লেংখৎলকউ হায়না ফিদাকাদু লেংবান্দা য়াল্লিবা ফিদুনা তকথোক-নানথোকই।

রতনবুসু কৌথোক্তুনা মনেম-মকুবু খুরুমহল্লি। থম্বাল থারিবা চৌকিদুদা ফম্বগা ৱারী হৌখ্রে। লঙ্খোনিদি ইবেচাউবীনা ইমুংদা কৌশিনখিদুনা বৃন্দাগী অউনপোৎ লৈবা কাদুদা ফম্মিন্নে। মখোয় অনীসু তোঙান্না নুপীশিংগী ওইবা ৱারী শান্নবা হৌখ্রে।

লঙ্খোনি — 'ইবুংঙো রতনসু থোরক্লবনিনা মোয়পাবুংনা ইচানুপী বৃন্দাবু লৌবীরুনবা ঙরাংদু তান্নবনি। গুৱাহাটি চৎনবা হংচিৎ তাং তরামরি য়ুমশকৈশা নুমিৎকী এরোপ্লেন টিকেৎ অনীখকসু হায়নদুনা থল্লবনি। অদু ইনম্মা! ঐদি ইচাদো উনীংবনা ঙাওরবনি। ইশুদুসু চহী অমা মপুং ফারম্লগনি। য়েংনীংবনা লোইরে। ইনম্মবু ইশুনুপাদো য়েংবীনীংদ্রো?

ইবেচাউবী — "করিগী য়েংনীংদনি। ইচানুপা অনী শুবসু নত্তে। ঐসু ইমৌগা ইশুগদু য়ান্না থুনা লৌবীরুবা য়ারবদি খল্লম্লিবনি।"

"অদু ইনম্মা! ইচাদো হৌজিক্তি মীগীদা সাইদাংদুনা লৈবনিনা শেৎপা-চাবা মনীং থুংজবা নত্তে। মানা চৎখিবদসু অফবা ফিজেৎ শেৎখিদে, সনা-লুপাসু য়াওখিদে। মাগী গোদরেজ উপুদা লোইনা থনম্মী তমজরকপনি। ঐনা নোংমদি মাগী দষাগী মতম লোইরগা মাগী মপুরোইবগী য়ুমসিদা অমুক্তংদি লাকখিগনি খনবদগী ইনম্মখোয়দসু নোংমতা মদুগুম্বগী ৱাদু হৌদোকখিদে। হয়েং মাবু লৌবা চৎপসিদদি মাগী মফি-মরোল অমনীগা, সনাগী লৈতেং খরগা শেৎ-চাহল্লগা পুবীরক্লগদি মীগী মমাঙদা ইমোৎ-মোৎনা লাকপদি ইন্নম্মখোয়গী ইজৎসু শোকই। অদু, ইনম্মা! মাগী উপুদু হাংলগা অমুক্তং য়েংবীসিরা?"

লম্বোনিগী অচুম্বা ৱাহৈদু তাবদা ইবেচাউবী খঙহৌদনা হুমাং অনপ্পী কাংলকই। মাদি মদুগী ৱাখলদুমদি অমুক্তা খম্বরুদে। মচানুপী রাধা মপুকচেল হান্নদগী কয়া শেংদবনি। মা লৈরিঙৈদা লোন্না কাগী শো হাংলগা বৃন্দাগী গোদরেজগী উপুদগী ফি-রোল, সনা লৌরগা অমুক-অনীরক লুহোংবা চৎপদা শেৎপা, শিবা উখিবনি। হৌজিকপু মশীং-শুনা লৈরিব্রা, লৈতব্রা হায়বসু মাদি খলহৌদে। ইবেচাউবীনা খুমদনা তুমিন উংদুনা লৈবদু উবদা অমুক্কা হন্না, — "ইনম্মা! শো হায়বদুবু?"

ইবেচাউবী ইপা-পাখৎনা — "ঐবু শোদুবু ইকাউবু কাউরেনে? ইবেম্মা লম্বোনি! ইনম্মা হোরেন শোদু ইংনা-তপ্পা থিরগা ফি-রোল, সনাকাদু নুমিদাংৱাইদা থিঞ্জরক্লগে?"

লম্বোনি — "ইনম্মা! ঐ ইশা য়াওরিঙৈসিদা ইচাগী পোত্তো মশক খঙনা পুজরগা অৱাৎপা য়াওরবসু করি-করি অৱাৎপনো য়েংহৌসিরা তৌজবনি। ইচাগী মবুক অমুক হন্না ৱারৌহনবা য়াবা মতাং নত্ত্রে। ইচাদো থেংখাং কয়ারক শিরুবদগী হল্লকখ্রবনি। ইনম্মা ঐ য়াওরিঙৈদা শোদু ফংনবা অমুক্তা থিবীয়ু!"

ইবেচাউবী শোদু উপু মথং-মথং হাংদুনা থিবা শাশিন্নে। মপান্দদি থম্বালগা কুবেরগা মচা রতন থাদোরকপা, মমৌ লৌরুগদৌরে, মশু উরগনি হায়বগী ৱারীদু খরা নুংঙাইরমাম্লে, অমুক'মুকসু হৌনা নোক্লকপসু য়াওরি।

মপান্দা ফম্লিবা অনীগী ৱারীদি লোইশিল্লক্লে। হংচিৎ গুৱাহাটিদা থম্বালগা রতনগা পুন্না এবোপ্লেন্দা চৎলগা বৃন্দাগা মচাগা লৌরুবা হায়না য়ানবা লোইরে।

ইমুংদা শো থিবা খঙদ্রে হায়না ইবেচাউবীনা ঙাংই। রতন মুরুম-মুরুম তৌনরিবদু তাদুনা চংলকই।

মমাদা — "করিনো ইমানা শো থিবা খঙদে হায়বীরিবদুবো ? মরম ইচা চাদনা !"

লোৎপা য়ারোইদৌরে খঙবদগী ইবেচাউবী মমৈদা শো লৈরম্লে অমুক হায়রে। মবুক্তদি লাই কন্না নীংবা হৌরকই — "হে ঈশ্বর ইবুংঙো ! বৃন্দাগী পোৎ অমত্তা ৱাৎপীরমদবা।" অদুবু লৌথোকখ্রবা পোৎপু লাই নীংলগা লাইনা থমজিল্লম্বা য়াবদি হৌনদে।

কিনা-কিনা ইবেচাউবী গোদরেজগী উপুদু হাংদোকই। লঙ্খোনিসু চংশিল্লগা য়েংমিন্নে। সনা হাপ্পা বোক্সতু হাংলুবদা সনা অমত্তা য়াওরমদ্রে। ইবেচাউবী মশাদু ৱং লাউখ্রে। করিনোনে তৌরিবসিবু খল্লি। মখা থংবগী রেগতা থম্বা ফিগেসু লৈতে। মুগা ফনেক, মোইরাংফি মমল খরা য়াম্বমখৈ অমত্তা য়াওরমদ্রে। ইবেচাউবী তৌফম খঙদনা লেপ্লী। লঙ্খোনি — "ইনম্মা ! ফিসিবু মীনকা ৱায়খিবা লৈব্রা ? অমুক্তা নীংশিংবীয়ু।"

ইবেচাউবী উপাই লৈতদুনা — "ইচানুপী রাধা কৌরগা অমুক্তা হংদ্রগদি ভাব তাদ্রে ইবেম্মা।"

"ইনম্মা শোদুবু ইনম্মনা রাধাদা শিন্নবীব্রা ? অদু ইনম্মা ! হৌজিক গাড়ী য়াওরিঙৈসিদা মাবু লৌরুরগা লৈখায় অমা তাদ্রগদি গুৱাহাটি চৎকদবদি হংচিৎনিদো। ফি শেৎচিনবীরো, চৎনবা তৌরসি !"

ইবেচাউবী দন্দিনা মচানুপী রাধা কৌরুবা তারি। রাধা হান্নদগী মবুক কয়া শেংদবগী পাউসি লঙ্খোনিসু লৈকায় অমদা লৈমিন্নবনিনা তাখ্রবনি। মাগী কোক্তু মেচ্যুর ওইবা খরদি ৱাৎপনি।

ইমুংদা ঙুরুং-ঙুরুং তৌবদু মপান্দা ফম্লিবা মরুপ অনীসু খর খরদি তাবগুম তৌই।

ইবেচাউবীগা লঙ্কোনিগা পুন্না মপান থোরকই।

কুবেরনা — "কদাইদা চৎকদৌরিবনো?"

"রাধা অমুক্তা কৌজরুগে?"

"করি তৌবা য়াওরবগে?"

"করিসু তৌদেদা!"

লঙ্কোনি গাড়ীদা মতোমতা ফম্লগা উইরিবা ড্রাইভর ইবোপীশক কৌরগা — "ইবুংঙো! য়ুম্লোমদা অমুক্তা চৎলুরগা মফমসিদা অমুক তন্না লাকপা তারি।"

"ফনি ইতৈম'বেম্মা।"

ইবেচাউবী অমদি লঙ্কোনি গাড়ী তোংদুনা রাধাখোয়গী বামোল লৈকায়গী য়ুমদা লাকই।

গাড়ীদু রাধাখোয়গী থোঙ্গাল মপাদা খাম্মী।

ইবেচাউবী গাড়ীদগী কুমথরগা মচানুপী উনবা চংখি। লঙ্কোনি গাড়ীদা ফমদুনা লৈহৌই।

ইবেচাউবী মচানুপী রাধাদা বৃন্দাগী সনাগা ফনেক্কা লৈরমদবদুগী মতাংদা হংই। মচানা ইমানা থোকপা তৌখ্রো, ঐদি ইমাখোয়দা চৎপসু ঙম্মোই হায়না শিখাং খাঙই।

ইবেচাউবী তৌফম খঙদ্রে। অমুক থোরক্লগা,

— "ইবেম্মা! ইনম্মা হোরেন শুকশোয় শোয়দনা ইমা-ইচা তান্নরগা থিঞ্জরক্লগে, সৈতনা সাক্ষি! মনা-মনিন নাইনরনুসি! ঐগী ইয়ানুপাদু তাখ্রবদি ইচাসে অমুক ফুবীরনি। চৎনবা তৌরসি!"

লঙ্কোনি — "করিনোনে ইনম্মনা হায়বীরিবদুবো? মশা শিখিবসু নত্তবা, মতম খরা মীরমদা অৱাবা খাঙদুনা লৈজরিবা; মদুসু ইনম্মগা ইচানুপীদুগনা থোকহনবীখিবা; অদুগবু ইচাগী অরু-অপানগী লৈতেং সনা-লুপা, ফি মমল য়াম্বা লোইনা লৌথোক্লগা মাংহনবীবসিবু চুম্বনে? ঐদি ইচানুপী লৌরুরগা ইনম্মখোয়গী ইমুংদুদা লৈহনগদববু কিজরেদা। খঙদে, ঐদি ইয়ানুপা রতন্দা ৱাফমসে লোইনা খঙহনবা তারে।"

তাঞ্জাদুদা রাধাগী নুপা নিল্লকাস্তা চৎথোক্লুবদগী হঞ্জিল্লকই। ঙাংনরিবা ৱাফমদু হাইফেৎ তাহৌবগুম তৌখি।

ইবেচাউবীদা ওনশিল্লগা — "ইমাবু করি থবক্কী লাকপীবনো?" মপুক্লিংদা চিংনরপ তৌনা হংখি।

ইবেচাউবীনা চুন্না লাকপনি খুমখি।

মখোয় গাড়ীদা থুনা অমুক কাখত্তুনা হাওবম মরক তানা থৌহল্লক্লে। মফমদু য়ৌবগা লম্বোনি রতন কৌথোক্লগা ৱাফম পূন্নমক থম্বাল অমদি কুবেরসু তান্নবা তম্মী।

কুবের ইকাইবনা মমায় ঙাংই।

লম্বোনি — "তাইবুংঙো! ঐগী ইচাদো মরাইবক য়াম্না থীজরবীনি। মা লৌবা চৎপদা মানা ফি-রোলদু শেৎলগা, সনাশিংদু শিরগা থোকচরকপা য়ান্নবা তাইবুংঙোনা খরা শীনবীয়ু।"

ৱাহৈদু হায়রল্লগা লম্বোনি মপুরোইবা অমদি কুবেরগী মমাঙদা পুক্লিং নুংশিনা কপথোরক্লে।

কুবের — "ইবেম্মা! বোঙ্কুসু তাবীয়ু। হোরেন নুমিদাংৱাইদা ঐ ইচানুপা থারগা পোৎশিংদু শুনবা থিলহঞ্জরক্কে।

ইবেম্মা! ইবুংসু হন্দক্কী মতাংসে খরদি ইকাই।"

থম্বাল হৌগৎলগা লম্বোনিবু থেমজিল্লগা — "বোঙ্কু অমুক য়ৌজরগে?"

অনীদো পুক্লিং খজিক নুংঙাইতনা থোকখিবা উই।

মখোয় চৎখ্রবা তুংদা রতন মমাগা খৎনহৌই। কুবেরনসু ইবেচাউবীবু থীনা চৈবগা লোইননা চহী মতাংদুদা লীচৈ থাংগৎখি।

রতন বামোন লৈকায়দা থুনা গাড়ী মচাদা চৎলগা মচে রাধাবু ময়ুমদা পুরগা লাকই।

রাধাদা কুবেরনা ৱারম পূন্নমক অমমমত তকখত্তুনা হংই। ওসিদি রাধা লিন্না মখুল চংলমদাইদা চুম্মী হায়নবগুম অশেংবা মরমদু লোইনা ফোংদোরক্লে।

মানা মরুপ অমা শীল্লুবদা পৈশা পুৎথবদগী মদু ফুগৎপা ঙম্নবা হোৎনবদা সনাশিংদু কায়থোকখ্রে। ফিশিংদুসু য়োনথোকখ্রে হায়দোরক্লে।

কুবের শাওমনখিবদগী মচানুপী রাধাবু — "নং পুন্সিগী অমুক হন্না নপামদা খোঙদারক্কে খল্লগনু।" অসি হায়না অথীবা খোনফন্না চৈখি।

রতন্নসু মচেবু অকনবা ৱাহে শীজিন্নদুনা চৈবীখি। মমা ইবেচাউবীনা রতন্দা মচেবু খরা থিনবীনবা হায়জবদু মৌপ্পানা তাবীখিদে।

মমানা রিক্সো অমা ফারগা চৎহনখি।

মাগী মতম্না দাও য়াদবা হায়বদু লাক্লমাল্লে, পাউ পুন্নমক মাগী মপুরোইবা নিল্লকান্তসু তারম্লে। রাধাবু য়ৌরকপগা মমায়দা খুবাক্লা থারগা য়ুমদা হনবীরক্লগনু হায়খি। রাধা উপাই লৈতদুনা ৱাংখৈগী মন্দোমচা খোমদোনবীগী য়ুমদা মতম খরা লৈ হায়না তাখি।

শোমদা কুবের অরৈবা পৈশা পুথোক্তুনা য়ুমথংনবা মনাওনুপা উদোয়গী নুপী জ্ঞান লৈবী বীনাগা তান্নরগা বৃন্দাগী সনা, লিক, লৈ, ফিরোল শুনবা লাংহনখি।

নুমিদাংৱাইদা বীনানা মচে ইবেচাউবী হৌরগা মখোয় অনী সনা অমদি ফি-রোলশিংদু থম্বালগী য়ুমদা থিল্লকখি। লঙ্কোনি হরাউ-হরাউ পোৎশিংদু লৌশিলহৌই।

মখোয় হনখ্রবা তুংদা লঙ্কোনি সনা অমদি ফিরোলদু থম্বালনা গুৱাহাটি চৎপদা পুগদবা শুৎকেশদা হাপখি।

শোমদা মণিপুরদা অসুম্না লৈরিঙৈদা গুৱাহাটিদা গীরিধারিগী মচানুপী ফজবী ফিভম্না য়ারক্তবদগী থবক মফমদা চৎখিদবা থা অনীরোম হায়রক্লে। মাবু পোকপা গীরিধারি চৈশু অমা পাযরগা শুমাং-মাঙ্গোলদা খরা-খরা থোকপা নত্তনা কনখৎলকপদি উদে। হকচাং শাজেলবুদি কন্না তৌদুনা হোৎনরি।

বৃন্দাদো রোমেনগী থবক শুরিবা মফমদুদা নোংমতংদি চৎচনীংবনী। অদুবু মীনা মাবু খনবনবনি খনবীগদ্রা হায়না খঞ্জরুই।

বৃন্দাগী মচাদি চহী ফারক্তুনা মা-মা, পা-পা কৌবা হৌরক্লে। লেপ্পসু কাবক-কাবক ঙম্লক্লবা মতমনি। বৃন্দানা লোন্না-লোন্না য়েংজবদা করিগুম্বা কান্দা রোমেন্না অবুংচাবু থাঙ্গৎলগা নুংশিনা মখজাইদা চুপ্পীবা কয়ারক উখ্রে। ঙসিদি বৃন্দাদো পুমঙক-ঙকপা অমসু তৌরুরে। মদুদি ইন্দিরানা চংলক্লগা অবুংচাবু রোমেনগী মনঙ্গন্দা থোনগৎপীরগা নাহোং শাবীদুনা পোহল্লমলে। অঙাংদুসু রোমেনগী নঙ্গন্দা নুংঙাইনা তুম্লি। মাদি ইন্দিরানা "নচাশি নংনা নোংমতসু পোবীবা উদে সে! ঙসিদি ঙাইহাক্তং পোবীয়ু" হায়বদুদা পোরিবনি।

বৃন্দানা বাথরুমদা ঈরুজবা চংলুরগা থোরক্তুনা মখোয়না লৈবা কাদা চংলকপা মতমদা রোমেন্না মচা পোরগা লৈরম্বদু উজবদা বৃন্দা মমিত্তা মপি তাগে তৌরকই। হরাউমন্দুনা — "তারোমেন! ঐ ঙসিদি পুক্লিং য়াম্না নুংঙাইবা অমা তৌরে, করি য়েঙ্খাং অহাউবা থোংউগে?"

"ঐনা অবুংচা পোবগীরা?"

"ঔ।"

"নংনা খ্বাইদগী পামজনা চানীংবা য়েঙ্খাং অমা খল্লগা হেক থোঙউ!" বৃন্দা পুক্লিং নুংঙাইনা চাক থোঙনবা হোৎনখ্রে।

হন্দক মরকসি রোমেন্না গীরিধারিগী মারুটি কারদু খরা-খরা থৌই।

ঙসিদি বৃন্দানা খাখল খরা নুংঙাইজবা নুমিৎকা ওইবদুদা রোমেন কারদু ফজনা শেংদোক্তুনা থম্মী। গীরিধারিনসু মাবু কারদু থৌরগা লেন্না চৎলু হায়বদুদা রোমেন ঙসি কারদু থৌরগা লাকই। মাগী কাদু য়ৌরগা ফমথবতা মঙাইরি। টেলিফোন কোল অমা লাকই। মণিপুরদগী বৃন্দাবু পোকপা থম্বালগী ওইরম্মী। মা হয়েং তাং তরামরিসিদা রতন পুরগা গুৱাহাটিদা বৃন্দা লৌবা লাক্লগে। বৃন্দা মচাগা লোইননা রোমেনগী থবক মফমদা থম্বীরম্মু রোমেনবুদি করিগুম্বা থৌরাং অমা শীল্লগা মফমদুদা লৈরমদনবা খঙহল্লকই। মখোয়না লাকদবা পুংফম্না হয়েং তাং তরামরিগী নুংথিল পুং অমা মখায় তাবা মতমদনি। শোয়দনবা চেকশিন বা য়াওনা খঙহল্লকপা খাফম্নি।

রোমেন পাউদু তাবদা খুদক্তা মকোক পায়দুনা খাঙই। খল্লকই, "ও! ঙসাই অয়ুক ঐনা অবুংচা পোবদা বৃন্দানা মথখাই নুংঙাইজখিবদু কায়নরমদাইগী

ওইরবোইরে।” হয়েং চৎখ্রগদবা মমা-মচাগীদমক ঐনা করি তম্বীগনি। রোমেন থম্মোই মনুংদদি কপ্লগা মমা-মচাগী ওইজনবা বজারদা হাইগৎলগা অবুংচাগী ফুরিৎ শুইট অমগা খোঙউপ জুরা অমগা লৈবীরে। মমাগীদি খুনীংবাংবী সেন্দল অমা লৈবীরে। ঙায়োনফমদা চংদুনা ইলিসা কিলোগ্রাম অমা লৈরগা য়ুমদা হল্লকই।

ঙাদু বৃন্দানা হরাউনা থোঙলগা নুমিদাংদু চামিন্নে। বৃন্দানা খঞ্জে — “করিনো ঙসিসিবু তারোমেনসিবু অঙাংবু পোবনে, ফিবু লৈবনে, ঐগীসু সেন্দল অমা লৈবীরকই, নহানমখৈগা ইমান-হেক মান্নদে।”

নুংঙাইনা তুমখিবা রোমেন অহীংদা মমঙদা “বৃন্দা অমদি অবুংচা” অনীবু মখোল হৌনা কৌরকই।

বৃন্দা ফুক হৌগত্তুনা চেনশিল্লুই। কাংখল হাইদোক্তুনা য়েংজে। রোমেন্না “ঐ করিসু তৌদে” হায়রকপদা বৃন্দা ইকাইজবমগুম তৌনা অমুক হল্লক্তুনা মাগী ফমুংদা চংলগা তুমখি। অদুবু মানা রোমেনগী মমিত্তা মপি তাবগুম উখিবদুনা মাবু মখা তানা তুমথবদি য়াহনখিদে।

বানা-বানা নোং ঙাল্লে। ঙসিনি, থম্বালগা রতনগা বৃন্দা লৌবা লাক্কদবা নুমিৎসি। বৃন্দাদি করিসু খঙজদবনা হান্নগুম মাগী মথৌ অদুম তৌই। রোমেন্দি বৃন্দাবু নহানখৈগা মান্নদনা মুনা-মুনা তোয়না য়েংই। অবুংচাবু পম্লগা মরাইবক্তা নুংশিনা চুপ্পী। মাগী হোংলক্লিবা মতৌদুদা বৃন্দা — “করিনো তারোমেনসিবু ঙসিসিবু মওং অমদি তৌইদা!”

অয়ুক্কী চাক চামিন্নরগা রোমেন বৃন্দাবু করম্না হৌরগা থবক মফমদা পুসিগে খন্দুনা লৈ। লাইনা ইনশিনবগুম বৃন্দা মচাদু ঈরু-লুজবীবা লোইরগা রোমেন্না লৈরকপা ফুরিৎ-খোঙগ্রাওদু শেৎচিনবীরে, খোঙউপসু উপশিনবীরে। মাসু ঙসিদি খরা কেনা মফি-মরোল শেৎচিল্লে। ইথা হেক থাজদনা — “তারোমেন! ঙসি নোংমতংদি তারোমেন্না থবক তৌরিবা মফমদুদা ইমা-ইচাবু অমুক্তা চৎলগা য়েংজগে হায়ববু য়াবীরোই অমুক হায়বীরক্কদ্রা?” বৃন্দাদু য়ারোই হায়রক্কদ্রা খন্না য়াম্না কিন্না হংজবনি। রোমেন — “হোয়নে, চুম্মীনে, নংদি নোংমতসু থবক মফমদুদা চৎখিদ্রি। ঐ য়াম্না চাউনা লানবা অমা লৈখ্রে। হোরেন

নংনা চৎখ্রগা য়াম্না নীংঙমহৌদবা তারে।" রোমেন্নদি থম্বাল অমদি রতন লাক্লগা বৃন্দাবু শোয়দনা পুখ্রগনি খনবদগী হায়খিবনি।

"করিনো তারোমেন্না হায়বীরিবদুবো? ঐবু কদাইদা অমুক চৎকদবা লৈরবগে?"

রোমেন ৱাহৈদু হয়দোকখ্রগা মপি ইরা চেল্লকই। শকফম খঙহন-হজ্ঞিনখিবগুম তৌরকই। রোমেন বৃন্দানা হংজবদু তাদবা শানা — "লাকও, লাকও চৎলসি!"

বৃন্দা মচা অবুংচা পমখৎলগা মারুটি কারদা কাখৎখ্রে। রোমেন্না কারদু থৌবা হৌরে। ঙসিদি রোমেন অবুংচাবু য়াম্না নুংশিরকপগুম তৌরুরে। অবুংচাদু মঙোন্দা পীরকউ হায়রকই। রোমেন্না অবুংচাবু মনাক্তা ফমহল্লগা গাড়ী থৌই। বৃন্দা পুক্লিংদা হেন্না নুংঙাইবা পোকচৈ। খরা চৎলগা থবক মফম য়ৌরে। কাগী থোংদু হাংলগা সোফাদুদা বৃন্দা মমা-মচাবু ফমহল্লম্লগা অমুক হল্লক্লগা কারদু গেরেজদা মমায় লৈথোক্লগা থম্মী। রোমেন ঘড়ীদু তোয়না-তোয়না য়েংই। থম্বালগা রতনগা লাকপগী মতম য়েংবা মাল্লি।

বৃন্দা কাদুদা লৈরিবা অলমারি, থারিবা সোফা, চৌক্রি মথং-মথং মশীং শুনা য়েংই। রোমেন্না ফম্নবা চৌক্রি নত্তবা টেবল অমগা চৌক্রি অমগা লৈরিবদুমদি ফজবীনা ফম্নবা শোয়দনা ওইরমগনি খল্লি। অদুবু ফজবীদি মফমসিদা লাকখিদবা থা অনীরোম ফারে।

বৃন্দা — "তারোমেন! ঙসাই তারোমেন্না হায়খিবা হোরেন নংনা চৎখ্রগা" হায়খিবদো ঐ নুংশা য়াম্না থীরে। ঐবু কদাইদা চৎপা তারিবগে?"

ঙাইহাক্কী মনুংদা শোয়দনা থোক্লগদবা থবক্লিনা হায়দোক্লসিরা অমুকসু খল্লি। অদুবু বৃন্দানা খঙহৌদনা অৱা মৈচাক্লা খাংঙমদদুনা শিগে হায়রক্লবদি কমদৌবা। চিংনবনা হেঞ্জিল্লক্লুনা — "কদাইদা চৎকনি হায়বগে? ঐনা শোয়দুনা হায়খিবা ওইরমগনি।" মমিত্তি মপি ইরা চেল্লক্লবনি। বৃন্দা চিংনবা অসুম হেঞ্জিল্লকপগুম তৌই।

খঙহৌদনা টেলিফোন কোল অমা লাকই। রোমেন্না পায় — "হল্লো! ঐ রোমেন্নে। হৌজিকপো? ও! ঐ ভাব তাজরে। ঐ লাকচরগে ইন্দো'বেন্মা! য়ানি থম্বীরো।"

— "বৃন্দা! নং অবুংচাগা কাসিদা লেংদনা লৈরম্মু। থবক শুবা মী ময়ামসু লৈ। ঐ ফজবীদো দেলিভরিগী হোসপিটালদা পুখত্তবা য়াদ্রে, থুনা লাকউ হায়রকপনি, অমুক্তা চৎলুখিগে, কুইরক্লোই। চৌকিদারগী নুপীদসু শিন্নরমগে?"

"তারোমেন য়াওদনা ইমা ইচাদা কাসিদা লৈবা কিজে।"

"হেরা, করিসু তৌরোই, ঐ থুনা অদুম লাক্কে।"

রোমেন বৃন্দানা হায়বদো তাবীরমদনা মারুটি কারদু থৌরগা থোকখ্রে। রোমেন ৰাখলদা নিংকোক-নিংকোক তৌনা গাড়ী থৌরগা লাকই। অমুকসু খল্লুই — "বৃন্দাদুবু রতন উবদা করি খনগনি? অদুবু মাগী বাবা হৈশিংবা অমা য়াওবনিনা য়ানবা মরাইনা থেমজখ্রগনি। মা চৎখ্রবদি ঐদি ইতোমতা য়ুমদুদা করম্না?" খল্লুরগা গাড়ী থৌনা-থৌনা মমিত্তা মপি তারকই। অসুম লেপ্তনা থৌরকপনা য়ুম য়ৌরে। য়ুম হেক য়ৌবগা মযাম পুন্নমক হোসপিটালদা চৎনবা থৌরাং লোইদুনা লৈরম্লে। ফজবীবু মারুটি কারদা কাখৎহল্লগা মমা পাকপী, ইন্দিরা পুন্না তোংদুনা নহান বৃন্দাগী অঙাং পোকখিবা সিটি হার্ট ক্লিনিক তান্না পুরক্লে। মফমদু য়ৌবগা ডাক্তরনা চেক তৌবদা ফজবীগী কেশতু নোর্মেল ওইদে, অঙাংগী পোজিসন্দা অশোয়বা লৈ ওপরেসন তৌদবা য়াররোই হায়রে। ওপরেসন তৌনবা থৌরাং তৌবা হৌখ্রে।

ঈ পীনবা মী লৈরব্রা হংই। রোমেন মঙোন্দগী টেস্ট তৌবীয়ু হায়দুনা ঈ টেস্ট তৌই। 'ও' গ্রুপ ওইরম্বদুদা য়াগনি হায়রে। রোমেন ঈ পীনবা থৌরাং তৌখ্রে।

অসুন্না পুংমুক লৈরগা ফজবী মচানুপা অমা ওপরেসন তৌরগা পোক্লে।

ইম্ফালদদি থম্বাল তাং তরাহুমদোইগী নুমিদাংবাইদা ওফিসতগী কুন্নকপদা তাং তরামরিদা গুবাহাটি চৎপগী টিকেৎতু লৌগে চৎলুবা মতমদা ফ্লাইট কেন্সেল তৌরে হায়রক্লে। মা ৰাখল নুংঙাইতনা য়ুমদা হল্লকই। য়ুমদা

রতনসু মাবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। মখোয অনী তান্নবদা নুমিৎ থবান ফৈ হায়দুনা লেপ্লুরবনিনা নাইট সুপরদা তাং তরামরিগী অযুক ঙন্তা চৎলসি হায়না লেপ্নরে। অসুম্না তাং তরামরিগী অয়ুক্তা মখোয় অনী পুন্না বসতা লাকপনা নুংথিলগী পুং অমা মখায় তাবা মতমদা কোহিমা য়ৌবত্তা ঙাইরি।

গীরিধারিগী থবক মফমদনা রোমেন লাকমন্দবদুদা বৃন্দা ফম্বা ব্বারক্লে। অসুম ফম্লম্বদগী মশাদু মুম্বরক্লে। পুং বারোমখায় তারকপা মতমদুদা মশাদু হাকাম ব্বা-ব্বা চল্লক্তুনা সোফাদুদা ঙাইহাক তুথরুই। মচা অবুংচাসু তুন্নিংদুনা নিংঙাই তৌরকই। সোফা অশাংবদুদা মমা-মচা পুন্না হিপ্লি। অঙাংদুনা নিংঙাই তৌরকপদুদা বৃন্দা ফুরিৎ শিৎকত্তুনা অঙাংদুবু খোম ইনবী। মাসু মচা সোফাদগী তাখিদনবা চেপ্পা হিপ্লগা মচাবু কোল্লি। অঙাংসু মমাসু অনীমক তুমথখ্রে। কাগী ফেন্দুসু নীংথিনা হুল্লি। নুংঙাইনা তুমথখিবদুনা অঙাং খোম পীথক্লম্বগী মফি-মবোলসু থোইনা মীগা লৈতবদুদা লোইশিলহৌদ্রে।

থবক শুরম্বা ময়ামদু নুংথিলগী পুং অমা তারকপদা চাক চানবা (লনচ ব্রেক) থাবদুদা চাক চাবা থোক্লখি। তাঞ্জা খঙনা মতম কয়াগী মমাঙদগী অমুক্তং খুদোংচাবা ফংলবদি হৌদোঙ লম্বোইবগুম লুমদুনা ঙাইরকপা বীনোদ দাস বৃন্দানা লৈবা কাদুগী মপাদা লেপ্লবে। বৃন্দা ইশি-শিনা তুল্লিবদু উরে। ফেনগী নুংশিত্তুনা পারবা সারিগী মতোন্না কুপ্পা থুংফাত্তবা ঙৌরবা বৃন্দাগী হকচাংদু উবদা দাসকী মমিৎ অরাওবা অনীদো লম য়াম্না হেল্লকখি। দাস বৃন্দাবু চাগদবগুম মমিৎ কুপ্তনা য়েংলক্লে। চানীংবনা মতিন য়োৎলবা দাসপু বৃন্দাগী ফিভমদুনা অমুক্কা হেন্না পুমঙাও ঙাওহনবীখ্রে। দাসকী মশা থক থক নীক্লকই। চুম্না মমিৎনা মপান্দগী য়েংলম্বদগী পেল্লক্রমাস্লে থোং হাংলগা চংশিল্লক্লে। দাস বৃন্দাগী মনাক য়াম্না নক্লা চংশিল্লগা য়েংলুবদা মশাদু হুমাং কাংলক্লে। বৃন্দাদি মদু য়ৌরবা ফাওবদা শ্বর শাংনা-শাংনা হোল্লগা করিসু নাচুংদনা তুম্লি। দাসনা খল্লকই। "আনন্দি মৈতৈ নুপীনি, রোমেনগীসু মফমসিদা কনাসু লৈতে, ফার্মগী মপু গীরিধারিসু হেন্দিকেপ ওইদুনা লৈ, মাবু রোমেন্না করিসু তৌবা ঙম্লোই।" অমুক তপ্পা থোরক্লগা থোংদু লোনশিল্লি। হন্দকমুক্তি দাস মানা চাগদবগুম য়েংলম্বা পোৎশকশিংদু মপু তাক্তনা নুংথিল পোবোপ্তা শাগুন তৌরুরে।

বৃন্দা খংবা অমা য়াওনা পাখত্তুনা ফুক হৌগৎলকই। দাসকা বৃন্দাগা ইন্নৈ। "কনা-কনা লৈবগে ঐবু অমুক্তা কনবীয়ো?"

বীনোদ দাসনা বৃন্দাগী মচিন মেল্লি। বৃন্দা শেৎলিবা ফিদুবু হোৎনগদ্রা, অঙাংবু শেন্নগদ্রা জ্ঞান মাঙই। অঙাংদুসু হৌনা-হৌনা লাউ-খোঙদুনা কপখৎলকই। বীনোদনা কনবা হেনবনা বৃন্দাগী ফুরিৎতু সেগাইরগা দাসনা পায়খ্রে। অঙাং কপ্পগী অহৌবা মখোলদুদা চৌকিদারগী নুপী চেনশিল্লকই। নুপীদুনা আসামিলোন্দা — "দাস বাবু! না করিবীদে, না করিবীদে" হায়জৈ। মপান্দগী থোংদু কন্না থীল্লি। অদুবু দাসত্তু বৃন্দাবু পামজবনা ঙাওখিবনা নুপীদুগী ব্রাদু তাদবগুম তৌই।

বৃন্দা মৈতৈ নুপীগী অরোইবী থৌনাদা দাসপু অফংবা মফমদা ফাদুনা ময়ানা খুদাংদা কন্না চিকই। দাস নামনবদগী খাংবা ঙমদ্রমাল্লে বৃন্দাবু থাদোরকই। বৃন্দা থুনা চেল্লগা তাহৌরবা মফি ফনেক্তু খুনগৎলগা ফিদোন চিংখৎলগা শেৎচিল্লি। মথক্তা শেৎলকপা সারি তংখায়দুনা মকোক খুল্লগা মচা অবুংচাবু চেজেৎ কোল্লগা কপচবা নত্তনা উপাই লৈখিদে।

দাস বৃন্দানা ময়ানা চিকখিবা খুদাংদু তৎপদগী ঈ তপ-তপ তারে। মা য়াম্না শাওনা থোং হাংদোক্লগা থোকখি। থোং মনাক্তা লেপ্লম্বী চৌকিদারগী নুপীদুবুসু শাওনা ইষ্টুবীরম্লে। দাস গেৎলোমদা কন্না চেল্লগা থোরকখি। মানা গেৎ য়ৌবগা রোমেন মারুটি কার থৌজিল্লকপা মপা চপ চানা উনৈ। মতমদু পুং অনীরোম তারে।

রোমেন — "হে! দাস কোৎ জাবো?

দাস খুল্লমদনা কন্না চেনখ্রে।

রোমেন চিংনবা অমা য়াওদুনা গাড়ীদু থুনা থৌজিল্লগা গেরেজদা থম্মী। মানা মাগী কাদা চংলুবা মতমদদি বৃন্দা কপ্তুনা মচা চেৎনা কোল্লগা কনা লৈজদ্রবী অমগুম মকোক খুল্লগা য়াম্না তোন্না লৈরম্লে।

বৃন্দাগী মতৌদু উবদা রোমেন অশাওবা পুন্নমক ফাথরগা দাসপু অমুক্তংদি লমন খুন্নল্লগে খল্লকই। দাসনা সেগায়রগা হুন্দোক্লম্বা ফুরিৎ ব্লাউজ অমদি ব্রাদু

নাকন্দা তাদুনা লৈবদু রোমেন্না উরুরে। মদু খুনগৎলগা মাগী বেকতা হাপচিল্লি। মানা অদুক পাম্খুনা নোংমতা মমিৎনা য়েংজদবা বৃন্দাগী পাম্মুজবা পোৎ অনীখক্তি দাসনা হুরাল্লগা শাগুন তৌবীখ্রে! রোমেনগী বাখল আ পটাল য়ৌনা কুমথ্রবগুম তৌরুরে। বৃন্দাদি মফম লেংদনা কপ্লগা তুমিন ফল্লি। রোমেন্না খল্লকই, —"থম্বালগা রতনগা লাক্লিবসিনা কৈদৌরবজাৎনো? মখোয়বু অমুক লাক্লরোইদ্রা?" থৌদোকসি মখোয় অনী লাক্লম্লবদি থোক্লন্লোইদবনি। মা বাদি অমত্তা ঙাংদ্রে। মী অতৈসু থবক শুবগী হঞ্জিন্নরক্লে। পাউদু ময়ামদুনা তাখ্রগা মাগী মিংচৎ থীগদৌরি। রোমেন চৌকিদারগী নুপীদুদা লুপা চাম্মা চৎপী অমা পীরগা কন্না অমত্তুদা পাউদু তম্বীগনু হায়জে।

ময়ামদা বৃন্দা মমা-মচা য়ুমদা থিল্লুরগা হল্লক্কে হায়রম্লগা মমা-মচা গাড়ীদা হাপ্লগা পুদুনা লাকই।

য়ুমদা ফিভমদুদা চংলুরবদি বৃন্দাগী তৌরিবা মওং-মতৌদুদা নুংঙাইত্রদুনা কারদু থৌরগা নুপীগী ফি-য়োনবা দুকান অমগী মপাদা খাম্মী। বৃন্দা য়াওদনা রোমেন মহৌশাগী সাইজ খঙবনিনা বৃন্দাগী ব্রা অমগা ব্লাউজ অমগা লৈরে। দুকান্দগী থোরক্লগা ফুরিৎকা ব্রাগদু বৃন্দাদা পীরে। মখা তানা গাড়ীদু অমুক থৌরগা লাকই। পল্লিগ তোইলেৎ অমগী মপাদা গাড়ীদু অমুক খাম্মী। বৃন্দাবু নুপীগী তোইলেৎতা চংলগা ফিদু হোংদোক্লবা হায়। মাসু গাড়ীদগী কুমথরগা অবুংচা পল্লগা লেপ্তুনা বৃন্দা থোরকপা ঙাইদুনা লৈ। ঙাইহাক লৈরগা বৃন্দা থোরক্লে। কারদা অমুক কাখত্তুনা ফল্লগা রোমেন্না কারদু য়ুম য়ৌনবা থৌরকখি।

রোমেন বৃন্দাগী মফমদা থৌদোক্তু করম্না থোকখিবনো হায়বগী মরম হংনীংলবসু হংখিদ্রে। বৃন্দা ফমুং মথক্তা ফল্লগা পুক্লিং নুংশিনা হিক্লা-হিক্লা কপ্তুনা লৈ। বৃন্দাগী মতৌদুদা থম্মোই শোক্লবা রোমেন মফি-মরোল অমোৎপা ঙাক্তা হোংদোকই। মতমদু নুমিৎ তারুম-তারুম তৌরক্লে। রোমেন চাকখুমদা চংলগা হৈজ্রাং অথৌবদু লৌখৎলি। মবুক্কী নাকন্দা মফম চানা যেপশিল্লে। মা বৃন্দা অমদি মচা অবুংচাবু হন্না অমুক্তং য়েংলম্লগা ব্রাহৈ অমফাওবা ফোঙদোক্রমদনা য়ুমদগী খোঙনা মপাল থোকখি। ওটোরিক্সো অমা ফারগা দাসনা য়ু হেক-হেক থকপা মফম; মাসু অমুক-অনীরক চংলুরবা জগাদু তান্না লাকই। সন্ধ্যা

মতম্নি। মী মশক মুন্না য়েংদ্রবদি কয়া খণ্ডদ্রে। য়ু থককফমদদি চংদনা ওটোরিক্সোদুবু খরা লাপ্তক্লা ঙাইহাক্তা ঙাইবীরম্মু হায়রগা থনল্লে। মা মতোমতা থাংদু শৎতোক্লগা পায়দুনা দাস থোরকপা ঙাইদুনা লৈ। মানা নীংবগা তৌবগা মান্নরে। দাস অতোপ্পা নুপা অমগা কোন্নবগা য়ু ভাওরগা থোরকই। মাগী খুদাংদা ফি অমসু য়েৎপা উই। উপাম্বী অমগী মরুমদা লৈশিল্লগা দাস থোরকপা ঙাইরিবা রোমেন্না চেনশিনখিদুনা দাসকী মবুক্তা হৈজ্রাংদুনা থুম্না থিনজিল্লগা থনম্লগা চেল্লকই। অতোপ্পা নুপাদুনা আসামি লোন্দা "মী হাৎলে, মী হাৎলে" হায়না লাওই। দাস লৈমায়দা তুদুনা লৈহৌরে। রোমেন ঙাইদুনা লৈহৌবা ওটোরিক্সোদুদা খুৎলৈথুনা থৌহল্লগা য়ুম তানা লাকই। মাগী মতুংদা মী খরসু তান্নরকপা উখি। শ্বর থবেৎ-থবেৎ তৌনা ইমুংদা চংলক্লগা রোমেন — "বৃন্দা নং ঐবু ৰারৌগনু। ঐনা নংগী নীংবা থুংহল্লমদ্রেকো। ঐ মী হাৎলুরে। ঐনা বীনোদ দাসপু থাংনা থিন্দুনা হাৎলম্লে। ঐবু পুলিসনা শোয়দনা ফাবরগনি। ঐ অমুক লোৎলরোই। ঐ জেলদা লৈবা তারেদো! ইপাগী বোয়! নংবু বাবানা চাউনবা কোনবা ঙম্লমদ্রেকো" অসি হায়না অবুংচাগী মরাইবক্তা হঞ্জিল-হঞ্জিল চুপ্পী।

মখাতানা "বৃন্দা! ৰাফম অমনা নংবু নখোয়গী পাবুংনা শোয়দনা লৌবা লাক্লগনি। নং রতনগী মনাক্তা পাবুংগা চৎলগা নুংঙাইবা পুন্সিগী লম্বী অমা য়েংখ্রোকো! ঐনা নংঙোন্দা নহান নোংমা শিন্নখিবা লুপা লিশিং কুনদো নংবু ঐনা রতন্দা অমুক য়োনখিবগী মমলনি।"

বৃন্দা রোমেনবু কোল্লগা — "তারোমেন নং অদুম্না হায়গনু! ঐ নংবু থাদোক্তুনা কদাইদসু চৎপা ঙম্লোই। ঐবু ননাক্তা লেংদনা থম্বীয়ু কৈদৌবগে?"

"বৃন্দা! মদুগী মতম হেনখ্রে। রতন নহাল জেলদগী থাদোকখ্রবনি। পাবুংগা রতনগা নংবু হৌজিক লৌবা লাক্লগনি। ঐগী লাইবক ফবা অমনা রতন্না জেলদগী থোরকপগা ঐনা জেলদা চংগদৌরি। জেলদা চহী কয়া লৈগদবনো হায়বসু ঙমদে। লাইবক ফরগনা মী হাৎলুবগী ফাঁসি থুনা তৌখিবসু কনানা তম্বা ঙম্বা। পিরাংদি অনীমক শিষ্টনৈ। বৃন্দা মখোল হৌনা রোমেন শিরবগুম কপচৈ। মমানা কপ্পা উরগা মচা অবুংচাসু হৌনা-হৌনা কপ্পী। মিৎকুপ খরগী তুংদা পুলিস

লাক্কুনা মোমেনবু হেন্দকপ তৌশিনখ্রে। 'বৃন্দা ইকাই-ইকি' খঙদনা রোমেনগী মখোঙ বেন্দুনা কপচৈ। রোমেন হেন্দকপ থাংলবা মখুত্তুনা বৃন্দাবু হৌগৎপীরগা মকোক্তা হশিনা নানবীরম্মী। তপ্না-তপ্না থোকখিদুনা রোমেন পুলিসকী গাড়ীদা কাখৎখ্রে।বৃন্দা ইল্লিবা ফি মতেক্কুনা মমায় খুন্নগা কপ্ন-কপ্না কায়না মৈচাক খাঙহৌই

ইম্ফালদগী লাকপা থম্বাল অমদি রতন্না তোংবা বসতু অহীং পুং অনীদা গুৱাহাটিদ থুংলে। বস মনুংদা নোং ঙানবা ঙাইরগা, রিক্সো অমা তোংদুনা লাক্লগা মমা মহৌশা লৈবা হোটেল ময়ুরদা রুম অনীখক লৌদুনা লৈরে। মচিন-ময়াশেংবা, ঈরুজবা লোইরগা চা তলনচিংবা কৌদুনা চারে।

অয়ুক্কী পুং নিপাল তারকপা মতমদা পি. সি. ওদা চংলগা রোমেনগী ওফিসতা টলিফোন তৌই। চৌকিদারনা পায়রকই। হিন্দি লোন্দা ৱারী শানৈ। রোমেন মফমদুদা লাক্লরোই মাদি লোকঅপ্তা লৈখ্রে। ঙরাং মাগী নুপী মাগী কাদা মত্মেতা থম্নম্বদা মী ফত্তবা অমনা ইজৎ মাংহনগে তৌবগী ৱাথোক্তা মীদুবু মান থাংনা থিল্লুবগী ফাদুনা লোকঅপ্তা লৈবনি। ৱাহৈ খরদু হায়রম্নগা টেলিফোন থমখ্রে। থম্বাল মানা ঙরাং মফমদুদা শোয়দনা লাক্কে হায়খিবদুনা বৃন্দাবু মফমদুদা থম্নম্বা ওইরমগনি। অস! ইচানুপীদুবু ইজৎ মাংহল্লম্নগদ্রা? ঐনা অমুৱ হন্না অদুক চাউবা অৱাবা অম মুক ইচাগী মফমদা ....? ঐগী ইচাগী মরাইবর্কা ওহোক্লসু থীখ্রেদা। রোমেন্না মদুগীদমক মী হাৎলুবগী ফাখ্রবা? হৌজিক হাদু করি ওইরমগনি?" থম্বাল মকোক পুবা ঙমদনা ৱাজে। হোটেলদা থুনা হল্লক্লা রতনবু লেংদনা লৈরম্মু, ঐ বৃন্দা লৌরুখিগে হায়রম্নগা থুনা মখাদা কুমথখ্রে।।টোরিক্সো অমা ৱাইরগা বেলটোলাগী গীরিধারিগী য়ুম তানা থৌহল্লি।

গীরিধারিগী থোঙ্গালদা ওটোরিক্সো খামহল্লগা হাথু-হাথু চংলকই। ইমুং-মাঙ্গোলদ মী অমত্তা লৈবা উদে। থম্বাল মচানা লৈবা কাদুদা চংলকই। বৃন্দা মমায় মাৎ ইপোম-পোম্না মফি-মরোল শেৎপা লোইরগা লুপা লিশিং কুন্দো বেগতা াপচিল্লগা মপান্দা থোক্লগে তৌরিঙৈদা থম্বাল চংলকপনি।

মাংবুং চংলকপা উবদা — "বাবা" হায়না কোল্লগা কপ্পী।

"াবা ইমাদি য়াওরক্রা?"

"য়াওরক্তে। ইচাবু য়াম্না বারব্রনে? ইপা লাকএ। পুম্নমক ইপান্না ফনবা শীল্লগনি। ইপা নংগী পাউ লোইনমক তারগা লাক্লবনি।"

"বাবা চাক ঈশিংদি?"

"ইপা চাক্কা অমত্তা চাবোই, নংগী থবক্তু হান্না অমুক্তা হোৎনখিসি। বোমেন্দি লোকঅপ্তা শোয়দনা লৈরম্লগনি। পুলিস স্টেসন্দি দিসপুরদা চারেনে? ইপা-ইচা পুন্না চৎলসি!"

বৃন্দা মচা অবুংচা পমখৎলগা মপাগী মতুং ইন্দুনা থোরক্লে। শুমাং য়ৌরকপদা — "বাবা! ঐ ইমুংদা চংলগা পাবুং গীরিধারিগা ইপুগা অনীদা পাউ অমখক্তা হায়জরমগে?"

"হোয়, হোয় হায়রুচো!"

বৃন্দা ইমুং চংলগা ফমুংদা হিপ্তুনা লৈবা ইপু অমদি গীরিধারি মনীমক্তা মা রোমেনগী মতাংদা পুলিসতা চৎচরুগে, মণিপুরদগী মাগী বাবাসু য়ৌরক্লে হায়জৈ।

গীরিধারি অমদি ইপুনা — "চৎলুরো মঙ্গল ওইরকউ তাকপীকই।"

"পাবুং ঐ থুনা হল্লরক্বা হোৎনজগে" হায়রম্লগা মপাবুংগী মৎ ইন্দুনা ওটোরিক্সো তোংলগা অবুংচা পুদুনা চৎমিন্নখ্রে।

বৃন্দানা চৎকদ্রা হায়বা পুলিস স্টেসন্দদি চৎত্রগা পলটন বাজারগী হোটেল ময়ুরগী মমাঙদা ওটোদু খাম্মী। মফমদুদা থম্বাল ওটোদু থাদোকয়ে। লিপ্তা মপা-মচা পুন্না কাখৎলকই। রতন্না লৈহৌবা কাগী থোংদা কোক-কোয় থীল্লি। থোং হাংদোরকই। বৃন্দা বতনবু উবদা শ্বাই লাওই। মখুত্তা পন্নম্বা অবুংচান্না হুরক্কে তৌই।

থম্বাল— "কদাই ইশুদো ইপা পম্বীগে?" বৃন্দা ভাব তারব্রে মদুদি রোমেন্না ঙরাং হায়রম্বা পুম্বা চুল্লবা। মখোয় অনীনা লৌতুনরগা ঐবু লৌবা লাক্লবা।

বৃন্দা পুংখায়মুক্কী মমাঙদা খল্লম্বা, রোমেনগীদমক্তা বাজরম্বা, বাখরময়াম অমা খুদক্তা ময়ায় পুমচম চম্বগুম তৌরকই। হৌখিবা চহী অনীরোসিদা

নুংতিগী অয়ুক্তা, নুংথিন্দা, নুমিদাংদা, তুল্লমদাইদা, চারমদাইদা খঞ্জরম্বা ময়ামদো মফম খঙদনা রতন উরুবদগী কোইচাই চাইখায়খিবগুম, পুনশিন্নবা ঙমদবগুম তৌরকই। মা জ্ঞান য়াওদবী অঙাওবী অমগী মতৌ ওইরক্লে। করিনো মানা হৌজিক তৌগদবা? মা করিমত্তা খনবা ঙল্লক্রে। মশাদু ফুম্বংননা ফমুংদা ফমদুনা লৈ।

থম্বালগী মমাঙদা রতনসু ব্রা অমত্তা হৌদোকপা ঙমদ্রে। রতন মকুবোক থম্বালনা তম্বদগী জেলদা লৈরিঙৈদা বৃন্দা মচা মীরোল্লে হায়বা তাখিবনি। অঙাংদুবু মাগী মচা ওইরমগনি হায়বদি খঙবগুম তৌরে। রতন ফল্লম্বদগী হৌগৎলগা, — "বাবা! অঙাংদো অমুক্তা পমজগে?"

"সে, সে! নচানুপাসি পমজরো!"

বতন থম্বালদগী অঙাংদু লৌরগা পম্মী। অঙাংদুগী খজাই অনীদুদা বতন ওন্না-ওন্না চুপ্পী। ফমুংদা করি'মত্তা লেংদনা ব্রাসু ঙাংদনা মরু লুকথরগা নোঙ্গদুনা তুমিন লোনথোক্তবীগুম ফল্লিবী বৃন্দাগী মতম্বাক্তা রতন্না অঙাংদুবু থম্বীরুরে। বৃন্দা মচা কোল্লগা তৌফম খঙদনা মখোল থোক্লা কপথোরক্লে।

থম্বাল মচানুপীদা ওনশিল্লগা — "ইবেম্মা! ইপানা লোইনমক ফনবা শীনগনি। নং করিসু খল্লুরনু! ইপা লৈরি। ইপা চৎলুখিগে" হায়রকই। বৃন্দাগী মশাদু কিজবনা নিকপগুম তৌরে।

"বাবা! ঐসু লাক্কে?"

"য়াদে। ইপানা হায়বা ইল্লু! ইপা ফনবা শীনগে হায়রেদনা!"

ব্রাহৈদু হায়রল্লগা থম্বাল থোং হাংদোক্লগা মপাল থোকখ্রে।

বৃন্দা শাওরংননা মচাদু ফমুংদা থল্লগা মথুন্দা খরা নানা ফুরগা কপহল্লি।

রতন অঙাংদু পামখৎলগা থেম্বা লাক্লে। কপ্পা ফরবা তুংদা ঙাইহাক ব্রা অমত্তা ঙাংনেদনা উন-ব্রাইমুক চিক্লুরবা তুংদা ফমুংদা ফল্লিবা অঙাংদুনা মখোঙ হান্নিংবগী ইরাং অমা তৌরকই। মখোল অমা য়াওখিবদুদা অঙাংদু মতোমতা নোক্লকই। রতনসু খঙহৌদনা নোকথোক্লুরে। বৃন্দাসু কপ্লুবগী পুক্কিং নুংশিনা লৈরিঙৈদুদা অঙাংদুনা অদুম্না তৌরকপদুদা খোইরুম মোমোন তৌজগে

তৌরম্বদু য়াম্না ৱানা খাঙই। জগত্তা খাঙবদা ৱাবা অনীখক লৈ। মদুদি অমনা নোকপা খাঙবনি অদুগা অমনা খোঙ হামনীংবা খাঙবা। মচানা পীরকপা খুদোল অমনা মখোয অনী চান্নহন্নবগী মচাক অমদি পীবগুম তৌরে।

বতন্না — "ইবুংঙো নংসিদি ইকাযবদি খঙলোইদৌরিমাল্লে। তাঞ্জা-মেঞ্জা ইখঙ-হেক খঙজদে।" অসি হায়রগা অঙাংদুগী মবুক্তা পায়রগা লক্লদুনা শান্নে। অঙাংদু শিথ-শিথ পংনোক্তা নোকই। অদুগী তুংদা অঙাংদো খোংগ্রাওদা মখোঙ হামজিল্লে। রতন উপাই লৈতদুনা বাথরুমদা অঙাংদু পুশিল্লগা চংখি। নীংথিনা চামথোক্লবা তুংদা অঙাংদু পুথোরক্লগা মমাগী মনাক্তা থম্মী। বৃন্দাসু মচাগী মতৌদুদা "দৎ" হায়রগা মচাগী মথুন্দা খুবাক্লা পোপ থারগা ফিরোল অমুক হোংদোকপীরে। হন্দকমুক্তী রতন বৃন্দাদা ৱা ঙাংবা হৌরেক্লে।

"বৃন্দা ঐদি নংনা অসুক কুইবা মতম অমা মফম অসিদা লেল্লকপসে য়াম্না ৱারমদৌবা মাল্লি!"

বৃন্দা খুমদে।

"নং নতোমতা থা মাপল অঙাংসিমা মীরোনবা মতমদা ৱারমগদবা ময়ামদো খল্লুবদা ঐসু জেল মনুংদুদা য়াম্না ৱাখিবনি। মদু নংনবুদি থাজরমদবসু য়াই।"

বৃন্দা হন্দকমুকসু খুমদে।

"ঐঙোন্দা নংগী পাউদি নখোয়গী পাবুংনা তমদুনা তাখিবনি। নংবু মচাগুম্না লুনা তৌবীখিবা ঐগী ইচাবু ঈ মতুমদা মাংহল্লম্বা য়াবা কয়াদুবু নং অমদি অহন্দুনা অকায়বা অমত্তা য়াওহন্দনা ঙসি ফাওবা হোৎনবীরকপগী মমলদি ঐনা করিনা পীগনি? ঙসিদি মতম কয়া কায়নরুরবা তুংসিদা ঐখোয় অনী অমুক মফমসিদা উনররে। ঐদি লুহোংবগী অহীংদুবু ঙসিসু কাউবা ঙমদ্রি। অদু পাবুংনা চৎখিবদুবু অহলদু উন্নবা ওইরমগদ্রা? নংবু শেন্নবীবগী, ইচাসিবু ৱেংশিনবীবগী অৱামল খরদি পীরমফম থোকই।"

বৃন্দা খুমদে।

বৃন্দা খঙহৌদনা মিৎকুপসিদা রোমেন্না হোসপিটালদা লৈরিঙেদা অহীংদা মমঙগী ৱারী অমা লীবীখিবদো নীংশিংলকই। মা রোমেনবু খংনুং নুংশিরকই।

থম্মোই মনুংদগী ফুনগৎলকই। য়ুমদদি অনাবা পাবুং গীরিধারিদসু থুনা হল্লক্কে হায়রম্মী। মাবু রতনগা থম্বালনা শোয়দনা পুগদৌরিব্রা খল্লকই। মাবু মখোয়না মণিপুবদা পুদুনা চৎখ্রবদি মাগীদমক হাক্কন চংবদগী মী হাৎলুবগী লোকঅপ্তা লৈখ্রবা রোমেনগীদমক কনানা হোৎনবীগনি? বোমেন্না গুৱাহাটিদা লাকখিবা, অৱাবা কয়া তাখ্রিবসিসু বৃন্দা মশুংলাংগীদমক্তনি। রতন্নদি ঙসি ফাওবসিদা মাগী করিদি তৌবীখ্রে?

লুহোংলুবা নুমিত্তগী বদনাম অমা চারুবদগী ঙসি ফাওবসিদা ৱাদুনঙাক্তা লাকখ্রবনি। ঐনা তারোমেনবু হন্না য়েংলমদনা মাবু অৱাবা কোমদা ঐগীদমক থাদবীরম্লগা ঐনা তুং ওঙ্গোক্তুনা মখোয়না হায়বা য়াদুনা চৎখ্রগদি ঐদি নুপী শা হায়বদু তারগনি। করি উপাইনা ঐনা তারোমেনবু মতেং পাংগনি? বাবানবুদি মানা ফনবা লোইনা শীনগনি হায়রম্মী। বাবাদুবু পুলিসতা শোয়দনা চৎলমগদ্রা?

বৃন্দা অশেংবা ৱাফমদু রতন্দা হৌদোকপসু পাক-হেক ঙমদ্রে। মানদি রতনবু লম্লানবনি হায়না খল্লি। হঙ্গোইনা তৌরি। রতন্না নকশিন্নবা হোৎনজবগী ৱানি।

বৃন্দানা — "ৱারৌবীবা য়াদে, ঐ অরুবা থবক অমখক্তা চৎচরুবা তারে।" বৃন্দা ৱাদু হায়রম্লগা থোং হাংদোক্কে তৌই। রতন্না বৃন্দাবু খাম্লগা —

— "করি করম্বা অরুবা থবক্নো?"

"য়াম্না লুবা ঐগী থৱায়গা মান্ননা লুবা থবক্নি।"

"ঐঙোন্দগীসু হেন্না মমল য়াম্ব্রা?"

"ঐগী ইফমদদি য়াম্মী হায়জবা তারে।"

"অস! অদুদি ঐসু নংগীদমক্তদি নংগী থৱাইদগী হেন্না লুবা পোত্তুদি খঙনীংই। ঐসু নংনা চৎপদুদা খরা য়াওবা য়াগদ্রা?"

"অদোম্না তেংবাংবীরবসু থোইনবুদি কায়দে।"

"বৃন্দা! নংনা ঐবু অতোপ্পা মী অমগুম্না অদোম হায়না কৌবদো মদুমদি ঐ কৌহন্নীংদে। ঐনা নুমিত্তুদগী ঙসি ফাওবসিদা নুংতিগী কাউবা ঙম্নরোইদবা মিৎকুপ অদুবু তত্তনা নীংশিংখি। অদুক শাংবা চহী অনীগী মতমদু থৌদোক্তুবু

নীংশিংলগা নংগী নশকসিবু নীংশিংদুনা লায়না মতম লেনবা ঙমখিবনি হায়বসি নং থাজদ্রমাল্লে। ঐনা জেলদগী থোরকপদু নহান্নি। ঐ ঙসিমক নখোয়গী পাবুংগা তান্নরগা নংগী ননাক্তা লাক্লিবসিনি। নং ঐবু থোইনা লান্নসু লৌগনুদা!"

"অদোমগী থম্মোইদা লৈবা বানীনা ঐনা লোইনমক উরুবসু ঙম্বা নত্তে। অদোম্না ঐবু ইমুংদুদগী মপান্দা অরুবা বা অমা হায়রমগে হায়রগা নমদুনা পুথোকপীরগা য়াম্না লুদবা মওংদা লোইনবীখিবা অদুনা ঐনা মথং-মথং ঙসিগী থাকসি য়ৌনা বাখিবগী চাউরবা মরম্নি। লুহোংদুনা লৌরবা নুপী অমবু ঙম্মী হায়বগী মতাগুম অদোমগী অপাম্বগী মতুংইন্না নমফুদা লোন্না চিংথোকপীরগা লমচৎ নাইদবীগী মিংথোল পীবীখি। অশুক শাংলবা মতম অমা বোন্দা লেনবগুম লেল্লকপদা চাউনা মতেং পাংবীখিবা মীশক্তুবুদি ঐ পুন্সিগী কাউবা শুকঙম-ঙম্লোই। মাগী পুন্সিদুতনি ঐনা কল্লকচবা। ঐদি অদোমগী ইমা-পাবুং অমদি ইচেগী য়াক্লবা খোম্থি কয়াসু চারকখ্রবনি। ঐদি অদোমগী মৌ ওইবদসু বদনাম ময়ামদুনা লেমগদবা লৈত্রবীনি। ঐদি ঐগী থবায়দগী হেন্না লুনা খঞ্জবা মী অমগী মতেং পাংলুদবা য়াদ্রি"।

"মাগী মতেংদু পাংবা লোইরবদি ঐখোয় অনী মণিপুরদা ঐগা পুন্না চৎমিন্নখিবা য়ারবা নত্ত্রা?"

"চৎপা য়াবা অমদি য়াদবা হায়বদুসু মাগী অয়াবগী মখা পোনগনি। ঐগীদি মানা লোইজরবনি।"

"মীশক্তুবু কনানো?"

"ঐ কিদে, মীশক্তুগী মশক তাকপা ঐ কিদে।" বাহৈদু হায়রম্লগা বৃন্দা মখোল থোক্লা কপথোরক্লে।

"বৃন্দা হায়ু! মীশক্তো কনানো?"

"মানা মতম পুন্নমক্তা মিৎকুপ খুদিংগী ঐবু কদাইদা শোইখিগদগে, অঙাংসিবু ঐগী পুক্লুংদা মীতম্বা হৌরকপদগী অশোয়-অভাম অমত্তা য়াওহন্দনবা কম্না হোৎনজরকপা, হৌজিকসু ঐবু মীশক অমনা ঐগী ইজৎ তেমসিংনরকপগী বাহৌদা মীদুবু থাংনা থিল্লগা হাৎলুরবা, মতম অমগী ফত্তবা বদনাম চারুরবা,

ঐগী পুন্সিবু অশিবগী খয়াত্তগী অমুক্তসু নত্তনা কয়ারক হন্না কনবীরক্তুনা অদোমগী মাংদা অদোমগী ইচা অমগা কোন্ননা লেপ্লিবা ঐগী থৰায়দগী হেন্না মমল য়াম্নবা তারোমেন্নি।"

"ও! রোমেন!"

বৃন্দা মখা তানা — "অদোম্না ঐবু লৌশিনবীবা অমদি লৌশিনবীদবা হায়কগী মতাংদদি করিসু থোইদোক্তে। ঐদি হান্নসু বদনাম চারুরবীনি। অদুবু বদনাম চারুরবী পুন্সিবু মীনা মমল য়াওদ্রে হায়বীরগসু মাগী থম্মোইদুনদি মমল য়াম্মী খঞ্জরিবনি। মালেমসিদা কোয়না থিবদা মীওইবশিংগী মনুংদা বদনাম চাদবা, মরাল লংজরুদবা মী অমত্তা লৈরমগনি নীংদে। মরম অমা নত্তুগা অমদা মরাল লৈবা ঙাক্তনি। অদুবু মসিমদি খঙই, মদুদি তারোমেনদি মরাল লৈরম্বা তারবসু খ্বাইদগী পীক্পা মরাল লৈজবা, চমজবা, থম্মোই শেংজবা মালি অমগী থম্মোইনি। মানা নুংতিগী ঈশিং চাইবীদুনা, মখোঙ শোম্বীদুনা, লৈহাও হাপ্পীদুনা শাহৌ ফজনা হৌরিবা লৈপালদা মকা ফন্না শাৎকায়রক্লিবা লৈরাংদুগী ফজবা য়েংলগা মতিন য়োৎপগী মহুত্তা অমদি হেক্তত্তুনা মনাদা অশাৎপা লৈদু চিনবগী মহুত্তা মপি ওইনা শীন্থবা ঙম্বা নুপা অমনি। নোংমতা মখুত্তুনা লৈদুবু শোকচখিদবা মীশক্লি। মাগী অশেংবা থম্মোইগী মশক্তি চহী অনী মাগা নক্লনা লৈমিন্নরক্লবা ঐঙোন্দগী হেন্না খঙগদবা মী অমা লৈরোই মালেমসিদা। ঐগী তম্পাক্তা পন্লিবা নুংশিরবা ইচাসে অদোমগীনি হায়বসিমদি 'জিনগী চাংয়েং' তৌরুদ্রগসু ঐনা মমা অমা ওইরুবনিনা শেংই-শেংদে হায়জবা ঙম্মী।

করিগুম্বা অঙাং অসিনা তারোমেনগী মচানি হায়বা মতমদা অদোমনা তারগা ঐবু হঙ্গোইরমগনি অমদি তুক্কৎচরমগনি। মীনম্বা ৱাদুসু করিগী ঐনা হায়রুদগে? মদু থোক্তনবা শীনখিবা মমল য়াম্নবা মীশক্তুসু মহাক্লি। ঐনা তশেংনা তারোমেনবু নুংশিজবনি। মদু ইমানসু খঙই, বাবানসু খঙই। ঐনা মাবু নুংশিজবা অদুগুম্না তারোমেন্নসু ঐবু নুংশিবীরম্বা অদুমক্লা ঐখোয় অনী গুবাহাটি য়ৌরকখিবনি। ঐখোয় অনী খম থেংনসু ৱামিন্নখ্রে। মানা ঐবু ঙসিদি পোকমিন্নবা মবুং-মৌপ্পা মক্লা তৌবীরোইদবা হঙ্গোইনা খল্লগদবা অতোপ্পা নুপা অমগী অঙাং অমা মীরোম্লে খঙলবা ফাওবদা ঐবু কদাইদা শোয়খিগদগে খনবীবগা লোইননা

মতম পুন্নমক্তা ঐগী পুক্নিং ফাথবীদুনা নোংমা-নত্তগা নোংমদি ঐনা হোল্লিবা হিসে হিথাংফম অমদা শোয়দনা পুশিনবীগনি হায়জবনি। হিথাংফমদু য়ৌরগা ঐবু মফম খঙনা শিন্নরম্লগা ঐগী নীংবা থুংহনবীগদৌরিবনি হায়জরিবা তারোমেনবু ঐগীদমক মী হাৎলুরে হায়দুনা অৱাফমদা লৈহৌরগা করম্না ঐনা হন্নফাওবা য়েংলমদনা চৎখিবা হায়বসিদি মীওইবগী মরক্তা মীনা মীগী মফমদা খনফম থোক্তবা ৱাখলনি। ঐ মাগী অরেপ্পা অমা খঙদ্রিবমখৈ মণিপুরদা চৎপা ঙমজরোই। অদোমসু নুপা অমনি অদুবু তারোমেনগদি মান্নগদবা মান্দে"।

বৃন্দাগী মচিন্দগী থোরকপা অশাংবা ৱারী অদুনা রতন্না রোমেন কনানো, করম্বা মীশক্নো হায়বা মুন্না খঙবগুম তৌরে।

রতন — "ঐ নংনা থম্মোই শেংনা তম্লিবা ৱারীদু করিগী থাজরোইদৌরিবনো? নংনা ঙসি ৱারিবা কয়াসিসু ঐনা থোকহনখিবা ঙাক্তনি। ফরে, ঐখোয় অনী পুন্না চত্তুনা মরুপ রোমেনগী মনাক্তা চৎলসি!"

মাগী ৱাদুদা রতন্না য়ানীংবা পোকপদুদা বৃন্দা মফি-মরোল নীংথিনা শেৎচিল্লগা রতনগী মতুং ইন্দুনা অঙাংদু রতন্না পল্লগা কাদুদগী থোরকই।

লিপ্তা কুমথরগা কেয়ার টেকরদা শো শিন্নরম্লগা থোরকই। ওটোরিক্সো অমা ৱায়রগা দিসপুর তানা লাক্রে। পুলিস স্টেসন্দা চংলগা রোমেনগী মরমদা হংলুরে। কোর্টতা পুখ্রে হায়রকই। কোর্টকী লম্বী হংবদা ওটোরিক্সো ড্রাইভরদুনা মাসু লম্বী খঙঙী হায়বদুদা অমুক মখা তানা লাকই।

কোর্টতা বৃন্দাবু পোকপা থম্বাল উকিল অমা তান্নরগা রোমেনবু বেল লৌনবা হোৎনদুনা লৈরম্মী। মখোয় অনীবু পুন্না মফমদুদা উবদা থম্বালগী পুক্নিংদা চিংনবা খরা পোক্লকই। মরমদি মানদি রতন্দা বৃন্দা গুৱাহাটিদা অহল অমগা লৈমিন্নবনি হায়খিবনি। রতন্না বৃন্দাগা রোমেনগা অসুক শাংবা মতমসি মতৈ-মনাও ওইনা লৈমিন্নরম্মী খঙলবদি মচানুপীবু করম্না লৌশিনবীগনি?

শোমদা অনৌবা পাউ অমমুক লাকই, মদুদি রোমেন্না থাংনা থিল্লম্বা বীনোদ দাস শিদ্রে। মা জ্ঞান তারে। মা মশাগী অরানবা ৱাফম হায়দোকচরে। রোমেনগী মরাল লৈতে, মাবু ফাবীগনু হায়জরকই হায়না তম্মী। ননবেম্লেবল

ৱারেন্টতু বেল্লেবল ওম্ভোকপা য়ারে। বেল লৌননবা সিওরিটি ওইবীনবা মী থিরকপদা বৃন্দানা মাগী য়ুম মপু গীবিধারিবু লৌরুরগা ওইহনগে খল্লে। বেলটোলাদা বতনগা মখোয় অনী ওটোরিক্সো তোংদুনা গীরিধারিবু লৌবা লাকই। গীরিধারিদা ৱাফম পুন্নমক মরীকচুম্না তল্লে। গীরিধারি থুনা থৌরাং তৌরগা টেক্সি অমা ফাহল্লুরগা টেক্সিদা পুন্না লাকমিন্নরে। নুংথিলগী পুং মরি তাবক্লে। প্রপ-প্রপ তৌদুনা গীরিধারিগী ইংখোল পটটা থমদুনা লুপা লিশিং মঙাগী পি আর বোন্দা গীরিধারিনা জামিন য়াদুনা রোমেন থাদোরক্লে। মথং থাগী তাং অহুমদা কোর্টতা মশা লাক্লবা খঙহল্লক্লে। উকিলগী ফীনচিংবা থম্বালনা পীখ্রে। রোমেন মশম-মনা ইফা ফানা, মশক-মচু থোক্তনা কোর্টতগী ইমোৎ-মোৎনা থোরকই।

বৃন্দা লাপ্না রোমেনগী মশক্তু উবদা মিৎলু অনীদা পিরাং লেপ্তুনা শীঙ্করকই।

রোমেনসু বৃন্দানা মশা নানবা শুইট শেৎপা নুপা অমগী মনাক্তা মাবু য়েংলগা কপ্লিবদো উরে। মচাদুদি মশানানবা নুপা অদুনা পম্মী। ময়ামদুগী মতুংদা টেক্সি মনুংদা গীরিধারি ফমদুনা রোমেনবু ঙাইরি। রোমেন অসুম নকশিল্লক্তুনা বৃন্দাগী মনাক য়ৌরক্লে। মখোয় অনীগী মমিত্তা মী অতৈ অমত্তা উদবগুম তৌরকই। ইকাইবনা মখোয়বু মতাইদা থম্বীরম্লবগুম তৌরকই। থম্বালদি ৱাখল অমদা তিঙক-তিঙক য়েংদুনা লৈরি।

থম্বাল — "ইবুংঙো, রোমেন! ঐগী ইমাকনুপা রতন্নি, হান্না শক খঙবা নত্ত্রা? খঙনৌ, খঙনৌ!"

রতন অঙাংদু বৃন্দাদা অমুক পীরগা রোমেনগা মখুৎ শোক্লে।

রতন — "মরুপ! ঐ বৃন্দানা তম্বদগী মরুপকী থৌজালগী মরমদা কুপ্না খঙজরে। মরুপ্না বৃন্দাবু মবুং শক্না অসুক শাংবা চহী অনীগী মতমসি শেন্নবীরকই হায়বসু তাজরে। ঐনা হৌজিক মরুপকী মফমদগী থৱায়দগী হেন্না মমল য়াম্লবা পোৎশক অনীখক্তা নিজগেবা?"

রোমেন — "করিনো তোল্লবা ঐগী ইফমদগীবু মরুপ্তা পীননবা করি পোৎনো পাম্বীরিবা?"

"অতৈ করিসু নত্তে, ঐনা পাম্বা পোত্তি মরুপকী মফমদা লোইনা লৈরম্লে। মরুপকী ইচন বৃন্দা অমদি অঙাং অনীসিনি।"

বৃন্দা থম্মোই য়ৌনা শোক্রুরমাম্লে, মখোল খোক্লা কপখোরক্লে। বাহৈদুদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা রোমেনবু চেনশিন্নগা কোন্নি। রোমেনসু বৃন্দাবু নুংশিনা মকোক্তা হন্না-হন্না নানবীখি। মমিত্তগী শীম্বুরকপা মপিদুনা বৃন্দাগী মকোক্তা তাখি। মখুদাংগী মোৎলবা ফুরিত্তুদা অরেম্বা মপিদু তৈথোকখি।

মফমদুদা মখোয় অনীগী মতৌবু য়েংলিবা মী লোইনমক পিরাং শীম্বুনৈ। বৃন্দানা রোমেন্দা কোন্নগা কপ্নদু উবদা অবুংচাদু রোমেন্দা চৎকে হায়রকই। রোমেন অসুক শাংবা মতমদা মচা শক্লা য়োকচরকপা, পোজরকপা, পমজরকপা অবুংচাবু মমাদগী লৌরগা মখাজাই অনীদুদা ওন্না-ওন্না অরোইবনি খন্না চুপ্নীখি।

রোমেন মানা বৃন্দাবু রত্নগী মফমদা শিন্নগে খঙবা মিৎকুপ্তু মতাং চারে খন্নুরমাম্লে; অঙাংদুবু রত্নগী মফমদা শিন্নরগা চৎলোকো অবুংচা, বাবাগা নুংঙাইনা অমুক লৈরুরোকো! অবুংচাদো রোমেন্দগী চৎনীংদদুনা খাঙই। অদুবু রোমেন্না নমদুনা রত্নদা শিন্নরম্লে।

রোমেন থম্বালগী মখোঙ শোক্লা — "পাবুং! নচাবু বারৌবীগনু, নচানা মমাঙদা লানখিবা কয়া য়াওরবসু ঙাকপীরম্মু!" বাহৈদু হায়রম্লগা হন্না অমুক য়েংলমদনা রোমেন অফিং-অফাই ওইনা কপ্না-কপ্না চেন্নগা মোন রোদ য়ৌম্রে। মোন রোদ য়ৌরগা সিটি বস অমদা কাখৎলগা চৎখি। বৃন্দাদি হিক্লা-হিক্লা কপ্তুনা লৈহৌই।

## (তরাশুবা)

জগৎ সংসার অসিদা অওনবা অহোংবা কয়ানা মতমগী আয়াংবা ঈচেলদা লেপ্তনা চেঙ্খ্রি। অনৌবা অওনবা কয়'মসু নৌনা থুংলরি। প্রকৃতিগী অহোংবা অমদি খুৎশেন্না হোংহনবা কয়াসিগী মরক্তা মীওইবগী পুক্লিং ৱাখলসু মখোয়গী মতৌগুম হোংলক্তবা নত্তে।

ঙসি অহোংবনা পীরম্বা চৈথেং অমনা গীরিধারিগী মতম অমগী চাউরবা আশা কয়া মথং-মথং অওনবা লোইনা ওইহনবীখ্রে। মশা পেরালাইজ তৌবদা নত্তনা ৱাখল অমদি পাঙ্গল-লৌশিং মাংশিল্লক্লি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা তুং কোইগদবা মাবু অমদি মাগী ইমুংবু লুনা তৌবীগদবা মীচং থিবা হৌরক্লি।

শোমদা ফজবীনা মতম অমদা থৱায় তানা ওংজরুবা পাঙ্কজ বারুবা ঙসিদি পঙ্কজনা মঙোন্দা খল্লম্বা ৱাখল অমদি উৎলকখিবা ফজদবা ৱাঙাং মাগী চৈফু হকথেংনরুবদগী ফজবীগী অপাম্বদু তপ্না-তপ্না মাংলুরে। মাবু লুনা তৌবীবা মানা হায়জবা খুদিংমক্তা লুনা খনবীবা রোমেনবু নৌনা পামজবগুম তৌরুরে। অদুবু মতমগী অওনবনা ঙসিদি পঙ্কজ বারুবাসু মাগী হৌখ্রবা অরানবশিংদু ভাব তাজরকপগুম তৌরে। মমা-মপাদা ফজবীবু অমুক্তং লৌবীরুনবা হায়জবদগী নহান নোংমা মপা বীরেন বারুবা মাগী মরুপ অমগা লাক্তুনা গীরিধারিগা উনরম্লে।

কুপ্না পাউ লৌররবনিনা ফজবী অঙাং উনবগী "সিটি হার্ট" ক্লিনিক্তা লৈরে হায়বগী পাউ ফাওবা মখোয় খঙলক্লে।

ফজবী ঙরাং মচা নুপা অমা ওপরেসন তৌদুনা পোক্লবা তুংসিদা ঙসিদি মশাদু জ্ঞান ফজনা তারে। রোমেন লাকপা উদবদা মমা অমদি মন্দোমচাদা রোমেনবু হংই। মমা অমদি মন্দোমচানসু রোমেনগী অশেংবা মরমদু মঙোন্দা

তাকপীদ্রে। ফজবী রোমেনবু ৰারৌই। ঙরাং মাগী ওপরেসন তৌরমদাইদা রোমেন্না মাগী ঈ পীরম্মী হায়বসু ফজবী খঙবনি। ফজবীনা রোমেনগী ৰাখল তৌদুনা লৈরিঙৈদা মখোয়গী কাদুদা মপান্দগী থোংদা কোক-কোক থীল্লকই। ফজবী রোমেন লাক্লবোই নীংজরুই। রোমেন ওইরল্লবদি করিগী লাক্লিবনো ওইনদুনা শাওগে খঞ্জরুই। ইন্দিরা হৌগৎলগা থোং হাংদোকই।

পঙ্কজ মমা ইন্দ্রানিগা লোইননা প্লাস্টিক খাউ অমদা শেম অঙ্গুব, হোরলিক্স পুদুনা কাদুদা চংলকই। ইন্দিরানা মখোযবু ওকই। ইন্দিরা মোরা অমদি চৌক্রিদু থারগা মখোয় অনীবু ফমহল্লি। পাকপীদি শাওবগুম তৌনা ৰা অমত্তা ঙাংদনা তুমিন লৈ। ইন্দিরানা হরাউ-হরাউ তৌবদু তৌহন্নীংদবগুম তৌই।

পঙ্কজ মমায় কনবা শাদুনা ফজবীগী ফমুংদা চংশিন্দুনা ফম্মী। ফজবীদা মশাদু করিসু তৌদব্রা হংই। অঙাংদুবু নুংশিনা মকোক্তা নানবীরুই। ফজবী মিকুপ খরগী মমাঙদা খল্লম্বা ৰাখল লোইনা ময়ায় চম্বগুম তৌখি। মিৎলু অনীদা পিরাং ইহৌরকই। ৰাখল লমফাং চৎলকই। পঙ্কজ আসামি লোন্দা মানা মমাঙদা লানখিবা থৌদোকশিংদুগী মরমদা অমমমত ওইনা পুথোক্তুনা শেংদোক্লবা হোৎনৈ। ফজবীদা ঙাকপীনবা হন্না-হন্না হায়জৈ। মখুৎ ফাওবা লাল্লগা পায়দুনা চান্নবা হৌবা ঙল্লকই। ফজবী করিমত্তা খুমদনা তুমিন অদুম লৈ।

**পঙ্কজগী মমা ইন্দ্রানিনা পাকপী অমদি ইন্দিরাদা মমৌনুপী লৌবা লাক্লগে, মশুগা পুন্না পুজরগে হায়বা হৌরকই।**

**পাকপী মপুরোইবগী য়াথং য়াওদনদি মচাবু পীবা ঙল্লোই, য়ুমদা নীংথিনা খন্নসি হায়।**

**পঙ্কজ ইন্দিরাদা ওনশিল্লগা ফজবীবু য়াল্লবা খরা থেম্বীয়ু হায়জৈ। ইন্দিরাদি হায়গে, হায়গে হায়না খুম্মী।**

**পঙ্কজ মমাগা লোইননা ঙাইহাক ফল্লল্লগা চৎনবা থৌরাং তৌরকই। পঙ্কজগী মমা ইন্দ্রানি ফজবীগী মকোক্তা চংশিল্লগা নুংশিনা নানবীরুই। নৌনা পোকপা মশু নুপাবুসু নুংশিনা নোম্বদুনা চুপ্পীরম্মী। পঙ্কজদা ওনশিল্লগা মমিৎসে**

নংবু মাল্লি হায়বককই। মখোয় অনী চৎনবগী থৌরাং তৌবদু উবদা ইন্দিরা ময়ানুপা পঙ্কজদা — "পঙ্কজ নংনা চৎপদা ঐবুসু খরা য়ুম ফাওবা থিল্লম্মু!"

পাকপীনা খল্লি, "করিনো মসিনা হায়রিবসিবো?"

পঙ্কজ হরাউনা — "থিঞ্জরমগে অস্তি।"

ইন্দিরা মফি-মরোল লোইশিল্লে, পুগদবা পোৎ য়োমশিল্লি। পঙ্কজনা পুবকপা শেমদু খরা অমা ঙসাই মখোয়না পুরকপা খাউদুদা হাপ্লগা পঙ্কজদা পীবে। পঙ্কজ, ইন্দ্রানি অমদি ইন্দিরা তুংথ-মাংথ থোরকই। পঙ্কজ মানা পুরকপা কারদু মমায় লৈরগা মমা ইন্দ্রানি অমদি ইন্দিরাবু তোংহল্লগা বেলটোলাগী গীরিধারিগী য়ুম তানা থৌরকই।

অশোমদা কোর্টতগী থোকখ্রগা বস তোংদুনা চৎখিবা রোমেনসু বেলটোলাগী য়ুমদা থুংখ্রে।

কোর্টকী মমাঙদা টেক্সি মনুংদা ফম্লগা লৈহৌবা গীরিধারি রোমেন অমদি আনন্দিগী অশেংবা ৱারী খঙলকপগুম তৌই। খল্লকই — "অঙাংসি রোমেনগী মচা ওইরমদ্রবা। আনন্দিনা রতনগী নুপী, মচাসিসু রতনগী ওইরল্লবা। রোমেন্না অসুক কুইনা লৈরগা নোংমতসু সিমা ৱাৎলি, সিমা লৈতে হায়দনা অদুক নুংশিননা লৈমিন্নরম্বা অনীদুবু মচিন-মৌপ্পাগুম লোইনখি হায়বা, ওহ্যোক্লা ৱাবা পুন্সি মরেলদা মখোয় অনী ঐগী য়ুমদা লেল্লল্লিবা; মদুদা ঐ অমদি ইমুংগী মী অমত্তনা খঙখিদবা হায়বসি অঙকপা ৱাফম্নি। নোংমা মানা অহানবা লাকপা নুমিৎকী নোংঙানবদা মাগী অশেংবা ৱারী হায়দোকউ হায়বা য়াখিদে।" মানা হায়খি "খুরাইবুংঙোনা ঐখোয়গী অশেংবা ৱারী খঙলক্লগা য়াম্না লান্না উখিগদৌবা মরম অমা লৈ অদুননি"।

গীরিধারি আনন্দিগা কায়নরমদাই মতম য়ৌরকপদুদা আনন্দিবু মনাক্তা কৌশিল্লি।

আনন্দি চংশিল্লকপদা মপা থম্বালসু রতনসু গীরিধারিগী মনাক্তা লোইনা চংলকই।

গীরিধারি — "ইয়াম্বা! অদুদি মণিপুরদদি হয়েং লেংবীবা তারেনে?"

থম্বাল — “হোয়, ঙসিসি হোটেলদা পোৎথারগা হয়েং ওইনা চৎনবা তৌজরগে?”

“ইপাগী ইবেম্মা আনন্দি! ইপাদি ইচাবু আনন্দি কৌবনিনা আনন্দি অসুম কৌগেকো! ইচাগী নুংশিবা শকফম, নুংশিবা নরাহে ঙসিদগী উররোই, তাররোইদো। নুংশিবা ইশুগী শকফমসু ঙসিদগীদি উররোইদো! সেসে, ইশুগী পীনবা করিসু লৈতে, লুপা চামঙা খকসে লৌশিল্লু!” বেগতগী লুপা চামঙা চৎপী অমা লৌথোক্লগা পী।

বৃন্দা গীরিধারিবু অরোইবা ওইনা মমিত্তগী মপি তানা খুরুম্মী।

“অদু, নংদি নমাগা নন্দোমচাগদি উনদনা চৎপা তারেদো!” থম্বাল মরক থৎনা — “য়াম্না থুনা থাসিগী মনুংদা ইচানুপীগা ইমাক নুপাগা অমুক থাজরক্কে। ঝারৌবীবদি য়াদ্রে। মখোয় অনী লুহোংবা নুমিত্তা কায়নখিবদগী ঙসিদং উনজবনিনা মখোয়গী য়ুমদা নোংমতসু পুন্না লৈমিন্নজখিসনু। য়ুমদসু বৃন্দাগী মমানা মচানুপীবু খৌরাংনা ঙাইজহৌরি। রতনখোয়গী য়ুমদসু মাবু পোকপা মপাবুং, মমা, মরী-মতা কয়া অমা মখোয় অনী অমদি ইশুবু উনিংবনা খৌরাংনা ঙাইহৌরি। মতুং চাম্মরক লৈরি, সিদগীদি ঐসু য়াম্না তোয়না লাকচগনি। ইনাওগী লমনসু য়াম্না তোনশিল্লে। রোমেনগীসু ইচিল-ইনাও তান্নরগা মৌ অমা থিবীবা হায়বদুনি। অদুদি ঐখোয় অমুক য়ৌনবা তৌজরগে?”

অসুম্না মখোয় মফমদুদা কায়নরে। গীরিধারি টেক্সি তোংলগা য়ুমদা হল্লক্লে। বৃন্দাসু রতনগা মাগী বাবা থম্বালগা মচা অবুংচাগা লোইননা টেক্সি অমদা তোংদুনা পলটন বজারগী হোটেল ময়ুর তানা চৎখি।

ঙসাই রোমেন্না য়ুমদা হল্লকপা মতমদা মাগী কাগী থোং হাংলগা চংলকখিবা মতমদা বৃন্দানা হাথু-হাথু তৌবদা হোংদোক্লম্বা মাগী ফনেক-ফিরোল, মচা অবুংচাগী খোংগ্রাও, ফুরিৎ লোইনমক বৃন্দাগী ফমুং মথক্তা চাইদুনা লৈবদু উরুরে। মদু উবদা রোমেন থম্মোই পুবা ঙমদ্রে। মানা খল্লকই — “বৃন্দাগা অবুংচাগা মফমসিদা অমুক লাক্তুনা ফিশিংসে শেৎলররোই, মখোয়গী মশকসু অমুক হন্না কাসিদা উররোই”।

রোমেন্দো মীওইবনা খাঙবা ঙম্বগী শক্তিগী ৱাংমা লানখ্রমাম্লে। বৃন্দাগী ফনেক-ফিরোল, অবুংচাগী খোঙগ্রাও, ফুরিৎ লোইনা খোমজিল্লগা মথাদা চেজেৎ কোন্দুনা কপ্পী। অসুম লোন্না কপ্লম্বদগী হিক্লা-হিক্লা অঙাওবগুম মখোল থোক্লা কপ্পকই। ফি-রোলদু অমুক লোইনা চাইখায়। মানা মতোমতা মখোল থোক্লা কপ্লকপদু বালানা ইমুং অচৌবদগী তারুরে। বালা প্রপ-প্রপ কাদুদা চেনশিল্লকই। বালা চংলকপদা রোমেন কপ্লম্বদু তোক্লগা মরু লুকথরগা লৈ।

বালানা চাইরিবা ফি-বোলদু নীংথিনা খুনগৎলগা থুপচিল্লগা ফিয়ানখোক্তা যাল্লগা থম্বীবে। কোল-লিক ফেংদবা লৈবম্বদুসু নীংথিনা ফেংলগা থম্বীরে। ৱাইরম তৈবা লোইবগা বোমেন্দা তপ্পা ৱা হংজরকই।

"দাদা! ইচে আনন্দিদি? মাবু কদাইদা লৈহৌবগে? উনবক্তব্রো?"

"বালা! নচে লাক্লবোই, মা মযুমদা চৎখ্রে।"

ৱাহৈ খুদিংগী বোমেনগী মমিত্তগী মপি শীঙ্খবকই।

"দাদা! নংবু ঙাওবব্রা? দাদানা ইচেদা করি হায়রুরবগে? ইচেদু শাওদুনা চৎখ্রিব্রা নত্তুগা দাদানা ফুবীকব্রা?"

"ঐনা মাবু মাগী মবালগীদমক ফুরুবদগী মা শাওদুনা চৎখিবনি।"

"অবুংচাদি?"

"মাসু মমাগা লোয়ননা মপাদুনা পল্লগা চৎখ্রে।"

"করিনো, দাদা নংবু ঙাওরব্রা? অবুংচাবু কনাগী মচানো?"

"নঙনা খঙলোই, মা রতন কৌবা অমগী মচানি।"

"করিনোনে হায়রিসিবু? অবুংচাবু লাক্লরোইদ্রা?"

"লাক্লবোই। মা অমুক দাদাগী কা মচাসিদা উররোই। য়াম্না নুংঙাইবা মোন্দুম-মোত্তেকী ফমুংদা নুংঙাইনা শান্নজরুবা ফংলগনি। ঐগীসিদি লায়র-খাঙপোক্লিদো।"

বালাদু রোমেনগী ৱাহৈশিংদুনা ইঙাও-ঙাওবগুম তৌহনবীরে।

"ফরে, বালা ইবুং ঙাইহাক্তং পোৎথাগে? ঙরাং অহীংসু লোকঅপ্তা পুলিসনা খরা ফুখ্রে। ইবুং তুম্বসু ফংলক্লবনি।"

"অদু, দাদা চাক্তি চারব্রা?"

"চাদে, ইবেম্মা। ইবুং চাররোই, চানীংবসু ফাওদে। তুম্বসিদদি নুংঙাইনা অমুক্তা তুমগে!"

ব়াহৈদু হায়রম্লগা ফমুংদা চংদুনা কাংখল থারগা হিপখ্রে। বালাসু রোমেনগী মতৌ উবদা নুংবংননা কাদুদগী থোকখ্রে।

মচে ফজবীগী চাক অমুক থিনগদবা লৈবনিনা চাক থোঙ-থাক্লবা হোৎনবা হৌখ্রে।

তাঞ্জাদুদা মমা ইন্দিরা পাক্কজনা থোঙ্গাল য়ৌনা থিল্লম্লগা শুমাংলোমদা চংলকই।

ইন্দিরা য়ৌরকপগা মফি-মরোল হোংদোক্লগা থোরকপদা গীরিধারিসু টেক্সিদগী কুমথরগা চৈঙাক্তুনা শৌরগা তপ্না-তপ্না চংলকপা উই। নুমিদাংব়াইগী পুং তরুক্রোম তাশিল্লক্রে।

গীরিধারিনা মচিন্দা ঙাংনা-ঙাংনা "ও! আনন্দিদো মচাদুগা লোইননা চৎখ্রেদো, অমুক হল্লকদবা মান্দ্রে। ওম্হোকপা পুন্সি মরেল অমদা ইথাহেক থাজদনা মঙগুম্বা মওং অমদা লেল্লম্মী। রোমেনগী মরাইবকসিবু কমদৌরিবজাৎনো খঙদে।"

ইন্দিরা মতৈনা ঙাংলিবশিংদু তারগসু ভাব তাবা ইঙম-ঙমদে। মাদি ইচম-চম্না রোমেনগা ঙরাংগী থৌদোক্তুদগী খৎনদুনা আনন্দি মফম খঙদনা চৎখ্রবরা খল্লুরে। মচানুপী বালানসু ইমা! ইচে আনন্দিদো চৎখ্রে হায়য়ে হায়না তল্লে।

"কনাগা কদাইদা চৎখ্রিবনো হায়রিসিবো?"

"মণিপুরদা, ময়ুমদা মাগী নুপানা পুখ্রে হায়য়ে।"

"হায়! তানীংদে, রোমেন লৈরিসিদি?"

"দাদাদি মাগী নুপা অশেংবা নত্তে। মণিপুরগী নুপা রতন হায়বদুনা পুখ্রে। অঙাংদুসু রতনগী মচানি হায়য়ে।"

"কনানা হায়রিনোনে? তাবা য়াদবা ব়া ঙাক্তা।"

"দাদা মশানা তম্বনি। দাদা হল্লক্লগা ফমুংদা তুল্লিবনি। মশাদো ঙরাং পুলিসনসু খরা ফুখ্রে হায়, অদুগা চাকসু চাদে হায়। ঙরাং অহীং লোকঅপ্তা তুমদবগা য়াম্না তুম্নিংঙে হায়দুনা তুল্লিবনি। হোরেন চাক লোইরকান্দা হৌদোক্লগা পীজবা হায়বদুনি। ঙাইহাক তুমজখিসনু!"

বালা মমা-মচা আনন্দি অমদি অঙাংদুগী ঝাখল খন্না-খন্না চাক থোঙবা লোইশিল্লক্লে।

ইন্দিরা "মাগী ময়াং দাস হায়বদুনা কদাইদগী হায়জিল্লক্লুনা অদুগুম্বা নাতৈচাদবা থবক্তুবু? হৌজিক্কানগী নুপাশিংসিসু য়াম্না ফত্রেকো! রোমেন্দু ঙরাং নচে ফজবীগী ওপরেসন তৌবগী ঈশু মঙোন্দগী পীখিবনি। মশাদুবু য়াম্না চোকথরম্বা তারে। চাক্তু খরা থুনা পীজবা ফৈকো। ঙরাংসু চাদ্রবা, ঈ লৌখিবদুগা ঝাখল নুংঙাইতবগা পাদুনা মশা শোক্কনিকো ইবেম্মা। ঐখোয় নত্তনা মাগী কনাসু লৈত্রবনি।"

হোটেল ময়ুরদনা রতন মচাগী শান্নপোৎ ময়াম অমা লৈরুদুনা ফমুংদা শান্নহল্লি।

বৃন্দাগী তোংনবা সেন্দল অমসু লৈরগা পুরকই। মাদি বৃন্দা থেম্বা কন্না হোৎনরি। অদুবু বৃন্দা রতন্না মাগী ঝাখল হোংনবা হোৎনরিবদুদা থোইনা খোইজংলুদে।

রোমেন্না হৌজিক তৌরমগদবা মওং-মতৌ, ঙরাং অহীং লোকঅপ্তা পুলিসনা ফু-চৈদুনা ওৎলমগদবা ময়াম, মাবু কনানা সেবা তৌবীরমদগে খল্লুবদা কপ্তুনা লৈরি। ফমুংদা চাইখায়দুনা হুন্দোক্লম্বা ফি-রোল, অঙাংগী ফিমচা-মচা কয়াসু অমত্তা লোইশিল্লমদে। চাক চাবগী কোল-লিক ফাওবা মফম খঙদনা হল্লক্লগা ফেংগে হায়দুনা হুন্দোক্লম্মী। পীক্লবসু পীক্লা য়ুম অমা পাল্লিবা কৌবনিনা গীরিধারিনা শেম্বীবা শঙ্গোয়গী কা মচাদুদা মখোয় অনীগী য়ুম ওইজবনি। লুপা লিশিং কুনখক রোমেন্না পীদুনা থমজবদু ফাওবা মানা পুবদা য়াওরক্লে। মাগীদি করিসু থম্বীরমদে। মাদি পৈশাদুনা করিগুম্বা রোমেনবু ফারিবদু পুলিসতা পৈশা-নুংশা খরা পীজরগা থাদোকপা য়ারগদি খঞ্জদুনা পুরকপনি। মাগী ওইগে খন্দুনা

পুরকপদি নত্তে। বৃন্দানা কপ্পুনা অসুম লৈবদুদা রতন্না মানা কপ্লিবগী মরমদু রোমেনগী মরম্ননি খংবদগী ব্রা অমা হৌদোরকই।

"বৃন্দা! নং টেলিফোন অমুক্তং তৌবগা রোমেন য়ুমদা হল্লক্রব্রা হংগেরা?"

বৃন্দা রতনগী ব্রাফমদু য়ানীংবগুম তৌদুনা মখোয় অনী মখাদা কুমথদুনা পি. সি ও দা চংলকই। বৃন্দা গীরিধারিগী য়ুমগী টেলিফোন নম্বরদু নম্মী। বালানা পায়রকই।

"হল্লো! বালা! নখোয় দাদাদু হল্লকপা উব্রা?"

বৃন্দা টেলিফোন্দু পায়রগা অমুক কপথোরক্লে।

অশোমদা বালানা মমা পায়হনগে হায়দুনা মমা কৌরগা টেলিফোন পায়হল্লি।

"হল্লো! ইন্দোমচা! ঐ করি হায়গদবনো খঙদ্রে। মাবু য়ুমদা হল্লক্রব্রা? ... ও! তুম্মী হায়বা। অদুদি হৌদোকপীরুরনু! ইন্দোমচাখোয়গী মফমদা পুক্সিসিদা শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন কযা অমা তোনশিল্লম্লে। অদু ইন্দোমচা তাবোমেন্দো মতোমতা করম্না য়ুম মচাদুদা লৈদোইনো? ঐসু করিমত্তা খঙদবা মঙগুম্বা থৌদোক অমনা ইশাসে অফা-অপুন্নবগুম তৌরে। ঐ ইশাগীতা য়েংবা মীগী খন্দবা হায়বদু তারে। ইন্দোমচা ঐদি নুপীনি, নুপীনা নীংতম্না কুশি-রাশিদা তৌবা ঙম্বসিবু করিনো?

ইন্দোমচা, ইন্দোমচা, হায়না হন্না-হন্না কৌরম্লগা কপ্পুনা লৈখ্রে। টেলিফোন্দু অমুক পায়খৎলগা অরোইবা ওইনা "ইন্দোমচানা তারোমেনবু নচামক্লি খন্দুনা কুপ্নদি য়েংবীয়ুকো! ইন্দোমচা থমজরগে?"

টেলিফোন মনাক্তা থম্মোই পুবা য়াদদুনা অমুক কপ্পুনা লৈরে। রতন চংশিন্দুনা বৃন্দাবু মশা শৌরগা তপ্না লিপ্ত তানা পুশিল্লকই। উচিন-নাচিন্না লিপ্তা কাখৎলগা মাগী কাদা চংলকই। বৃন্দাগী ব্রাখলদা করিনুংগী মাগী বাবানা রতনবু মফমসিদা পুবীরক্নুনা মাবু লৌবা লাক্লিবনো হায়বসিদা ব্রারৌবা হৌরক্লে।

মাগী উপু মনুংদা লৈহৌরিবা রোমেন্না মরক-ম্নুরক্তা লৈদুনা মশীং য়ামজরকপা ফি-রোলশিংদু মথং-মথং নীংশিংলকই। মদু পুন্নমক্তু রোমেন্না

উপুদু হাংদোক্লুবা মতমদা উরুরগা শোয়দনা থম্মোই শোক্কনি খল্লুরগা অমুকসু মখোল থোক্লা কপ্লক্লে। অসুম কপ্লম্বদগী বৃন্দা বাম্বুখ্রে। রতন ফমুংদা বৃন্দাবু থাংগৎলগা লবাইদা ঈশিং অয়িংবা থাদুনা লাক্লে। রতনসু বৃন্দা শেন্নবদা অবাবা অমা ওইদুনা লৈরি।

অশোমদা বালা মখা থংবগী কেশো লাক্তুনা কেশোনা মারুটিকার থৌরগা মচে ফজবীগী হোসপিটালদা চাক থিনবা চৎখ্রে।

মমা ইন্দিরানা শোমদা রোমেনগী কাদা চংলক্লগা রোমেনবু তপ্না হৌদোকই। রোমেন তপ্না হৌগৎলকই। মশাদু ইতেক-তেকপগুম তৌই।

ইন্দিরা রোমেনগী ফিভমদু য়েংবা নুংঙাইত্রদুনা হায়রকই -— "আনন্দিদুবু নংগী অসুক ৱারিঙৈ মতাংসিদা নোংমা নীনিদংসু লৈরম্লগা চৎথ্রবসু ফগদবা। মখোয়সু মীনা অসুক ৱারিঙৈ তাঞ্জাসিদা পুদবা য়াদে মতাগুম আনন্দিবু মুন্দুনা হেক পুবীখি। ঙরাং পুলিসনা ফুই হায়ববু কদাইদনো ? কয়াম থীনা শোকপনো, ফুরিত্তু লৌথোকউ য়েংশিদনা ?"

রোমেন ফুরিৎ লৌথোক্লগা নঙ্গনগী অশোকপদু মন্দোমচাবু য়েংহল্লি।

ইন্দিরা — "ইস কয়া থীনা শোক্লুবা! ঐ হিগা য়ৈবীগে, ঈশিং খিত্তা শাহন্নবা তৌখিগে ? অসি হায়রগা গ্যাস থাগত্তুনা ঈশিং ঙাইহাক শাহল্লি।

রোমেনগী মনঙ্গন্দা খাম্লগা লৈবা চৈফমশিংদু উবদা ইন্দিরা নুংঙাইতবা পোকই। খল্লকই — "মসি পূম্নমকসি আনন্দি মশুং লাংগীনিকো! মানা সেবাসি তৌজরবদি কয়াদা নুংঙাইগবা।"

নীংজোলগীদুদি ইকাইরমাল্লে য়েংহনদ্রে। ঈশিং ফজনা শারবা কান্দা ঈশিংদু পেলাদা খাইদোক্লগা ইন্দিরানা ঈশিং অশাবদুদা ফদি লুপ্লগা মখুত্তা পোপ-পোপ থারগা শাবগী চাং য়েংনা-য়েংনা রোমেনবু হিগা য়ৈবীরি।

রোমেন পুক্লিং হেন্না নুংশিরুরমাল্লে। মমিত্তগী মপি লেপ্তনা চেম্বুরকপদো মন্দোমচাগী মমাঙদা তৈথোকই।

"ইন্দোমচা! নংদি ঐগীদি ইমানিকো! নচাবু লান্না লৌবীগনু! ইন্দোমচানা তৌবীরিবা পুম্বা নচানা ইমানা মচাবু সেবা তৌবনি খঞ্জগেকো! ঐ হৌজিক

ইচল বালাগা ইন্দোমচাগা, ইনাও বীমোল নত্তনা ঐগীনি হায়বা কনাসু লৈত্রবনি।" অসি হায়রগা রোমেন মখোল থোক্লা কপথোরক্লে। মতাং চানা বালাসু মচে ফজবীগী চাক থিল্লুবদগী হল্লক্লে। হন্দকমুক্তি ইন্দিরা, বালা অমদি রোমেন পুন্না কপমিন্নবগী পিরাং অহুম্মক পুন্না লৈমায়দা তামিন্নখ্রে। মখোয় অহুমগী মরী হেন্না চেৎশিন্নখ্রে।

অসুন্না য়েংবা নুংঙাইতবা, মহাও য়াওদ্রবা পুন্সি অমবু খ্বাইদগী নুংঙাইবা পুন্সিনি খন্দুনা রোমেন্না পুন্সিগী তোঙানবা মহাও অমা লৌজবগুম তৌরি।

জগৎ সাংসারসিদা হিংলিবা মীওইবা ঐখোয়সে অমগা-অমগা মশক খণ্ডনরবদি নুংশিনরক্কনি। নুংশিনরবদি মরী চেৎশিল্লক্কনি। মমা-মচা ওইনা নুংশিনবা, মবুং-মৌপ্পা ওইনা নুংশিনবা, শাবী শানৌগী নুংশি মরী; মপাগা মচাগা, মপুগা মশুগা, চহীগী মতুং ইন্না থম্মোইগী মরী লোইনা লৈনরকই। মসিদি তাইবংগী লোনচৎনি। মসিগী লিপুন অসিনা জগৎ সংসারসি পুন্দুনা মীওইবা জাতিনা হিংবা ঙম্লিবনি। অসুম্না নক্নরিঙৈ, শক্কা-শক্কা উনদুনা পুন্না চামিন্নরিঙৈ, খ্বাহৈ খ্বাতা মীনা তানীংগদবা ঙাক্তা ঙাংনদুনা লৈমিন্নরিঙৈদা নুংশিনবা মীওইবগী মরীদো অমুক শক্কা-শক্কা উনদ্রবা, নোংম-নোংমগী লাপথোক্নখ্রবা মতমদদি মীওইবা অনীগী মরীদসু অমুক তপ্না-তপ্না কাউনখি। অদুক নুংশিনবা বৃন্দাগা রোমেনগগী মরীসু তপ্না-তপ্না লাপথোকখ্রনিদো, পাম্মুইদা!

ইন্দিরানা রোমেন্দা — "বৃন্দাদো টেলিফোন তৌরক্লম্মী। নংনা নুংঙাইনা তুমদুনা লৈবদুদা হৌদোকপীরুরনু হায়রকপদুদা ঐনা নংবু হৌদোক্তবনি। মাসু টেলিফোন তৌরিঙৈদো য়াম্না কপখিবনি। নংনা মাবু থোইনা লান্নসু লৌরুগনু! মাসু নংগীদমক্তি য়াম্না খ্বাজবনি। অদুবু নুপী হায়বসিদি নুপাগুম্না কুশি-রাশি পংতৌ তৌজবসু সমাজসিনা করি ওইনা উবীগনি? মতোমতা পোকচবনিনা মপাবুংনদি মচাগী করিদা শোয়খিগদগে খ্বাজরিবনি। মমাদুসু চহী অনী মচাগী মশক উদনা লৈরকপদা য়াম্না উনীংলমগনি। নোংমা লাক্লম্বদুসু পুংমুক্তনি উনখিবা। অদুনা ওইরমগনি নংহৌরোইদবগুম মুন্দুনা পুখিবগুম থোক্লিবসি। অদুবু পুন্নমকসি রোমেন! ইচাগী অয়াবা অমা য়াওদনদি মখোয়না আনন্দি পুখিবসি ইন্দোমচাদি য়াফম থোক্তে খল্লি।"

"চুম্মী, ইন্দোমচা! ঙসিদি অশেংবা ৱারীদো নচা লীজরগে? ঐগীনি হায়বা কনা মত্তা লৈজদ্রবা ঐনা অপোকপী ইমাগুম্না খঙ্জরিবা ইন্দোমচাগী মফমদা অমুক লোৎলুদুনা করি কান্নরুগনি।

ইন্দোমচা! ঐসে থৌবাল ক্ষেত্রি লৈকায়দা মতম অমদা লায়র মচা ওইনা হৌজরকপা ওইনাম গঙ্কার কৌবা অমগী মচানি। ইমাদো লৈশারিংঙেদা মশক-মতৌ য়াম্না ফজে হায়নৈ। মতমদুদা ইমাবু পামজবা পাখণ্ড চন্দ্রহাস হৌজিক ময়াম্না ঐগী ইপানি হায়নরিবা লৈকায়দুমক্তা লৈমিন্নবা অসিনা ঐনা চহী ফারকপা অবুংচাগুম্না তৌরকপা মতমদা থৌরাং অমা তৌরগা ঐবু পোকপা ইপাদুবু হু পীজদুনা হাৎখিবনি হায়। অদুগী তুংদা চন্দ্রহাসনা খুদোংচাবা লৌরগা মতেং পাংবা শাদুনা ইমাগা ঐগা মাগী ময়ুমদা পুরক্লগা থম্বীখি হায়। মাগী অপাম্বদু ফংবা য়ানবা হোৎনবনিনা ঐবু পোকপী ইমাদো মানা অদুম লৌরগা হৌজিক ঐগী ইখাদা ইনাও অনীগা ইচল অনীগা লৈরে। ঐনা ইমাবু ৱারৌরবসু, ফনা য়ানীংদ্রবসু ইন্দোমচা ঐনা অঙাং ওইবনিনা মতমদুদা করি তৌরুবা ঙমগনি। ঐদি অশেংবা মচাগা নত্তবনা ঐনসু কয়া পান্না মখোয়বু লোয়নদবদুদা ইপানা থনম্বা ইংখোলদু য়োল্লগা ইস্ফালদা বৃন্দাখোয়গী মখা থংবদা মতম কুইনা হাংলক্লবা ইংখোল অমখক ঐগীনি হায়না লৈবীখি। য়ুম মচা অমা শারগা ঐ মদুদা ইতোমতা লৈরগা লাইরিক তম্লকখি। ঐদি হান্নদগীসু লৈকাইদুদা মীগী য়ুমদা ক্লাস সিক্সতগী লৈরকপনা বৃন্দাগসু লৈকায়গুম খঙনরকখি।

ঐনা চহী অমা য়াওশঙ লোইখ্রবা তুংদা বারুনী য়ৌরকপদা লৈকায়গী অঙাং খরনা হৌবদগী বারুনী কাবা চৎখি। মদুদা বৃন্দাসু য়াওখি। নুমিৎ অদুদগী ঐখোয় অনীগী মরী নকশিন্নরকখি।

রোমেন্না ৱারী মথং-মথং লীরকপনা মখোয়না গুৱাহাটি য়ৌরক্লুনা হোটেলদা লৈরগা ৱারিদা নুং হাপ্পগী মতাং য়ৌনা লীরকই। ইন্দিরাগা বালাগসু রোমেন্না থৱায় য়াওনা লীরিবা ৱারীদু মুন্না তারি।

ৱারী মখা অমুক চৎথরকই — ইন্দোমচা ঐসু ঙসিগীসিগুম্না হান্না ইন্দোমচাগা খঙনরম্লবদি অদুগা মফমসিদা শঙ্গোয়সিদা লৈফম ফংগনি খঙলম্লবদি ঐনা মাবু লুহোংদ্রিঙেদা মফমসিদা পুরক্লম্লা য়ারম্বনি। অদু ওইরম্লবদি

ইন্দোমচা ঐগা বৃন্দাগা শোয়দনা থুংনরমগনি। ঐগী থৌনা ঙসিগী অসিগুম্না লৈখিদে। রোমেনগী মিৎলুদগী তারক্লিবা পিরাংদু লেপ্লা লৈতে।

ইন্দিরা — "ইন্দোমচা খঙই, নংনা আনন্দিবু কয়াগী মতিক নুংশিবগে হায়বদো!"

"অদুবু ইন্দোমচা! ঐনা মখোয়গী বাবাগা ইমাগনা নচনসে ইপাগীদি ইচানুপী মতোমতনি, নংনা মাবু মচনগুম্না লুনা তৌবীবদু ইপা খঙই হায়খিবা ৱাহৈ; পূন্নমক্তুগী মথক্তা ইন্দোমচা ঐদি অপোকপী ইমাগী মফমদা ঐগী ইপা অশেংবা নত্তবদুনা চৎখিবা লুজদবা লিচৎতুগী মতৌদুগা মান্নগনি খল্লুবদা পামখিদবনিনে।

বৃন্দানা খোঙ পায়দুনা হায়জবা ফাওবদা য়াদে হায়দুনা ঐবু কয়ারক হন্না মাবু হাৎপা পাপ পুকো হায়খি। ঐসু পুগে হায়না য়াবা তাখি। অহীংদুদা মচিন পেন্না ঐবু চৈরম্লগা ইমুংদা চংখিবনি। ঐ অহীংদুগী নোং ঙান্দ্রিদৈঙদা মানা য়াহৌরকপদা মানা য়েংনীংলরোইদবা শকফমদো উদনবগীদমক থোং শো লোল্লগা ঐগী য়ুম মচাদো থাদোক্তুনা চৎখিবনি। নুমিৎ খরনিদি হল্লকখিদ্রে। নোংঙাল্লকপদা মা ঐগী য়ুম থোং লোনবা শোয়দনা উরমগনি। মা য়াম্না ৱারমগদবা মাল্লি ইন্দোমচা, মরমদি ঐসু নুমিৎ খরনিদো মা উদবদা য়াম্না ৱাখি। মানা লুহোংদ্রিঙৈ মীগী ওইখিদ্রিঙৈদা অমুক্তংগা মাগী মশক্তো উনীংবনা লাংতক্নরকখি। মানা হন্না-হন্না কৌরকপগুম তাখি ঐগী নাকোংসিদা। ঐ অমুক য়ুম মচাদুদা হল্লকখি। নুমিত্তো মাগী হৈজিংপোৎ নুমিৎ ওইরমখি। মাসু ঐ অমুক লাক্লে খঙবমাল্লে লোন্না লোন্না হান্না নকশিন্নরুব্বগী মিৎয়েং নত্তবা য়াম্না কোইজবা অনৌবা মিৎয়েং অমনা য়েংবা হৌরকখি। ঐগী নাকোংদদি মাগী শাপকী ৱাহৈশিংদুনা হন্না-হন্না য়ৈবগুম তৌদুনা লৈখি। ঐ মাগী লুহোংবগী থবক অমা-অমা য়াওশিন্দুনা মাগী ৱাখল অমত্তা খন্দবা শানা লৈরে। মমাদা মানা হায়বা মাল্লি, হৈজিংপোৎকী অথুম-অহাও ফনা য়াম্না ঐগীদা পুরক্তুনা পীরে। অদুবু ঐ মচেৎ অমত্তা চাখিদে, ইন্দোমচা। লুহোংবা নুমিৎকী অয়ুক অঙনবনি। মাগী মিৎয়েংদু ঐখোয়গী মাঙ্গোলদা ঐ হৌগৎলকপা ঙাইবা মাল্লি। মাগী মতৌদুদা ঐ পাক-হেক হৌগৎপা ঙমদ্রে। ঐনা মাগী মওং-মতৌদো

থোংনাও অহোবদগী লোইনা লোন্না উখিবনি। ইন্দোমচা ঐসু কাংখল মনুংদা মাগীদমক য়ান্না কপখিবনি। ঐনা থোং হাংদোক্তুনা মাগী নীংবা থুংহনবীদ্রবদুদদি মা অমুক মপাল থোরকখিদ্রে। মা উখিদ্রবা মতমদুদা ঐ তপ্পা হৌগৎলে। চিন-য়া শেংবা লোইরগা চা অমত্তংদি থক্কে খন্দুনা ঐ চা লোল্লি। ঐনা চা লোল্লিঙৈদা অঙাং নুপীমচা অমগা ঐখোয়গী ইমুংদা বৃন্দা চংলকখি। ঐগা মাগা ইনখিবা চিঠি ময়াম অমা পুল্লপ্পা য়োল্লগা ঐগী ফমুং মথক্তা থম্লম্মী। মচিন্না — "তারোমেন! ঐনা নংঙোন্দা ঐ হাৎপা পাপ পু হায়না কয়ারক হন্না হায়খিবদো ঐ লানখ্রে। মদু ঐ অমুক হন্দোকচরগে? নংনা ঐবু কোকপীরো!" ৱাহৈদু হায়রম্লগা বৃন্দা কপ্পা-কপ্পা থোকখি। ঐসু পুক্নিংদা "হোয়, ঐ মদু য়ারে" হায়না খল্লগা করিমত্তা খুমদনা লৈহৌখি। ঐসু ময়ামগী শেংনরিবা মওংদা ফৈজোম পুময়াৎ শেত্তুনা মাগী লুহোংবা য়াওখি, দান থাদখি। নুপী ময়াম কপ্পবা লোইদুনা বৃন্দাবু থিনগদৌরে। ঐসু ঐগী য়ুমদা থোং শো লোনবা চংলুই। মানা তুলশিবুং য়ৌবা কান্দা করিগীনো খঙদে, ঐখোয়গী য়ুম মচাদুদা হন্না য়েংলকপদো ঐসু উখি। মতমদুগী থৌদোক মচা-মচা ময়ামদুগী ৱারীশিংদু ঐগী কোকসিদা লোইনা য়াওরিনে ইন্দোমচা। মা থিনবা চৎপদু ঐসু য়াওখি। ময়াম পীজ-পীথক তৌদুনা লাংলিঙৈদা রতনখোয়গী মখা থংবগী য়ুমদা পুলিস লাক্তুনা রতনবু থিরম্মী হায়নরকপা তাখি। ঙাইহাক লৈরগা ময়াম পুন্নমক হন্ননবা লাংনরকই। মাগী মাম্মা থোইবনা মাগী ফমুং নানবীবা চংবদা ঐসু মতুং ইন্দুনা চংলগা বৃন্দাগী মখুত্তা লুপা চামঙা চৎপী অমা পীরগা "নং নুংঙাইনা পাল্লুকো, চৎলগে" হায়রম্বা মতমদা ঐ মিত্তগী পি থিংবা ঙমখিদে। মাসু মখোল থোক্লা কপ্পগা লৈহৌই।

রতনগী মচে রাধা হায়বীদুনা হায়হৌবা ৱাহৈ "করি থোকএনা তৌজশারিনো, মীশিংসে ইকায়বা ওন্থোক্লা খঙনদ্রেদা ছঁ"। ঐ তাশিন্নদনা অদুম রতনখোযগী য়ুমদগী থোরক্লগা বসতা কাখত্তুনা তোংলগা ময়াম হল্লকপদা য়াওরক্তুনা য়ুম য়ৌরকখি। মথংগী অয়ুক পুং তরেৎকী অদুৱাইদা বৃন্দা ময়ুমদা হল্লক্লে হায়না ঐনা তাখি। নুংথিন্দা মা ৱাপ্থবক্তুনা য়ান্না কন্না লাক্লখি। রতনবুদি লুহোংবগী অহীংদুদা পুলিসনা ফাদুনা পুখ্রে হায়না তাখি। ঐসু মখোয়গী বাবা অমদি মৌপ্পা কান্তা অনীমক্লা বৃন্দাবু মীরায়বীবা মওং-মতৌ অমদি নুপা কনা অমত্তা লৈতবদুদা ঐনা ওটোরিক্সো ৱায়রুদুনা বৃন্দাবু মখোয়গী ইমাগা

হোসপিটালদা পুখৎখিবনি। ঐ অহীং তুমদনা মাবু শেন্নবা য়াওখি। ড্রিপ কাপ্লিঙৈদা বৃন্দাদো শিরগে হায়না চেষ্টোরকখি। ঐনা মাবু খামখি। খরা ফরে হায়দুনা য়ুমদা অমুক পুথরকখি। নুমিত্তুগী অহীংদসু মা শিরগে হায়দুনা থৌরি য়ান্নবা হোৎনখি। ঐসু মানা মদু তৌরক্কনি হায়বদু হান্নদগী চিংনদুনা মাবু অহীং তুমদনা শেন্নদুনা লৈখি। মদুদসু ঐনা মাবু কনখি। ঐখোয় অনী কপমিন্নখি। ঐনা মঙোন্দা অরোইবা ৱাহং অমথক হংখি — "নংনা ঙরাং নুমিদাং রতনখোয়গী পুখ্রি মপান্দা উনখিবা নুপাদো রতনগা উনবনি হায়য়ু য়াদ্রিবসিনদি মীনা ঙাংনরিবা ঐগা-নংগা লোন্না হান্না শীন্নরগা মফমদুদা ঐখোয় অনী উনখি হায়রিবসিদা নংনা অচুম্বনি হায়রোদনা?" মদুদগী মা কপ্পগা কন্না চেনখিদুনা থুম্বুথোঙ মথক্তা লেপ্লগা ইম্ফাল তুরেলদা চোংথদুনা শিরগে খনখিবনি। ঐনা মদুদসু মাবু ফাখি। অরোইবা উপাই থিরকপদা ঐনা মাবু মফমসি য়ৌনা পুবীরকখিবনি ইন্দোমচা।

ইন্দিরা অমদি বালা ৱারীদু তাবদা মশাশিংদু চোকথবগুম তৌখ্রে।

মখা তানা — "ইন্দোমচা! ঐনা মাবু মালিনা লৈকোল শঙবগুম শঙজবনি। লৈ পাম্বীগী ঈশিং চাইবা, হার হাপ্পা অদুগা লৈখোঙ শোম্বগী থবক্তমক তৌজবনি। পাম্বীদুদা শাৎপা লৈদুবুদি হেক্তুনা খক চিনখিদে, খোইমু শাদুনা লৈহিসু চুপখিদেনে ইন্দোমচা। ঐনা ইন্দোমচাখোয়না খঙদনবা মাগী মমিংসু আনন্দি ওষ্ঠোকপীখিবনি।

ইন্দোমচা নচা ঙসিদি ৱারী মথং-মথং লোইনা লীজরগে? বীনোদ দাস নোংমা মফমসিদা অয়ুক অমা লাকখিবনি। মানা বৃন্দানা ঈরুজবা কারকপদা উখিবা জাৎনি। মা হান্নদগী ৱারেম ঙাংবা, অকাম-অপেৎকী, ইংলিসকী সিনেমাগী ৱারী শাবা য়াম্না পাম্মী। ঐনা কয়া তাদ্রবসু মানা হেক্তা শাওগনি। মানা বৃন্দা উরুবদগী ঐঙোন্দা বৃন্দাবু ঙা থোঙহল্লগা চামিন্নসি হায়দুনা ঙাকাসু পুরগা লাকখিবনি। ঐনা পুন্নমক অরেম্বা তাহনখি।

বৃন্দা নহানগী নুমিৎসিদা লাইনা ইনশিনবগুম ঐগী থবক মফমদা চৎলগা অমুক্তদি য়েংজগে হায়জে। ঐনসু নুমিত্তুদা মণিপুরদগী মখোয়গী বাবানা নোংমা ৱাথলিঙৈদা টেলিফোন্দা বৃন্দাবু মফমদুদা থম্বীরম্মু, ঐবুদি মফমদুদা রতন য়াওনা লাক্কদবনিনা উনরোইহিসি হায়কপদুগী খুদোং চাবা লৌনবা মাবু হরাউনবা মফমদুদা

পুবীখি। নুমিত্তুমক্তা মাবু মাগী হান্নগী নুপা রতন অমদি মাগী বাবা অনী লাক্লগা লৌরগদবা লৈবনা ঐ মাবু থাদোক্লগা মফম অমদা চৎপা তাখি। লাই অমনা ইনশিল্লকপগুম ঐনা মা অমদি অবুংচা থনম্লগা চৎনবা লম্বী থিরিঙৈদা ইন্দোল'বেম্মনা টেলিফোন তৌরকখি। ঐ পুক্লিংদদি হাইফেৎ দাসপু চিংনরপ তৌনা চৌকিদারগী নুপীদা মখোয় অনীবু শিন্নরম্লগা য়ুমদা লাকখি। শোমদা ফজবীগী দেলিভবিগী পুক্লিং চংলিঙৈদা মাবু কাউখি। ঐনা মাবু নীংশিংলকপা মতমদদি নুংথিলগী পুং অমা মখায়রোম তাবল্লে। মখোয়গী বাবানা হাযরকপা মতমদি হৌখ্রে, মাসু শোয়দনা বতনগা উনদুনা চৎমিন্নরম্লগনি খল্লুবনি। অদুগদি, মফমদু যৌরগদি মাগী বাবা অমদি রতন মফমদুদা লাকখিদ্রে হায়বা খঙখি অমসুং ফজদবা ঘটনাদুমসু থোকখি। কোন্নবুদি মখোয়গী ৱাবা অমদি রতন এরোপ্লেন কেন্সেল তৌবদগী বসতা ওইনা লাকখিবগী পাউ তাখি। মদুনা দাসগিসু খুদোংচাবা অদু ফংখিবনি। পূন্নমকসে অসুন্না থোক্লবা, মপা চাননবা ঈশ্বর অমনা ওন্থোক্লা হৈনা শীল্লগা শেম্বা থৌশিলগা চপ মান্নখ্রে।

দাসপু লমন খুমগে খন্দুনা ঐনা মাবু হৈজ্রাংনা থুন্না মবুক্তা থিল্লগা থাংগা করিগা হুন্দোক্লম্বনি। মা মরাইবক লৈরমদুনা হিংলল্লে।

বৃন্দাবু পোকপা মখোয়গী ৱাবাদু য়াম্না ৱাখল লৈবা য়াম্নসু শিংবা অচৌবা ওফিসারনি। মানা নহাল অহানবা লাক্লম্বদা বৃন্দাগা ঐগা লৌন-লৈনরবোই নীংদুনা লৌখৎপীরগে খল্লুরবজাৎনি অদুবু মচানুপী বৃন্দানা মাগী মতমদুদা মীরোল্লিবা অঙাংদু ঐগী নত্তে, রতনগীনি হায়না মমাদা খঙহনখিবদগী মখোয়গী বাবাদা মমানা অমুক তমদুনা পাউসি মথং-মথং রতন য়ৌনা খঙখিবনি। রতন্দদি-বৃন্দা গুৱাহাটিদা কনা লৈজদ্রবা অহল অমগী মনাক্তা লৈ হায়না তম্বজাৎনি। জেলদগী থাদোরকপগা শোয়দনা রতন পুরগা বৃন্দাবু লৌবা লাক্কে মদু ওইথোক্লবা ঐবুসু খরা শীল্লকউ হায়রম্বনি। মখোয়গী বাবাগা ঐগা মরক-মরক্তা টেলিফোন্দা পাউ ফাওনখি। পাউশিংদু ঐনা বৃন্দাগী মফমদদি নোংমতা তমবীখিদে। বৃন্দানদি পূন্নমকসি খঙজদবনা য়াম্না ৱাজরমগনি। লাইবক থীবনা ঙরাংগী বৃন্দাগী ফত্তবা থৌদোকসিমসু মখোয় অনী মতম চানা থুংলদবদগী থোকচিল্লক্তুনা মাবু অমুক্কা হেন্না ৱাহনবীখ্রে। রতন্নসু পূন্নমকসি খঙলগা ঙক্লা থোক্লমগনি। অদুবু ঙসাই মানা য়াম্না খঙবগুম ঐঙোন্দগী বৃন্দা অমদি অবুংচাবু মঙোন্দা পীবীরো হায়দুনা

ঐগী ইফমদগী নিখিবা অমদি হায়খিবা ৱাহৈশিংদুনদি বৃন্দানা মঙোন্দা অশেংবা ৱারী লীদুনা খঙহল্লমগদবা মাল্লি। খঙদে, ইন্দোমচা ঐসু হন্দক মরকসি শেৎনীংদ-শেংনীংদা বৃন্দাবু থাদোকপা ঙম্নবা শুইট ফি কাসু অহনবা লৈদুনা তুরগা মাগী মমাঙদা শেৎলগা ৱাখল নুংঙাইবা শাদুনা মাবু খরদি ৱাহনখ্রে। অদুবু অবুংচাদি ঐগুম্না মানা হয়েং চাউরক্লগা মপা নত্তবদা বাবা হায়না কৌরম্বগী নুংঙাইতবদুমদি কোকচরগনি। মানা জ্ঞান তারকপা মতমদা অশেংবা মপাদা বাবা কৌবা ফংজবদুনি ঐগী অপাম্বা। ঐগীগুম্না মাগী পুন্সিদা অপোকপা মপাগী অৱাৎপনা ৱাজগদবদুদি মাগী মফমদদি ফংলরোই ইন্দোমচা। ইন্দোমচা! ঐ বৃন্দা কায়নবগী অৱাবা মরকসিদা অবুংচাগী তুংগী অৱাবদুমদি ঙসি মানা জ্ঞান তাদ্রিঙৈদা করিসু লৈতনা খনবীরগসু মানা চাউরক্লগদি শোয়দনা কোকচরনি।"

ঐগী পান্দমদুমদি মায় পাক্লে। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ইমাবু পামজবা নুপাশিংনা ঐগী তুংগী পুন্সিগী অর্থ লৈহনবীখিদে। ইরাল লৈজদবা ঐবুসু নমদুনা বদনাম অমা পীবীখি। মমা অসি মরমচৎ নাইদবীনি। মপাসিমসু মাবু পোকপা নত্তে। ঐ তাবা য়াম্না ৱাখি। মদুমক্লা মরম ওইরগা মখোয়গী মফমদগী ঐ লাপথোক্লা লৈনবা মীৱা-মৈশা লাংদবা মফম থিখিবনি।

ঐনা অখাঙ কনবা, উইল অমা য়াওনা পুক্লিংদা শম্বল অমা ৱাংনা খারমদ্রবদি বৃন্দা রতন্না লৌশিনবীরমদবসু য়াই। ইচা অবুংচাগী তুংগী পুন্সিদা ঐগা লৈমিন্নবা থোক্লবা মাবু মামা বৃন্দাগা ঐগনা য়াম্না লুনা তৌরম্লবা ফাওবদা মানা ঐসিবু অশেংবা মপা নত্তে খঙলকপা মিৎকুপ্তুদা ঐনা ঙসি ফাওরিবা ৱাখলসে মঙোন্দসু শোয়দনা চপ মান্ননা ফাওরমগনি।

ইন্দিরা — "ইবুংঙো! রোমেন। ইন্দোমচানা হান্না ইচাগী অদুক ৱাংবা পুকেচেলদুবু মশক মুন্না খঙলুদে। নংনা মীগী য়ুমদা সাইদাংদুনা লৈজরগসু মথোল কয়া ৱাংবা দলান্দা লৈবা মীশক কয়াবু, মমা-মপা, শাগৈ-জাৎ ফবা নিংথৌগী মচাদগীসু ইচাগী থম্মোইনা ৱাংবা হেল্লমগনি। ইচাগী পুকচেল মালেমদা অতাংবনি। ইচাদি মী কয়াগী মফমদনা য়াম্না নক্লবা মরী অমগী মিৎয়েংদা উহন্নবা হোৎনবা অদুগা অতোপ্পা কয়া অমদনা ব্রহ্মাচারি অমগী লিচৎনা শাংলবা মথোৎ-কারকপা মতমগী ইথক-ইপোমগী পুন্সিদা য়াম্না নুংশিনবা শাবী-শানৌ অনীনা খুৎ শুংশোক-শোক্লদনা চহী অনীগী শাংলবা

মতমসি খব্রাং চেনবা ঈচেল অনীনা চাংজৌ পারবা ফাওবদা ঈশিং মরিক অমত্তং চোংশিন্নদনা চেনমিন্নবা ঈচেলগুম পুন্সি অমদা লেল্লম্বসে অতাংবা নত্রো? মী কনা অমত্তনা ঙম্লোই।"

বৃন্দা অমদি রোমেন মরাল লৈজদবা মীশক অনীনি হায়বসি ইন্দিরা ভাব ফজনা তারে।

ঝারী লোইরবা তুংদা বালানা চাক থাংদোক্তুনা মবুংবু পীজনবা তৌই।

রোমেন বালাবু য়েংলগা — "ইবুংগী ইবেম্মা, বালা! নংবু ইবুংনো মণিপুরদগী লাক্লগা মরী অমত্তসু থোক্লদনা ইচনগী য়ুমদা লৈশিল্লগা মতেং পাংবীবগী মহুত্তা হেন্না অবাবা পীবীরেদো।"

"দাদা অদুগুম্বা ঝাদু হায়গনুবা! ইচে আনন্দি চৎখ্রবসু দাদা নংদি অমুক চৎখিবা য়াদ্রে। ঐখোয় পাবুংসু মশা শোদ্রে। দাদা নং অমুক চৎখ্রবদি ঐখোয়দি কনানা য়েংশিনবীগনি?"

"ঐ ইচলগী লুহোংবা লোইবা ফাওবদি লৈখিনিদা। ঐগী কনা লৈদুনা ঐনা কদাইদা অমুক চৎলুদোইনো?"

মপিদু লেপ্পা লৈতনা তারকই। খুদাংদা তোয়না তৈথোকই। ঝারী শানা-শানা চাবা চাক্তু পুক্লিংদা ফাওরিবা নুংঙাইতবগী ঈহলদুগা চাবনিনা চাবদি য়াদ্রে। রোমেন খরা চারগা তোক্রে। চাবগী লুখাক্তু রোমেন্না শেংজগে তৌরিঙেদা মন্দোমচানা হায়বদগী বালানা চংশিন্দুনা শেংবীক্লরে।

ইন্দিরা — "ফরে, অদুদি ইবুংঙো। নং করিসু নুংঙাইতবা খল্লুরনু! অমুক পোৎথানবা তৌরো!" অসি হায়রল্লগা মমা মচাসু থোরক্লে।

অশোমদা হোটেলদা রতন বৃন্দাগী মকোক্তা ঈশিং থাদুনা ঙাইহাক লৈতনা রুমালদা লুপ্লগা শিন্দুনা হোৎনরি। বৃন্দা বা ঙাংদনা মমিৎ অনীমক উইশিল্লগা লৈরি। রতন্না তুম্নবা গুলি অনীথক লৈরুরগা থম্মী। বৃন্দা গুলিদু পায়রগা চাদনা তুমশিন্নদুনা লৈ। বৃন্দা তুম্লিঙৈদা রতন দলান মখাদা অবুংচা পম্লগা চাক চাবা থোকখি। মতমদু নুমিদাংগী পুং নিপাল মখায়রোম তারে।

বৃন্দা তাঞ্জা য়েংলগা ফুক হৌগৎলকই। মফি-মরোল ফৎ-ফৎ লোইশিল্লি। মাগী বেগতু য়ানশিল্লি। মশম-মনা হাৎতোকই।

বৃন্দানা বেগ অমা য়াল্লগা কাগী থোং হাংলগা থোরকপদা মাবু পোকপা থম্বালসু থংনবা কাগী থোং হাংলগা থোরকপগা মপা চানরুরে।

থম্বাল — "ইবেম্মা! নংদি কদাইদনো?"

বৃন্দা করিমত্তা খুল্লমদনা কপ্লগা কাদুদা অমুক চংখ্রে। মপাসু কাদুদা চংলগা মচানুপীবু থেমজিনবা ঝাহৈনা মকোক্তা নানবীরগা পুক্লিং ফাথবীরি। মপানা মচানুপী শেন্নদুনা লৈরিঙৈদা রতন অবুংচা পল্লগা চাক চারুবদগী হল্লক্নে।

থম্বাল মচানুপীনা ঙাইহাক্কী মমাঙদা তৌখিবা থৌরাং অদু লোন্না চেনগে তৌরম্বনি খঙবদগী কান্নররোই খন্দুনা থুনা থোকখ্রগা মণিপুর চৎননবা টেক্সি অমা ঝায়রুরে। অমুক তন্না হল্লক্রুগা রতন অমদি মচানুপীদা গোৎ-চৈ লোইশিল্লো হৌজিক মণিপুব চৎনবা তৌবসি, মখাদা টেক্সি ঙাইদুনা লৈববনি হায়ররে।

বৃন্দাগী থৌবাং পুম্নমক মহয় য়াল্লোইদৌরে। মপানা হায়বা ইন্দবা যাদবনা বৃন্দা দলান্দগী কুমথবক্তুনা কপ্না-কপ্না টেক্সিদা কাখৎপা তাখি।

গুঝাহাটিগী কোল্লিবা লাই কমাক্ষ্যাবু থম্মোইনুংদা চেৎনা থাগোঞ্জরগা "ইমা ইবেম্মা! তারোমেনবু ইমানা কোনবীহৌরোকো!"

শোমদা অহীং অনী তুম্লক্তবগী ঝারবা রোমেন ঙসিদি করি খল্লুরবনো বৃন্দাগী ফমুংদা চংলগা তুমখ্রে। নুংঙাইনা তুমথখ্রবা রোমেন নোংঙাল্লমদাইগী মতমদা য়াম্না পুক্লিং নুংশিবা মঙলান অমদা তাওথরুদুনা নোংঙানবা খঙহৌদ্রে। মমঙদা মাবু বৃন্দানা মতম অমদা মখোয় অনী ঝানা নুমিৎ হুম্নি লেনমিন্নরম্লবা কমাক্ষ্যা হোটেলদা লাক্লবা পাউ পীরক্নে। মাগী শিরমদাই মিৎকুপ্তা অমুক্তংদি উননীংই হায়জরকই। বৃন্দানা খল্লম্বা থৌরাং পুম্বা রোমেনগী মমঙদা লোইনা থোক্লবগুম তৌররে। মসিরা নুংশিবা অনীগী নক্লবা থম্মোইগী মরী হায়বদো? তাইবংদা অচংবা থঝায়না পাঙথোকপা ঙমদবা থবক খুদিংমক মঙলান্দা পাঙথোকপদি ঙম্নব্রা? গুঝাহাটিদগী লেপ্তনা থৌরগা চৎখিবা টেক্সি মনুংদনা বৃন্দা রোমেন কায়নবগী মৈচাক্লা মিৎকুপ খুদিংগী পিরাং শীম্বজরি। শোমদনা

মাগী থৱায়না রোমেনবু থাদোকপা ঙমদদুনা মখোয় অনীগী কা মচাসিদা রোমেন শেন্নদুনা লৈহৌরমাল্লে।

রোমেনগী মঙলান্দা বৃন্দানা লাকউ হায়না কৌবা হোটেলদু তানা কার থৌরগা লাকই। মহৌশা মখোয় অনীনা লৈরম্বা হোটেলগী কাদুগী থোংদুদা কোক-কোক থীল্লুই মঙলান্দুদা। কা মনুংদগী বৃন্দানা য়াম্না শোনবা খোঞ্জেলদা — "তারোমেন! নং লাকপীরব্রা?"

রোমেন — "বৃন্দা! ঐ লাক্লে, ঐনা নংগী নফমদা চাম্মরক হন্না লানখ্রে। নংনা ঐবু ঙাকপীয়ু! ঐ নংনা শিদ্রিঙৈদা অমুক্তং উনবা পাম্মী। নংনা হায়বা খুদিংমক ঐ য়ারগে লেপ্লবনি। সে! থোংসি অমক্তা হাংদোরকউ?"

বৃন্দা থোংদু তপ্না হাংদোরকই। বৃন্দাগী হু থক্লুরবা, কেনগদবগী ঙাইবগুম তৌববা হকচাংদুবু রোমেন্না ঙাক্লৌ ওইনা পল্লগা ফমুংথক্তা থাঙ্গৎপীরে। হাংদোল্লম্বা থোংদু তপ্না অমুক থিংজিল্লে। পাংথোকপা ঙমজদ্রবা বৃন্দাগী মমিৎ অনীদুদা রোমেন হঞ্জিন-হঞ্জিন নুংশিনা মঙলান্দুদা চুপচৈ। মশাদু নোমদুনা বৃন্দাবু হৌদোকপদা বৃন্দানদি তাবা কৌবা লৈখিদ্রে। রোমেন বৃন্দাবু কোল্লগা কন্না মখোল হৌনা কপ্লকই। অশিব হকচাংদুদগী মুর্ত্তি অমা হৌগৎলক্লগা — "তাবোমেন! ঐদি নংগা অমুক উন্নররোইদবা মফম অমদা চৎলগে? ঐখোয় অনী মথংগী মপোক অমদদি অমুক উনখিসিকো!" ৱাহৈদু হায়রম্লগা বৃন্দা খাম্বা নংদনা থোংদু হাংদোল্লগা থোকখ্রে।

বোমেন ফমুংদা তাদুনা লৈহৌরিবা থৱায় য়াওদ্রবা বৃন্দাগী হকচাংদুবু কোল্লগা থম্মোই শোক্না কপ্পুনা লৈবিঙৈদা মন্দোমচা ইন্দিরানা মাবু হৌদোরকই।

রোমেন ইখং-খংনা হৌগৎলকই। মিৎলু নাপোম অনীদু মঙদা কপ্লুবগী পিরাংনা পুমচোৎ চোৎলম্বদো ফিনা তৈথোকই। মশাদু অঙাওবগা পাংখক ওইরে। খঙদে, মণিপুরদা চৎখ্রবা বৃন্দাসু অসিগুম্বা মঙলান অমদা রোমেনগা উন্নরমগদ্রা?

ওনথোকপা রোমেনগী লাইবক হায়বদুনি। ঙরাং খরা ফরে হায়রুবা বীনোদ দাস খঙহৌদনা শিরে হায়বগী পাউ অমা গীরিধারিগী য়ুমদা টেলিফোন তৌদুনা

খঙহল্লকই। পুন্নমক অৱাবগী মায়থোং ঙাক্তা উবগুম তৌরে গীরিধারিগী ইমুংদো। রোমেন্দা পাউদু খঙহল্লুখিনু হায়নরিঙেদা গীরিধারিগী থোঙ্গালদা পুলিস গাড়ী অমা লাক্কুনা খাম্লরে।

মিৎকুপ খরগী তুংদা অঙাওবগা পাংখক ওইরবা রোমেনবু দিসপুরগী পুলিস পার্টিদুনা হেন্দকপ তৌরগা অমুক পুখিদৌরে। বেলটোলাগী মন্দোমচা ইন্দিরা, ফিভম কায়রবা গীরিধারি, মশা শোঞ্জিল্লক্লবা ইপু নোয়োন লোইমক পিরাংগা লোইননা রোমেন্না পুলিসকী গাড়ীদা কাখৎখিবদো য়েংদুনা লৈহৌই। ইমুংদা চা লোন্দুনা লৈরম্বা বালা মবুং অমুক পুলিসনা ফারগা পুখিদৌরে তাবদা ইমুংদগী কন্না চেনথোরকই।— "দাদা! নং চৎখিবা য়ারোই, দাদা নং চৎখিগনু! ঐ নংনা থক্লবা চা লোল্লিয়ে। বালা কপ্পা-কপ্পা ফংলরোইদবা পুলিস গাড়ীদুবু তান্নরুই। মমা ইন্দিরানা মচাবু ফারগা থমহৌই। মিৎলু পিরাং মরক্তা রোমেন্না তোংবা পুলিসকী গাড়ীদো অসুম-অসুম লাপথোকখ্রে।




—ঃ লোইরবা ঃ—

মিং ঃ ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ

অপোকপগী মিং ঃ ময়াংলম্বম অঙৌবী সিংহ

লৈফম ঃ শিংজমৈ চীংঙামখোঙ চোংথাম লৈকায়, ইম্ফাল

পোকপা চহি ঃ ১৭-১২-১৯৫১

মহৈগী থাক ঃ বী এস সি, এল এল বী

ফম ঃ সেনিয়র টেক্নিকেল এসিস্টেন্ট,
লাইফ সাইন্স দিপার্টমেন্ট, মণিপুর য়ুনিভর্সিতি,
কাঞ্চিপুর, ইম্ফাল

অইবগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং ঃ

| | |
|---|---|
| অরোইবা বিচার (বারী মচা) | —মার্চ, ২০০৩ |
| কংথোক্রবী (বারী মচা) | —ওক্টোবর, ২০০৩ |
| খোঙজুলদা তাক্লরবী (বারী মচা) | —জুন, ২০০৪ |
| রোমোনি (উপন্যাস) | —ডিসেম্বর, ২০০৪ |
| পুকচেল (উপন্যাস) | —জুলাই, ২০০৫ |
| শম্বল (উপন্যাস) | —ডিসেম্বর, ২০০৫ |